ꯑꯍꯣꯡꯄꯨꯡ ꯂꯥꯜꯂꯨꯄꯥꯟ

# অহোঙ্পূঙ্ লাল্লুপান্



ডা. কোনসম মনিকচান্দ সিংহ

# অহোঙপূঙ লাল্লুপান্

## ꯑꯍꯣꯡꯄꯨꯡ ꯂꯥꯜꯂꯨꯄꯥꯟ

ইথোকপা অমসুং ৱাহন্থোক পীবা

ডা: কোনসম মনিকচান্দ সিংহ




# অহোঙ্পুঙ্ লাল্লুপান্

ফোংজবী : শ্রীমতি কোনসম ওংবী জামিনী দেবী
খুরাই কোনসম লৈকাই, ইম্ফাল ।

কোপী মশীং : ৫০০

অহানবা খুংনম : ২০০৯

মমল : লুপা ১৫০/-

নম্ফম : লৈমহল প্রেস, খুরাই লম্লোং বাজার

লাইরিক ফংফম : ১। অইবগী য়ুম, খুরাই কোঙ্সম লৈকাই, ইম্ফাল
২। ইম্ফালগী লাইরিক য়োনফমশিং ।

# ৱাহৌদোক

'অহোঙ্‌পূঙ্ লাল্লুপান্' কৌবা লাইরিক অসি মনিপুরগী ইতিহাস, কলচর, লম্মিৎ তুমিৎ, লৈঙাকলোন, ৱায়েন চৈরাক অমদি লৈবাক অসিদা পানখিবা নিংথৌশিংগী হাক্তকশিংদা থোকখিবা শা লান, শাফম লানফম, শাফা লানফা অসিনচিংবগী ৱারোল থন্না য়াওরবা লাইগুল্লবা অহল্লমনশিংনা তুংগী মীরোলগীদমক ইদুনা থম্বীরম্বা লাইরিকশিংগী মনুংদা মমল নাইদ্রবা, তাঙলবা, য়াম্না মরু ওইবা লাইরিক অমনি ।

লাইরিক অসি খৃষ্টকী অহানবা চহিচা হৌগৎলকপদা পানখিবা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবা হাক্তক্তগী মথং মথং পাল্লকখিবা মাগী চাদা নাউদা মৈদিংঙুশিংনা লৈবাক অসিদা লৈরম্বা কাংলুপশিংগী মীওইশিং, লোইবী চীংগী নিংথৌশিং, চীংলোন ৯গী ৱাংমদা পাল্লম্বা নিংথৌনচিংববু খুদুম চনশিন্দুনা, লাকশিন্দুনা, অপুনবা মনিপুরগী শক্তম অমা শাগৎলকখিবদা অমদি লৈবাক ঙাক শেনবনচিংবদা শোক্লখিবা হুয়েন লান ময়াম, শাফা লানফা ময়াম অমদি মৈদিংঙুশিংদুনা পাঙথোক্লম্বা অতোপ্পা থবকশিংগী মনুংদা ঐতিহাসিক ওইবা য়াবা থৌদোকশিং অদুবু নীংশিংদুনা লৈহৌনবা নীংশিং খুদম ওইনা নূঙ য়ুংখিবা, কৈথেল লিংখিবা, শঙ শাখিবা, কৈ শাখিবা, খোং তৌখিবা অমদি পূঙ থোন্দুনা অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা হুয়েন লান্দা ফারকখিবা য়েক্লবা নিংথৌশিং, লাঞ্জিংপুরেনশিং, অকন অথৌশিং, লমহেন তুহেনবশিংবু মরালগী মতুং ইন্না মীয়াম মাঙদা পুথোক্তুনা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাংপা, মোইমিৎ লৈচুবা, লৈরোন চনবা অমদি অতৈ মখলগী চৈরাক পীখিবগী মতাংদা মপূঙ ওইনা ইরম্বা লাইরিক্নি । লাইরিক অসিদা মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বনা নূঙপাউ খুলবু ঙমদুনা পূঙ থোনখিবগী মতাং ফাওবা ইরি ।

ৱাফম অমনা মথক্তা পঞ্জখিবা হুয়েন লান্নচিংবদা ফারকপা নিংথৌনচিংবা মীওইশিংবু পূঙ থোন্দুনা অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা পুথোক্তুনা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাংপসি লৈবাক নিংথৌগী ফম্নাইবা অঙম অথৌ অমগী মখাদা চেকশিন্না পাঙথোক্লম্বনি । অসুম্না হাংপা

মীওইশিংগী লাললুদি নুঙ্গোইবীদা চন্দে । ব্বাফম অসিমক্তি পণ্ডিত শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা তাকপীরকপদগী খঙজবনি ।

অরিবা মৈতৈ ময়েক্লা মৈতৈ চেদা ইদুনা লৈরম্বা লাইরিক অসি পণ্ডিত শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহগী আঁকাইভেল লাইব্রেরিদা থেংনজবদগী পাবা ফংজখি । লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মনিপুরগী ইতিহাস অমদি কলচরগী মচাক ময়াম অসি য়াম্না শুগাইনা, মচা খায়না শন্দোক্লা, পরিং নাইনা ইরম্বদি নত্তে । তেন্না তেন্না, শম্না শম্না ইরম্বনি । মসিনা মরম ওইদুনা লাইরিক অসিদা ইরম্লিবশিং অসিগী অয়াম্বা শরুকশিংদি খঙবদা অরায়বা নত্তে । অসিগুম্বা মগুন লৈরবা লাইরিক অসি মীয়ামদা লাম্থোকচনিংদুনা ফোঙদোকচরগে হঙ্গৎচরুবদা মনিপুরগী ইতিহাস অমদি কলচরগী লমদা খঙদ- উদবা লৈত্রবা পুকচেল চাউরবা পণ্ডিত অসিনা ফোঙদোকচরো হায়না থৌজানবিরকপা অমদি অতৈ পাউতাক কয়া পীবিরকপগীদমক শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে ।

লাইরিক অসি মীয়ামদা মরু ওইনা অঙনবা মতমগী মনিপুর ইতিহাস নৈনরিবা মীওইশিংদা অচৌবা মতেং ওইগনি নিংজদুনা মৈতৈ ময়েক্কগী মীয়াম্না পাবদা খুদোং চানবগীদমক হৌজিক চৎনরিবা বাংলা ময়েক্তা ইথোকচদুনা ফোঙদোকচবনি । লাইরিক অসিদা ইরম্লিবা ব্বাহৈশিংগী ব্বাহম্থোক পীজরিবা অসিসু খঙ হৈদুনা তৌজবা নৎচদে । ওজা গুরুশিংনা ইবিরম্বা, ফোঙবিরম্বা লাইরিকশিং অমদি হকথেংননা হংজরুবদা তাকপীরকপশিংদগীসু মতেং লৌজরগা শেমদোক শেমজিন, হাপতোক হাপচিন তৌজবনি ।

লাইরিক অসিদা অরান অহুই, অশোয় অঙাম য়াওরম্বা থেংনবিরবদি হকথেংননা তাকপীরক্লবগীদমক লাইরিক অসিবু পাবিরিবশিংগী মফমদা নোল্লুক্লা নিংশিংজরি । মথংগী খুৎনমদা য়াবমখৈ চুমথোক্লবা হোংনজগনি ।

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অব্বাবা থৌদাং লৌবিখিবা শ্রী থৌদাম কান্তা সিংহ, প্রোপাইটর, লৈমহল প্রেস, খুরাই লমলোং বাজার, ইম্ফালদা লৈবগী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি ।

ডাঃ কোন্সম মনিকচান্দ সিংহ

১৮/৫/২০০৯ ইং

# অহোঙ্পুঙ্ লাল্লুপান্

ꯆ অহোঙ্পুঙ্ লাল্লুপান্দি, খুন্দ্রাক্পম্ খম্লাং অহোঙ্বা য়াইথোঙ্ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পুঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি লম্থাং নিংথৌ মায়পক্ মায়মেন্বা ফানা পুঙ্নে । য়াইথোঙ্ মীয়েং খোংনে । য়াইথোঙ্ পোংথাফম্নে । মৈদিংঙু শেন্বী পাইখোম্বা অহোঙ্ খোংচিং পুঙ্, হুয়েন্

---

১। অহোঙপুঙ — মমাঙঙৈ নিংথৌ পাল্লিংঙৈদা থোকখিবা ঐতিহাসিক ওইবা য়াবা থৌদোকশিং অদুবু নীংশিংনবা পুঙ থোন্দুনা অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা মফম ।

২। লাললু — কোক । অককপা কোক ।

৩। খুনদ্রাকপম খমলাং অহোঙবা — থায়না মমাঙঙৈদা অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা নিংথৌজা শলাইগী খুন্দ্রাকপম মচা অথৌবা । খুন্দ্রাকপম: মৈদিংঙু য়ারাবগী (খৃ: ৭৯৯-৮২১) মচা ইবুংঙো হাওবা কোককী ঈ ।

৫। য়াইথোঙ — অশিবগী থোঙ। অশিবগী থোঙজিল ।

৬। য়াইথোঙ মশুমাঙ — খুন্দ্রাকপম মচা অথৌবগী শুমাঙগী অশিথোঙগী মফম । মাগী শুমাঙগী কৌব্রু লাইঙ্জি থংবা য়ুমগীনা মাঙশোক (নাকথগী) মপারোম থংবা শরুক।

৭। অহোঙ য়োইথোন পুঙনে — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগীদমক লৈবাক থোনগত্তুনা নিংথিজনা শেল্লবা পুঙনে ।

৮। হুয়েন লাননীগীদি — হুয়েন লান্দাঙৈদি, লান্দাদুনা লানঙমঙৈদি ।

৯। লমথাং নিংথৌ — খা নোংচুপ মাইগৈ পাংবদা লৈবা লোইবী লমথাংগী নিংথৌ।

১০। মায়পক মায়মেনবা ফানা পুঙনে — লমথাং খুলগী মনিংথৌ মায়পক মায়মেনবা কৌববু লান্দা ফারকপগী নীংশিং কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পুঙনে।

১১। য়াইথোঙ মীয়েং খোংনে — অশিবগী মীয়েং খোংনে ।

১২। য়াইথোঙ পোংথাফমনে — অশিবগী পোংথাফমনে ।

১৩। মৈদিংঙু শেনবী পাইখোমবা — মৈতৈ নিংথৌ পাইখোম্বা (খৃ: ১৬৬৬-১৬৯৭)।

১৪। অহোঙ খোংচিং পুঙ — খোং চিংদুনা কুম্মৈ তৌখিবা মফম।

১৫। খোং চিংবা — লাইয়িংথৌ সনামহীনা মাঙ থংবা, মরক্তা লাইয়াম পুবা, মতুং ইথং থংবদা লাই থাংজিং পুবা, অদুগা লাই ময়াম অদু থৌরী অমনা শম্মুহল্লগা চিংদুনা পুবা ।

১৬। হোংতুং নিংথৌ — অৱাং নোংপোক মাইগৈ পাংবদা লৈবা লোইবী তাংখুল হোংতুং খুলগী নিংথৌ । হোংতুং কৌখিবদি — "লহাননোং লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবদা থোইমোম লাইয়িংথৌ কাংক্রু য়ুমলেননুংগী শমলাং ফায়েৎনবনা য়াওরৌ শাশিং ১০০ সুনা পীরমঙৈ, শারেল শারেমখাকপু লৌজরৌএ । অদুনোংগীবু লোইবী লৌহোংতুং হোংতুং-ও কৌএ ।" - নিংথৌরোল লম্বুবা ।

লান্নীগীদি হোংতুং নিংথৌ কুম্পারেং ফানা পূঙ্নে । খোইমোম্ লাইয়িংথৌ চীংলেন্ নোংতাই নিংথৌগী অহোঙ্ খোংচিং পূঙ্দি, মরাম্ নিংথৌ সংকে ফানা পূঙ্নে । খুনদ্রাক্পম্ খম্লাং অহোঙ্বগী কাইবা মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্দি, কবো লাঙ্লোই মনিংথৌ চীরেং লান্থৌয়াঙ্ ফানা পূঙ্নে । কবুইরম্বম্ লোয়য়ম্ অহোঙ্বগী কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি চীংশোং নিংথৌ অতাহুই ফানা পুঙ্নে । কাইবা লম্মহন্নে । তীন্ফাপাৎ নোংনং খোংনে।

১৭। কুমপারেং ফানা পূঙনে — কুমপারেং কৌবা হোংতুং (হুন্দুং) খুলগী নিংথৌবু ফারকপগী নীংশিং কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙ্নে ।

১৮। চীংলেন নোংতাই নিংথৌ — লাইয়িংথৌ নোংশাবগী মিং অমা । শাইওন য়াম্বা লাইয়িংথৌ নোংশাবনা (অতিয়া শিদবা) ককচিংলোমদা লৈবা মান্তক হায়বা খুলদুদা খম্বগী মকাইফমদা শানফোংদুনা লৈরবদা মান্তক খম্বা নুংঙাই য়াইফখি । মোইরাংগী খোরী ইয়ায়না মান্তক চীংদা চৎলুবদা খম্বগীদা লৈরম্বা লাইয়িংথৌগী মতিক মঙাল উরুবদগী হুদুনা পুরক্লুবদা মহাক অমদি মোইরাং নুংঙাইখি । লাইয়িংথৌনা অমুক ব্রাংঙুদা ব্রাংনু লৈমা খোংজোম্বীগী মরানয়াইদা লৈরবদা ব্রাংঙু নুংঙাই য়াইফনা পানখি । মদুদগী অমুক চোথেদা লৈবদা চোথেসু নুংঙাইখি । ইব্রাং পুরিকলাই লয়ি লাম্থাবগী মশুনিপা মোইরাং শাথিনা চোথে সমপুম চীংদা কারুবদা মৈবুলগুম ঙান্দুনা লৈরম্বদগী অহিংদা পুরক্লুনা লাৎলবদা শাথি অমসুং মোইরাং নুংঙাইখি ।

যুম্লাম তোনবগা মুংয়াং ঙাইরোংবগা অনীনা মোইরাং শাথিগীদা অহিং য়ারেক্লুনা লৈরুবদা শাথিগী লপলেন কাদা চরৈ যুখল খন্দুনা লৈরম্ববু থেংনদুনা চরৈ নাহোং শাদুনা মনঙ্গন্দা পোদুনা লোন্না অহিং নোংয়ায়দা লোক্তাক্তা হি হোন্দুনা পুরকখি । মৈদিংঙু খাগেম্বদা হঙ্গৎলবদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা চেংলৈ লম্মহন চীংঙু মকাইফমদা ফুরা লাইয়ুম মথোল মঙা শাদুনা লাৎখি ।

য়ুমশকৈশা নুমিৎ খুদিংগী লাইথংবম শাগেগী মীবু লুক হৌহন্দুনা নোংশাবদা কৎখি । ফুরা কৌবা মাইবী কাংলুপ অদুনা নোংশাবগী সেবা তৌখি ।

১৯। মরাম নিংথৌ সংকে ফানা পূঙ্— অব্রাং মাইগৈদা লৈবা লোইবী মরামগী নিংথৌ সংকে কৌববু ফাঙেদা থোনখিবা পূঙনে । মরাম কৌখিবদি—"চিঙখোঙ পোইরৈতোনবা খোইয়ম লাইপূঙথোল অব্রাংপা খুৎপী য়ৌথোই চিঙপু ঙামঙাম কাপাতা লৈমা লৈনাউতাপীনা মশানৌ চিঙখোঙ পোইরৈতোনকী চয়রৈ ময়িন ফিপু লামনা লামনা কাখিয়ে । অতু নোংকিপু মরাম ও তৌনা কৌএ"- পোইরৈতোন খুম্থোকপা ।

২০। কবো লাঙলোই মনিংথৌ চীরেং লানথৌয়াঙ ফানা পূঙনে— হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্কী

য়োইবু মৈতৈ লৈমা মদাইরেম্ য়ুম্খু তেংমাইথিন্বা শঙ্লেন্য়াইনে । মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন্ লিন্থোইঙম্বীনা লাখাই খুনঙম্ পূঙ্, অখৎ লাংপোল্ সারেঙ্ ফাবা পূঙ্নে । নুংবান্ ব্রাইরৌ লোক্পগী কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি নোংয়ায় হাওতোন্জম্, নাইজা তাবা নানৈ পন্খোং থোন্নী শক্পা, মরোং চুঙ্শূদা তিমেন্ তাশূদা, খেরে কাংখোক্ থৌবা, কাইবী য়োইহাং পাম্বগা চক্পা লৈমা হাওনু অতে তাউবী (লামায় ২) তাংজা শম্ফবী, খারা পান্শং

মনুংদা লৈখ্রবা নোংপোক মাইগৈদা লৈবা লাঙলোই কৌবা লম অদুগী চীরেং কৌবা লান্দা য়াম্না থৌনা ফবা নিংথৌবু ফাঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

২১। চীংশোং নিংথৌ অতাহুই ফানা পূঙনে — অরাং মাইগৈদা লৈবা লোইবী চীংশোং খুলগী নিংথৌ অতাহুই কৌববু ফারকপগী নীংশিং কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে। লোইবী চীংশোং কৌখিবদি — "য়োইরুমলোন নুংবাল চনু খোইনৌ মতা ৬ মানা লোইবী মচীংলেনবু য়িনতাললকএ । অদু নোংগীবু লোইবী চীংশোং অচৎপূঙ-ও কৌএ ।" — থাঙমৈরোন।

২২। কাইবা লমমহননে — অথোইবা লম অমগী মমিং । "মোংবা মদাইমাদি কাইবা লমমাহল-ও কৌবদি । মমা কাইরৈ সোকসোননুচা নামুংবী কাইরৈ অকন-কাও নুংয়েংচেংনে । কাইপক খোঙকা থীননা নাকলু মোইফাং য়ৈনা কাইপনা মরাং হৌ মচেং খোনতানানা কাইরৈ খোনয়েংনানা হননা য়াকৈরমএ । অদু নোংগীবু মচেং কাইরৈ য়েনখোংখৈ অহানবা কাইবা লমমাহল-ও তৌনা কৌএ"।— তোরৈরোল লম্বুবা ।

২৩। তীনফা পাৎ নোংনং খোংনে — তীনফা য়াম্না লৈবা ঈশিং ব্রাক্রুবা খোংনে।

২৪। তেংমাইথিনবা — লোয়শঙগী মকোক ওইরিবা ফম্নাইবা ।

২৫। নোংবাললোন লিনথোইঙমবী — অঙোম নিংথৌ নোংপোক কাওশোম্বগী মচা ইবেম্মা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী (খৃ: ১৪৩২ - ১৪৬৭) লোয়নবী মৈতৈ লৈমা ।

২৬। লাখাই খুনঙমপূঙ - মৈতৈ লৈমা লিম্থোইঙম্বীনা নোংপোক মাইগৈদা লৈবা কাইনা ঈ- মরু লাখাই ফান্দোং চীংদা লান্দাদুনা অখৎ লাংপোল ফাঙৈদা থোনখিবা পূঙ ।

২৭। নুংবান ব্রাইরৌলোকপগী কংলৈ মশুমাঙ — লুরাং ব্রাইরৌলোকপা অথৌবগী মশুমাঙ ।

২৮। তীংয়ি মাঙশোক্লম্ অহোঙ্ লান্য়াম্ফম — নুংবান ব্রাইরৌলোকপা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী কৌব্রু লাইহিজি থংবা মফমদি মীহাৎপূঙ মীহাৎফমনে ।

২৯। লান্য়ান্ফম্ — মীহাৎপূঙ, মীহাৎফম ।

(ক) কেগে মোইরাং নিংথৌ থয়াঙ্ মীচাউবনা মদাইরেম হাওরোক পানবীসু অথৌবদা য়াওরৌ শা ফারক্লবা য়াথং পীখি। পানবীসুনা শায়াম ফাদুনা পল খাজিন্দুনা

হেন্বী, ফিমু নমঙাক্ননা, তীন্লৌ ঈথৈ লৌবীগা লাল্লু অনী কোক্শোক্ননা তীংয়ি মাঙ্শোক্লমদা, উহক্ শেংগম্ শা, উই পৌদোং লোন্, তন্মু য়াঙ্তেক্না তন্হাউ শাইতাননা, হাওকু য়াইথম্পোঙ্, চীংশোং য়াইতং তাল্, ঙাইরোং তাপুং চীংজাউরী, থাঙব্রাই লীপুন্সি, কজেং লীয়াথৌ, খুরোই লীতাং শাংনা, লিরেন্ পাগা ফন্, য়ুতীং মতাং তোয়, থোন্খম্ মনারেক্, থরাম্ লাম্থননা, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে। নুংবান্ অরাম্ পাম্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্

থমখি। নিংথৌনা ঙা ফারক্লবা থৌশীখিবদা ঙা অমত্তা ফাবা ঙমদ্রবা খোয়রী তোনজাউসুনা মাগী মরূপ হাওরোক পানবীস্ অথৌববু কল্লক মীহৌবদগী অহিংদা লোন্না শাগী পন্দোন য়াম্থতুনা শায়াম পুম্বা থাদোকখি। নিংথৌগী য়াথংবু থওই উশিত্তবা তাহনবীগ্রবা হাওরোক পানবীসুনা নিংথৌনা পীরক্কদবা অহকপা চৈরাকপু উরদুনা হায়খি — "ঐতী কেকে য়িনিংথৌ থয়াঙ মীচাউববু সোংকিয়ে। ঐপু হয়েং কেকে মীথাপূঙ, মোইরাং মীতুফম পনম লানয়ানফমতা নোংমনব্রো হায়রঙেনে। থাঙলেন কোমসৎপা লাংকোই সারী থোকপবু থোইনা সোঙকিয়ে," — মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা।

(খ) লাইরেন মৈদিংঙু উরা কোম্হৌবগী মথক্তা লমন খুম্বা ঙমদ্রবা শোল্লোয় লংমাইশিংনা লাইরেন মৈদিংঙুগী মজা ইবুঙো শেল্লোয় লমদা য়াওং ইন্দুনা লৈবা হোংনেম য়োই খুঞ্জাউবু লংমাইগী মীহাৎপূঙদা পুথোক্লগা থাঙনা য়ান্দুনা হাৎলগনি হায়না মাগী নুপী পীতঙঙা লৌথীবীদা হায়খি — "লাইরেন ননেম মচাপু সোল্লোয় ইচীংসাং লংমাই পনম লানয়ানফমতা থাঙলেন মখুম হাং লাংকোই সারী থোকনা য়োনদনা নোংমলহনকে।" — নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা।

৩০। মরোং চূঙশূদা তিমেন তাশূদা — চুঙসু তাসু অমত্তা পায়দনা।

৩১। খেরে কাংখোক থৌবা — খে কৌবা অমুবা মচুগী রং তৈরবা য়োংখোক পায়বা।

৩২। কাইবী য়োইহাং পামবা — কাইবী য়োইহাং পাম্বা কৌবা খুমন অথৌবা।

৩৩। চকপা লৈমা হাওনু অতে তাউবী — হাওনু অতে তাউবী কৌবী চকপা লৈমা।

লামায় ২

১। তাংজা শমফবী — মশম মনা ফবী।

২। খারা পানশং হেনবী—লৈকাই শীনবা থুংনা য়েংনবদা মানা হেন্না পুক্লিং হুনা ফজরবী।

৩। ফিমু নমঙাকননা — ফিমু খাউওন্ননা। ফিমুনা মনঙ্গন্দা কুপ্তুনা।

৪। তীনলৌ ঈথৈ লৌবীগা — ঈথৈগী ঈশিং লৌবীগা।

৫। লাললু অনী কোকশোকনা — কোক অনী থেংননা, খম্ব্রাংননা।

৬। তীংয়ি মাঙশোকলমদা — য়ুমগী মাঙ্গোল নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী কৌব্রু লাইহিজ থংবা শরুক।

লান্নীগীদি কেগে মোইরাং লাই চীংখু চুঙ্য়াংপবু লৈমু শেংথাক্ পূঙ্, লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে । খোইয়ম্ লাইয়িংথৌ চীংলেন্ নোংতাই নিংথৌ থোংনাং লোইজাখোম্বগা মশানৌ খোইমোম্ লাইরেম্মা থোংনাং লোইজাখোম্বীগা লাংগোই শায়াঙ্থক্তা কোন্লোয় শিল্লান্ পূঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি সোংসূক্ খুন্ঙম্ পূঙ্, লাঙু ফানা পূঙ্নে । মৈতৈ লৈমা য়োইরুম্লোন্ ময়াম্বী কোন্লোয় শিল্লান্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি থোংনাং ময়াং ভীম্বোল্ ফানা পূঙ্নে । য়োইবু মৈতৈ লৈমা মদাইরেম্

---

৭। উহক শেংগম শা — উ য়ুংদুনা হক্তুনা শেঙ্গম শাদুনা মী হাৎনবা শেম শাবা ।

৮। উই পৌদোং লোন — উই কৌবা ব্রানা ফৈদুনা লোন্দুনা মীবু হাৎনবা শেম শাবা ।

৯। তনমু য়াঙতেকনা — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগী অহোঙয়ুম শাবদা তনমু কৌবা উনা শঙগী য়াঙতেক ওইদুনা ।

১০। তনহাউ শাইতাননা — তনহাউ কৌবা উনা শাই তাদুনা শাইজিন্দা হাপুনা।

১১। হাওকু য়াইথমপোঙ — চীংদা হৌবা য়াই মখল অমা ।

১২। চীংশোং য়াইতং তাল — অশোংবা চীংদগী য়াই অদুবু তাল্লুদুনা ।

১৩। ঙাইরোং তাপুং চীজাউরী — ঙাইরোং (ঙাইখোং?) তাপুং চীংজাউগী লী ।

১৪। থাঙব্রাই লীপুনসি — চহী য়াম্না পুনসিরবা অব্রাংলমগী লী ।

১৫। কজেং লীয়াথৌ — থাঙগুম্না ময়া থৌরবা লী ।

১৬। খুরোই লীতাং শাংনা — লম্যাংদোং লমগী মতাং শাংলবা লী ।

১৭। লিরেন পাগা ফন — লিরেন কৌবা মপুং ওইনা য়ুম কৈ শাবদা শিজিন্নবা লী মখল অদুনা তীংদুনা পুন্দুনা মীদু হাৎননবা থৌরাং তৌবা ।

১৮। য়ুতীং মতাং তোয় — য়ু তীংদুনা, অতীংবা য়ু তোয়না তোয়না থক্লদুনা ।

১৯। থোনখম মনারেক — খরুংদা য়ু পীক পীক থন্না হাপ্লদগী মখুম খুন্দা মনা লেকথরবা ।

২০। থরাম লামথননা — মতোল লামথদুনা য়েন্দেম থরাম শোইবগুম শোইদুনা ।

২১। অহোঙ লান্য়ান্ফম্নে — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা য়ু থক্লদুনা খুমন অথৌবা কাইবী য়োইহাং পাম্বগা হাওনু অতে তাউবীগা অনীবু থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা মঙক কক্তুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

২২। নুংবান অরাম পামবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লুব্রাং শলাইগী অরাম্বম মচা অথৌবগী শুমাঙদা ।

২৩। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈগীদমক থোনগক্তুনা শেম্লবা পূঙ ।

২৪। লৈমু শেংথাক পূঙ লৈহৌ শেংওই পূঙনে — লৈমু ফংনা লৈবাক তৌথোক্তুনা মী নৎত্রগা শা (মকোক নৎত্রেগা মথব্রায় মমি ওইরবসু) লৈখাদা ফুম্লগা মথক্তা থোনগৎলবা পূঙ অদুবু শেংদোক্তুনা লৈহৌ কুম্মৈ তৌখিবা মফমনে ।

হিয়াঙলোয় ইবেম্মরোয়, ইমিংলোয় ইবেম্মরোয়, সায়া শেন্বরোয়, তোংজেং নাউমৈগী খুমু নৌজাউ শূবা, পোন্বী ব্রাইরং চেক্সুং ওইবা, মিৎয়েং নানীরোঙ্বা, লৈকু খম্থেংদা, লৈরাই চুপ্থৈদবা মশেন্না, লেংনা তিন্না য়াকা শঙ্নে । থংচীং মখোক্লাং খোক্লাং মচৈখঙ্, খোক্লোয় নুরাবী, কোংয়াঙ্ মব্রাচা, পাখং হুয়েন্ লান্পাম্বা (লামায় ৩) লান্দাখোক্,খোক্মরোয় তাংজুম্বা, কংলা মৈচন্ খোক্, অদোন্ হাওচেং মোইবা চনু লন্উন্খোক্, খম্নৌ ঙক্নীরোঙ্বা কোংয়াঙ্ পৌদোং চৈ

---

২৫। লাংগোই শায়াঙ থকতা কোনলোয় শিললান পূঙনে — লাংগোই শাগী মথক্তা তোংদুনা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনীগী কোনলোয় মিংলেনবু থোন্নখিবা পূঙনে ।

২৬। হুয়েন লাননীগীদি — হুয়েন লান্দাদুনা লান শোক্লুঙৈদি ।

২৭। সোংসূক খুনঙম পূঙ — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔরা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা শমজোক কৌবা লমবু ঙমখিবগী নীংশিং কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙ ।

২৮। মৈতৈ লৈমা য়োইরুমলোন ময়াম্বী — মৈদিংঙু খাগেম্বগী (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) লোয়নবী লুব্রাং শলাইগী থাওদৈজম চনু তোমপোকপী ।

২৯। কোনলোয় শিললান পূঙনে — মৈতৈ লৈমা তোমপোকপীবু ময়াম্বী হায়না কোনলোয় মমিং থোন্নখিবা পূঙনে ।

৩০। ভীমবোল ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা লান্দারকখিবা ময়াং লুচিংবা ভীমবোল ফাঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

৩১। সায়া শেনবরোয় — সায়া শেনবা কৌবা লোয়শঙগী মী ।

৩২। তোংজেং নাউমৈগী খুমু নৌজাউ শূবা — নৌ অচৌবা পায়বা হিনাউ শূবা মী ।

৩৩। পোনবী ব্রাইরংচেকসুং ওইবা — উচেক খম্ব্রাংচাক্কী মতৌগুম মিৎয়েং শোয়দ্রবা মী ।

৩৪। মিৎয়েং নানীরোঙবা — মিৎয়েং অনী লোঙবগুম য়েংখিবদা শোয়দ্রবা মী ।

৩৫। লৈকু খমথেংদা — হি হোনবদা মিৎয়েং চুম্না হোন্দুনা লৈকু লৈরাইদা খক থেংহন্দবা ঙম্লবা হিরোয় ।

৩৬। লৈরাই চুপথৈদবা মশেননা লেঙনা তিননা য়াকা শঙনে — লৈরাইদা থেঙ্গদৌরে হায়বা লৈতনা হিমায় চুম্না হোনবা হৈরবশিংনা কারক্লুনা তিন্নফম শঙনে ।

৩৭। থংচীং মখোকলাং — থাংজিং চীংগী খোক ব্রা, তাখোক ।

৩৮। খোকলোয় নুরাবী — ফজরবা নিংথিজরবা ব্রাখোক ময়াম ।

৩৯। কোংয়াঙ মব্রাচা — মশা মশাগী ব্রা ।

৪০। পাখং হুয়েন লানপামবা — লান শোক্লনিংবনা মথুম মরাং হৌরবা পাখংশিং ।

লামায় ৩

১। খোকমরোয় তাংজুমবা — মতাং চুমদ্রিং চুম্বা খোক ব্রা ।

ঈফাবা, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে হাওতক্ লম্ফম্ চৈ, মোইরাং লম্মমি লম্মচাউ অথৌবা ফানা চৈ, শিন্নাই নানীরোঙ্বনা খোক্লাং কামু চৈ, মোম্নু হৈকোয় য়েক্থীংফবা চৈনে । চক্লাই ইতোক্ মনিংথৌ খুন্পু লেংয়ান্ অথৌবগা চেংলৈয়াঙ্* থোংনাং তেক্কারাজা অথৌববু খোক্তোন্ লাংমৈ থাংনা চৈনে । থোংনাং খুন্ঙম্ চৈ, নোংমৈ লীশীং লোক্না চৈনে । চুঙগোয় পৌদোং য়াল্না থাঙশাং লীশীং খোম্না চৈ,

২। কংলা মৈচন খোক — কংলা গুরুংগী মৈবু হৌহনবা ঙম্না খোক ।

৩। অদোন হাওচেং মোইবা চনু — খুমন অদোন হাওচেং মাইবগী মচানুপী ।

৪। লনউনখোক — লুহোংবদা অউনপোৎ ওইনা উনখিবা খোক্ ।

৫। খমনৌ ঙকনীরোঙবা — মঙক অনী ফাংবা নৌ ।

৬। কোংয়াঙ পৌদোং চৈ ঈফবা — হি হোনবদা ঈশিং ফাদুনা চৈঙাক ওইহ্রিবা পৌলাংখোক্ ।

৭। হুয়েন লাননীগীদি — হুয়েন লান্দাদুনা লানঙমহৌদি ।

৮। কেগে হাওতক লমফম চৈ — কেগে মোইরাংগী হাওতক লমগী চৈ ।

৯। মোইরাং লমমমি লমমচাউ অথৌবা ফানা চৈ - মোইরাং অথৌবা লমকেৎ লমহাইবা ফানখিবা চৈ ।

১০। শিননাই নানীবোঙবা — মচীন অনী লোঙবা লম্পু । শিম্ফা মখল মখলদা হৈরবা মী।

১১। খোকলাং কামু চৈ — মৈদা মুরপ কাথেকহল্লগা শেম্না তা মখোক ।

১২। মোমনু হৈকোয় য়েকথীংফবা চৈনে — নুপী ওইবীশিংনা হৈকোয় ফিবু পুথোক্লবা শেম শারকপদা খুৎলোয়রবা চৈ ।

১৩। খুনপূ লেংয়ান অথৌবা — নোংপোক মাইগৈ পাংলপ্পা লৈবা তাংখুল ইতোক খুলগী লেংয়ান কৌবা লান্দা য়াম্না থৌনা ফবা নিংথৌ ।

১৪। থোংনাং তেক্কারাজা অথৌবা — মৈদিংঙু খাগেম্বনা ময়াং লান্দা ফাহৌবা তেক্কারাজ কৌবা লান্দা য়াম্না থৌবা লাঞ্জিংবা ।

১৫। খোকতোন লাংমৈ থাংনা চৈনে — মতোন্দা উচেক লাংমৈগী মতুনা লৈতেংলবা খোকনে ।

১৬। থোংনাং খুনঙম চৈ — থোংনাং ময়াং লান্দারকপশিংবু লান ঙম্নখিবা চৈ ।

১৭। নোংমৈ লীশিং লোকপা চৈনে — নোংমৈ লীশিং অমবু খোম্বা ঙমহৌবা চৈনে ।

১৮। চূঙগোয় পৌদোং য়াল্না — লান্দা লোক্লকপা চুঙ্গোয় ময়াম অদুবু পৌদা য়ান্দুনা পুরকপা চৈ ।

* অতোপ্পা অহোঙ পূঙ লাললুপান খুৎই অমদদি "চেংলৈয়াঙ থাউদৈসুগা থোংনাং ময়াং লাইরুকোই শিনহৈবগা শাব্বা চুমখম য়েৎ, শরিক খিং খিং থাংনা তাকলেন হিথা চৈ, থোংনাং তেক্কারাজা অথৌববু খোকতোন লাংমৈ থাংনা চৈনে" হায়না ই ।

চেক্‌লা তুফাং থীংফবা, লৈরক্ থৌকাই চৈবু খোক্‌লাং লেংদা থোংনা চৈথা শঙ্‌নে। য়োইবু মৈতৈ লৈমা মদাইরেম্ হিয়াঙ্‌লোয়, সায়া শেন্‌বরোয় শঙ্‌লেন্ য়াইনে। হুয়েন্ লান্‌নীগীদি লম্‌কাং খুনঙম্ শঙ্, হুয়েন্ সেল্‌লীক্‌পু অথৌবা ফানা শঙ্‌নে। অনান্ নিংথৌ তোল্‌লোইপু অথৌববু হোঙ্‌না শঙ্‌নে। কংলৈ শঙ্‌লেন্ মদাইমদি মৈতৈ লৈমা নোংবাল্‌লোন্ নোংমোইনু অহোঙ্‌বী মদাইরেম্ খোইনীং শেল্‌লোয় নাই, মালেম্ লৈরু মফম্ তাউবা, খোইরু মীতম্ লাক্‌পা, মৈবী তোংহুম চন্‌বা, তরেৎ কোন্‌ফু শুংবা শঙ্‌লেন্

---

১৯। চেকলা তুফাং থীংফবা — চেকলাগী শগন য়েথবদা খুৎলোয়রবা চৈ।

২০। লৈরক থৌকাই চৈবু — খুল্লক্তা থোকপা থৌদোক ব্রাথোক পুম্নমদা শীজিন্নবা চৈবু।

২১। খোকলাং লেংদা থোংনা চৈথা শঙনে — অদুগুম্বা লেংবান্দা থোংদুনা পুবা চৈবু থাদোক্তুনা থম্নফম শঙনে।

২২। মৈতৈ লৈমা মদাইরেম হিয়াঙলোয় — মৈতৈ লৈমগী মনাই হিয়াংলোয়।

২৩। সায়া শেনবরোয় — সায়া শেনবা কৌবা লোয়শঙগী মী।

২৪। লমকাং খুনঙম শঙ — খা মাইগৈ পাংবদা লাইয়িংথৌ ব্রাংব্রেন্না তাল্লোয় ৫দা য়াওং ইনবা চীংদা লৈবা লমকাং কৌবা খুলবু ঙম্নখিবা শঙ।

২৫। অনান নিংথৌ তোল্‌লোইপু অথৌবা হোঙনা শঙনে — খা মাইগৈদা লৈবা চীংখোঙ পোইরৈতোনগা লৈমা লৈনাউতাবীগনা খুম্ব্বোরকপদা ইশং থাংবা নৃঙবু নেৎলুবদা খুদোল নাম্ব্বোকখিবদগী অনান (খুনাল) কৌনখিবা লোইবী খুলদুগী নিংথৌ তোললোইপু কৌববু ফারকঙৈদা কুম্মৈ তৌনখিবা শঙনে।

২৬। কংলৈ শঙলেন মদাইমদি — কোনুংগী শঙলেন মফম অমদি।

২৭। মৈতৈ লৈমা নোংবাল্‌লোন নোংমোইনু অহোঙবী — মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্কী লোয়নবী অঙোম চন্নু নোংমোইনু অহোঙবী।

২৮। মদাইরেম খোইনীং শেললোয় নাই — মৈতৈ লৈমগী মনাই শেল্লোয় লংমাই মচা।

২৯। মালেম লৈরু মফম তাউবা — শেল শানবগী লৈবাক মফম কোইনা হন্দোক্তুনা শেন্না।

৩০। খোইরু মীতম লাকপা — মাঙজৌননা খোইরুনা শক্তম তমদুনা শাবা।

৩১। মৈবী তোংহুম চনবা — মৈ উতোং শেমদুনা হুন্না।

৩২। তরেৎ কোনফু শুংবা শঙলেনয়াইনে - তরেৎ শেলবু শাফম শঙলেনয়াইনে।

৩৩। চাখা তাংখুল খুনঙম শঙ — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা চাখা তাংখুল খুলবু ঙম্নখিবা শঙনে।

৩৪। মৈদিংঙু শেনবী কিয়ামবা থেমথা য়োইথোন শঙ — মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্ববু (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) থেমথরকখিবা থোনগৎ হাপকৎলবা শঙ।

য়াইনে । হুয়েন্ লান্নীগীদি চাখা তাংখুল্ খুন্ঙম্ শঙ্নে । খম্তোক্ ফানা শঙ্নে। মৈদিংঙু শেন্বী কিয়াম্বা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্নে । লোইবী হনতুক্ খুন্ঙম্ শঙ্, হুয়েল্ লান্মিংনাই ফানা শঙনে । খাবা নোংজেংথক্, (লামায় ৪)অশৈ তেরান্ হৈতৱাই, কংলৈ য়ীচী ফৈ, মেল্খোম্পা লৈ নামুং, খাবা কাপ্নরম্ নোংজেং হুন্নরম, খোইপীনা নম্নল্ৱাই, হৈচেং লোয়নাই চাক্কম্ৱাই, তাঙনম্ লোয়নাই য়ুশিন্ৱাই, মচেঙ্ কাইরৈ নুমান্বনা শারেন্ শাশিন্ৱাই, লাইসনা য়ুম্মথৈ, থোঙ্বম্ মনাউ তিন্বা

---

৩৫। হুয়েন লানমিংনাই ফানা শঙ — হায়রিবা শঙ অসিদি লোইবী হনতুক (হুন্দুং) খুলগী লান্দা মমিং য়াম্না চৎপা তাংখুল অথৌববু ফারকখিবা শঙনে ।

৩৬। খাবা নোংজেংথক — লৈখিদ্রবা খাবা নোংজেংববু শক শোন্নবা মফম ।

লামায় ৪

১। অশৈ তেরান হৈতৱাই — হাৎপীখ্রবা খাবা নোংজেংবগীদমক তেংথা ঈশৈ শকপা হৈতবশিং ।

২। কংলৈ য়ীচী ফৈ — কংলা মনুংদা লৈবা মফম অমা । হাৎপীখ্রবা খাবা নোংজেংবগীদমক মতিক মগুন শক্তুনা তেংথা নাওইবা হৈত্রবা কংলৈদা লৈহৌবা মাগী মচিন মনাউনচিংবশিংনা লৈরম্বা মফম ।

৩। মেনখোমপা লৈ নামুং — কংলা মনুংদা লৈবা মফম অমা ।

৪। খাবা কাপনরম নোংজেং হুন্নরম — খাবা নোংজেংববু কেগে মোইরাং চাওবা মেলৈবা সৌপোন শানৌ ঙম্বগী তেন্না কাপথুদুনা নোংমনখিবা মফম । খাবা নোংজেংবগা লোয়ননা মপারী শঙ্গাই তেনহনবগা মমোম কাঙ্গম ঈচুক্লীসুঙ মখোয় অহুম্মক ফুঙ্গা লোংজুম ওই খমকোই কারোং ওইনা নোংমনখি । অদু নোংগীবু খাবা কাপ্নরম নোংজেং হুন্নরম কৌনখি।

৫। খোইপীনা নম্‌লনৱাই — খোই মপীনা লৈনুংদা থেন্দুনা লৈবা লম ।

৬। হৈচেং লোয়নাই চাককমৱাই — তেংথা নাওই ঈশৈগী মহুত্তা চাকপু কৎনফম ।

৭। তাঙনম লোয়নাই য়ুশিনৱাই — য়ুনা মহুৎ শিন্দুনা য়ু কৎনফম ।

৮। মচেং কাইরৈ নুমানবনা শারেন শাশিন্‌ৱাই — য়েন্নাউনা শারেন শাগী মহুৎ শিন্দুনা কৎনফম ।

৯। লাইসনা য়ুমমথৈ — লাইসনানা পাখংবগী মউনবু থৈদুনা থমফম ।

১০। থোঙবম মনাউ তিনবা চামবা — শঙথোঙ খুদিং তিল্লবা, শঙ খুদিং তিল্লবা ।

১১। চংনিং হেনবা পানবনা পানবা খুৎকুম শঙনে — সনা লুপা অরু অহেন শেৎ চাবশিংনা পান্নবা শঙনে ।

১২। মৈদিংঙু শামৈরাং য়োইবেনবা — খৃ: ৫১৮ দগী ৫৬৮ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ ।

চাম্বা, চংনিং হেন্বা পান্বনা পান্বা খুৎকুম্ শঙ্নে । মৈদিংঙু শামৈরাং য়োইরেন্বনা হুয়েন্ লান্চাক্ চানা পূঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি কুম্বা নিংথৌ শোয়ফম্বা, শাফু তম্ য়েক্লবা, লাংহৈ তম্ ফিপান্বা, চীংকা পাক্পা পান্বা খোংখৈনবা, চীংথরাউ পান্বা তুংথাংনবা, ঙাংচেং ঙঙ্লীনবা ফানা পূঙ্নে । লাইরেন মৈদিংঙু পুন্সিবা শঙ্লেন্য়াইনে । মদাইরেম্ হুয়দ্রোন্ তেংমাইথিন্বা পান্বা কৈদান্লোয়না লীরী থমোই তিং লকা তেন্মৈ লাক্না, ব্রাইরা শেংগম্ থোংববু পাখং খুৎপী য়ৌরাই মেন্না তেন্শীঙ্বা শঙ্লেন্য়াইনে । হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং

---

১৩। হুয়েন লানচাক চানা পূঙনে — মৈদিংঙু শামৈরাংনা শেল্লোয় লংমাইগী লমদা লৈবা কুম্বা লান্দাবা চৎলমদাইদা লানচাক চাখিবা পূঙনে ।

১৪। কুমবা নিংথৌ শোয়ফমবা — শেল্লোয়গী লমদা লৈবা থেবা ঙানৈপাত্তা ঙা ফাবা কুম্বা নিংথৌ শোয়ফম্বা ।

১৫। লাংহৈ তম ফি পানবা — চহি চুপ্পদা ফি অপানবা অঙৌববু শেৎ চাবা ।

১৬। শাফু তম য়েকলবা — শাগী মতৌগুম্না য়াম্না কন থৌরবা ।

১৭। চীংকা পাকপা পানবা খোংখৈনবা — অচৌবা চীংজাউদা পানবা কৈনা হাইনা হুম্না খোংদুনা পানবগুম পানবা ।

১৮। চীংথরাউ পানবা তুংথাংনবা — চীংথ্রাউ অঙৌবগী লৈ তুংদা থেৎপা ।

১৯। ঙাংচেং ঙঙ্লীনবা ফানা পূঙনে — ঙাংচেং ঙঙ্লীনবা কৌবা কুম্বা নিংথৌ শোয়ফম্ববু ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

২০। লাইরেন মৈদিংঙু পুনসিবা শঙলেনয়াইনে — খৃ: ১৪০৪ দগী ১৪৩২ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ পুনসিবগী অথোইবা শঙলেন্নে ।

২১। মদাইরেম হুইদ্রোন তেংমাইথিনবা — মৈদিংঙুগী মনাই চৈরাপ্তা ফম্বা হুইদ্রোনহনবগী ফম পায়বা ফম্নাইবা ।

২২। পানবা কৈদানলোয় — কৈ তানবদা য়াম্না হৈ শিংলবা মীওই।

২৩। লীরী থমোই তিং লকা তেনমৈ লাকনা — তেন কাপ্পদা লীরী অদু থম্মোই মপা য়ৌনা চিংলগা খুৎকাপ কন্না কাপ্পা ।

২৪। ব্রায়রা শেংগম থোংবা — তেনগী লীরী অদুবু চিংলগা লৈবা ।

২৫। পাখং খুৎপী য়ৌরাই মেননা তেনশীঙ্বা শঙলেন্য়াইনে — লীরীবু খুবীগী মরু য়ৌনা চেৎন পায়দুনা তেনশীঙবা শঙলেন্নে ।

২৬। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লান ঙমঙৈদি ।

২৭। মোইমিৎ লৈচুবা — মরাল লৈরবা মীবু মমিৎ কোৎথোক্লুনা দন্দি পীবা; মী নক্ত্রগা শা শনগী মমায় মমিত্তা য়েকশিন খোৎচিন্দুনা থম্বা; য়েকশিন খোৎচিল্লবা পোৎশক অমবু উ কারোং শেন্নগা য়ান্দুনা থম্বা ।

অরেরা কাপাসু সন্থিল্ লাংমৈবা ফানা শঙ্নে । নোংয়ায় অরীক্ খূবা খুমন্ পাংখাইচাম্ববু মোইমিৎ লৈচু শঙ্নে । তুবী কোইজা য়েক্, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তম্না, থাঙ্ঙা য়ুম্লাই থিংনা শঙ্নে । খুন্বী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা, লৈখাম্ তারে য়ান্না হেন্মোই শঙ্নে । কেগে মোইরাং কুম্ওন্বী কুম্ওন্বা ফানা শঙ্নে । হুয়েন্ শীংমীৎ কতন্ববু লৈমু শেংথাক্ শঙ্, লৈহৌ শেংওই শঙ্নে । থাঙ্য়ি তোইবী মশু চেংলৈ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । খুন্জান্ অচীং চীংশোং মচন্ নারুম্

---

২৮। মোইমিৎ লৈচু শঙনে — মৈদিংঙু পুমসিবগী শঙলেন অসিদা লানফা ওইনা ফারকখিবা খুমনগী অরীক খুবা পাংখাইজাম্ববু মোইমিৎ লৈচুনখিবা শঙনে ।

২৯। তুবী কোইজা য়েক — তুবী লাইরেন পাখংবগী কোইরপ তৌবা ময়েকপু মৈদিংঙুগী মমাইবনা শঙলেন অসিদা য়েক্তুনা ।

৩০। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা — লাইরেনগী য়াঙগী শাথেক অদুবুসু তম্না য়েক্লদুনা ।

৩১। থাঙঙা য়ুমলাই থিংনা শঙনে — তীনমু লাইমু, য়ুমলাইথোক ফত্তবনচিংবা পুম্নমবু থিংলবা অথোইবা শঙলেন্নে ।

৩২। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা — লোইরেন খুনবীরোক্কী নোংলৈশং পাম্বীনা ফৈনা থিংলবা শঙলেন্নে । নোংলৈশং পাম্বীনা থাঙঙা য়ুমলাই থিংবদা শীজিন্নরকপসি য়াম্না লিরবা মতমদগী চৎনরক্নে । পামা মচল থীঙঙা তাউবীনা মবুংবু য়ুকৌবদা মথিং লাইরেন্না খুনবী নোংলৈশংবু থাঙঙা য়ুমলাই থিংবদা শীজিন্নৌও হায়না কুবিরম্মী । অদুদগী হৌনা পাম্বী অসিবু য়ুমলাই থিংবদা শীজিন্নরকখি । য়োইমোংবা তাউথিংমাঙ অনীনা মোংবা থাঙঙা য়ুমজাউ শাবদা য়ুম অদুদা লাইগী ময়েকপু য়েক্তুনা হাপখি-"মমাইপা কোনতে খুৎচুম মাই সিনাই মাইকা সকপনা তুপী কোইচা য়েক লাইরেন য়াঙলী সোনপু তমনা খুনবী নোংলৈসংনা ফৈথিংনা লৈখাম তারে য়াননা হেনমোইলে।" -— তুতেংলোন ।

৩৩। লৈখাম তারে য়াননা হেনমোই শঙনে — লৈখাম পাম্বী য়াম্বদুনা লৈতেংলবা শঙ ।

৩৪। কুমওনবী কুমওনবা ফানা শঙনে — অসিগুম্বা শঙলেন অসিদি কেগে মোইরাংগী কুমওনবী কুমওনববু ফানরকখিবা শঙনে ।

৩৫। লৈমু শেংথাক শঙ — লৈবাক তৌথোক্তুনা শীংমীৎ কতনববু ফুমদুনা ।

৩৬। লৈহৌ শেংওই শঙনে — থোনগত্তুনা শেম্লবা পূঙ অদুবু শেংদোক্তুনা মওং তাহন্দুনা লান্দা ফারকপা শীংমীৎ কতনববু লৈহৌ কুম্মৈ তৌনখিবা শঙনে ।

৩৭। থাঙয়ি তোইবী মশু — চেংলৈগী ইরেম তোইবী লৈমগী মশুনুপা ।

৩৮। চেংলৈ অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা ইরেম তোইবীগী মশু চেংলৈ মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

লাক্পী (লামায় ৫)কজেং শাংবীবু, উহক্ শেংগম্ শানা, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্নে। মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন্ নোংমোইনু অহোঙ্বী চেঙ্বৈ কৈনে । কৈক্রন্ তেংমাইথিন্বা তরা চাংজিং কৈনে । হুয়েন্ লান্নীগীদি কবো মুংয়োং খুন্ঙম্ কৈ, চাব্রাই অথৌবা ফানা কৈনে । মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা শঙ্লেনয়াইনে । লোয়নাই অচোইবা শঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি হাওরৈ লাইনা পাংবরম্ থিংবা লাইফা চীংগী মরাম্ নিংথৌ কাঙ্লেন্ মিংনাইববু মোইমিং লৈচু শঙ্, তুবী কোইজা য়েক্, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু

৩৯। অহোঙ লান্য়ানফমনে — মীহাৎফম মীহাৎপুঙনে ।

লামায় ৫

১। উহক শেংগম শানা — উ য়ুংদুনা হক্তুনা শেঙ্গম শাদুনা মী হাৎনবা শেম শাবা ।

২। মীয়ানফম — মীবু থাঙনা য়াম্দুনা হাৎফম — " ঐবু হুয়েং কেগে মীয়ানপূঙ মোইরাং মীতুফমদা নোংমললো হায়রঙৈনে । থাঙলেন কোমসৎপা লাংকোই সরি থোকপবু সোংকিয়ে" - শলকাও ।

৩। অহোঙ মীয়ানফমনে — থাঙয়ি চেংলৈ অহোঙবনা অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা খুনজান অচীং চীংশোংগা মচন নারুম লোকপীগবু মীয়ানফমদা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

৪। নোংবাললোন নোংমোইনু অহোঙবী — মৈদিংঙু খুইয়োই তোম্পোক্কী লোয়নবী অঙোম চনু নোংমোইনু অহোঙবী ।

৫। চেঙবৈ কৈনে — চেঙ পৈদুনা থমফম কৈনে ।

৬। কৈক্রন তেংমাইথিনবা — কৈ পান্নবগী মকোক ওইরিবা ফম্নাইবা ।

৭। ১০ চাংজিং কৈনে — ফৌ চেং পৈনফম কৈনে ।

৮। কবো মুংয়োং খুনঙম কৈ — হৌজিক্তি ওব্রা লৈবাক্কী মনুং চনখ্রবা কবোদা লৈবা মুংয়োং কৌবা লম অদুবু খুদুম চল্লকঙৈদা শাখিবা কৈনে ।

৯। চাব্রাই অথৌবা ফানা কৈনে — মুংয়োং লৈবাক্কী চাব্রাই কৌবা লান্দা থৌববু ফারকঙৈদা শাখিবা কৈনে ।

১০। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা শঙলেনয়াইনে — মৈদিংঙু খাগেম্বগী (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) অথোইবা শঙলেন্নে ।

১১। লোয়নাই অচোইবা শঙনে — শঙলেন অসিদি অচোইবা কৌবা শঙলেন অদুনে।

১২। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লান্দা ফারকখিবদি ।

১৩। থিংবা লাইফা চীং — চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদ-নাদবা খুল থিরকপদা ঈশিং য়াম্না চাউরকপবু নৃঙনা পল থিংবদা পাথদুনা চেল্লে । অদুদগী থিংবা কৌখি । — পোইরৈতোন খুম্বোকপা ।

তম্না, থাঙ্ঙা য়ুম্লাই থিংনা শঙ্নে । খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা,লৈখাম্ তারৈ য়ান্না হেন্মোই শঙ্নে । মরাম্ থৌবী নূঙ্লাম্ কৈশি চীংগী খাঙ্পু লান্থৌয়াঙ্বু লৈমু শেংথাক্না লৈহৌ শেংওই হোঙ্না শঙ্নে । নূঙ্খান্ খুন্ঙম্ শঙ্নে । হুয়েন্ লান্চিংপু মিংনাইবা ফানা শঙ্নে । তাংজা লিল্হাখোংনে । খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে । কংলৈ লম্মরু কাইবা লম্ মখানে । তৌরাংবম্ চেংলৈ অহোঙ্বা কাইবা মশুমাঙ্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি শানম্ লাক্পা শঙ্নোঙ্বা,

---

১৪। মরাম নিংথৌ কাঙ্লেন মিংনাইবা — মৈদিংঙু খাগেম্বনা লান্দা ফারকখিবা অরাং মাইগৈদা লৈবা থিংবা লাইফা চীংগী মমিং চৎলবা মরাম নিংথৌ কাঙ্লেন।

১৫। মোইমিং লৈচু শঙ — মৈদিংঙু খাগেম্বগী শঙলেন অসিদি লানফা ওইনা পুরকখিবা মরাম নিংথৌবু মোইমিং লৈচুনখিবা শঙনে।

১৬। তুবী কোইজা য়েক — মৈদিংঙুগী মমাইবনা শঙলেন অসিদা তুবী লাইরেনগী কোইরপ তৌবা ময়েকপু য়েক্লুনা।

১৭। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা — শঙলেন অসিদা তুবী লাইরেনগী য়াঙগী শাথেক অদুবুসু তম্না য়েক্লুনা।

১৮। থাঙঙা য়ুমলাই থিংনা শঙনে — তীনমু লাইমু, য়ুমলাইথোক ফত্তবনচিংবা পুম্নমবু থিংলবা শঙলেম্নে।

১৯। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা — অদুগী তুবী লাইরেন পাখংবনা মচনুপীদা থাঙঙা য়ুমলাই থিংনবা কুবিরম্বা নোংলৈশং পাম্বী অদুগুম্বনা ফৈনা থিংলবা শঙলেম্নে।

২০। লৈখাম তারৈ য়াননা হেনমোই শঙনে — লৈখাম পাম্বী য়াম্থদুনা লৈতেংলবা শঙনে।

২১। মরাম থৌবী নূঙলাম কৈশি চীং — চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদবা হেম্বা নাদববু খুনথিরকপদা থৌদু নূঙবু লাম্না কাখিবদা পানবা কৈসুং শিদুনা লৈরম্মী। অদুদগী মরাম থৌবী নুঙলাম কৈশি চীং কৌখি।— নিংথৌরোন লম্বুবা।

২২। খাঙপু লানথৌয়াঙ — মরাম চীংগী লান্দা য়াম্না থৌবা খাঙপু কৌববু।

২৩। লৈমু শেংথাকনা — লৈবাক তৌথোক্লুনা খাঙপু লান্থৌয়াঙবু ফুমদুনা।

২৪। লৈহৌ শেংওইননা হোঙনা শঙনে — থোনগৎলবা পূঙ অদুবু শেংদোক্লুনা মওং তাহন্দুনা মরাম নিংথৌ খাঙপু লানথৌয়াঙবু লৈহৌ কুম্মৈ তৌনখিবা শঙনে। (মৈদিংঙু পাইখোম্বা হাক্তক শকাব্দ ১৬০৮ দা শন হুবা মী ফারক্লুনা লৈহৌ কুম্মৈদা মোইরাংখোমদা হাৎনৈএ।—চৈথারোল কুম্বাবা)।

২৫। নূঙখান খুনঙম শঙ — খা নোংপোক মাইগৈ পাংবদা লৈবা নূঙখান কৌবা খুল অদুবু ঙম্নখিবা শঙনে।

২৬। তাংজা লিলহাখোংনে — কংলাদগী মোইরাং খা লাইজিরোমদা চেম্থখিবা খোং।

তাংজারাক্পা শামু লোইববু, উই পৌদোং লোন্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে। মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা অহোঙ্ য়ুনাইফম্নে । লৈকাই শারেন্ শায়েন্ পূঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি লাংগোই থিংক্রাচেংদি খাগা-থা, থোংনাং ময়াং য়াখারেক্তী য়াইকাচন্, থৌদু নম্শানা ওইনন্ নম্ফেল্ নূঙ্দি থক্কা থোন্না লৈমু শেংথাক্ পূঙ, লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে । লোয়য়ম্ ঙাংঙোই অহোঙ্বা পান্বা লোয়নাই নুংয়েংচেং পান্বা কৈশক্পা (লামায় ৬) কৈরেল্ তেংথাবা, ফৈদা তেংমাইথিন্বা লীচৈ তোরান্ শূবা কাইবা

---

২৭। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — য়াইগুল্লবা অথোইবা খোংলেননে ।

২৮। কংলৈ লম মরু কাইবা লমমখানে — কংলৈগী লম মকোক কাইবগী মখানে ।

২৯। তৌরাংবম চেংলৈ অহোঙবা কাইবা মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা চেংলৈ শলাইগী তৌরাংবম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

৩০। অহোঙ লানয়ানফম — অহোঙ কুম্মে তৌদুনা মীহাৎফমনে।

৩১। উই পৌদোং লোন — উই কৌবা ব্রা মপুম ফৈদুনা লোন্দুনা মী হাৎনবা শেম শাবা।

৩২। অহোঙ লানয়ানফমনে — হুয়েন লান্দা ফারকখিবা শানম লাকপা শঙনোঙবগা তাংজারাকপা শামু লোইবগা অনীবু উই পৌদোং লোন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

৩৩। শেনবী খাগেমবা অহোঙ য়ুনাইফম — মৈদিংঙু খাগেম্বনা অহোঙ কুম্মেদা য়ু থক্ল খিবা মফমনে ।

৩৪। শারেন শায়েন পূঙ -- শারেন শাবু য়েন্দুনা চানখিবা পূঙনে ।

৩৫। লাংগোই থিংক্রাচেংদি খাগা থা — মৈদিংঙু খাগেম্বনা ময়াং লান্দা লোকহৌবা লাঙ্গোই শামু থিংক্রাচেংবু লৈবাক মখা থংবদা থাদুনা ।

৩৬। ময়াং য়াখারেকতী য়াইকা চন — ময়াং অথৌবা য়াখারেক্লা ময়ায়দা হাপ্তুনা।

৩৭। থৌদু নমশানা ওইনম নমফেল নূঙদি থককা থোননা — মমিং থৌদু নমশানা হায়না খঙনবা নূঙ মখল অদুনা খ্বাইগী মথক থংনা হাপ্তুনা ।

৩৮। লৈমু শেংথাক পূঙ, লৈহৌ শেংওই পূঙনে — লৈবাক তৌথোক্লুনা লাঙ্গোই শামু অমদি য়াখারেক অথৌববু ফুল্লগা মথক্তা থোনগৎলিবা পূঙ অদুদা লৈহৌ কুম্মে তৌদুনা মৈদিংঙু খাগেম্বনা য়ুনৈনখিবা পূঙনে ।

৩৯। লোয়য়ম ঙাংঙোই অহোঙবা — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা মোইরাং মচা অথৌবা ।

৪০। পানবা কৈশকপা — পান্বা কৈগী মতৌগুম্না কন থৌরবা মীশক ।

লামায় ৬

১। কৈরেন তেংথানবা — মথৌনা মপাঙ্গলদা কৈগুম্না শিংথানরবা মীওই।

২। ফৈদা তেংমাইথিনবা — ফৈদা লোয়শঙগী মকোক ওইবা ফম্নাইবা ।

৩। লীচৈ তোরান শূবা — লীচৈনা মখুৎশূ ওইনা পায়বা ফম্নাইবা।

মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্নে । থিংবা নিংথৌ মীৎতেং লান্থৌয়াঙ্ ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী কিয়াম্বনা সনা পোল্লাং লোক্এ । সনা লাংখোং লুপা পোল্লাং খোংনে । খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে । কাইবা লম্ মখা য়াংলৌ লম্ মরুনে । লৈনুং অশৈবা খাবা লাংথংচা তাউরোই পূঙ্লেন্গী অশৈ পন্মাবা শঙ্লেন্য়াইনে। মৈদিংঙু শেন্বী কিয়াম্বা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি ঈরোঙ্ লান্চাই শঙ্, শাহোঙ্বী শাহোঙ্বা, লীক্চোম্বী লীক্চোম্বা ফানা শঙ্নে । কাওরেন্

---

৪। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মে পাংথোক্লবা থোন্দুনা শেম্লবা পূঙ ।

৫। থিংবা নিংথৌ মীৎতেং লানথৌয়াঙ — মরাম থৌবী নুঙলাং কৈশি চীংদা লৈবা থিংবা খুলগী মীৎতেং কৌবা লান্দা য়াম্না থৌবা নিংথৌ ।

৬। মৈদিংঙু শেনবী কিয়ামবনা সনা পোল্লাং লোকএ — মৈদিংঙু কিয়াম্বনা (খৃ:১৪৬৭-১৫০৮) সনা পোল্লাং লোকখিবা খোং ।

৭। সনা লাংখোং লুপা পোললাং খোংনে — সনা লুপা ফংখিবা ঈরমনে ।

৮। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — য়াইগুম্লবা অথোইবা খোংলেন্নে ।

৯। কাইবা লম মখা য়াংলৌ লমমরুনে — কাইবগীদি মখা য়াংলৌগীদি লম মকোকনে ।

১০। লৈনুং অশৈবা খাবা লাংথংচা — পোইরৈতোন্না খুম্থোরকপদা থোরকখিবা ঈশৈ শকপা পেনা শকপা মীশক ।

১১। তাউরোই পূঙলেনগী — পূং য়ৈবগী ।

১২। অশৈ পনমাবা শঙলেনয়াইনে — পেনা লোয়শঙনে ।

১৩। মৈদিংঙু শেনবী কিয়ামবা থেমথা য়োইথোন শঙনে— মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্ববু (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) থেমথরকখিবা থোনগৎ হাপকৎলবা শঙনে ।

১৪। ঈরোঙ লানচাই শঙ — অৱাং মাইগৈদা লৈবা কৌবা ঈরোঙবু লান ঙম্লখিবা শঙ । "নুংবান চীংখোঙকোয় মনাউগা লুৱাং য়াউশা তানবগা শাগী শারম লীবদা লুৱাং য়াউশা তানবনা মাগী তা হুম্লকপদা শাগী মনমগন্দা খেৎলগা থৈদোকপা তানা লুৱাং চীংখোঙকোয়গী মফৈগন্দা পান্দুনা হুয়েন লান্দা শোকপগুম লোংনা তাখ্রে। অদুদগী অৱাং কৌবা ঈরোঙ লান্দায়ি কৌখি ।" — নিংথৌরোল লম্বুবা ।

১৫। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা থেমথা য়োইথোন শঙ — মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্ববু (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) থেমথরকখিবা থোনগৎ হাপকৎলবা শঙ।

১৬। হুয়েন লাননীগীদি — হুয়েন লান শোক্লৈঙদি ।

১৭। থোংনাং খুনঙম শঙ, ময়াং লানচাই শঙনে — মৈদিংঙু খাগেম্বনা ময়াং লান্দারকপশিংবু মায়থীবা পীদুনা লান ঙম্লখিবা শঙনে ।

ঈরুম্বা হোঙ্না শঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী কবোম্বা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্নে । লম্শোং খুন্ঙম্ শঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি সনরীক্ চংনিং লাংমৈরেম্বা ফানা শঙ্নে । কাওরেন্ শল্রিংবা হোঙ্না শঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি থোংনাং খুন্ঙম্ শঙ্, ময়াং লান্চাই শঙ্নে । তেক্করাজা নারন্ অথৌবা ফানা শঙ্নে । লাংগোই শামু কুন্থ্রাদি মোইমিৎ লৈচু শঙ্নে । তুবী কোইজা য়েক্, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তম্না, থাঙ্ঙা য়ুম্লাই থিংনা শঙ্নে ।

---

১৮। তেক্করাজা নারন অথৌবা ফানা শঙনে — থোংনাং লাঞ্জিংবা তেক্করাজা অথৌববু ফানরকখিবা শঙনে।

১৯। লাংগোই শামু কুন্থ্রাদি মোইমিৎ লৈচু শঙনে — ময়াং লান্দা লোকহৌবা শামু কুন্থ্রাবু মমায় মমিত্তা য়েকশিন থোৎচিন্দুনা থম্লখিবা শঙনে ।

২০। তুবী কোইজা য়েক — অসিগুম্বা শঙলেন অসিদি মৈদিংঙুগী মমাইবনা তুবী লাইরেনগী কোইরপ তৌবা ময়েকপু য়েক্লবা শঙনে ।

২১। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা — তুবী লাইরেনগী যাঙগী শাথেক অদুবুসু তম্লা য়েক্লবা শঙনে ।

২২। থাঙঙা য়ুমলাই থিংনা শঙনে — শঙলেন অসিদি তীনমু লাইমু য়ুমলাইথোক ফত্তবনচিংবা পুম্নমবু থিংলবা শঙনে ।

২৩। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা — তুবী লাইবেন পাখংবনা মচন্নপাদা থাঙঙা য়ুমলাই থিংনবা কুবিরম্বা নোংলৈশং পাম্বীনা ফৈনা থিংলবা শঙলেন্নে ।

২৪। লৈখাম তারৈ য়াননা হেনমোই শঙনে — লৈখাম পাম্বী য়াম্বদুনা লৈতেংলবা শঙনে।

২৫। কাওরেন থোইগা পাক — নিংথিজরবা অথোইবা শল লাবা ।

২৬। মানবী চীপাকপা — মচী পাক্লপা শন ।

২৭। থোইনু অহোঙবী ঙাতাশন — থোইনু অহোঙবীগী ঙা ফাকমদা শজিক চাবা শন ।

২৮। থোইনু অহোঙবী — "লাইসনা খোইমোম লাইনা সাবীনা কংলৈপূঙ খোঙনেৎ ঙমদবগী মালেম তমপাক লৈনেমথক কোরৌ ব্লাংবা কোনদা থোইনু অহোঙবী লৈন সানা সালথুপখিএ ।" - পাখংবা ফম্বাল ।

২৯। য়িংথি পামহৈবা — মৈতৈ লৈমা খুমন চনু চানদা পোংলেনখোম্বীগী কাওরেন।

৩০। খারী মতমপাকতা চাকতাশন — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্তা লৈখ্রবা কবো খারী কৌবা লম অদু য়ৌনা চাক্তাদুনা শজিক চারুবা শন ।

৩১। মানবী হৈরোম কাও — চীংখোঙ পোইরৈতোন্না খুম্থোরকপদা খুম্থোং থিংলম্বা থৌদু নূঙথোঙ অদুবু কনামত্তনা হাঙবা ঙমদ্রবদা সনা লোঙখুম তোম্লা মচী য়েৎথংবনা হাইদুনা নূঙথোঙ হাঙখিবা শন ।

4744 81



খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা, লৈখাম্ তারে য়ান্না হেন্মোই শঙ্নে । কাওরেন্ থোইগা পাক্, থোইনু অহোঙ্বী ঙাতাশন্, মান্বী চীপাক্পা য়িংথি পাম্হৈবা, খারী মতম্পাক্তা চাক্তাশন্, সেনাপতি ফানা শন্বু হোঙ্না শঙ্নে । পোইরৈ খুনজাউবা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্ । হুয়েন্ খোম্মারেংবা অথৌবা হোঙ্না শঙ্নে । মান্বী হৈরোম্ কাও, কাওরেন্ নোংদম্ শন্, চীংথংশন্ লাইমান্বা, কশোম্ শন্ চীবংবা, চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্ খুন্থোক্ শন্, পোইনাউতোন্ খুন্ফাও শন্বু হোঙ্না শঙ্নে ।

---

৩২। কাওরেন নোংদম শন — লাইনা তল্লক্লবা শন ।

৩৩। চীংথং শন লাইমানবা — লাইগুম্মা ফজরবা চীংগী শন ।

৩৪। কসোম শন চীবংবা — কসোমগী মচী পংবা শন ।

৩৫। চীংখোঙ পোইরৈতোন খুনথোক শন, পোইনাউতোন খুনফাও শন — পোইরৈতোনপোইনাউতোন্না খুম্থোক্লকপদা য়াওরক্লবা শন ।

লামায় ৭

১। মৈদিংঙু লাইরেন পুনসিবা শঙলেনয়াইনে — মৈদিংঙু পুনসিবগী (খৃ: ১৪০৪-১৪৩২) অথোইবা শঙলেন্নে ।

২। মদাইরেম নাকখঙ শিলহৈথোইবা — খুৎ-শা হৈরবা মৈদিংঙুগী মনাই ।

৩। মিৎয়েং নানীবোংবা — মিৎয়েং শোয়বা লৈত্রবা ।

৪। হিংঙোল লাকলৌ শীনবা — ঙাংলৈনবা হঙ্গাম মপান মচু তৈবা ।

৫। চমেন চিদাই খোমবা — নাপু মচুনা মতাইদা খোমবা ।

৬। শংগাই য়াঙনম শূবা — য়ুমগী য়াঙ মথক্তা হাপ্পা উ নত্তুগা ৱাশাংনচিংবা নিংথিজনা হাপ্পা হৈরবা খুৎহৈবা মী।

৭। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লান শোক্লুঙৈদি ।

৮। হুয়েন চংনিংতাউবা ফানা শঙনে — মানথা খুলগী মনিংথৌ চংনিংতাউববু লান্দা ফানরকখিবা শঙনে ।

৯। থিংকুচম নোংয়ায় অহোঙবা য়াংলৌ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা খুমন শলাইগী থিংগুজম মচা অথৌবগী কংলৈ মশুমাঙ ।

১০। তীংয়ি মাঙশোকলম — য়ুমগী নাকথরোম থংবা মপাগী শুমাঙগী শরুক।

১১। অহোঙ মীয়ান্নবদি — থিংগুজম মচা অথৌবগী মশুমাঙদা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবদি ।

১২। পাসি উয়ানখু উয়ানহনপু — খুমন নিংথৌ থিংকোন হনবনা পাসি খুলদা লান্দাদুনা ফারকখিবা উয়ানখু উয়ানহন অনীবু ।

১৩। লাললু থরোন নীকনা — মকোক মথা থক থক নীকনা ।

মৈদিংঙু লাইরেন্ পুন্সিবা (লামায় ৭)শঙ্লেন্য়াইনে । মদাইরেম্ নাক্খঙ্ শিল্হৈথোইবা মিৎয়েং নানীরোঙ্বা, হিংঙোন্ লাক্লৌ শীন্বা, চমেন্ চিদাই খোম্বা, শংগাই য়াঙ্নম্ শূবা শঙ্লেন্য়াইনে । হুয়েন্ লান্নীগীদি মান্থা খুন্ঙম্ শঙ্, হুয়েন্ চংনিংতাউবা ফানা শঙ্নে । থিংকুচম্ নোংয়ায় অহোঙ্বা য়াংলৌ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ মীয়ান্বদি, হুয়েন্ লান্নীগীদি পাসি উয়ান্খু উয়ান্হনপু লাল্লু থরোন্ নীক্না, তন্মু য়াঙ্তেক্না তন্হাউ শাইতাননা, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্নে । অহোঙ্ য়োইথোন্

---

১৪। তনমু য়াঙতেকনা — তনমু কৌবা উনা অহোঙ যুমগী য়াঙতেক ওইদুনা ।

১৫। তনহাউ শাইতাননা — তনহাউ কৌবা উনা যুমগী শাই তাদুনা ।

১৬। অহোঙ মীয়ানফমনে — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা পাসি কৌবা লমগী উয়ানখু উয়ানহনবু মঙক কক্তুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

১৭। অহোঙ য়োইথোন পূঙদি — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনগক্তুনা শেন্নবা পূঙদি ।

১৮। লৈমু শেংথাকনা লৈহৌ শেংওই পূঙনে — মোইরাংগী লাংমৈ থুমজাউস্বু লৈমু শেংথাক্তুনা লৈহৌ শেংওইদুনা লৈহৌ কুম্মৈ তৌনখিবা পূঙনে ।

১৯। নুংবান তিনবীজামবা য়াংলৌ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লুৱাং মচা তিনবীজাম্বগী মশুমাঙদা ।

২০। তীংয়ি মাঙশোকলমদা — যুমগী নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী শরুক্তা ।

২১। মনাইনা মপু শাবা নিংথৌ মাঙদা চৎপা — নিংথৌগী মাঙদা চত্তুনা নিংথৌ শাবা ।

২২। খাঙকোই য়াঙনম শেনবা — নিংথৌগী খ্বাংদা কোয়না য়েত্তুনা শেৎলিবা ফিবু শেন্নরিবা নিংথৌগী মনাই ।

২৩। চৈরৈ ফিয়িন খানববু — মফি ইন্নফিবু খন্দোক্তুনা নিংথৌগী থৌগল তৌববু ।

২৪। লিরেন পাগা ফন্না — লিরেন কৌবা যুম কৈনচিংবা শাবদা শীজিন্নবা লী মখল অদুনা তিংদুনা পুন্দুনা ।

২৫। অহোঙ লানয়ানফমনে — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা কেগে মোইরাংগী চীংঙামি চীংঙাজাউ কৌববু থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

২৬। থরা নাউশুমচা — খা মাইগৈগী লাংমৈথেৎ কৌবা লমগা নাতৈননা লৈবা পাসি খুলগসু ঙমলোন্নবা থরা কৌবা লমদা লৈবা নাউশুমচা ।

২৭। খুনজান নারেকশাং — খা মাইগৈদা লৈবা হৈরেম খুঞ্জানগী নারেকশাং কৌববু ।

২৮। কানম চীংনিংথৌ — খা মাইগৈগী হিয়াংলম কৌবা লমগা ঙমলোন্ননা লৈবা কানম চীংগী নিংথৌ হাওমায়পাক হাওনমশাং; মমায় পাকপা মনঙ্গন শাংবা হাও ।

২৯। মেনদে নিংথৌ তাংনমপুগা লাললু থরোন নীকনা — মেন্দে নিংথৌ তাংনমপুগা লোয়ননা মকোক মথা থক থক নীকনা ।

পূঙ্দি কেগে মোইরাং সনা লাংমৈ থুম্জাউসুবু লৈমু শেংথাক্না, লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে। নূংবান্ তিন্বীজাম্বা য়াংলৌ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্দা, অহোঙ্ মীয়ান্নবদি, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং চীংঙামি চীংঙাজাউ, মনাইনা মপু শাবা, নিংথৌ মাঙ্দা চৎপা, খাঙ্কোই য়াঙনম্ শেন্বা, চৈরৈ ফিয়িন্ খান্ববু, লিরেন্ পাগা ফন্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে। উই ব্রাকোন্ পাম্বা ব্রাকোন্ লোইরেম্বা য়াংলৌ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি থরা নাউশুম্চা, খুন্জান্

৩০। লৈমু শেংথাক পূঙ লৈহৌ শেংওই পূঙনে — লৈমু শেংথাক্না লৈহৌ শেংওইদুনা লৈহৌ কুম্মৈ তৌনখিবা পূঙনে।

৩১। মৈতৈ লৈমা নোংবাললোন লিনথোইঙমবী — অঙোম নিংথৌ নোংপোক কাওশোম্বগী মচা ইবেম্মা মৈদিংঙু নিংথৌথোম্বগী লোয়নবী।

৩২। তাংখুল হাওতোনবা তেবসু — মৈতৈ লৈমা লিম্থোইঙম্বীনা ফাবকখিবা নোংপোক মাইগৈদা লৈবা তাইতন শূনা চীংগী নিংথৌ তাংখুল হাওতোনবা। তাইতন কৌখিবদি —"চীংখোঙ পোইরৈতোনগা লৈমা লৈনাউতাবীগনা লোইবী শিদবা হেমবা নাদববু খুনথিরকপদা চৈরৈ মফিবু ব্রাৎলবগী ইয়োং কোতিং-থাং শূনা লংলৌ-থিনা চৈরৈ ময়িনফিবু শারমএ। শূনা চীং-ও কৌএ। চৈরৈ মরাক অপিকপবু তাইদুনা মেন্দুনা থারমএ হায়বগী তাইতন কৌএ।" — পোইরৈতোন খুম্থোকপা।

৩৩। মাথাম চীংনিংথৌ মিংনাইবা ফানা পূঙনে — মৈতৈ লৈমা লিম্থোইঙম্বীনা তাইতন খুলগা ঙমলোন্ননা লৈবা মমিং চৎলবা মাথাম চীংনিংথৌগা তাইতন নিংথৌ হাওতোনবগা ফাবকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে।

লামায় ৮

১। য়াংলৌ লম্মহন— য়াংলৌ কৌবা অথোইবা লমনে। য়াংলৌ কৌখিবদি —"নুংবান কাংবা নুংশল তানবনা কাউরেল মশল-চা মানবী লীহেপ্পা কাউরেল কোন্দেববু তান্নরকঙৈদা তালোই মরুম্বী থেংনববু করিমতা হায়বীরমদনা চৎখিবদা তালোই মরুম্বী চীনফুরোন তীনমেনবীনা মরুম্বী ঐঙোন্দা হায়নিংঙাইবু লৈবসু পাউমেল্লমদে হায়না মোমনু চীনকোয় ময়াথংবু পন্না পন্না শোল্লময়ে। অদু নোংগীবু য়াংলৌ লৌচিনবাল্ কৌথি। মথংলেনগী মার মখোঙগুনবু ইন্দাল্লকপদা শমু মখুদোনবু য়াংলে, য়াংলৌ ও তৌনা কৌয়ে।" — নিংথৌরোল লম্বুবা।

২। কংলৈ লৌচিনবাল্নে — য়াংলৌ লম্মহন্দি কংলৈগী ময়াদনে।

৩। মোইরাংলমবম লোয়য়ম অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা মোইরাংলম্বম মচা অথৌবগী শুমাঙ।

৪। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ মীয়ানফম — মোইরাংলম্বম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী কৌবুলাইজি থংবা মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে।

নারেক্শাং, কানম্ চীংনিংথৌ হাওমায়পাক্ হাওনম্শাং, মেন্দে নিংথৌ তাংনম্পুগা লাল্লু থরোন্ নীক্না লৈমু শেংথাক্ পূঙ্, লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে। মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন্ লিন্থোইঙম্বীনা তাংখুল্ হাওতোন্বা তেবসু, মাথাম্ চীংনিংথৌ মিংনাইবা ফানা পূঙ্নে । য়াংলৌ (লামায় ৮) লম্মহন্ কংলৈ লৌচিন্বাল্নে । মোইরাংলম্বম্ লোয়য়ম্ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি হৈরেম্ অকাংয়াং খুন্জান্ মকুয়াংবু, য়ুতীং মতাং তোয়না, অহোঙ্

---

৫। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমৌঙেদা ফারকপদি ।

৬। হৈরেম অকাংয়াং খুনজান মকুয়াংবু — হৈরেম খুনজানগী অকাংয়াং মকুয়াং কৌববু হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈদিংপান নোংপোক হাওরংশী লাইমল্লাং কৌবা মফমদগী লানফা ওইনা ফারক্লুনা ।

৭। য়ুতিং মতাং তোয়না— য়ু তীংদুনা, য়ু অতীংববু মরাং কায়না তোয়না তোয়না থক্লদুনা ।

৮। অহোঙ লানয়ানফম — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম্না অচা অথক অমদি য়ু পীথক্লুনা মীহাৎপুঙদা হৈরেম খুনজানগী অকাংয়াং মকুয়াংবু থাঙলেন কোমশৎনখিবা মফমনে ।

৯। খুন্নাই তাপুন্না খমলাং অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা খুন্নাই তাপুন্নাগী শুমাঙদা ।

১০। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈগীদমক থোনগত্লুনা শেল্লবা পূঙ ।

১১। ফানা পূঙনে — খুন্নাই তাপুন্নানা হৈরেম লুমজেং তাউববু ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

১২। মৈদিংঙু পুনসিবা শঙলেনয়াইনে — মৈদিংঙু পুনসিবগী (খ্য: ১৪০৪-১৪৩২) অথোইবা শঙলেন্নে ।

১৩। শীংচেপ মৈরা হায়জৌরোই য়েনথারেন তেংমাইথিনবা — মৈদিংঙু পুনসিবনা লিংখৎখিবা শীংচেপ মৈরা হায়জৌরোই কৌবা শঙগী মকোক ওইবা ফম্নাইবা ।

১৪। চাখা মরিং খুনঙম শঙ — মৈদিংঙু পুনসিবগী শঙলেন অসিদি নোংপোক মাইগৈদা লৈবা লোইবী চখা মরিংবু ঙম্লখিবা শঙনে । মরিং কাঙওইচীং কৌখিবদি — "নয়ুন্না চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদবা হেমবা নাদববু খুনথিরকপদা ময়িম লোইবী মচেৎমানা কাঙনা কাঙনা য়েংলময়ে । অদুদগী মরিং কাঙওইচীং কৌখি ।"— নিংথৌরোল লম্বুবা ।

১৫। মরিংববু — মরিং খুলগী নিংথৌবু ।

১৬। ন্নাকনা চানা লৈনৌবী — মরিং নিংথৌগী মচন্নুপী ন্নাক কৌবা ন্নাগী মনাবু লৈ ওইনা চিনবী ।

১৭। তেংনা চানা হেনমোইবী — তেংনা মনা চিন্দুনা লৈতেংবী কেজবী ।

লান্য়ান্ফম্নে। খুব্রাই তাপুব্রা খম্লাং অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ, হুয়েন্ লান্নীগীদি হৈরেম্ লুম্জেং তাউবা, খুন্জান্ য়াওন্ শাংবা মনাক্ পাংমা লৈখাং চাবা ফানা পূঙ্নে । তাংজবা পাউহৈথোং লিলাবা চানেৎথোং মৈদিংঙু পুন্সিবা শঙ্লেন্ য়াইনে। মদাইরেম্ নোংয়ায় শীংচেপ মৈরা হাইজৌরোই য়েন্থারেন্ তেংমাইথিন্বা শঙ্লেন্য়াইনে । চাখা মরিং খুনঙ্ম্ শঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি মরিংববু মচন্ ব্রাক্না চানা লৈনৌবী তেংনা চানা হেন্মোইবী, মথংলেন্ সেন্তাক্লেন্ মীরোংয়াইদি

---

১৮। লৈরাং শাথিবা ফানা শঙনে — মৈদিংঙু পুনসিবগী শঙলেন অসিদি মরিং নিংথৌনে মচনুপীনে মচনগী মপুরোইবনে অহুম্মবু ফানরকখিবা শঙনে।

১৯। শঙলেন নাকতৈমদি — শঙলেন অসিগা থংনবা অতোপ্পা শঙ অমদি।

২০। মৈদিংঙু পোইরৈ খুনজাউবা শঙলেনয়াইনে — মৈদিংঙু পোইরৈ খুনজাউবগী (খৃ: ১৬৫২-১৬৬৬) অথোইবা শঙলেন্নে।

২১। তয়ম অখনবা শঙনে — অখনবা লোয়শঙ কৌবা শঙলেন্নে।

২২। তোনশেন নিংথৌ — খা মাইগৈদা লৈবা অদুঙৈ ইয়ুব্রা চীংখোং পোইরৈতোন্না লাংওনবা লম ঙাংঙোই য়োইমোংবনা মপুম হাওয়াম য়িমনাক ১০০ তাবা হাওখুলবু লোই চনখিবা তোনশেন কৌবা লম অদুগী নিংথৌ।

২৩। সেললিকপু অথৌবা ফানা পুঙনে — লোইবী তোনশেনগী নিংথৌ সেললিকপু কৌবা অথৌববু ফারকখিবা শঙনে।

২৪। থোললাং খুনঙমশঙ — অব্রাং নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা লোইবী থোল্লাংবু লানঙমখিবা শঙনে। থোল্লাং কৌখিবদি —" হয়িঙৈদা নুংবান চনু মতা ৬ মনা অব্রাং কোরৌ নোঙ্গারকপদা কোরৌ য়িনা ফেনথরক ব্রাংবন য়িনা লাউথরকপদা চৈরৈ ময়িনফিবু কোরৌ নোংশামৈদা ফৌরম্মে। নোংফৌ-ও কৌএ। মতু মরাং পোল্লে হায়বগীবু তুপোন-ও কৌএ। কোরৌ নোংশামৈবু লাংনা থোলনা থোলনা তুমলমএ হায়বগীবু থোল্লাং-ও কৌএ।"— নিংথৌরোল লম্বুবা।

২৫। লমলৈরাকপা — চৈরাপ্তা অঙোম নিংথৌগী য়েৎলোমদা ফম্বা মৈদিংঙু খুঞ্জাউবগী খোঙলুপ লাইফমগী ফম্নাইবা।

২৬। কেগে মোইরাং ওমবু তাংকংলাকপা ফানা পূঙনে — লমলৈরাকপা হৈথাংপামবা লোয়য়ম লীকলাইরোকপগী মশুমাঙগী পূঙদি কেগে মোইরাং ওমবু তাংকংলাকপা ফারকপগী অহোঙ কুম্মে তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

২৭। মৈদিংঙু শেনবী কিয়ামবা শঙলেনয়াই — মৈদিংঙু কিয়াম্বগী (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) অথোইবা শঙলেন্নে।

২৮। তয়ম নাইজারাকপা — মৈদিংঙুগী মনাই নাইজারাকপা ফম্নাইবা।

লৈরাং শাথিবা ফানা শঙ্নে । শঙ্লেন্ নাক্তৈমদি মৈদিংঙু পোইরে খুন্জাউবা শঙ্লেন্য়াইনে । তয়ম্ অখন্বা শঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি তোন্শেন্ নিংথৌ সেল্লিক্পু অথৌবা ফানা পূঙ্নে । থোল্লাং খুন্ঙম্ শঙ্, কাপোং মিংনাইবা ফানা শঙ্নে । লম্লৈরাক্পা হৈথাংপাম্বা লোয়য়ম্ শীক্লাই রোক্পা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং ওম্বু তাংকংলাক্পা ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী কিয়াম্বা শঙ্লেন্য়াই, তয়ম্ নাইজারাক্পা (লামায় ৯)থাঙ্য়ি

লামায় ৯

১। থাঙয়ি লমলৈয়াঙবা মশঙলেন — মৈদিংঙু কিয়াম্বনা লিংখৎখিবা অহল্লুপ শঙলেন অদুবু মনাই লমলৈয়াঙবনা লাকপা ওইদুনা পান্নবা শঙনে ।

২। চৌরাং খুনঙম শঙ লাইপুঙবা ফানা শঙ — অৱাং মাইগৈ পাংনা লৈবা লোইবী চৌরাং ঙমদুনা লাইপুঙববু ফানরকখিবা শঙনে ।

৩। মরাম নিংথৌ খাঙপু মিংনাইববু লৈমু শেংথাক পূঙ — অৱাং মাইগৈ পাংনা লৈবা লোইবী মরাম নিংথৌ খাঙপু মিংনাইববু লৈমু শেংথাক্লখিবা পূঙনে ।

৪। হোংতুং নিংথৌ অখৎলাংবু লৈহৌ শেংওই পূঙনে — অৱাং নেংপোক মাইগৈদা লৈবা তাংখুল হোংতুং খুলগী নিংথৌ অখৎলাংবু লৈবাক থোনগত্তুনা শেংদোক্লুনা লৈহৌ কুম্মৈ তৌনখিবা পূঙনে ।

৫। তখেন খুনঙম শঙ — খা নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা তখেনবু লান ঙমদুনা লিনচিকপু লিনতেংবা ফানরকখিবা শঙনে ।

৬। মোনশাং মরৈমবী — খা নোংপোক মাইগৈদা লৈবা লোইবী মোনশাং খুলগী খুল্লাকপী । মোনশাং কৌখিবদি—" নয়ুৱা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদবা হেমবা নাদববু খুনথিরকপদা লাইজা ঈরানলকপদা থৌদু নূঙ অশাংববু লৈঙমএ । মোনশাং-ও থোন্নেএ ।"— পোইরৈতোন খুম্ভোকপা।

৭। পামেল উখা থানা শঙনে — মোনশাং খুলগী লুমচাউবী লুমচাউববু উগী মখা থাদুনা দন্দি তৌনখিবা শঙনে ।

৮। মোয়োন নিংথৌ লাংতোংবা — খা নোংপোক মাইগৈদা লৈবা লোইবী মোয়োন খুলগী লাংতোংবা কৌবা নিংথৌ । লোইবী মোয়োন কৌখিবদি — চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই খুনথিরকপদা চাক লামদুনা মমোইথাপ মমোইরেংবু য়োল্লম্মী হায়দুনা মোয়োন কৌখি ।— পোইরৈতোন খুম্ভোকপা ।

৯। অনান খুনঙম শঙ — খা মাইগৈদা লৈবা লোইবী অনানবু ঙম্মখিবা শঙনে ।

১০। ইতোক নিংথৌ খরাৱাং লানথৌয়াঙ — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা চাখা তাংখুল মনিন নাইবশিংনা খুন্দাবা ইতোক খুলগী খরাৱাং কৌবা লান্দা য়াম্না থৌবা নিংথৌ ।

লম্লৈয়াঙ্বা মশঙ্লেন্, হুয়েন্ লান্নীগীদি চৌরাং খুন্ঙম্ শঙ্, লাইপূঙ্বা ফানা শঙ্, মরাম্ নিংথৌ খাঙ্পু মিংনাইববু লৈমু শেংথাক্ পূঙ্, হোংতুং নিংথৌ অখৎলাংবু লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে। তখেন্ খুন্ঙম্ শঙ্, লিন্চিক্পু লিন্তেংবা ফানা শঙ্নে। মোন্শাং মরৈমবী হুয়েন্ লুম্চাউবী লুম্চাউববু পামেল্ উখা থানা শঙ্নে। ফুম্তন্ খুন্ঙম্ শঙ্, হুয়েন্ সেন্তাক্পু লম্কাংপু ফানা শঙ্নে। মোয়োন্ নিংথৌ লাংতোংববু লৈমু শেংথাক্ শঙ্নে। পুরুম্ নিংথৌ থোম্বা লৈরিশিন্ অথৌববু লৈহৌ শেংওই শঙ্নে।

---

ইতোক কৌখিবদি — "চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদ নাদবা খুল লৈরিগত্রা হায়দুনা চীং তম লোয়নমক থিরকপদা শিদবা নাদবা চীংমীগী খুল লৈরমদে হায়দুনা কোয়বা তোক্লমএ। অদুদগী চাখা ইতোক কৌখি।" — পোইরৈতোন খুন্থোকপা।

১১। নূঙবী নিংথৌ লুমতেংবা — খা মাইগৈ পাংবলম লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবনা লোই চনখিবা লম কাকলেন মীঙম্ববুসূ লানঙমখিবা লমগা তাইননা লৈবা নূঙবী খুলগী লুমতেংবা কৌবা নিংথৌ।

১২। তিংদৌ খুনঙম শঙ — খা মাইগৈদা লৈবা নুঙবী খুলগা নক্লনা লৈবা তিংদৌ খুলবু লান ঙম্লখিবা শঙ।

১৩। পাথোম লানথৌয়াঙ ফানা শঙনে — তিংদৌ খুলগী পাথোম কৌবা লান্দা য়াম্না থৌববু ফারকখিবা শঙনে।

১৪। তুবী কোইজা য়েক — তুবী লাইরেন পাখংবগী কোইরপ তৌবা ময়েকপু মৈদিংঙুগী মমাইবনা শঙলেন অসিদা য়েক্লুনা।

১৫। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা — তুবী লাইরেনগী য়াঙগী শাথেক অদুবুসু তম্না য়েক্লুনা।

১৬। থাঙঙা য়ুমলাই থিংনা — শঙলেন অসিদি তীনমু লাইমু য়ুমলাইথোক ফত্তবনচিংবা পুম্নমবু থিংলবা শঙনে।

১৭। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা — তুবী লাইরেন পাখংবনা মচন্নুপীদা কুবিরম্বদগী য়ুমলাই থিংবদা শীজিন্নরক্লবা নোংলৈশং পাম্বীনা ফৈনা থিংদুনা।

১৮। লৈখাম তারৈ য়াননা হেনমোই শঙ — লৈখাম পাম্বী য়াম্বদুনা লৈতেংলবা শঙলেন্নে।

১৯। তুবী চরাইরোংবা থেমথা য়োইথোন শঙ — মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংববু (খৃ: ১৬৯৭-১৭০৯) থেমথরকখিবা থোনগৎ হাপকৎলবা শঙনে।

২০। খুমন পাচা তয়ম নাইজারাকপা - মৈদিংঙুগী মনাই খুমন শলাই মচা নাইজারাকপা ফম্লাইবা।

২১। তিংদৌ নিংথৌ হুয়েন ব্রারিংতাউ লানথৌয়াঙবু হোঙনা শঙনে — মৈদিংঙুগী মনাই নাইজারাকপনা তিংদৌ নিংথৌ ব্রারিংতাউবু ফারক্লুনা কুম্মৈ তৌনখিবা শঙনে।

অনান্ খুন্ঙম্ শঙ্, হুয়েন্ তোল্লোইপু অথৌবা ফানা পূঙ্নে । ইতোক্ নিংথৌ খরাব্রাং লান্থৌয়াঙ্বু লৈমু শেংথাক্ পূঙ্নে । নূঙ্বী নিংথৌ লুম্তেংববু লৈহৌ শেংওই শঙ্নে । তিংদৌ খুন্ঙম্ শঙ্, পাথোম্ লান্থৌয়াঙ্ ফানা শঙ্নে । তুবী কোইজা য়েক্, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তম্না, থাঙ্ঙা য়ুম্লাই থিংনা, খুন্বী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা, লৈখাম্ তারৈ য়ান্না হেন্মোই শঙ্, তুবী চরাইরোংবা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্, মমান্ য়োইবা খুমন্ পাচা তয়ম্ নাইজারাক্পনা তিংদৌ নিংথৌ হুয়েন্

---

২২। মৈদিংঙু পুনসিবা পানবা কৈরাং ফানা পূঙ — মৈদিংঙু পুনসিবনা (খৃ: ১৪০৪-১৪৩২) কৈ অরাংবা ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে।

২৩। অয়াঙ লমহৌফমনে — অঙম অথৌ অয়াঙ ফমদৌনচিংবগী খোঙশান্নফমনে।

২৪। খুমনলমবম লোয়য়ম অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা খুমল্লম্বম মচা অথৌবগী শুমাঙ।

২৫। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম— খুমল্লম্বম মচা অথৌবগী য়ুমগী নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী কৌবু লাইঙ্জি থংবা মফমদি মীহাৎফম, মীহাৎপূঙনে।

২৬। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লান্দুদা ফারকপদি।

২৭। থাঙব্রাই লৌকোননুং — অব্রাং মাইগৈদা লৈবা লৌকোন।

২৮। কোনুং অচনবদগী — লৌকোন অদুদা লৈবশিং।

লামায়১০

১। শেলৈ কাগনে কাদবা পাইরৈ তালগনে তালদবা — অব্রাং কোনুং অচনবদগী মঙাই মশেন মশেন মবাইশিং কারকনী কারক্রবা লাক্কনী লাক্রবশিং।

২। থিংলৌ তাইরা লাবা পেরেখম — নুপা থোক্রবা, লাবা থিয়াং থোক্রবশিং।

৩। য়াওরৌ শিরুকংবু — য়াওরৌ শা মকোক অকংবগুম্বশিংবু।

৪। থোনখম মনারেকনা — য়ু পীক পীক থন্না চোন্না হাপ্লদগী খরুং মখুম খুম্বদা মনা লেকথরবা য়ু খরুংশিং খিন্দুনা।

৫। অহোঙ মীয়ানফমনে — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম্বুসু য়ু পীথক্লুনা অচা অথক পীজদুনা মী অদুবু মীহাৎফমদা পুথোক্লুনা থাঙনা য়ানদুনা হাৎনখিবা মফমনে।

৬। নোংবাললোন নোংচুপ মরোংঙমবী — মৈদিংঙু থব্রাম্বাবগী (খৃ:১১৯৫-১২৩১) লোয়নবী অঙোম চনু মরোংঙম্বী।

৭। কৌবা উরেন ঙমবা নাউশুম পূঙনে — নোংবাল্লোন মরোংঙম্বীনা মপারী কৌবা উরেন ঙম্ববু নাউশুম ঈশৈ শক্লুনা থেমদুনা তুমহনখিবা পূঙনে।

৮। নোংপোক চকশংকাই শঙকাই তোননৌবা — নুমিৎকুম্না তরং তরংনা ফজরবা শঙ্কাইনে।

৯। লাংতে খুনঙম থাঙ — খা মাইগৈ পাংবদা লৈবা লোইবী লাংতে খুলবু খুদুম চনবদা

ব্বারিংতাউ লান্থোয়াঙ্বু হোঙ্না শঙ্নে। মৈদিংঙু পুন্সিবা পান্বা কৈরাং ফানা পুঙ্, অয়াঙ্ লমহৌফমনে। খুমনলম্বম্ লোয়য়ম্ অহোঙ্বা কংলে মশুমাঙ্ তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হ্য়েন্ লান্নীগীদি থাঙ্বাই লৌকোন্নুং কোনুং অচন্বদগী (লামায় ১০)শেলৈ কাগনে কাদবা, পাইরে তাল্গনে তাল্দবা, থিংলৌ তাইরা লাবা পেরেখম্, য়াওরৌ শিরুকংবু, থোন্খম্ মনারেক্না, অহোঙ্ মীয়ান্ফমনে। নোংবাল্লোন্

শীজিন্নখিবা থাঙ। লাংতে কৌখিবদি — "চীংখোঙ পোইরেতোন্না লোইবী শিদবা হেমবা নাদববু খুম্থিরকপদা মাগী হূয় অদু মীনা শাদুনা থাকপা হাইগৎ লাং শানন্ লাংদা (উতুল্লা ঘুবা লাংদা) থুরবগী অমুক হন্না নৌনা লৌরইয়ে। হন্নকপবু তেরকপা কৌই। অদুদগী লাংতে লৌনমলাং হায়না কৌথি।" — নিংথৌরোল লম্বুবা।

১০। হ্য়েন খোমমারেংবা ফানা থাঙ — লাংতেগী লানফমদুদা খোমমারেংবা অথৌববু ফাবদা শীজিন্নখিবা থাঙ্।

১১। মখোক চাচনদবা — চা চন্দবা থাঙখোক।

১২। লৈকাই তোমফাং কেননা হেপখোকপা থাঙ — কৈরোয় লৈকাইনা ব্বায়না থাঙ।

১৩। থাঙলেন লুদা থেংপা শঙলেন্নাইনে — অদুগুম্বা থাঙলেনবু লুদা থেংপশিংনা ফম্বা শঙলেন্নে।

১৪। মৈতে লৈমা নোংবালনোন জিনখোইঙমবী খেমথা য়োইখোন শঙ — মৈতে লৈমা জিম্থোইঙম্বীবু খেমথরকখিবা খোনগৎ হাপকৎলবা শঙ।

১৫। লমকাং খুনঙম শঙ — খা মাইগৈ পাংবরমদা লৈবা খোইয়ম লাইয়িংথৌ ব্বাংব্রেন খানা চাউবনা তাল্লোয় মক্সী অনান খুনথক খুনখা চনু, মরৈপুঙ খুন্দোন চনু, লোইবী থাকুপ চনু, মারেম থায়ায় চনু, তাল্লোয় ৫ মক্কী য়ুমদা য়াব্রোং ইনবা চীং লোইবী লমকাংবু লান ঙম্মখিবা শঙ।

১৬। মৈদিংঙু শেনবী মুংয়াম্বনা থংকান খুনঙম পুঙ — মৈদিংঙু শেনবী মুংয়াম্বনা (খৃ: ১৫৬২-১৫৯৭) অব্বাং মাইগৈ পাংবরমদা লৈবা লোইবী থাঙ্গাল খুনবু ঙমগৈগী পুঙনে। থংকান কৌখিবদি — "য়োইরুমলোন নুংবাল চনু মতা ৬ মনা মমালমচা হাওকু পাথং ৬ মবু লাকবরা হায়না চীংবু নোংবু শাংনা ঙাইরমব্র। অদুদগী থংকান খুললেনলৈ কৌথি।" — থাঙমৈরোন।

১৭। নোংচুপ মরোং খোংনে — নোংচুপ মাইগৈ পাংবরমদা লৈবা লোইবী মরোং চীংগী নাক্তা লৈবা লোনলোই ঈয়েবী কৌবা খোং। লোনলোই ঈয়েবী কৌখিবদি — খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম ফৌওইবীনা থোংনাং লমদম পাংব্রগে লাকপদা তুরেল লাইজা ঈশিং চাউরম্ববু লানবা ঙমদরবদা লাইজা নংনা করিগী অসুম্না মথুম মরাং হৌরম্বনো হায়না চৈশ্ মখুৎশূনা লাইজা ঈশিংবু থায়দুনা য়ৈরমগ্র। অদুগীবু লোনলোই ঈয়েবী হায়না কৌথি। — নিংথৌরোল লম্বুবা।

নোংচুপ্ মরোংঙম্বী মপারী কৌবা উরেন্ ঙম্বা নাউশুম্ পূঙ্নে । অমাই মেৎপিচা নোংপোক্ চাক্শঙ্কাই শঙ্কাই তোন্নৌবা, লাংতে খুন্ঙম্ থাঙ্, হুয়েন্ খোম্মারেংবা ফানা থাঙ্, মখোক্ চাচন্দবা লৈকাই তোম্ফাং কেন্না হেপ্থোক্পা থাঙ, থাঙলেন্ লুদা থেৎপা শঙলেন্য়াইনে । মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন্ লিন্থোইঙম্বী থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্ । কুয়োং লম্কাং খুন্ঙম্ শঙ্, মোন্থৌ মিংনাইবা ফানা শঙ্। মৈদিংঙু শেন্বী মুংয়াম্বনা থংকান্ খুন্ঙম্ পূঙ্, হামেঙ্পা ফানা পূঙ্নে । নোংচুপ্ মরোং

---

১৮। হুয়েন লাননীগীদি — নোংচুপ মরোং খুলবু লান্দাদুনা লানঙমগৈদি ।

১৯। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — অথোইবা খোংনে ।

২০। মৈদিংঙু পোইরৈ খুনজাউবনা অহোঙ খোংচিং পূঙ — মৈদিংঙু খুনজাউবনা (খ্রী: ১৬৫২-১৬৬৬) খোং চিংদুনা কুম্মৈ তৌথিবা পূঙ । খোং চিংবা — লাইয়িংথৌ সনামহীনা মাঙ থংলগা অতৈ লাইয়াম্না মতুংদা থল্লগা অরোয়বদা লাই থাংজিং থমদুনা লাইয়াম্বু থৌরি অমনা শম্লহল্লগা চিংদুনা পুবা ।

২১। লাংকা নিংথৌ অরাম্বই ফানা পূঙনে — অবাং নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা লোইবী লাংকা চিংশাংদা পানবা অরাম্বই কৌবা নিংথৌ ফারকগৈগী পূঙনে ।

২২। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা অহোঙ য়ুনাইফম — মৈদিংঙু খাগেম্বনা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) কুম্মৈ তৌদুনা য়ু থক্লফমনে ।

২৩। লৈকাই শারেন শায়েন পূঙ — মীয়াম হুপ্পা শানৈফম পূঙনে ।

২৪। মচন লৈমা ওনহৈতবী ওনতম পূঙ — ময়ুম পান্দ্রিবী নিংঙোল লম্লোন ইতিক্লচিংবগী পোৎ চৈ ওম্থোক ওনশিনগী থবক হৈত্রিবীশিংনা হৈনবা তমফম পূঙ ।

২৫। মনিং লৈমা শিনহৈতবী শিনতম পূঙ — ময়ুম পাল্লবী মৌওইরবী খুৎ-শা হৈতবীশিং হৈনবা তমফম পূঙ ।

২৬। তরেৎ লনওনপূঙ — শেল ওম্থোক ওনশিন তৌনফম পূঙ ।

২৭। ঙাপা খাইজা পূঙ — ঙাবু খাই খাইদুনা য়োনফম পূঙ ।

২৮। নোইনু থুমথোই পূঙ — থুম অমা য়োনবদা অমা থোইবা পূঙ ।

২৯। শেনবী চানা কানা পূঙ — নোংপোক লমগী কবো মচাশিংনসু লাক্লুনা পোৎ লৈফম য়োনফম ওইরিবা পূঙ ।

৩০। থোংনাং চানা তিননা পূঙ — নোংচুপ লমগী থোংনাং ময়াংশিংসু লাক্লুনা পোৎ লৈফম য়োনফম ওইরিবা পূঙ ।

৩১। চেয়নৌ সনা কৈথেললেননে — লাইরেন মৈদিংঙুগী অদুগুম্বা অথোইবা কৈথেলনো

লামায় ১১

১। কংলৈ পূঙজিমদা — কোনুংগী মচি অমদা লৈবা পূঙ অদুদি

খোংনে । হুয়েন্ লাননীগীদি ময়োং মীকোক্চা শিন্হৈবা মেৎচা শেম্বা হুইরোংতাউবা, অহিং শূবা শন্মা ফংবা, নেংথিন্ শূবা নাইমা ফংবা, মোইকাই মচন্ ফেন্লোংতাউবী হুয়েন্ নাখুবী নাখুবা, হাওবা থীক্পা লান্থৌয়াঙ্ ফানা খোং, খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে । মৈদিংঙু পোইরৈ খুনজাউবনা অহোঙ খোংচিং পুঙ্, লাংকা নিংথৌ অরাম্বই ফানা পুঙনে । মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা অহোঙ য়ুনাইফম, লৈকাই শারেন্ শায়েন্ পুঙ্, মচন্ লৈমা ওন্হৈতবী ওন্তম্ পুঙ্, মনিং লৈমা শিন্হৈতবী শিন্তম্ পুঙ্,

---

২। থংকোন নিংথৌ য়াঙলেনববু লৈমু শেংথাক পুঙনে — মৈদিংঙু খাগেম্বনা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) অবাং লাইনা পাংবরমদা লৈবা থাঙ্গাল খুলগী নিংথৌ য়াঙলেনববু লান্দা ফারক্লুনা লৈমু শেংথাক্লখিবা পুঙনে । (নোংচুপ মাইগৈদসু লৈমতাকা ওমলোম্নবা থাঙ্গাল কৌবা অতোপ্পা খুল অমসু লৈ)।

৩। তখেল নিংথৌ নাকাচোনবু লৈহৌ শেংওই পুঙনে — খা নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা তখেল লৈবাক্কী নিংথৌ নাকাচোনবু লৈহৌ শেংওইনখিবা পুঙনে ।

৪। পুঙলেন ময়ায়গী — ময়ায়দা লৈবা অথোইবা পুঙ অদুদি ।

৫। হুয়েন লাননীগীদি লাংগোই ময়ামবদি খাগা থা — মৈদিংঙু খাগেম্বনা তাইপোং লানঙমদুনা লান্দা লোক্লকপা লাঙ্গোই শামু ময়াম্বদি মথা ইথং থংনা চন্দুনা ।

৬। তাইপোং নিংথৌ চৌকোং মিংনাইবদি য়াইকাচন — মৈদিংঙু খাগেম্বনা নোংপোক মাইগৈদা চৌজিক্তি ওবা লৈবাক্কী মনুং চনথ্রবা তাইপোং কৌবা লমদা লান্দাদুনা লানবা ওইনা পুরকখিবা তাইপোং নিংথৌ চৌকোং মিংনাইববু ময়ায়থংবদা হাপ্তুনা ।

৭। থৌদু চরাই কাপোংদি থককা থোননা — চরাই কাপোং হায়না খঙনবা নুঙ মখল অদুনা মথক্তা ননদুনা থুংদুনা ।

৮। পুঙলাং য়ুহৌনা — য়ু থরুং থরুং থিন্দুনা ।

৯। থেরে লাকননা — রাংলৈ য়ুবু থক্লদুনা ।

১০। অহোঙ য়ুনাই পুঙনে — অহোঙ কুম্মে তৌদুনা য়ু থক্লখিবা পুঙনে ।

১১। উতোকচম লোইয়ম ঙানবা নহা মঙন থোঙাইবা কংলে মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা উতোকচম লোইয়ম ঙানবা নহা অথৌবগী মশুমাঙদি ।

১২। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফমনে — ঙানবা নহাগী য়ুমগী মাঙ্গোল নাকথরোমথংবা মপাগী শুমাঙগী মফম অদুদি মীহাৎফমনে ।

১৩। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দা ফারকখিবা অরাই ইংঙেলনু অয়াঙ চরাচা অনীবু ।

১৪। থরাম লামথননা — মতোল লামথদুনা য়েন্দেম থরাম শোইবগুম শোইদুনা ।

১৫। অহোঙ লানয়ানফমনে - অহোঙ কুম্মে তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন চেপনা চন্দুনা হাংনখিবা মফমনে ।

তরেৎ লন্ওন্ পূঙ্, ঙাপা খাইজা পূঙ্, নোইনু থুমথোই পূঙ্, শেন্বী চানা কানা পূঙ্, থোংনাং চানা তিন্না পূঙ্, *চোয়নৌ সনা কৈথেন্লেন্নে। হুয়েন্ লান্নীগীদি (লামায় ১১)কংলৈ পূঙ্জিমদা থংকান্ নিংখৌ য়াঙ্লেন্ববু লৈমু শেংথাক্ পূঙ্নে। কংলৈ পূঙ্জিমদা তখেন্ নিংখৌ নাকাচোন্বু লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে। কংলৈ পূঙ্জিমদি মরিং নিংখৌ লোক্তোন্ববু লৈমু শেংথাক্ পূঙ্নে। কংলৈ পূঙ্জিমদি থিংবা নিংখৌ মৈরাববু লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে। পূঙ্লেন্ ময়ায়গী হুয়েন্ লান্নীগীদি

১৬। হিনাউবম চেংলৈ অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — হিনাউবম মচা অথৌবগী শুমাঙদা অহোঙ কুম্মে তৌনবা থোনখিবা পূঙ।

১৭। কেগে মোইরাং লোকখু মায়তৈ ফানা পূঙনে — হায়রিবা পূঙ অসিদি কেগে মোইরাং লোকখু মায়তৈবু ফারকপগী অহোঙ কুম্মে তৌনবা শেমখিবা পূঙনে।

১৮। মৈদিংঙু শেনবী কিয়ামবা শঙলেনয়াইনে — শঙলেন অসিদি মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্বনা লিংখৎখিবা অথোইবা শঙলেম্নে।

১৯। মোইমিৎ লৈচুবা — মরাল লৈরবা মীবু মমিৎ হুন্দোক্তুনা কোৎথোক্তুনা দন্দি শীবা; মী নত্তগা অতৈ শা শন্নচিংবগী মমিৎ মমায়দা য়েকশিন খোৎচিন্দুনা থম্বা; করিগুম্বা পোৎশক অমবু মরম অমগীদমক অতম্মনা য়েকশিন খোৎচিন্নগা উ কারোংনচিংবা শেন্নগা মদুদা য়ান্দুনা থম্বা।

২০। মোইমিৎ লৈচু শঙনে — মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্বনা (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) নোংচুপ মাইগৈ পাংবরমদা লৈবা অমচি নুংলাইকোন কৌবা কবুই মানথক মচন নুংলাংতাউবী হাওনু লাশংনু শাফবীনা লোনলোই ঈয়েবী তুরেলগী ঈচাউ লানবা ঙমদদুনা চরাম চতৎনদুনা হাওশম মোন খাংনদুনা ঙাইবদগী শিখিবা মফমদা লান্দাদুনা ফারকখিবা থোংনাং ময়াং নুঙমাচেংবা তৈমাচেংবা কানলৈ অচঙববু মোইমিৎ লৈচুনখিবা শঙলেম্নে।

২১। তুবী কেইজা য়েক — তুবী লাইরেন পাখংবগী কোইরূপ তৌবা ময়েকপু মৈদিংঙুগী মমাইবনা শঙলেন অসিদা য়েক্তুনা।

২২। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা — তুবী লাইরেনগী য়াঙগী শাথেক অদুবুসু তম্না য়েক্তুনা।

২৩। থাঙঙা য়ুমলাই থিংনা শঙনে — শঙলেন অসিদি তীনমু লাইমু য়ুমলাইথোক ফত্তবনচিংবা পুম্নমবু থিংলবা শঙনে।

* মথক্কী লাইরিক্তদি —"…. থোংনাং চানা তিননা পূঙ, পোইরে খুন চনু য়াকনা মানবী য় াকনা ফাবী, তয়ম নাই চনু তেংনা মানবী তেংনা ফাবী পুমনমনা য়াকাশঙ চোয়নৌ সনা কৈথেনলেননে।" হায়না ই।

লাংগোই মরাম্বদি খাগা থা, তাইপোং নিংথৌ চৌকোং মিংনাইবদি য়াইকাচন্, থৌদু চরাই কাপোংদি থক্কা থোন্না পুঙ্লাং য়ুহৌনা, থেরে লাফান্না, অহোঙ্ য়ুনাই পূঙ্নে। উতোক্চম্ লোয়য়ম্ ঙান্বা নহা মঙন্ থোঙাইবা কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে। হুয়েন্ লান্নীগীদি অরাই ইংঙেল্নু অয়াঙ্ চরাচাবু থরাম্ লাম্থননা, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে। হিনাউবম্ চেংলৈ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্ অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং লোক্খু মায়তে

২৪। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা — তুবী লাইরেন পাখংবনা মচন্নুপীদা কুবিরন্বদগী য়ুমলাই থিংবদা শীজিন্নরক্লবা নোংলৈশং পাম্বীনা থিংদুনা।

২৫। লৈখাম তারে য়ানননা হেনমোই শঙনে — লৈখাম পাম্বী য়ান্দুনা লৈতেংলবা শঙনে।

২৬। মৈদিংঙু পোইরে খুনজাউবা সনা খোমহান শঙ — মৈদিংঙু খুনজাউবনা (খৃ: ১৬৫২-১৬৬৬) হুয়েন লান চৎলমদাইদা তরা চাকয়োমদুনা ব্রাংলৈ খোমহান্দুনা চেঙজেন য়োম্লখিবা শঙনে।

২৭। লাংতে খুনঙম শঙ — মৈদিংঙু খুনজাউবনা খা মাইগেদা লৈবা লোইবী লাংতে খুলবু লানঙমদুনা খোমমারেংবা লাংচেং অথৌববু ফানরকখিবাশঙনে।

লামায় ১২

১। ঙারংয়ানবম লোয়য়ম খোইনুজামবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা ঙারংয়ানবম মচা খোইনুজামবা অথৌবগী কংলৈ মশুমাঙ।

২। অহোঙ য়োইথোনদি — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনগৎখিবা পূঙদি।

৩। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লান শোক্লঙৈদি।

৪। লীকলাই খুব্রা নিংথৌ তোরা ফানা পূঙনে— খুব্রা নিংথৌ তোরা ফারকপগী অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

৫। লাইজা ঈওন খোংনে — ঈশিংগী মচু ওনবা খোংনে।

৬। চেংলৈ লুব্রাং ঈগা — লুব্রাংলী তুরেলগী ঈশিংগা। লুব্রাংলী তুরেল অসি লুব্রাং চীংদগী হৌরক্লগা কমেং লমদেং খুল ফাওদুনা চেল্লক্লগা ইরোইশেম্বগী ঈরোংদা নম্বুল তুরেন্দা ঈতিল্লে। চেংলৈ লুব্রাং ঈ কৌখিবদি — হোংনেম লুব্রাং নিংথৌ পুনসিবনা ময়াম্বুং লুব্রাং পুদাংকোই খুৎকোইবনা ওইখিবা য়াওরৌ শাগী অকংবা মকোকপু হিগী হিরুবাক্তা থেক্তুনা ব্রাকয়ে হিদোংবদা তুরেলগী লাইজা ঈনা হেনগৎলক্লিবা মখৈ ব্রাকয়ে হিগী লুনা ব্রাংবা মহেল্লি হায়দুনা লুব্রাং ঈ কৌখি।— লুব্রাংলোন খোঙ্গুন।

৭। তাকনা লৈরোং ঈগা — তাকনা লৈরোংগী ঈশিংগা লোয়নদুনা। তাকনা লৈরোংঈ কৌখিবদি — কম্বোং সাংখু সাংহলনাউ কৌবনা লাংবন থাদা উম্মুং তংখায় খায়দুনা

ফানা পুঙনে । মৈদিংঙু শেন্বী কিয়াম্বা শঙ্লেন্য়াইনে। হুয়েন্ লান্নীগীদি থোংনাং ময়াং পুঙ্মাচেং তৈমাচেংবা কান্লে অচঙ্ববু মোইমিৎ লৈচু শঙ্নে । তুবী কোইজা য়েক্, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তম্না, থাঙ্ঙা য়ুম্লাই থিংনা শঙ্নে । খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা, লৈখাম্ তারৈ য়ান্না হেন্মোই শঙ্নে । মৈদিংঙু পোইরৈ খুন্জাউবা সনা খোম্হান্ শঙ্, লাংতে খুন্ঙম্ শঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি খোম্মারেংবা লাংচেং অথৌবা ফানা শঙ্নে । (লামায় ১২)ঙারংয়ান্বম্ লোয়য়ম্ খোইনুজাম্বা কংলৈ

---

শীং চনবদা থাঙঙা কম্বোংগী শলশেনবনা ঈশিং ঈপাক্তা হ্রৈবা থম্বাল লৈখোক অমত্তদা লৈরাং থম্বাল অনী লোঙনা শাৎপবু উরম্মী হায়না তাক্লম্মী হায়বগী তাক্লা লৈরোং ঈ কৌথি ।— লুৱাংলোন খোঙ্গুন ।

৮। লমফেল শোয়কপ ঈগা — অৱাং মাইগৈ পাংবদা লৈবা তাংখম কৌবা খুল, মৈতৈ লৈমা লিম্বোইঙম্বীনা তাংখুল তুশেল মনিংথৌ পুরীংবা কৌববু ফাখিবা লম, মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্বা শাৎখিবা লমদা লৈবা লমফেল শোয়গী ঈশিংগা লোয়ননা । লমফেল শোয় কৌখিবদি — য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লমফেল খুবী লমফেল হনবীগী মরমথে অসিদা লাইরেন মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা (খৃ:১৫৯৭-১৬৫২) মনাই অচানবা তাংখম মনিল নাইববু চহি খুদিংগী শোয় ঙাকহন্দুনা ঙা ফাবগী থবক হৌহনখি । মদুদগী মফমদুবু লমফেল শোয়কপ ঈ কৌথি ।— থাঙমৈরোন ।

৯। থীকশেং থাশেংফমনে — মফম অহুম অসিগী ঈশিংবু লৌদুনা হকচাং থীক থাবু শেংদোক্লখিবা মফমনে ।

১০। চীনফু মাইতাফমনে — চীন য়া মাই মিৎ শেংদোক্লফমনে ।

১১। তীনচা লাইচা — তীননা লাইনা তাইবং মীনচিংবা থৱাই পানবা চাববু ।

১২। তীনমু লাইমু — লাই তীন ফত্তবশিংবু ।

১৩। মনু মখাং — মীফত্তশিংবু ।

১৪। খুনজিন লানজিন — খুলগী খুঞ্জিন লানগী লাঞ্জিন; খুম্বোং লাম্বোং ।

১৫। মীচিন মীপাউ — মচীন থীবশিংনা শন্দোরকপা তোকঙানচিংবা পুম্নমক ।

১৬। অরুম অখম — অনাবা অয়েকপা পুম্নমক থেংনা খম্নমা ।

১৭। হাওরৈ খানা পাংনা লাইজা ঈমু মায়রোয়ননা চেনথা ঈনৈ — মখা মাইগৈ পাংবরোমদা পাৎকি ঈশিংগা ইরোইননা চেম্থখিবা ঈশিংনে ।

১৮। পুনশি নোংশাং — পুনশি শাংনবা, চহি কুইনা পুনশিনবা ।

১৯। হায়হৈ লাউহৈ — হায়জদুনা নিজদুনা ।

২০। কপয়াং তাংয়াং — পীরাং শিন্থদুনা ।

২১। পাওই পুওই — ইপা ইপু ওইবশিং ইপা ইপু শক্লবশিং ।

মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্দি, হুয়েন্ লান্নীগীদি লীক্লাই খুব্রা নিংথৌ তোরা ফানা পৃঙ্নে। লাইজা ঈওন্ খোংনে। চেংলৈ লুব্রাং ঈগা, তাক্না লৈরোং ঈগা, লম্ফেল্ শোয়কপ্ ঈগা, থীক্শেং থাশেংফম্নে। চীন্ফু মায়তাফম্নে। তীন্চা লাইচা, তীন্মু লাইমু, মনু মখাং, ব্রারেল্ লাল্লেল্, খুন্জিন্ লান্জিন্, মীচীন্ মীপাউ, অরুম্ অখম্, চক্লাই তাংলাইদি হাওরে খানা পাংনা লাইজা ঈমু মায়রোয়ননা চেন্থা ঈনে। পুন্সি নোংশাং, হায়হে লাউহে, কপ্য়াং তাংয়াং, পাওই পুওই, ঙম্তম্ থৌরাংগা, চূঙ্শেন্

---

২২। ঙমতম থৌরাংগা — থৌরাং তৌদুনা ঙমদমদুনা।

২৩। চুঙশেন তাশৃগা — চুঙ অমসুং খুৎশৃ তাগা লোয়ননা।

২৪। লমখন লাংগোলগা — লৌ খোইবা য়োৎলম ফাৎপদা শীজিন্নবা লাঙ্গোল য়াওনা।

২৫। কৈথোঙ চকমরিংগা তাংমরিংগা — লৈশেম্বা য়াওবা লাই চকমরিংবা তাংমরিংবা।

২৬। ফীতুপ ফিতাই — ফি মতুপ অনীনা তাইশিন্নদুনা শেম্বা ফি।

২৭। কোরী শেনজাউ — কোরীনা শাবা শেম্ফুং।

২৮। সনা লুপাগা — কোনয়াই থাবদা শীজিন্নবা সনা মচেৎ লুপা মচেৎ (কোনয়াই পু)।

২৯। হাওরৈ লাইনা পাংবরম চেনখৎঈ — অব্রাং পাংনবা চেনখৎখিবা ঈশিংনে।

৩০। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — অথোইবা ঈশিং খোংনে।

৩১। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা থোঙলেন মখুৎফা — মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) শারম্বা কোনুং মনুংগী অথোইবা থোঙ্ অমদি।

৩২। থোংনাং ময়াং পুতাপ তাউ ফানা থোঙনে — মৈদিংঙু খাগেম্বনা থোংনাং ময়াং পুতাপ তাউবু ফারকপগী নীংশিং খুদম ওইনা শান্দিবা থোঙনে।

৩৩। লোয়য়ম অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা লোয়য়ম মারা অথৌবগী শুমাঙদা।

৩৪। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মে তৌনবগীদমক থোনগত্নুনা শেম্লবা পূঙদি।

৩৫। মপু হাওবা য়েনথারেন নমপোককী ফানা পূঙনে — লোয়য়ম মারা অথৌবনা মপু হাওবা য়েনথারেন তেংমাইথিনবগী নমপোক চৈথংবু ফারকঙৈগী পূঙনে।

৩৬। উতুপপম খমলাং অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা উতুপপম মচা অথৌবগী শুমাঙদা।

৩৭। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — য়ুমগী মাঙ্গোল নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী শরুক অদুদি মীহাৎফমনে।

৩৮। উহক শেংগম শানা — উ য়ুংদুনা হক্তুনা শেঙ্গম শাদুনা মী হাৎনবা থৌরাং তৌবা।

৩৯। অহোঙ লানয়ানফমনে — অহোঙ কুম্মে তৌদুনা লানফা অদোন লানজেনবম নহা অয়াঙ তৌব্রাংলাবু থাঙলেন চেপ্প্রা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে।

তাশৃগা, লম্খন্ লাংগোল্গা, কৈথোঙ্ চক্মরিংগা, তাংমরিংগা, শন্ফি নাইফি, ফীতুপ্ ফিতাই, কোরী শেন্জাউ, য়োংপু তম্পু, সনা লূপাগা, হাওরৈ লাইনা পাংবরম্ চেন্খৎঈ, লাইজা ঈওন্ খোং, খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে। মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা থোঙ্লেন্ মখুৎফা, থোংনাং ময়াং পুতাপ্ তাউ ফানা থোঙ্নে। লোয়য়ম্ অহোঙ্বা* কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ, হুয়েন্ লান্নীগীদি মপু হাওবা য়েন্থারেন্ নম্পোক্কী ফানা পূঙ্নে। উতুপ্পম্ খম্লাং অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি

৪০। কংলৈ ব্রাখায়মাঙনে — কংলৈ ব্রাখায়কোনগী মমাঙ থংবদা লৈবা মফম। কংলৈ ব্রাখায়কোন কৌখিবদি — "অসাইঙে কংলৈ লৈবাক মপা খাবা সোকচোংবনা কংলৈ লমদাইরকপদা লেমলৈ খেরাং-থাং, ঙাব্রা খুৎপুন চোং, ব্রানচেং ব্রাইকুপ তাউনা, পেঙবাবু ফৌরকলে। হৈরেম য়িনসুবীনা য়িনসুইএ। খুনচান লোংহাইবীনা লোংতইএ। লেমলৈ চীপুং-সা, ব্রানচেং চীগা পৈরে। ব্রাকয়ৈ হিনা হোনগে হোনঙমদা, সমু খোঙনা পুগে পুঙমদে। তমফা কোরৌ অব্রাংবীনা মকে হাথনা খোইয়া লোঙচুমনরগনে হায়বগীবু কোংয়াং মচৈসুবু খায়না খললমএ। কংলৈ ব্রাখায়কোন-ও কৌএ।" — তোরৈরোল লম্বুবা।

৪১। অয়াঙ শমুককোননে — কাওরেল শলগী লৈনফম মকোননে; কাওরেন শলবু পল খাদুনা শেন্নফমনে।

৪২। কোনলোয় লৈমা খুদোপ চাওবী — মৈদিংঙু থিংবাই শেলহোঙবগী (খৃ: ১২৪২-১২৪৭) মজা ইবেম্মা লাইরেম্বী ওইনা ঈরাৎনখিবী।

৪৩। ব্রাইরা শাকুবী হুয়েন লানকুবী মরমখৈনে — ব্রাইরা শাবু পীনবী হুয়েন লান ঙম্ববুসু পীনবী লাইরেম্বীগী মশাইকোননে।

৪৪। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা কংলৈ থোঙলেন খৈনে — লম অসিদি মৈদিংঙু খাগেম্বগী (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) কোনুংগী মতাইথংবা থোঙলেন মফমনে।

লামায় ১৩

১। শেনবী মীহীমোম থোংনাং মীয়ায়মোম — মনিং মমাঙদগী লাকপা ঈশিংবু।

২। অশিৎ অব্রান — নুংশিৎ কন্না শিৎপা হুম্ববু।

৩। অরৈ অহুম খাঙনা থোঙ — নোংলৈ নুংশিৎ উরু উরু লৈনা শিৎপনচিংবা পুম্নমকপু ঙাকলিবা থোঙলেন্নে।

৪। নোংবাললোন লিনথোইঙমবী থোংনাং খুনঙম পূঙ — মৈতৈ লৈমা অঙোম চনু লিছোইঙম্বীনা ময়াং লান ঙমগৈগী পূঙনে। মফম অসিদা ইরিবা থোংনাং অসি খা মাইগৈদা লৈবা খোংয়াং কুমফি লৈশোকপূঙদা কুমফিগী মথক্তা লান্দাববুনি।

* মথক্কী লাইরিক্তদি — "লোয়য়ম মারা অহোঙবা" হায়না ই।

মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি অদোন্ লান্জেন্ নহা অয়াঙ্ তৌব্রাংলাবু উহক্ শেংগম্ শানা, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । কংলৈ ব্রাখায়মাঙ্নে, অয়াঙ্ শমুক্কোন্নে, মরাম্ লৈমা পোংনু তাউবী ফানা পূঙ্নে । কোন্লোয় লৈমা খুদোপ্ চাউবী, মৈদিংঙু থিংবাই শেল্হোঙ্বা চনু, ব্রাইরা শাকুবী হুয়েন্ লান্কুবী মরমখৈনে। মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা কংলৈ থোঙ্লেন্ খৈনে । তীন্চা লাইচা, তীন্মু লাইমু, (লামায় ১৩)মনু মখাঙু, মীচিন্ মীপাউ, খুন্জিন্ লান্জিন, শেন্বী মীহীমোম্,

---

৫। মকু সায়াপান মরিংবা ফানা থোঙনে — মকু সায়াপান মরিংববু ফারকওঁদা লিংখিবা থোঙনে। মকু সায়াপান মরিংবা অসি খা মাইগৈদা লৈবা লোইবী খোংয়াংগী নিংথৌনি।

৬। নোংবাললোন লুচাউবী — মৈতৈ লৈমা লিপ্লোইঙম্বীগী মিং অমা।

৭। তখেন লাংথা খুনঙম পূঙ — খা নোংচুপ্তা লৈবা তখেন লাংথাবু ঙমথৈগী পূঙনে।

৮। মাললা মিংনাইবা ফানা পূঙনে — লাংথাগী নিংথৌ মাললা কৌবা মমিং য়াম্না চংপনা ব্রাংলেন পুংজাউ থীন্দুনা লানগারকপবু নোংবাললোন লুচাউবীনা ফারকপগী নীংশিং কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

৯। মৈদিংঙু শেনবী কিয়ামবা শঙলেনয়াইনে — মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্বনা (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) লিংখৎখিবা অথোইবা শঙলেন্নে।

১০। লাংগোই তেংমাইথিনবা মশঙলেন — মৈদিংঙুনা লিংখৎখিবা শগোলশঙ কৌবা শঙলেনগী মকোক শগোল মকোকনা পান্নবা শঙলেন্নে।

১১। হুয়েন লাননীগীদি পেঙগী খুনঙম শঙ — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা পেঙ্গী কৌবা খুলদা লান্দাদুনা লান ঙম্মখিবা শঙ।

১২। হনতুক খুনঙম শঙ — অব্রাং নোংপোক মাইগৈ পাংবরমদা লৈবা লোইবী হনতুক (হুন্দুং) খুলবু লান ঙম্মখিবা শঙনে।

১৩। মৈদিংঙু নিংথৌখোমবনা মরিং খুনঙম পূঙনে — মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা (খৃ: ১৪৩২-১৪৬৭) নোংপোক মাইগৈ পাংবরমদা লৈবা লোইবী মরিং খুলবু লানঙমথৈগী পূঙনে। মরিং কৌখিবদি — "চীংখোং পোইরৈতোন্না লোইবী শিদবা হেমবা নাদববু লৈরিগব্রা হায়না খুনথিরকপদা ময়িম লোইবী মরেমনা চীংখোং পোইরৈতোনবু চকমোম খাম্বী মৈবু লিংনা ঙাইরমএ। অদুগীদমক মৈরিং কৌববু পোইরৈগী মীনা মরিং খুনবীরোক কৌনখি।" — পোইরৈতোন খুন্থোকপা।

১৪। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লান্দা ফারকপদি।

১৫। লৈমু শেংথাক পূঙ — লৈবাক তৌথোক্তুনা মী ফুমদুনা পূঙ শেম্নবা থৌরাং হৌবা।

১৬। লৈহৌ শেংওই পূঙনে — থোনগৎলবা পূঙ অদুবু শেংদোক্তুনা মওং তাহন্দুনা লৈরোন চনম্রবা মরিং তরাং কৈকোইহীবীগা মৌপ্পা কোন্দে সনথিল লাংমৈবগা অনীবু লৈহৌ কুম্মৈ তৌনখিবা পূঙনে।

থোংনাং মীয়ায়মোম্‌, অশিং অৱান্‌, অরৈ অহুম্‌ খাঙ্‌না থোঙ্‌নে । নোংবাল্‌লোন্‌ লিন্‌থোইঙম্‌বী থোংনাং খুন্‌ঙম্‌ পূঙ্‌, মকু সায়াপান্‌ মরিংবা ফানা থোঙ্‌নে। নোংবাল্‌লোন্‌ লুচাউবীনা তখেন্‌ লাংথা খুন্‌ঙম্‌ পূঙ্‌, মাল্‌লা মিংনাইবা ফানা পূঙ্‌নে । মৈদিংঙু শেন্‌বী কিয়াম্‌বা শঙ্‌লেন্‌য়াইনে । লাংগোই তেংমাইথিন্‌বা মশঙ্‌লেন্‌, হুয়েন লান্‌নীগীদি পেঙ্‌গী খুন্‌ঙম্‌ শঙ্‌, লৈহক্‌পী লৈহক্‌পা ফানা শঙ্‌নে । হন্‌তুক্‌ খুন্‌ঙম্‌ শঙ্‌, হুয়েন্‌ মীয়িন্‌বী মীয়িন্‌ববু লৈমু শেংথাক্‌ শঙ্‌, লৈহৌ শেংওই শঙ্‌নে।

---

১৭। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা শঙলেনয়াইনে — মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) লিংখৎখিবা অথোইবা শঙলেন্নে ।

১৮। মদাইরেম লাংগোই শারুংহনবা — মৈদিংঙু খাগেম্বনা লিংখৎখিবা শামুশঙ কৌবা শঙলেনগী মকোক ওইরিবা মৈদিংঙুগী মনাই ফম্মাইবা ।

১৯। লাংশোই নীঙথিন শূবা — শামু তানবদা শীজিন্নবা তা মওং মানবা মচীন তুম্বা লাংশোই কৌবা খুৎলাইবু শীজিন্নবা হৈরবা শারুংহনবা ফম্মাইবা ।

২০। তাইপোং খুনঙম শঙ — মৈদিংঙু খাগেম্বনা নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔৱা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা তাইপোং কৌবা লম অদুবু খুদুম চন্নখিবা শঙ ।

২১। লাংগোই মরামবা লোকনা শঙ — লাঙ্গোই শামু মরাম্বা কৌববু তাইপোংদগী খোমদুনা পুরক্লখিবা শঙ ।

২২। শীংমীৎ লাঙকম মিংনাইবা লায়েপ লানথৌয়াঙ ফানা শঙনে — তাইপোং লৈবাক্কী লান্দা য়াম্না থৌনা ফবা শীংমীৎ লাংকম কৌববু ফানরকখিবা শঙনে ।

২৩। মৈদিংঙু শেনবী কিয়ামবনা মুনুরাকপা ....... ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্বনা (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔৱা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা মুনু কৌবা লম অদুগী লাকপা তোংলেংতাউবা ফারকঙৈগী পূঙনে ।

২৪। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা তাইপোং খুনঙম থোঙ — মৈদিংঙু খাগেম্বনা তাইপোং লৈবাক ঙম্বগী নীংশিং খুদম ওইনবা কংলা মনুংদা শাখিবা থোঙ অমা ।

২৫। চৌকোং মিংনাইবা ফানা থোঙনে — তাইপোং থোঙদি তাইপোং লৈবাক্কী চৌকোং কৌবা মমিং য়াম্না চৎপবু ফারকপগী নীংশিং খুদম ওইনবা শাখিবা থোঙনে ।

২৬। লুৱাং খোকপোক চেংঙাপল — কংলা মনুংদা লৈবা মফম অমা । "উত্রাগী খা পাংবা চিথেক অদুদি লুৱাং নোংহুমফম্নে । মফম অদুবু লুৱাং খোকৱাপোক চেংঙাপল কৌএ।" — নুঙলোন ।

২৭। থীকনেম কাইবরম শরু নোংগাফম — কংলা মনুংদা লৈবা মফম অমা ।

২৮। অউপপা মালেম লৈহমফম — মালেম লৈখাবু লৈতাইদুনা ঈরাৎনফম ।

২৯। অরোংবা কোরৌ নোংহমফম — অৱাংবা নোংদোনবু নোংদাইদুনা ঈরাৎনফম।

মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা মরিং খুনঙম্ পূঙনে । হুয়েন্ লান্নীগীদি মরিং তরাং কৈকোইবীগা মদু নিংথৌ কোন্দে সন্থিল্ লাংমৈবগা লৈমু শেংথাক্ পূঙ্, লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা শঙ্লেন্যাইনে । মদাইরেম্ লাংগোই শারুংহন্বা লাংশোই নীঙ্থিন্ শূবা মশঙ্লেন্, তাইপোং খুনঙম্ শঙ্, লাংগোই মরাম্বা লোক্না শঙ্, শীংমীৎ লাঙ্কম্ মিংনাইবা লায়েপ্ লান্থৌয়াঙ্ ফানা শঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী কিয়াম্বনা মুনুরাক্পা তোংলেঙ্তাউবা চক্মোম্ মৈমিংনবা লৈখম্ তাউবা ফানা

৩০। তরা চানিফম — চাকহোং ঙাহোংনবা ঈরাৎনফম ।

৩১। লাইজা ঈনিফম — লাইজা ঈশিং মরাং কায়নবা ঈরাৎফম ।

৩২। হঙোই কোনথিং নুরাবীনা — হঙোই অমোম্না (তাংজা লিলা পাখংবগী মশানৌবুসু হঙোই কোনথিং নুরাবী কৌই) ।

৩৩। ইঙা কুমচেনব্রাইনে — নোংজু পম্বা ইঙা য়ৌরক্লে হায়না পাউজেনবা মফমনে ।

লামায় ১৪

১। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা তিমেন তাচায় খোং — মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) তিমেন তা চায়নখিবা খোং ।

২। থোংনাং ময়াং পাতাকোন ফানা খোংনে — হায়রিবা খোং অসিদি থোংনাং ময়াং পাতাকোন কৌববু ফানরকখিবা খোং মফমনে ।

৩। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — য়াইগী মশক ওইরবা অথোইবা খোংলেন্নে ।

৪। থাঙব্রাই নিংথৌ মুংয়ামবনা চামলৌ লাচেন পূঙনে — মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা (খৃ:১৫৬২-১৫৯৭) চামলৌ লা হেক্লখিবা পূঙনে ।

৫। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লান্দা ফারকখিবদি ।

৬। অনান লৈমা থারোন নিংথৌ চনু — খা মাইগৈদা লৈবা অনান খুলগী মরৈমবী থারোন নিংথৌগী মচা নিংঙোল । অনান কৌখিবদি — চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংমী শাদুনা লৈমা লৈনাউতাবীবু পুরগা লাকপদা নূঙ ইশং থাংববু নেৎলুবদগী খুদোন নাম্থোকখি । খুনাল কৌবদগী অনান কৌখি । থারোন কৌখিবদি — চীংখোঙ পোইরৈতোন্না মরল মথুম পোৎচৈবু মমল মথা লৌদুনা য়োল্লমএ হায়বগী থানয়োন কৌরম্বদগী থারোন কৌনখি ।— পোইরৈতোন খুম্থোকপা ।

৭। লৈমা সুমকেমনু শাফবী ফানা পূঙনে — মশা মউ য়েংবদা য়াম্না চঙখোনবী অনান খুল্লাকপী সুমকেমনু ফারকঙৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে ।

৮। থাঙব্রাই নিংথৌ মুংয়ামবনা কংলৈ য়াথোকলমনে — মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা(খৃ: ১৫৬২-১৫৯৭) লমহাং লমজাউদা চৎথোক্লফমনে ।

৯। মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রানথাবা ওকলেন চাবা পূঙনে — মৈদিংঙু থব্রাম্থাবনা (খৃ: ১১৯৫-১২৩১) ওকশা চানখিবা পূঙনে ।

পুঙ্নে । মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা তাইপোং খুন্ঙম্ থোঙ্, চৌকোং মিংনাইবা ফানা থোঙ্নে । লুৱাং খোক্পোক্ চেংঙাপল্, থীক্নেম্ কাইবরম্, শরু নোংগাফম্, অউপ্পা মালেম্ লৈহম্ফম, অরোংবা কোরৌ নোংহম্ফম্, তরা চানিফম্, লাইজা ঈনিফম্, হংঙোই কোন্থিং নুরাবীনা ইঙা কুম্চেন্ব্রাইনে ।(লামায় ১৪)মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা তিমেন্ তাচায়খোং, থোংনাং ময়াং পাতাকোন্ ফানা খোংনে । খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে । মৈদিংঙু শেন্বী মুংয়াম্বনা চাম্লৌ লাচেন্ পূঙ্নে । হুয়েন্

১০। থাঙব্রাই নিংথৌ মুংয়ামবনা মুংয়োং খুনঙম পূঙ — মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা মুংয়োং কৌবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্কী মনুং চনখ্রবা লম অদুবু ঙমঙৈগী পূঙনে ।

১১। সমপুম নিংথৌ করাংবা কোনচন লানচুঙববু কংলৈ থাঙয়ান পূঙনে — মৈতৈ লৈমা লিষ্পোইঙম্বীনা হাওরৈ খা নোংপোক পাংবদা লৈবা লমলেন নাউরেংপাই সমপুম লোনবা চীংদা পানবা লেংপাই লম্মহন লোইবী সমপুম নিংথৌ কোনচন লানচুঙ্ববু থাঙলেন কোমশংনখিবা পূঙনে ।

১২। চৈরৈরোন পাংকাঙমবীনা পললু নিংথৌ হখম মিংনাইবা কংলৈ থাঙয়ান পূঙনে — চৈরৈরোন পাংকাঙম্বীনা পললু লৈবাক্কী মমিং চংলবা নিংথৌ হখমবু থাঙলেন কোমশংনখিবা পূঙনে ।

১৩। পললু — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা পললু কৌবা কবোদা লৈবা লম অমা । পললু কৌখিবদি — চীংখোঙ পোইরৈতোন্না মতৈমা লৈমা লৈনাউত্তবীদা ব্রারৌনা হায়খি ইতৈমা লৈমা নহাক্না শম্ফোঙদা হৌবা তাইময়েন অদুগা অখোম শিঙভূৎ য়েন, নারবসু শিদবা শিরবসু হকচাং পুমথদবা হিদাকপু কাউরম্বদগী ইচানুপা ইচানুপী ময়াম মথং মথং কাইনরে । শাবী ইতৈমা ইবানীসু খাইনরশিরা খঙদ্রে হায়না লৈখিদ্রবা মপারী মমোমবু পননা পননা কপ্লমএ । অদু নোংগীবু পললু লৈময়ায় কৌখি । — পোইরৈতোন খুম্ফোকপা ।

১৪। তানথোঙ লমমপাক লেমথোঙ লমমচুমনে — মরাক ময়ুং পাক্লবা শাংলবা চুম্লবা লমনে ।

১৫। মৈদিংঙু লাইরেন লোয়য়ুমবা — মৈতৈ নিংথৌ লোয়য়ুম্বা (খৃ: ১০৭৪ব১১২২) ।

১৬। চেঙজা কোইবী — কংলা মনুংদা লৈবা নুঙ্গোইবী লাইফম ।

১৭। তয়োন থাঙয়ৈ নূঙ — মৈদিংঙু লোয়য়ুম্বনা অব্রাং মাইগৈ পাংবরমদা লৈবা তয়োন থাঙদাপূঙদা লান্দাবদা লোক্লকপা নূঙলেন য়াইওইবা ব্রায়রা শায়াই চেনবা, হুয়েন লানয়াই চেনবা নূঙ । নূঙ অদুবু নুঙ্গোইবীদা খিনখি । তয়োন থাঙদাপূঙ কৌখিবদি — "চীংঙু নোংথৌ সোরারেনগী থাঙলেন মখুংশুবু কোরৌ নোংলাংপান্দগী তারকএ । অদু নোংগীবু থাঙদা পূঙ-ও তৌনা কৌএ ।" — নিংথৌরোল লম্বুবা ।

লান্নীগীদি অনান্ লৈমা থারোন্ নিংথৌ চনু লৈমা সুম্কেম্নু শাফবী ফানা পূঙ্নে । থাঙ্ব্রাই নিংথৌ মুংয়াম্বনা কংলৈ য়াথোক্লম্নে । মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রান্থাবা ওক্লেন্ চাবা পূঙ্নে । থাঙ্ব্রাই নিংথৌ মুংয়াম্বনা মুংয়োং খুন্ঙম্ পূঙ, হুয়েন্ কৈতোংখম্ ফানা পুঙ্নে । মৈদিংঙু পোইরৈ খুন্জাউবা খুৎলাং খুন্ঙম্ পুঙ্, হুয়েন্ পোংলেন্বা ফানা পূঙ্নে । নোংবাল্লোন্ লিন্থোইঙম্বীনা সম্পুম্ নিংথৌ করাংবা কোন্চন্ লানচুঙ্ববু কংলৈ থাঙ্য়ান্ পূঙ্নে । চৈরৈরোন্ পাংকাঙম্বীনা পল্লু

---

১৮। শেনলৈ মানদে ঈহানূঙ, পাইরৈ মানদে ঈয়ানূঙ — মঙাই মশেন মশেন মবাই নত্তবশিংগী ঈ হাথনূঙ, ঈ য়াননূঙ ।

১৯। শমজেৎপী উকাবা হংয়েংবী হংয়েংবা কতনবী য়োংহকপা — তয়োন থাঙদাপূঙ কৌবা লমদা লৈবা য়োংমু য়োংশেলনচিংবা ।

২০। নমু পোংশাবী পোংশাবা ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু লোয়য়ুম্বনা তয়োন থাঙদাপূঙদা লান্দাদুনা নমু মীগুম্লবা য়োংবু ফারকঙৈগী পূঙনে ।

২১। চোংথাম নুরা ফাববু উই পৌদোং লোননফমনে — হায়খ্রিবা পূঙ অসিদি চোংথাম নুবা ফাববু উহক শেংগম শাদুনা উই কৌবা ব্রা অদুনা লোনশিন্দুনা থাঙনা য়ানদুনা হাৎখিবা মফমনে । উই পৌদোং লোনখ্রবদি মী অদু হাৎলবনি লৌবা য়ারে । চোংথাম নুরা ফাববু উই পৌদোং লোনখিববু চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না চল্লী — "ঙাংলৌলাগী কুম শক ১৪৭১ অঙৌপানবা লাংলোইঙম্বা শিএ । অঙোম তাকএ । চোংথাম নুরা ফাবসু হাৎএ ।"

২২। হুইনিং মনিংথৌ পাসন লানথৌয়াঙ লাললুচা তরা ফাববু খাগা থা — মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা (খৃ:১৬৫২-১৬৬৬) অব্রাং নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হুইনিং খুলগী নিংথৌ পাসন কৌববু লৈরোল চনখিবা মফম । হুইনিং কৌখিবদি — "থায়নঙৈদা অব্রাংবা চীংদোন্দা পানবা তাংজা মশমনা চরৈ ফিজেৎসু ওইনবা উন অমসুং নোংগী ঈশিংনা চাক ওইনবা, কাঙ্গু নূঙগী কাংথোলদা য়াহিপ্পা, কুকম চীংদোমপোক্তা ব্রায়েল থৌদাবা লাইয়িংথৌ সমপুম মহারাবগা অতিয়াদগী নোং পীবীদুনা মালেম লৈমাইদা ঈশিং থোকহল্লিবা থিবগী লোইবা নাইদ্রবা লিলব্রাই তুরেলগী মরুদা থবক পাংথোকপা খোইমোম লাংবুম অরিবগা লাইয়িংথৌ অনীনা মনিংশা কামশিন্দুনা লৈবাক তৌখায়দুনা চীং ককথক্কুনা হুই থাদুনা, য়োৎ য়ুংদুনা, কাপ ওন্দুনা লময়েন্নরমএ হায়বগীবু হুইনিং চীংথক চীংখা কৌখি ।"— নিংথৌরোল লম্বুবা ।

২৩। মখান লাইকাপূঙ — "নুংপাল লৈশাবী তরুকমনা কোরৌ নোংকারকপদা খোয়নৌ মতা য়াংতৌ অতাউবীনা খোইমোম লাইনা কাবগুম কারকএ । মতা মঙামানা খুপাক লাইখন শানা য়েংলমএ । অদুগীবু মখান লাইকাপূঙ কৌখি।" — নিংথৌরোল লম্বুবা।

নিংথৌ হখম্ মিংনাইবা কংলৈ থাঙ্‌য়ান্ পূঙ্‌নে । তান্থোঙ্ লম্মপাক্ লেম্থোঙ্ লম্মচুম্‌নে । মৈদিংঙু লাইরেন্ লোয়য়ুম্‌বা, চেঙ্‌জা কোইবী, তয়োন্ থাঙ্‌য়ৈ নূঙ্, শেন্‌লৈ মান্দে ঈহানূঙ্, পাইরৈ মান্দে ঈয়ানূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি শম্‌জেৎপী উকাবা, হংয়েংবী হংয়েংবা, কতন্বী য়োংহক্‌পা, নমু পোংশাবী পোংশাবা ফানা পূঙ্‌নে । চোংথাম্ নুরা ফাববু উই পৌদোং লোন্‌নফম্‌নে । মৈদিংঙু পোইরৈ খুন্‌জাউবনা হুইনিং মনিংথৌ পাসন লান্থৌয়াঙ্, লাল্লুচা তরা ফাববু খাগা থা, মখান্ লাইকাপূঙ্‌গী

---

২৪। থৌদু নূংলাংমৈ শাফবদি থককা থোন — মখান লাইকাপূঙদগী পুরকপা নুঙলাংমৈ কৌবা মতা ফরবা নূঙ অদুনা হুইনিং নিংথৌ পাসনগী মথক্তা নন্দুনা ফুমখিবা মফম ।

২৫। কুচু তেনথাফমনে — মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা কংলা কুচুদা তেন কাপখিবা মফমনে । "খ্বাই নোংচেনবম পিবানা তাউহুইরেংবু কাপ্পদি কুচুদা কাপএ" — লৈহৌ নোংহৌ।

২৬। কুচু থোললাংমৈনে — কংলা কোনুং মনুংদা লৈবা কুচু থোল্লাংমৈ ।

২৭। মৈদিংঙু শেনবী কিয়ামবা কুচু থোললাংমৈনে — মৈদিংঙু কিয়াম্বগী (খাগেম্বগী?) কুচু থোল্লাংমৈনে । "পাখংবনা কুচুদা ফম্লবদা পুরৈরোম্বনা শিংথ্রাইএ।" - ফমলোন। মৈদিংঙু পামহৈবগা পোং নিংথৌগা কুচুদা ফমঙৈদা পোংনিংথৌ খেথোম্বগী য়াইবু পীএ ।— চৈথারোল কুম্বাবা ।

লামায় ১৫

১। মংকন নিংথৌ শাথিবদি খাগা থা — মৈদিংঙু খাগেম্বনা লান্দা ফাহৌবা মংকন লৈবাক্কী পাঙন মুসনমান নিংথৌ শাথিবদি লৈখাদা থাদুনা (মথৱায় মমিরেন?) ।

২। পানবা কৈজেংলাং অচঙবদি য়াইকা চন — কৈজেংলাং কৌবা য়াম্না শাথিবা কৈ অহিংববু ময়ায়দা হাপ্পুনা ।

৩। কিয়াং নিংথৌ সনা য়াচু শাইবদি থককা থোননা — হৌজিক্তি ওৱা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা কিয়াং লৈবাক্কী নিংথৌবু মথক্তা হাপ্লগা ফুমদুনা । কিয়াং কৌখিবদি — চীংখোং পোইরৈতোন্না নোংপোক মাইগেগী শেনবী তম্পাক্তা কবো শিদ নাদবা খুলবু থিরকপদা মৈখু নোংলোল কাবা উরদুনা করিগী মৈনো হংবদা চকপা পাখংনা চকপা পোৎলোইবগী মৈনে পাউখুম্লকপদা পোইরৈতোন্না শাবী ইতৈমা লৈমা হেমচেং মীরৌ লাই, হৈরাং অশংবা চাবা লাই, অমুলবা হৈ চাবা লাইবু চঙলক্কনি হায়দুনা কোইনা থেকনা চৎলম্মী হায়বগী থেংয়া কৌবদগী কিয়াং কৌনখি ।— পোইরৈতোন খুম্ভোকপা ।

৪। লৈমু শেংথাক পূঙ লৈহৌ শেংওই পূঙনে — লৈবাক তৌথোক্তুনা মী অমসুং কৈ লৈরোন চন্দুনা মথক্তা থোনগৎলিবা পূঙ অদুবু শেংদোক্তুনা মওং তাহন্দুনা লানঙম কুম্মৈ তৌদুনা য়ু থক্লখিবা পূঙনে ।

থৌদু নূঙ্লাংমৈ শাফবদি থক্কা থোন্, কুচু তেন্থাফম্নে । শাউন্ হাইকাপ্ফম্নে । মৈদিংঙু শেন্বী কিয়ামবা কুচু থোল্লাংমৈনে । হুয়েন্ লান্নীগীদি (লামায় ১৫)মংকন্ নিংথৌ শাথিবদি খাগা থা, পান্বা কৈজেংলাং অচঙ্বদি য়াইকা চন্, কিয়াং নিংথৌ সনা য়াচু শায়বদি থক্কা থোন্না লৈমু শেংথাক্ পূঙ্নে । লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে । মৈদিংঙু লাইরেন্ নাউফংবা লম্থক্ শারোন্পূঙ্, ওক্লেন্ লাবা খারোনবা থিংলৌ য়াপান্বা ফানা শঙ্নে । তীংয়ি ব্রাফোংলাক্, লাবা নোংলৈফম্, কংলা থোন্ তরেৎনে ।

---

৫। মৈদিংঙু লাইরেন নাউফংবা লমথক শারোনপূঙ — মৈদিংঙু নাউফংবনা (খৃ: ৪২৮-৫১৮) অহানবা ওইনা ফম্বাল তোংখিবা কংলা মনুংদা লৈনুংদগী শা মথং মথং লোনখত্তুনা লৈরিবা পূঙ ।

৬। ওকলেন লাবা খারোনবা থিংলৌ য়াপানবা ফানা শঙনে — মৈদিংঙুনা লমলেন ফেনমতাক ঙারংয়ান্দগী ওক্লেন লাবাময়া থিন্দোক্লববু ফানরকখিবা শঙনে ।

৭। তীংয়ি ব্রাফোংলাক — তীংয়ি কৌবা উচেক্লো ঈরুপ্পদগী ফোং ফাওগৎলকপগুম কংলা থোন তরেৎ থোল্লাংমৈবু অহানবা ওইনা তানফংখিবা।

৮। লাবা নোংলৈফম— নুপ্পা থোক্লবা মতীক চাউরবা তুবী নিংথৌশিংগী ফম্বাল তোংনফম ।

৯। কংলা থোন তরেৎনে — কংলা থোন ৭ থোল্লাংমৈ ফম্বাল তোংনফম মেন সুরুংনে ।

১০। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা অহোঙ য়ুনাইফম — মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা কুম্মৈ তৌদুনা য়ু থক্লফমনে ।

১১। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লান্দুদা ফারকখিবদি ।

১২। কংলা শঙজিমদা — কংলা কোনুংগী শঙ মচি অমদা ।

১৩। মরিং নিংথৌ লোকতোনবা — মৈদিংঙু খাগেম্বনা লান্দা ফারকপা নোংপোক মাইগৈদা লৈবা মরিং খুলগী নিংথৌ লোকতোনবা ।

১৪। লৈমু শেংথাকনয়ে — লৈবাক তৌথোক্তুনা মরিং নিংথৌবু ফুমদুনা ।

১৫। উশোং নিংথৌ লাংমৈতোংববু লৈহৌ শেংওইনয়ে — লৈবাক লৈখা লৈমু ফংনা তৌথোক্তুনা উশোং নিংথৌ লাংমৈতোংববু লৈরোন চল্লগা মথক্তা থোনগৎলিবা পূঙ অদুবু মওং তানা শেংদোক্তুনা লৈহৌ কুম্মৈ তৌনখিবা মফমনে।

১৬। মোইমিৎ লৈচুবা — মরাল লৈবা মীবু মমিৎ হন্দোক্তুনা কোৎথোক্তুনা দন্দী পীবা, মী নত্তগা অতৈ শা শন্নচিংবগী মমায় মমিত্তা য়েকশিন খোৎচিন্দুনা থম্বা, করিগুম্বা পোৎশক অমবু মরম অমগীদমক অতম্না উ কারোংদা য়ান্দুনা থম্বনচিংবা ।

১৭। তাইপোং নিংথৌ — হৌজিক্তি ওইরা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা তাইপোং কৌবা নিংথি তুরেল ময়াদা লৈবা লমদুদা পাল্লম্বা নিংথৌ ।

মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা অহোঙ্ য়ুনাইফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কংলা শঙ্জিমদা মরিং নিংথৌ লোক্তোন্ববু লৈমু শেংথাক্নয়ে । কংলা শঙ্জিমদা উশোং নিংথৌ লাংমৈতোংববু লৈহৌ শেংওইনয়ে । কংলা শঙ্জিমদি হোংতুং নিংথৌ কুম্পারেং লান্থৌয়াঙ্বু লৈমু শেংথাক্নয়ে । কংলা শঙ্জিমদি মরাম্ নিংথৌ খৎচরাংদি লৈহৌ তম্না শেংওইনয়ে । তেখাউ নিংথৌ সনা ইন্লেন্খান্ববু মোইমিৎ লৈচুনয়ে । তাইপোং নিংথৌ চৌকোং লান্মিংনাইববু তরেৎ শেন্য়ান্নয়ে। লৌখোম্ নিংথৌ চৌফা

---

১৮। চৌকোং লানমিংনাইববু তরেৎ শেনয়াননয়ে — লান হৈবদা মমিং চৎলবা তাইপোং নিংথৌ চৌকোংবু শেলনা লোই হাহল্লে ।

১৯। লৌখোম নিংথৌ চৌফা হোচোমবদি খুজাই চামমা নারেনয়ে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্কী মনুং চনখ্রবা লৌখোম কৌবা লমদুদা পাল্লম্বা নিংথৌ চৌফা হোচোম্ববু খুজাই চাম্মা লোই হাহল্লে ।

২০। ময়াং নিংথৌ রশকোনবু চৈরে ফিরান খাননা শঙনে — থোংনাং ময়াং নিংথৌ রশকোন কৌববু চৈরে ফিরান খলহন্দুনা ফিরান থেৎনখিবা শঙনে।

২১। মৈদিংঙু শেনবী পাইখোমবা অহোঙ য়ুনাই শঙনে — মৈদিংঙু পাইখোম্বনা (খৃ: ১৬৬৬-১৬৯৭) অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা য়ু থক্লখিবা শঙনে ।

২২। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লান অদুদা ফারকখিবদি ।

২৩। ইতোক নিংথৌ চীংখারেঙ — মৈদিংঙু খাগেম্বনা নোংপোক মাইগৈ পাংলপ্পা লৈবা তাংখুল ইতোক খুলদা লান্দাদুনা ফারকখিবা চীংখারেঙ কৌবা নিংথৌ । ইতোক কৌখিবদি -- চীংখোঙ পোইরৈতোন্না শিদবা নাদবা চীংগী খুল থিরকপদা তাংখুল চীংশাংদা শিদবা নাদবা খুল অমত্তা লৈরমদে হায়দুনা কোয়বা তোক্লমএ । মদুদগী তাংখুল ইতোক খুলেললৈ কৌখি ।— পোইরৈতোন খুম্ভোকপা ।

২৪। কংলা শঙজিমা থানয়ে — লান্দা ফারকপা ইতোক নিংথৌ চীংখারেঙবু কংলাগী শঙ মচি অমদা উনা নন্দুনা চৈরাক পীখিয়ে ।

২৫। সনফু নিংথৌ সনারেমবা — মৈদিংঙু খাগেম্বনা হাওরৈ নোংপোক পাংবরমদা লৈবা সনফু নারুম চীংদা লান্দাদুনা ফারকখিবা সনারেম্বা কৌবা সনফু নিংথৌ । নারুম কৌখিবদি — চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংগী লমদা কোয়রকপদা অথোইবা লম অসিদি অরুম অখং লাইবু লাইথুংলে হায়রমএ। অদুদগী নারুম কৌখি ।— পোইরৈতোন খুম্ভোকপা ।

২৬। মোনশাং নিংথৌ মুমদারেঙ্ — মৈদিংঙু খাগেম্বনা নোংপোক মাইগৈদা লৈবা লোইবী মোনশাং খুলবু ঙমদুনা লান্দুনা ফারকখিবা মুমদারেঙ কৌবা মোনশাংগী নিংথৌ ।

২৭। নোংফৌ নিংথৌ হোংকাশেঙ — মৈদিংঙু খাগেম্বনা অব্রাং মাইগৈদা লৈবা নোংফৌ

হোচোম্বদি খুজাই চাম্মা নারৈনয়ে । থোংনাং ময়াং নিংথৌ রশকোন্বু চৈরৈ ফিরান্ খান্না শঙ্নে। মৈদিংঙু শেন্বী পাইখোম্বনা অহোঙ্ য়ুনাই শঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি ইতোক্ নিংথৌ চীংখারেঙ্বু কংলা শঙ্জিমা থানয়ে । সনফু নিংথৌ সনারেম্বু কংলা শঙ্জিমদা লৈমু শেংথাক্নয়ে । মোন্শাং নিংথৌ মুম্দারেঙবু কংলা শঙ্জিমদা লৈহৌ শেংওইনয়ে । নোংফৌ নিংথৌ হোংকাশেঙ্দি কংলা শঙ্জিমা থানয়ে* । তেখাউ নিংথৌ মশোম্খাদি (লামায় ১৬)মোইমিৎ লৈচুনয়ে । তুবী কোইজা য়েক্,

খুলবু ঙমদুনা ফারকখিবা হোংকাশেঙ কৌবা নোংফৌগী নিংথৌ । নোংফৌ কৌখিবদি — য়োইরুমলোন নুংবাল চনু মতা ৬ মানা অৱাং কোরৌ নোংগারকপদা কোরৌ নোংনা চুথরকপদা চৈরৈ ময়িনফিবু চোত্তুনা নুংশা ফৌরম্মে । মদুদগী নোংফৌ কৌখি।— নিংথৌরোল লম্বুবা।

লামায় ১৬

১। তুবী কোইজা য়েক — তুবী লাইরেন পাখংবগী কোইরপ তৌবা ময়েকপু মৈদিংঙুগী মমাইবনা শঙলেন অসিদা য়েক্তুনা ।

২। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা শঙনে — লাইরেন পাখংবগী য়াঙগী মথেকপুসু তমনা য়েক্তুনা হাপ্লবা শঙনে ।

৩। মরাম নিংথৌ য়ীকৌরেঙদি তরেৎ শেনয়ান্নয়ে — অৱাং মাইগেদা লৈবা লোইবী মরামগী নিংথৌ য়ীকৌরেঙবু শেলনা লোইপোৎ ওইনা পীহল্লে । মরাম কৌখিবদি — চীংখোঙ পোইরৈতোন্না খোইয়ম লাইনা থোনবা অৱাংবা পূঙবু কারকপদা লৈমা লৈনাউতাবীনা মশানৌগী মফি ইন্নফিবু লাম্মা লাম্না পায়দুনা কাখি । অদুদগী মরাম কৌখি ।— পোইরৈতোন খুম্থোকপা ।

৪। কোরৌ অকুপপা ৱাংবন অরংববু তমনা শঙনে — অতিয়াদা থোকপা লংথ্রিক লংবা থৱানমিচাক্লুম তরং তরংনা ফজরবা শঙলেন্নে ।

৫। তখেন নিংথৌ চাতারাইবদি খুজাই চামমা নারৈশঙনে — খা নোংচুপ মাইগেদা লৈবা তখেন লৈবাক্কী নিংথৌ চাতারাইববু খুজাই চাম্মা লোই হাহনখিবা শঙনে ।

৬। চৈরৈ ফিরান খাননয়ে — ময়াং নিংথৌ পোনসারেঙবু চৈরৈ ফিরান খলহন্দুনা ফিরান থেৎনখিবা শঙনে ।

৭। লাংগোই শগোল অমুবদি য়াংলৈ তাউবা তমনা — লাঙ্গোই শগোল অমুববু হূইগী মতৌগুম্না ।

---

* মথক্কী লাইবিক্তদি — "ইতোক নিংথৌ চীংখাবেঙ লানথৌয়াঙবু কংলা শঙজিমদা তললা উখা থানয়ে ।" হায়না ই । "নোংফৌ নিংথৌ হোংকারেঙদি কংলা শঙজিমদা থৌদু নূঙদা থককাথং নেমবী শীংনাংনা খাগা থানা থৌদু খাগা থানয়ে ।" হায়না ই ।

লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তম্না শঙ্নে । মরাম্ নিংথৌ য়ীকৌরেঙ্দি তরেৎ শেন্য়ান্নয়ে । কোরৌ অকূপ্পা ৱাংবন্ অরংববু তম্না শঙ্নে । তথেন্ নিংথৌ চাতারাইবদি খুজাই চাম্মা নারৈশঙ্নে । ময়াং নিংথৌ পোন্সারেঙ্বু চৈরৈ ফিরান্ খান্নয়ে । লাংগোই শগোল্ অমুবদি য়াংলৈ তাউবা তম্না কংকা থাংনা হূইমু তম্না য়ুম্দৈ শঙ্নে । লোইবী চীংশোং মরৈমবী, চীংনুং মরৈমবী, চীংনুং নুরাবী লোক্য়াই হাওতম্নু শাফবীবু তাইরেন্ নারেন্ নারোঙ্বী মশুং ওইনা লাইজা খিক্ফেন্ননা নাহৈ শঙ্নে। কংলা থোন্ তরেৎনে । হাওরীনা হাওতোন্না য়েন্খোঙ্ য়েন্শানা মনুং

---

৮। কংকা থাংনা হূইমু তমনা য়ুমদৈ শঙনে — লাঙ্গোই শগোল অমুববু মঙক্তা হূইকং থাংদুনা হূই অমুবনা য়ুম শংনবগুম শংনখিবা শঙনে ।

৯। লোইবী চীংশোং মরৈমবী — অৱাং মাইগৈ পাংবদা লৈবা লোইবী চীংশোং খুলগী খুল্লাকপী ।

১০। চীংনুং নুরাবী লোকয়াই হাওতমনু শাফবীবু — হাওতমনু কৌবী মশক মতৌ চঙখোনবী লোইবী চীংশোংগী খুল্লাকপীবু ।

১১। তাইরেন নারেন নারোঙবী মশুং ওইনা লাইজা খিকফেনননা নাহৈ শঙনে — নাহৈরোন শক্তুনা তাইরেন মনানা ঈশিং খিক্তুনা চীংনুং নুরাবী নিংথিবীবু শেংদোক্লখিবা শঙনে।

১২। কংলা থোন তরেৎনে — মৈদিংঙু নাউফংবনা অহানবা ওইনা তানফংখিবা কংলা থোন তরেৎ থোল্লাংমৈ ফম্বাল তোংনফম মেন সুরুংনে ।

১৩। মৈদিংঙু লোয়নাই খুমোমবনা চীনফু মাইতাফমনে — মৈদিংঙু খুমোম্বনা (খৃ: ১২৬৩-১২৭৮) মায়-মিৎ চীন-য়ানচিংবা শেংদোক্লফমনে ।

১৪। হুয়েন লাননীগীদি — মৈদিংঙু খুমোম্বনা খুমন্দা লান্দরকখিবা শেনবী তাইপোংগী মথক্তা লান্দাদুনা লানঙমঙৈদা ফারকখিবদি ।

১৫। শেনবী চানা ঙমচিংবা — শেনবী তাইপোংগী লাঞ্জিংবা ।

১৬। চাংখ্রং চাংনিংশিং পোনখ্রং লাইরবা — মৈদিংঙু খুমোম্বনা ঈকোপ পাৎকি লানফমদা তাইপোং লাম্মী মাইথিবা পীদুনা ফারকখিবা চাংখ্রং চাংনিংশিং পোনখ্রং লাইরবা কৌবা শেনবী তাইপোংগী লাঞ্জিংবা ।

১৭। তুবী মখোঙ নেৎনা লাইরেন খুদাননা — লাইরেন মৈদিংঙু খুমোম্বনা শেনবী পোনখ্রং লাইরববু সনা খুনেৎননা ।

১৮। থীকশেং থাশেংফমনে — লাইরেন মৈদিংঙু খুমোম্বনা ঈরু শান্দেংনফমনে।

১৯। নয়োন মৈতৈ লৈমা নোংবাললোন লিনথোইঙমবীনা — নবেনধৌ মৈতৈ লৈবাক্কী লৈমরেন ওইবী অঙোম চনু লিম্বোইঙম্বীনা ।

২০। খারী খুনঙম পূঙনে — কবো খারী কৌবা হৌজিক্তি ওৱা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা লম অদুবু খুদুম চনঙৈগী পূঙনে ।

লীক্নোং তায়াল্না অচিন্ অমংপু চীংহে লেনহৈবু খাম্নফম্নে । খাম্য়াল্ নোংকাপ্ফম্নে । মৈদিংঙু লোয়নাই খুমোম্বনা চীন্ফু মায়তাফম্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি শেন্বী চানা ঙম্চিংবা, চাংখ্রঙ্ চাংনিংশিং পোন্খ্রঙ্ লাইরবা, সনা চীন্বান্থোংনা চাশাইবা, লুপা চীন্বান্থোংনা লিয়োংববু মখোঙ্ নেৎনা লাইরেন্ খুদাননা থীক্শেং থাশেংফম্নে । নয়োন্ মৈতৈ লৈমা নোংবাল্লোন্ লিন্থোইঙম্বীনা খারী খুন্ঙম্ পূঙ্নে । লাল্লু চাম্ঙা থরোন্ নীক্না লৈমু শেংথাক্ পূঙ্, লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে । পূঙ্জি নাতৈননা লাল্লু কোক্শোক্নবা অমদি নয়োন্ মৈতৈ লৈমা নোংচুপ্

২১। লাললু চামঙা থরোন নীকনা — মী মকোক চামঙাবু থক থক নীকশিন্দুনা।

২২। লৈমু শেংথাক পূঙ লৈহৌ শেংওই পূঙনে — লৈবাক লৈখা লৈমু ফংনা তৌথোক্লুনা লাললু কোক চামঙাবু নীকশিন্দুনা লৈরোন চন্দুনা মথক্তা থোনগৎলিবা লৈবাক অদুবু শেংদোক্লুনা মওং তাহন্দুনা লৈহৌ কুম্মে তৌনখিবা পূঙনে।

২৩। পূঙজি নাতৈননা — পূঙ মচি অমগী মনাক নক্লা।

২৪। লাললু কোকশোকনবা — লাললু অনী শোক্লনা থেংননা।

২৫। নয়োন মৈতৈ লৈমা নোংচুপ লানলুম ঙমবীনা — নবেনধৌ মৈতৈ লৈবাক্কী লৈমরেন ওইবী মৈদিংঙু শেনবী মুংয়াম্বগী (খৃ: ১৫৬২-১৫৯৭) মশানৌ।

২৬। চৌকোং লানথৌয়াঙ ফানা পূঙনে — হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা কবোদা লৈবা তরুং কৌবা লম অদুগী লান্দা থৌনা য়াম্না ফবা চৌকোং কৌবা নিংথৌবু ফারকঙৈদা নীংশিং কুম্মে তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

২৭। কংলৈ পূঙজি নাতৈমদি — মথক্কী পূঙ অসিগা নক্লনা লৈবা পূঙ অমদি।

২৮। মোয়োন খুনঙম পূঙ — মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা মোয়োন কৌবা নোংপোক মাইগৈ পাংবদা লৈবা লোইবী হাওশিংবু ঙমঙৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে।

২৯। য়ীরুমবী লানলুমবা ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা মোয়োন লানঙমঙৈদা য়ীরুম্বী লানলুম্ববু ফারকঙৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে।

লামায় ১৭

১। অয়াঙ ব্রারেপফমনে — হায়রিবা পূঙ অদুদি অয়াঙ ব্রারেপফম কৌবা কংলা উত্রাগী অব্রাংদা লৈবা পূঙনে।

২। তেংলৈ মুংজা অরাপপা কানারম হাওরা মুংজা অথাপপা তননারমনে — হায়রিবা মফম অসিদি তেংলৈ কাংলুপকী মবুধৌ তেংলৈ মুংজানা কানারম হাওরা মুংজা তান্নরমনে।

৩। খ্বাই নোংজেনবম পিবা — তাউহ্হইরেং অহনববু তেন্না কাপথুখিবা খাবা নোংজেনবা।

৪। য়েকমা হাওতংলা নমু পোংঙারাজা অতনবা — নিংথৌ অনীগী থৌ পুবদা ব্রামল্লদুনা মনাই ওইবা তল্লবা খ্বাই নোংজেনবম পিবা।

লান্‌লুম্‌ ঙম্‌বীনা কবো তরুং মনিংথৌ হুয়েন্‌ লান্‌মিংনাই চৌকোং লান্‌থৌয়াঙ্‌ ফানা পূঙ্‌নে । কংলৈ পূঙ্‌জি নাতৈমদি মৈদিংঙু শেন্‌বী মুংয়াম্‌বনা মোয়োন্‌ খুন্‌ঙম্‌ পূঙ, য়ীরুম্‌বী লান্‌লুম্‌বা (লামায় ১৭)ফানা পূঙ্‌নে । অয়াঙ্‌ ব্রারেপ্‌ফম্‌নে । তেংলৈ মুংজা অরাপ্‌পা কানরম্‌, হাওরা মুংজা অথাপ্‌পা তন্‌নরম্‌নে । খ্বাই নোংজেন্‌বম্‌ পিবা য়েক্‌মা হাওতংলা নমু পোংঙারাজা অতন্‌বা ব্রায়রা মরীখঙ্‌, য়োয়ময়াই তাউদন্‌বা মশাবী তাউহুইরেং অহন্‌বা ফানরী, অব্রাং কোরৌ নোংকাপ্‌ লীবু কৈমা ব্রাংদৈ

---

৫। ব্রায়রা মরীখঙ্‌ — তেনগী মগুনবু য়াম্না মুন্না খঙলবা খাবা তেনহৈবা ।

৬। য়োইময়াই তাউদনবা — নুমিৎ । মফম অসিদদি নিংথৌবুনি ।

৭। মশাবী তাউহুইরেং অহনবা ফানরী — নিংথৌগী ময়াম্ববু কাপথুদুনা হাৎপদা শীজিন্নখিবা লীরুং তেন ।

৮। অব্রাং কোরৌ নোংকাপলীবু — নোংদোন্দা থোকপা নুমিৎকা চাংদম্নরিবা নিংথৌগী ময়াম্ববু কাপথুখিবা লীরুং তেন অদুবু ।

৯। কৈমা ব্রাংদৈ থকতা লীরমএ — ফৌ থমফম কৈদা লীদুনা লোত্তুনা থনমএ।

১০। অদু নোংগীবু ব্রায়রা তেনগৈ খা-ও তৌনা কৌএ — অদুদগী হৌদুনা মফমদুবু তেনগৈখা কৌনখি ।

১১। তেনগৈখা — কংলাগী খা থোঙদগী চঙলকপা লম্বীগী নোংপোক্তা তুরেল মপান্দা লৈবা মফম অমা ।

১২। মৈদিংঙু লোয়নাই খুমোমবা — মৈতৈ নিংথৌ খুমোমবা (খৃ: ১২৬৩- ১২৭৮) ।

১৩। চঙবী মকৈরেল কৈরেল মখুৎফানে — পোৎ পুন্নমক লৌশিনফম চঙলকফম ওইরিবা মৈদিংঙুগী অথোইবা কৈরেলনে।

১৪। খাবা তেনহৈবা ব্রায়রা তেনগৈখানে — হায়রিবা মৈদিংঙুগী কৈরেল অসিদি খাবা তেনহৈবনা তেন লীরম্বদগী তেনগৈখা কৌখিবা মফম অদুমক্তনে ।

১৫। মৈদিংঙু খুনমা লানয়ামবা — খৃ: ১৪৩২ দগী ১৪৬৭ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী অতোপ্পা মমিং অমা ।

১৬। কৈথেললেননে — মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী অথোইবা কৈথেলনে ।

১৭। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমগৈদা ফারকপশিংদি ।

১৮। ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা মোইরাং লৈবাক্কী তীনহৌথাচা, ব্রানাউচা, অথীঙ অথাঙচা, অখোং নীঙনোমবা, উরা লাংমৈরেম্বনচিংবা অথৌবশিং ফারকগৈদা শেমখিবা কৈথেলনে ।

১৯। অঙৌবা ক্কাকপা থব্রানথাবা — অঙোম নিংথৌ ক্কাকপা থব্রাম্থাবা।

২০। কংলা থৌগারমনে — ক্কাকপা থব্রাম্থাবনা কংলা থৌগারকফম লম্বীনে ।

থক্তা লীরম্এ । অদু নোংগীবু ব্রায়রা তেন্গৈখা-ও তৌনা কৌএ । মৈদিংঙু লোয়নাই খুমোম্বা চঙ্বী মকৈরেল্ কৈরেল্ মখুৎফানে । কোল্না মনোংয়ায় খাবা তেন্হৈবা ব্রায়রা তেন্গৈখানে । মৈদিংঙু খুন্মা লান্য়াম্বা কৈথেন্লেল্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগেরক্কী তীন্হৌথাচা, লাংখোংলক্কী ব্রানাউচা, অথীঙ্ অথাঙ্চা, ঙাংখা নম্পোক্কী অখোং নীঙ্নোম্বা, কেগে উরা লাংমৈরেম্বা ফানা পূঙ্নে । অঙৌবা ক্বাক্পা থব্রান্থাবনা কংলা থৌগারম্নে । তাউজিং হৈনৌ থোংনে । হুয়েন

---

২১। তাউজিং হৈনৌ থোংনে — তাউজিং হৈনৌ থোং কৌবা অঙোম নিংথৌ ক্বাকপা থব্রানথাবনা কংলা কারকপদা লান্নখিবা থোংনে।

২২। কেরুক অপানলামবা ফানা থোংনে — হায়রিবা থোং অসিদি কেগে মোইরাং কেরুক অপানলাম্বা ফারকঙৈদা শাখিবা থোংনে ।

২১। হকব্রান থাব্রা অতেনবদি — নিংথৌজা শলাইগী হকব্রানথেম মচা থাব্রা কৌবা মথীক নেম্বা থীকনেমদি ।

২২। কুরাউ ফানগা তোংনা — কুরাউনা শাবা ফান মথক্তা কাদুনা তোংদুনা ।

২৩। তাউজিং হৈরামফমনে — তাউজিং হৈবু লামদুনা হেক্রুখিবা মফমনে ।

২৪। লোয়য়ম মারা অশাংবদি — লোয়যম মারা কৌবা ব্রাংদ্রিং ব্রাংবদি ।

২৫। শমু খুৎনা ফংনা — মখুৎনা লাম্বদা ফংদুনা ।

২৬। তাউজিং হৈহেক ব্রাইনে — তাউজিং হৈবু হেক্রুখিবা মফমনে ।

২৭। য়োইরেন — অথোইবা / মকোক ওইবা / মাইবা শঙগী ফম / মাইবী ।

২৮। য়োইরেন শঙয়াথীনে — য়োইরেন শঙ নামুং লিংফমনে ।

২৯। লাইসনা য়ুমমাথৈনে — পোৎশঙবা শঙলাংমৈনে । লাইসনানা পাখংবগী মউন থৈফমনে ।

৩০। মুংদিংননা য়ুমকুপ শঙ — মুঙদিং কৌবা পাম্বীনা মথক্তা কুপ্লা শঙ ।

৩১। মুমলাংননা শাইদা শঙ — মুমলাং (ইমোম?) কৌবা ইনা শাই চেল্লগা ।

৩২। লব্রায় চেংবা লুক তরা চাওইশঙ — চীন্দম চেঙ তম্বা মনাইশিংনা পুরকপা চেঙনা চাক থোংনফম চানফম ওইবা শঙ।

৩৩। পুনুং চেগাই পাকনা ব্রানথোং শঙ — অচৌবা অপাকপা লৈবাক্লা শাবা পাত্রদা লুক হৌনফম শঙ ।

৩৪। পোইরৈ শীংবীতোলনা হৌনা খুনখিল শঙনে — পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক মীয়াম হৌনা লিংখিবা শঙনে ।

৩৫। নাচৌবা লৈচিং শঙ — অকনবা অথৌবতনা মকোক ওইবা শঙ ।

৩৬। থোঙখুবা লৈরৌ শঙ — অশোনবা পাংদবশিংনা য়ৌঙমদবা শঙ ।

লান্নীগীদি কেগে মোইরাং কেরুক অপান্লাম্ব' ফানা থোংনে। হকব্রান্ থাব্রা অতেন্বদি কুরাউ ফান্গা তোংনা তাউজিং হৈরাম্ফম্নে। লোয়য়ম্ মারা অশাংবদি শমু খুৎনা ফংনা তাউজিং হৈহেক্রাইনে। তাউজিং হৈনৌ থোংনে। থোংলেন্ য়াইখু য়াইনে। য়োইরেন্ শঙ্য়াথীনে। লাইসনা য়ুম্মথৈনে। মুংদিংননা য়ুম্কুপ্ শঙ্নে। মুম্লাংননা শাইতা শঙ্, লব্রায় চেংবা লুক্ তরা চাওই শঙ্, পুনুং চেগাই পাক্না ব্রান্থোং শঙ্, পোইরৈ শীংবীতোল্না হৌনা খূন্খিল্ শঙ্নে। নাচৌবা লৈচিং শঙ, থোঙ্খুবা লৈরৌ

---

৩৭। অদোন মোইবুংলোকপা থোঙবুচা কোই ঙমবা য়াতা শঙ — অদোন মোইবুংলোকপা থোঙবম মচা কোই ঙম্বনা হিপ্পফম শঙ।

৩৮। কাওরেন ঙৌবী মচন কোনথীং তাওবী হোঙনা শঙ — কাওরেন ঙৌবীগা মচন মানবী কোনথীং তাওবীগা অনীবু হোঙদুনা কুম্মে তৌনখিবা শঙনে।

৩৯। য়ুমচিন চাকো নারেং থোংনা শঙনে — কেগে মোইবাং মচা অরেবা কাপা সনথিলববু য়ুমজিন্দা হুৎলিবা চগো অদুদা লেংলগা পুন্দুনা থম্খিবা শঙনে।

লামায় ১৮

১। মৈদিংঙু লোয়য়মবা নুঙপাক থকতা — মৈদিংঙু লোয়য়ুম্বনা (খৃ: ১০৭৪ - ১১২২) থারম্বা পাক্লবা পুঙপাক মথক্তা।

২। লাইরেন লোইতোংবা নুঙশাং থা — মৈদিংঙু লোয়য়ুম্বনা থারম্বা নুঙপাক থক্তুদা মৈদিংঙু লোইতোংবনা (খৃ:১১২২ - ১১৫০) নূঙ অশাংবা অমুক থাদুনা।

৩। শবী নামুং অচেৎপা শোননা শঙনে — ব্রাশক অচেৎপা অরুববু শোন্নফম শঙনে।

৪। পানবা লাচুম শঙ — কৈ হাৎপগুম হাৎনফম শঙ।

৫। কৈরেন খাঙলেন শঙনে — অশিবা কৈবু ঙহাক পন্দুনা থম্বগুম থম্নফম শঙনে।

৬। মৈদিংঙু ঈদামসু পুনসিবা থেমথা য়োইথোন শঙ — মৈদিংঙু পুনসিববু (খৃ:১৪০৪ - ১৪৩২) থেমথরকখিবা থোনগৎ হাপকৎলবা শঙনে।

৭। তোলবা লোকলৌখোং কাবোঙ লাংথৎ লৌচা — লোইবী চাখা শাকুং খুলগী নিংথৌ। "চাখা শাকুং লাইহৎ - চীং শাকোন লানলুম চীং শাকুং কাইতাই চীংগী চাখা শাকুং মনিংথৌ রোকথৌ লানমিংনাই তোনবা লোকলৌখোং কারোঙ লাংথৎ লৌচাবু কায়ন হুনবী।" — নিংথৌরোল লম্বুবা।

৮। মৈদিংঙু তোঙদোই লানথাবা থেমথা য়োইথোন শঙ — খৃ: ১৫৯৭ দগী ১৬৫২ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু খাগেম্ববু থেমথবকখিবা থোনগৎ হাপকৎলবা শঙ।

৯। তাইপোং খুনঙম শঙ — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা তাইপোং কৌবা হৌজিক্তি ওব্রা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা লম অদুবু লান ঙম্মখিবা শঙনে।

১০। লাংগোই মরামবা লোকনা শঙ — লাংগোই শামু মরাম্ববুসু খোম্লক্লখিবা শঙনে।

শঙ্‌, অদোন্‌ মোইবুংলোক্‌পা থোঙ্‌বুচা কোই ঙম্‌বা য়াতা শঙ্‌, কাওরেন্‌ ঙৌবী মচন্‌ কোন্‌থীঙ্‌ তাউবী হোঙ্‌না শঙ্‌, কেগে মোইরাং অরেরা কাপাসু সল্‌থিল্‌ববু য়ুম্‌চীন্‌ চাকো নারেং থোংনা শঙ্‌নে । মৈদিংঙু (লামায় ১৮)লোয়য়ুম্‌বা নূঙ্‌পাক্‌ থক্‌তা লাইরেন্‌ লোইতোংবা নূঙ্‌শাংথা, য়োইরেন্‌ পোংনাংখা শরী নামুং অচেৎপা শোন্‌না শঙ্‌নে । পান্‌বা লাচুম্‌ শঙ, কৈরেন্‌ খাঙ্‌লেন্‌ শঙনে । মৈদিংঙু হীদাম্‌সু পুন্‌সিবা থেম্‌থা য়োইথোন্‌ শঙ্‌নে । তাইপোং* খুন্‌ঙম্‌ শঙ্‌, তোল্‌বা লোক্‌লৌখোং

১১। লাংগোই শানীঙতোংবা — শামুগী মমৈরোম থংবা শরুক্তা তোংবা ।

১২। লাংগোই শায়ায় তোংবা — শামুগী ময়াঙলেন্দা তোংবা ।

১৩। লাংগোই শারু তোংবা — শামুগী মকোকলোম থংবদা তোংবা ।

১৪। মোইমিৎ লৈচুবা — কনাগুম্বা মী অমবু দন্দি পীবা ওইনা মমিৎ কোৎথোকপা নত্তগা মমায় মমিত্তা য়েকশিন খোৎচিন্দুনা থম্বা ।

১৫। মোইমিৎ লৈচু শঙনে -- মৈদিংঙু খাগেম্বনা তাইপোং লান্দা ফারকখিবা লাংগোই শামু মরাম্বগী থক্তা তোংলকপা তাইপোংগী লায়েপ, শীংমীৎ অমসুং লাংকম কৌববু মোইমিৎ লৈচুনখিবা শঙনে ।

১৬। তুবী কোইজা য়েক — মৈদিংঙুগী মমাইবনা তুবী লাইরেন পাখংবগী কোইরপ তৌবা পাফলগী ময়েকপু হায়রিবা শঙলেন অসিদা য়েক্লুনা ।

১৭। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা — লাইরেনগী য়াঙগী শাথেক অদুবুসু তম্না য়েক্লদুনা ।

১৮। থাঙঙা য়ুমলাই থিংনা শঙ — তীনমু লাইমু য়ুমলাইথোক ফত্তবনচিংবা পুম্নমবু থিংলবা অথোইবা শঙলেম্নে ।

১৯। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা — নোংলৈশং পাম্বীনা ফৈনা থিংলবা শঙলেম্নে ।

২০। লৈখাম তারে য়াননা হেনমোই শঙনে -- লৈখাম পাম্বী য়াম্ব্রদুনা লৈতেংলবা শঙনে ।

২১। মৈদিংঙু শেনবী পাইখোমবা থেমথা য়োইথোন শঙনে — মৈদিংঙু পাইখোম্ববু (খৃ: ১৬৬৬-১৬৯৭) থেমথরকখিবা থোনগৎ হাপকৎলবা শঙনে ।

২২। নূঙকোন খুনঙমশঙ — হায়রিবা শঙ অসিদি মৈদিংঙু পাইখোম্বনা খা মাইগেদা লৈবা লোইবী নূঙকোনবু ঙম্নখিবা শঙনে ।

২৩। য়োইরেন শঙ নামুংনে — মাইবী লোইশঙনে (পন্ডিত দিনচন্দ্র: খুনুংলোনগী অর্থ, লা: ১৪২) । পন্ডিতশিংনা অথোইবা শঙনি হায়না কৌনবা নিংথৌগী লৈফম (পন্ডিত চন্দ্রসিং:পানথোইবী খোঙকুল, লা:৩২) । লাইফম তীনফম লিংখৎপা লাইতীন

---

* মথক্কী লাইরিক্তদি — "তাইপোং খুনঙম শঙ" হায়বগী মহুত্তা — "চাখা সাকং খুনঙম শঙ" হায়না ই । অকোনবগী অসিনা অচুম্বনি ।

কারোঙ লাংথৎ লৌচা ফানা শঙ্নে । মৈদিংঙু তোঙ্দোই লান্থাবা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্নে । তাইপোং খুন্ঙম্ শঙ্, লাংগোই মরাম্বা লোক্না শঙ্, লংগোই শানীঙ্তোংবা লায়েপ্ কৌবা, লাংগোই শায়ায়তোংবা শীংমীৎ কৌবা, লাংগোই শারু তোংবা লাঙ্কম্ কৌবা, মোইমিৎ লৈচু শঙ্নে । তুবী কোইজা য়েক, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তম্না, থাঙ্ঙা য়ুম্লাই থিংনা শঙ্, খুন্বী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা, লৈখাম্ তারে য়ান্না হেন্মোই শঙ্নে । মৈদিংঙু শেম্বী পাইখোম্বা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্নে।

শঙবনচিংবগী থবক তৌবা মাইবা শঙ অমা (পন্ডিত খেলচন্দ্র: মনিপুরী তু মনিপুরী অ্যাড্ ইংলিশ ডিকশন্যারি, লা: ৬২৫)।

২৪। মুৱাউ খুনঙমশঙ — নোংপোক মাইগেদা লৈবা মুৱাউ কৌবা হৌজিক্তি ওৱা লৈবাক্তা লৈবা লম অদুবু ঙম্নখিবা শঙ্নে ।

২৫। থামুং মিংনাইবা ফানা শঙনে — মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা মমিং য়াম্না চৎলবা মুৱাউগী থামুং কৌববু ফারকখিবা শঙনে ।

২৬। মৈদিংঙু কোংয়ামবা লাংশঙ শঙলাংচালনে — মৈদিংঙু কোংয়াম্বগী (খৃ: ১৩২৪-১৩৩৫) লাংশঙ কৌবা অথোইবা শঙলেম্নে ।

২৭। ইংঙেন লানচাই শঙ — মৈদিংঙু কোংয়াম্বনা কৌবা ইংঙেন চীংদা ময়াং লা দারকপশিংবু শোক্লদুনা লান ঙম্নখিবা শঙনে । ইংঙেল চীং কৌখিবদি — "চীংখোঙ পোইরৈতোনগী মপারী তাপুং শিংমিংনববু লোইদাম থাবুম তরুক শুরবগা খমলৈ মীনুংকোন শৱা মীখুরোনগীবু হিংলকএ । অদু নোংগীবু হিংলেনচীং-ও কৌববু পোইরৈ তাবা থিবনা ইংলেনচীংও তৌনা কৌখি ।" — নিংথৌরোল লম্বুবা ।

২৮। শিনাই নানীরোংবা — শিঙ্খা অমত্তদা নত্তনা অতৈদসু হৈরবা মী ।

২৯। নাকথং শিনহৈথোইবা — নাক য়েৎ শুনা খঙলবা খুৎ-শা হৈরবা মী ।

৩০। মিৎয়েং তাংচুমবা — হেক য়েংবদা মিৎয়েং শোয়ফদ্রবা মী ।

৩১। খোকলাং কামু শঙনে — শঙ অসিদি তাগী তাখোকশিংবু মৈদা মুরপ কাথেকহন্দুনা শেম্নফম ওইখিবা শঙ্নে ।

লামায় ১৯

১। মৈদিংঙু শেনবী কিয়ামবা শঙলেনয়াই — মৈদিংঙু কিয়াম্বগী (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) অথোইবা শঙলেম্নে ।

২। লোয়নাই অচুনবা — আচুনবা ফম পায়বা ফম্নাইবা ।

৩। সনা হাকথংগী — নিংথৌগী য়েৎ ওইদা সনা থৌগল তৌবা নিংথৌ শেনবা।

৪। থাঙলেন য়ৌথৌ ফানবা শঙলেনয়াইনে — নিংথৌনা সনা খোঙলেংবদা থাঙলেন পায়দুনা য়েৎলম অমদি ওইরমগী হাকথং খনবা শঙলেম্নে ।

নূঙ্‌কোন্‌ খুনঙম্‌ শঙ্‌, ব্রাংচীংতোং ফানা শঙ্‌, কংলৌ লফুপোক্‌ ঙাংলৌ হাওকম্‌ফাইগী কাম্‌বা কৈনিংথৌবু মোইমিৎ লৈচু শঙ্‌, য়োইরেন্‌ শঙ্‌ নামুংনে। মৈদিংঙু শেন্‌বী খাগেম্‌বা মুৱাউ খুন্‌ঙম্‌ শঙ্‌নে। থামুং মিংনাইবা ফানা শঙ্‌নে। নোংবাল্‌লোন্‌ য়াওশোম্‌বী হিদেন্‌ মকুম্‌ লম্‌, লৈরাই মকারম্‌নে। চক্‌পা মেন্‌ম্‌ মেন্‌তাংচা ফানারম্‌নে। চৈরৈরোন্‌ নাওশুম্‌ পূঙ্‌নে। মৈদিংঙু কোংয়াম্‌বা লাংশঙ্‌ শঙ্‌লাংচাল্‌নে। ইংঙেন্‌ লান্‌চাই শঙ্‌, থোংনাং ময়াং নাম্‌ফেৎতাও ফানা শঙ্‌, শিনাই নানীরোঙ্‌বা নাক্‌খং

---

৫। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লান শোক্লৈঙেদি।

৭। ঙাইখোং খুনঙমশঙ — নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা লোইবী ঙাইখোং খুলবু ঙম্নখিবা শঙ।

৮। সনারীক মোইরেং শিবা — মোইবুংনা শাবা লীক্কী লৈতেং শিবা।

৯। লেমলৈ ঙারা ঙামিংনবী ঙারোইরাং শাফবী — লেমলৈ ঙাগা মমিং মান্নবী ঙারোইরাং কৌবী মশা মউ মশক মতৌ চঙখোনবী নুপী।

১০। মৈদিংঙু কাইনৌ চলামবা থোংনাং লানচাই শঙ -- মৈদিংঙু চলাম্বনা (খৃ: ১৫৪৫-১৫৬২) নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা থোংনাংগী লৈবাক মচেৎ অমদা লান্দাদুনা লান ঙম্নখিবা শঙনে।

১১। রসকোন ক্লাকনবা ফানা শঙনে — মৈদিংঙু চলাম্বনা থোংনাং লানফমদা রসকোন কৌবা ক্লা য়াম্না থাববু ফারকখিবা শঙনে।

১২। মৈদিংঙু চরাইরোংবা খোইমোম লাইমিংনবা — খৃ: ১৪৩২ দগী ১৪৬৭ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ নিংথৌখোম্বগী মিং অমা।

১৩। অকলা খুনঙম পূঙ — হৌজিক্তি ঔৱা লৈবাক্তা লৈখ্রবা আকলা কৌবা কবোগী লম অদুবু ঙমঙৈদা থোনখিবা পূঙনে।

১৪। মৈতৈ লৈমা লানলুম ঙমবীনা — মৈদিংঙু শেনবী মুংয়াম্বগী (খৃ: ১৫৬২-১৫৯৭) মশানৌ নোংচুপ লানলুম ঙম্বী।

১৫। কংলৈ ব্রারেপ পূঙনে — ব্রা অরেপ্পা হায়নখিবা পূঙনে। কংলা উত্রাগী হেক অৱাংদা লৈবা মফম অদুবু ব্রারেপপূঙ কৌই।

১৬। পানবা কৈরাং ফানা পূঙনে — পানবা কৈ অরাংববু ফাঙৈগী পূঙনে।

১৭। মৈদিংঙু চাখা খোংজোমবা — মৈদিংঙু থংবী লাম্থাবনা (খৃ: ১৩০২-১৩২৪) মরিং ঙম্বদগী কৌনখিবা মৈদিংঙুসিগী মিং অমা।

১৮। মখিবা ফোপলাংবা ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু থংবী লাম্থাবনা মরিং ঙমদুনা মখিবা ফোপলাংববু ফারকঙৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে।

১৯। মৈদিংঙু চীংখোং লমগাইঙমবনা শেকপী উরুম ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু লম ক্যাম্বনা (খৃ: ১৫১২-১৫২৩) শেকপী উরুম ফঙৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে।

শিন্হৈথোইবা মিৎয়েং তাংচুম্বনা খোক্লাং কাম্ন শঙ্নে । (লামায় ১৯)মৈদিংঙু শেন্বী কিয়াম্বা শঙ্লেন্য়াই, লোয়নাই অচুন্বা সনা হাক্থংগী থাঙলেন্ য়ৌথৌ ফান্বা শঙ্লেন্য়াইনে । হুয়েন্ লান্নীগীদি ঙাইখোং খূন্ঙম্ শঙ্, সনারীক্ মোইরেং শিবা চীংলাই মচন্ কাবু খোম্বীগা লেম্লৈ ঙারা ঙামিংনবী ঙারোইরাং শাফবী ফানা শঙ্নে । মৈদিংঙু কাইনৌ চলাম্বা থোংনাং লান্চাইশঙ্, রশকোন্ ক্নাকন্বা ফানা শঙ্নে । মৈদিংঙু চরাইরোংবা খোইমোম্ লাইমিংনবনা অক্লা খুন্ঙম্ পূঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি চেঙ্চারি চেঙ্চাকং, খেক্চারি খেক্চাকং, মপারি খরায়রোং

২০। থাঙব্রাই নিংথৌ মুংয়ামবনা অহোঙ লানহোঙ পূঙনে — মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা (১৫৬২-১৫৯৭) নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্তা লৈখ্রবা মুংখোং কৌবা লমবু লানঙমজগে হায়দুনা ঈরাৎ থৌনিখিবা পূঙনে।

২১। শেনবী কবো অমংচতা, লাকয়া ফারা, সেনাউতি, পেনা তারি ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা মুংখোং মুংয়াং ঙমদুনা কবো অথৌবা ময়াম ফারকঙৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে।

২২। চিনফুরোন নাহৈনু — কোম্ভৌজম নিংঙোল শোরারেনগী মতু নাহৈনু ।

২৩। কোরৌ নোংগাবদা তরা চেঙচামফমনে — কোম্ভৌজম চনুনা শোরারেনগী নাক্তা খোঙশাল্লমদাইদা তরা চেঙ চাম্নখিবা মফমনে ।

২৪। নোংবাললোন মরামবী — মৈদিংঙু করোম্বগী (খৃ: ১৫২৪-১৫৪২) লোয়নবী অঙোম চনু মরাম্বী ।

২৫। অহোঙ য়ুনাই পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা য়ু মরাং কায়না থক্লখিবা পূঙনে ।

লামায় ২০

১। হুয়েন লাননীগীদি মরাম নিংথৌ লাংবুম মিংনাইবা ফানা পূঙনে — অব্রাং মাইগৈদা লৈবা লোইবী মরামদা লান্দাদুনা মমিং চৎলবা মরাম নিংথৌ লাংবুম কৌববু ফাঙৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে ।

২। নোংচুপ লানলুম ঙমবীনা অহোঙ য়ুনৈ পূঙ — মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী (খৃ: ১৫৬২-১৫৯৭) লোয়নবী অঙোম চনু শিল্লেম্বীনা অহোঙ কুম্মৈদা য়ু থক্লখিবা পূঙনে ।

৩। হুয়েন লাননীগীদি তরুং খুনঙম পূঙ — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্তা লৈখ্রবা তরুং কৌবা লম অদুদা লান্দাদুনা লান ঙল্লকঙৈদা থোনখিবা পূঙ ।

৪। চৌরেং লানথৌয়াঙ ফানা পূঙনে — তরুং লৈবাক্কী চৌরেং কৌবা লান্দা থৌববু ফাঙৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে ।

৫। লৈরোন লৈমা কিয়াং চাইবী — লাইরেম্বী লৈনুং লৈমা । "খোইমোম লাইরেম্মা লৈমুরোন লৈমা ক্যাং চাইবী চোইনৌ সনা লুপা পোকপী লাইজা মহীথেলগী খানিং মীকৌখৎলকএ" — তোরৈরোল লম্বুবা ।

মান্তং লাক্পা ফানা পূঙ্নে । মৈতৈ লৈমা লান্লুম্ ঙম্বীনা কংলৈ ৱারেপ্ পূঙ্নে । পান্বা কৈরাং ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু চাখা খোংজোম্বনা মখিবা ফোপ্লাংবা ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু চীংখোঙ্ লম্গাইঙম্ব্না শেক্পী উরুম্ ফানা পূঙ্নে । থাঙ্ৱাই নিংথৌ মুংয়াম্বনা অহোঙ্ লান্হোঙ্ পূঙ্নে । শেন্বী কবো অমংচতা, লাক্য়া ফারা, সেনাউতি, পেনা তারি, ফানা পূঙ্নে । চিন্ফুরোন্ নাহুইনুনা কোরৌ নোংগানবা তরা চেংচাম্ফম্নে । মৈদিংঙু শেনবী মুংয়াম্বনা হৈনিংপোক্পা লম্হৌ পূঙ্নে । মৈদিংঙু কাইনৌ চলাম্বনা থীঙ্নোং খুন্ঙম্ পূঙ, হুয়েন্ লান্নীগীদি সোয়খোম্ সোয়না

---

৬। চোয়নৌ সনা লুপা পোকপী — সনা লুপা লন থুম কুবিবী লাইরেম্বী ক্যাং চাইবী ।

৭। লাংগোই শগোল শামু পোকপী — শগোল শামু পুম্বগী মমা ওইবী লাইরেম্বী।

৮। কংলৈ মশু মথেন মাঙনে — লৈরোন লৈমা ক্যাং চাইবীগী শুমাঙনে ।

৯। নোংবাললোন লিম্হোইঙমবী — মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী (খৃ: ১৪৩২-১৪৬৭) মশানৌ অঙোম চনু লিম্হোইঙম্বী ।

১০। কৈরেল মখুৎফা — মৈতৈ লৈমা লিম্হোইঙম্বীগী ওইবা কৈরেলনে ।

১১। সীনৌ নোংথোন — নোংদা লাইরেন পাখংবগী মদাইরেম নোংথোনবা ফম পায়বা অচৌবা ফম্লাইবা । নোংথোনবা ফম অসি খুনফাংথৌ ৯ অমদি নিংথৌ পোংবা ১০ গী মনুং চল্লি । মৈতৈ নিংথৌনা ফম্বাল তোংবদা নোংথোনবনা চকথাঙ ফাল্লি ।

১২। ঈৱান তেংমাইগী — ঈশিং ঈৱানবগী মকোক ওইরিবা ।

১৩। তুবী য়োইনোংতা নোংদা লাইরেন পাখংববু — লাইরেন মৈদিংঙু পাখংববু ।

১৪। শীংচেপ মৈরা হাইজৌ থাননা — মৈরা থান্দুনা মৈদিংঙুগী থৌগল তৌখিবা ।

১৫। যাহৌবা শঙলেনযাইনে — নোংদা লাইরেন পাখংবগী মনাই লৈনুং থারুক অশৈবনা মৈদিংঙুবু য়াকৈরোন শক্তুনা তুম্বা হৌদোক্লখিবা শঙ্লেন্নে ।

১৬। মৈদিংঙু নাউথিংখোং মঙাংঙমবা — নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা লোইজিং চীংদা মতম অমদা নিংথৌ পান্দুনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবম্বা মঙাং কাংলুপ্পু লানঙমদুনা মৈতৈদা লুপশিনহনখিবা মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোং । অহানবদা হোংনেম য়োই খুনজাউ কৌরম্বদগী মঙাংশিংবু মাইথিবা পীখি হায়দুনা নাউথিংখোং মঙাং ঙম্বা কৌখি ।

১৭। চংবী মকৈরেল কৈরেল খুৎলামখামনে — মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী ইহান হান্না শাখিবা পোৎ পুম্নমক্কা চঙলকফম ওইরবা কৈরেলনে ।

১৮। লোইবী চীংবুরোইবা — চীংদা খুন্দারিবা নিংথৌদা লোই হারিবা হাও পুম্নমক্কা ।

১৯। হেমবা তমবু থনবনা — তমপাক লমদা খুন্দাদুনা লৈবা হাও পুম্নমক্কা ।

২০। ফীবোং চামিরোই — ফীবোংনা লোইপোৎ ওইনা লোই হাবশিং।

২১। ফিরাক তোমশারোই — তেম্না শাবা ফি মরাক কৎপা লোই।

ফানা পুঙ্নে। নোংবাল্লোন্ মরাম্বীনা অহোঙ্ য়ুনাই পূঙ, হুয়েন্ (লামায় ২০)লান্নীগীদি মরাম্ নিংথৌ লাংবুম্ মিংনাইবা ফানা পূঙ্নে । নোংচুপ্ লান্লুম্ ঙম্বীনা অহোঙ্ য়ুনৈ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি তরুং খুন্ঙম্ পূঙ্, চৌরেং লান্থৌয়াঙ্ ফানা পূঙ্নে । লৈরোন্ লৈমা কিয়াং চাইবী, চোয়নৌ সনা লুপা পোক্পী, লাংগোই শগোল্ শামু পোক্পী কংলৈ মশু মথেন্ মাঙ্নে । নোংবাল্লোন্ লিন্থোইঙম্বী কৈরেল্ মখুৎফা পোইরৈ শীন্থোই কৈনে । সীনৌ নোংথোন্ ঈৱান্ তেংমাইগি পুতোং শেম্বা ঈতোং তাউবনা

---

২২। ফীদুং থৌরি কাচনলোই — মরাক তাইবদা থৌরীগুম শুংদাই ওইবা ফিনা লোই হাবা কাংবু ।

২৩। উশোঙ লৈরা লোই — চীং অশোংবদা হৌবা লৈ মখল অমবু পীবা লোই। "অৱাং নাহা লাইকোকপা, খোইয়া সিঙকাঙ সুমপা, উসোঙ লৈতাল থৌবনা উশোঙ লৈতাল ৱাকি নুঙপী খুনাননা, থৌতু খুরৌননা নোংমল লৈ, কোয়রেংপা উসোঙ চায়াম লৈ, থৌদু নুঙমায় খুমনা পানবা লৈ, পামেল উরু কুপনা ৱোংপা লৈ, হাওৱোকপা লীসী লৈ, সীঙলেন লৈপুনসিপু কৌপুই লোইরেমপা থারীক লম কামপানা উশোঙ লৈরা থীনা সীঙলেল লৈপুল সানা কংলা পাউতম লৈনে ।" — লৈরোল ।

২৪। চাপাক লোঙচুম লোই — মরোং চূম্বা চা মপাক্লা লোই হাবা কাংবু।

২৫। থাঙলেন চোমবুন লোই — থাঙ মপুল ওইনা লোইহাপোৎ পীবা লোই।

২৬। লোইয়া কৈ — লোই কারক্লিবা লোইপোৎশিংবু লৌশিনফম ওইরিবা কৈ।

২৭। শেনবী য়িমথি খললোং লোই — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা কবোগী য়ুম মশীং থীদুনা য়োৎপু খল ওন্দুনা পীবা লোই ।

২৮। তুনুং লংপান লোই — লং ওইনা লোইপোৎ পীবা লোই ।

২৯। তরেৎ শেনবান লোই — কবোগী য়ুম মশীং থীদুনা শেন্না লোইহাপোৎ পীবা লোই ।

৩০। চোয়নৌ সনা কোনবান লোইসুঙ লোইয়া কৈনে — করো লমদগী কারকপা সনানা শাবা লীক কোন্নচিংবা পুন্নমকপুসু লৌশিন পৈশিনফম ওইরিবা কৈনে ।

৩১। থোংনাং মোইবুং পোৎতম লোই — নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা থোংনাং ময়াংগী মোইবুংনা লোইহাপোৎ ওইনা পীবা লোই ।

৩২। লীককোন খাউজাউ লোই — লীক্কোনবু খাউ খাউদা হান্দুনা কাঙ্গৎ পীবা লোই ।

৩৩। পশোৎ ফিরাক লোই — মরাক তাইশিন্দুনা শেন্নবা ফিনা লোইপোৎ হাবা লোই ।

৩৪। লাই শমতোন লোইবু লোইয়া কৈনে — লাইশম কত্তুনা লোই হাবা কারকপা পুন্নমবু লৌশিন পৈশিন্নফম কৈনে ।

৩৫। চোয়নৌ সনা মপান শাববু চীৎনদবা — মহে য়াল্লমদাইদা মপান্না পুময়োম য়োম্বগুম য়াল্লবা চোয়নৌ সনাবু অমত্তা চীংথ নাম্বদনা ।

তুবী য়োইনোংতা নোংদা লাইরেন্ পাখংববু নোংয়ায় শীংচেপ্ মৈরা হাইচৌ থান্না য়াহৌবা শঙ্লেন্য়াইনে । থোংনাং খুন্ঙম্ শঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি ময়াং পোন্সারেং অথৌবা ফানা শঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা শঙ্লেন্ য়াইনে । হুয়েন্ লান্নীগীদি থোংনাং ময়াং কেরুক্পা ফানা শঙ্নে । মৈদিংঙু নাউথিংখোং মঙাংঙম্বা চঙ্বী মকৈরেল্, কৈরেল্ খুৎলাম্খাম্নে । লোইবী চীংবুরোইবা হেম্বা তম্বু থন্বনা ফীবোং চামি লোই, ফীরাক্ তোম্শা লোই, ফীদুং থৌরী কাচন্ লোই, উশোঙ্ লৈরা লোই, চাপাক্ লোঙ্চুম্ লোই, থাঙ্লেন্ চোম্বুন্ লোইবু লোইয়াকৈ, শেন্বী য়িম্থি খন্লোং

---

৩৬। লুপা চংলৈরেমববু চাইনদবা কৈ — তুরেলগী লৈঙোইগুম্না পৈরবা লুপাবু চাইদুনা লৈহন্দবা কৈনে ।

৩৭। ৱাংগোন পুকৈরেলনে — অসিগুম্বা কৈ অসিদি লৈমা নিংথৌগী অথোইবা কৈরেলনে।

২৮। কৌবরোন তাইপোমবীনা লেমলৈ ঙায়োক খোংনে — কৌবু চীংদা পাল্লম্বা মোইরাংগী কৌবা অঙাংঙাগী চারোন শুরোন ওইবী মৈদিংঙু খাগেম্বগী লোয়নবী মৈতৈ লৈমা তাইপোম্বীগী ঙা য়োক্লফম খোংনে ।

লামায় ২১

১। লৌসীবা তাংখুল চানা — লৌসীবা তাংখুল মচানা ।

২। অয়াঙ ইনবা মনাউ চানেৎ পৃঙনে — লৌসীবা কৌবা তাংখুল মচানা মাগী মনাউবু খোঙনেৎনখিবা পৃঙনে ।

৩। মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা থোংনাং য়াখারেক ফানা পৃঙনে — মৈদিংঙু খাগেম্বনা ময়াং লাঞ্জিংলেন য়াখারেকপু ফাঙৈদা শেমখিবা পৃঙনে ।

৪। লমলৈরাকপা — চৈরাপ ৱায়েনফমদা অঙোম নিংথৌগী ওইরোম থংবদা ফম্বা ফম্লাইবা অমা।

৫। লীকলাইরোকপা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লীকলাইরোকপা অথৌবগী শুমাঙদা ।

৬। অহোঙ য়োইথোন পৃঙ — অহোঙ কুম্মৈগীদমক থোনগত্তুনা শেম্লবা পৃঙ ।

৭। হুয়েন লাননীগীদি — লান শোক্লদুনা লানঙমঙৈদি ।

৮। কেগে মোইরাং চীংঙা খাংজেন অথৌবা ফানা পৃঙনে — লীকলাইরোকপা অথৌবনা মোইরাংগী খাংজেন অথৌববু ফারকঙৈদা কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পৃঙনে ।

৯। মৈদিংঙু চীংখোঙ লমগাইঙমবা ৱায়রা তেনথা পৃঙ — মৈদিংঙু লমগাইঙম্বনা (খৃ: ১৫১২-১৫২৩) ৱায়রা তেন কাপ্লখিবা পৃঙনে ।

১০। খোঙমরম ৱাংঙম অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা নিংথৌজা শলাইগী খোঙমরম মচা অথৌবগী শুমাঙদা ।

লোই, তুনুং লংপান্ লোই, তরেৎ শেন্বান্ লোই, চোয়নৌ সনা কোন্বান্ লোইসুঙ লোইয়া কৈনে । থোংনাং মোইবুং পোংতম্ লোই, লীক্কোন্ খাউজাউ লোই, পশোৎ ফীরাক্ লোই, লাই শম্তোন্ লোইবু লোইয়া কৈনে । চোয়নৌ সনা মপান্ শাববু চীৎনদবা, লুপা চংলৈরেম্ববু চাইনদবা কৈ, ৱাংগোন্ পুকৈরেল্নে । কৌবরোন্ তাইবোম্বীনা লেম্লৈ ঙায়োক্ (লামায় ২১)খোংনে । লৌসীবা তাংখুল্ চানা অয়াঙ্ ইন্বা মনাউ চানেৎ পূঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বনা থোংনাং য়াখারেক্ ফানা পূঙ্নে । লম্লৈরাক্পা হৈজাং পাম্বা লোয়য়ম্ লীক্লাইরোক্পা কংলৈ মশুমাঙ,

১১। তীংয়ি মাঙশোকলম — য়ুমগী মাঙ্গোলগী নাকথরোমথংবা শরুক্কী মপাদা লৈবা শুমাঙগী মফমদি ।

১২। অহোঙ মীয়ানফম — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীহাৎফমনে ।

১৩। উই পৌদোং লোননা — উই কৌবা ৱা মখল অদুনা ফৈদুনা লোন্দুনা মীবু থাঙনা য়ানদুনা হাৎননবা শেম শাবা ।

১৪। অহোঙ লানয়ানফমনে — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা য়ু থক্লদুনা থৌকু থৌয়াঙচা অয়াঙ চুঙশাবা অহুই থরোইববু থাঙনা কক্লনা হাৎনখিবা মফমনে ।

১৫। খ্বাই তাখোম থোং — লৈকায় মরিগী মনুংদা অমা ওইরিবা খ্বাইগী মনুংদা লৈবা মফম অমা । খ্বাই মচা হাৱাইবগী খুৎশু তাবু খোমদুনা পুখিবা মফম। খ্বাই তাখোম থোং কৌখিবদি — "খ্বাইচাদি হাৱাইবগা লমলৈচাদি অরৈবগা লোক্কারামবা লাঙকমববু লীকথাবসু সারামপা য়াইসকুনচা য়াইচাবগা লুৱাংপসু ৱাইরোকপগা । ৱাবা খুলথীনা চেঙজা লালনংনা থাঙলেন মখুৎশূনা ঙাইখংদা তিমেল মনুং চঙনা ঙাইথিদঙৈ । য়াইসকুল য়াইচাবনা খ্বাই হাৱাইবগী তিমেল মখুৎশূবু খোকলাং তাবুল সানা খোমথখিএ । অদু নোংগীবু খ্বাই তাখোম থোং কৌএ ।" — কংলৈবোল ।

১৬। লমলৈ শারাকপাননে — ঙানবা খমচীংকোনগা চীংখোঙ পোইরৈতোনগা মতু খম্বনৱাগী য়ৈনখিবা মফম। "ঙানবা খমচিঙকোলগা চিঙখোঙ পোইরৈতোনগা তালোই খনবন্নবা ৱাগী মশা মহাকফংনা শারেল শাবু লাকপগুম লাকনরে । লমলোই শারাকপাল-ও থোন্নয়ে।"-নিংথৌরোল লম্বুবা ।

১৭। নোংবাললোন পূঙলেন মখুৎফা — অঙোম চমু মৈতৈ লৈমগী অথোইবা পূঙলেন্নে ।

১৮। ৱাকনা চানা লৈনৌবী — ৱাক কৌবা ৱাগী মনানা লৈ ওইনা চিনবী ।

১৯। তেংনা চানা হেনমোইবী — তেংনা মনাবু চিন্দুনা কেজবী ।

২০। মথংলেন সেনতাকলেন লুখোইবা ফানা পূঙনে — মরিংবগী মচন তেংনা চিন্দুনা কেজবীগী মপুরোইবা সেনতাকলেন লুখোইবা ফাঙৈদা শেমখিবা পূঙনে ।

২১। লুক্রাম খমলাং অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লুক্রাম মচা ফম্নাইবগী শুমাঙ ।

অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং চীংঙা খাংজেন্ অথৌবা ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু চীংখোঙ্ লম্গাইঙম্বা ৱায়রা তেন্থা পূঙ্, তরা চৌবরি পূঙ্নে । খোঙ্মরম্ ৱাংঙম্ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি থৌক্ থৌয়াঙ্চা অয়াঙ্ চূঙ্শাবা অহুই থরোইববু উই পৌদোং লোন্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । খ্বাই তাখোম্ থোং লম্লৈ শারাক্পান্নে । নোংবাল্লোন্ পুঙ্লেন্ মখুৎফা, হুয়েন্ লান্নীগীদি মরিংববু মচন্ ৱাক্না চানা লৈনৌবী তেংনা চানা হেন্মোইবী, মথংলেন্ সেন্তাক্লেন্ লুখোইবা ফানা

২২। অহোঙ য়োইথোনপূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগীদমক থোনগত্তুনা শেম্লবা পূঙ ।

২৩। তখেন নিংথৌ থাঙশাবা ফুরামবা ফানা পূঙনে - হায়রিবা পূঙ অসিদি তখেল নিংথৌবু ফারকপগী নীংশিং কুম্মৈ তৌনবা শেমখিবা পূঙনে ।

২৪। নোংবাললোন সনারেমবী — মৈদিংঙু তেলহৈবগী (খৃ: ১৩৩৫-১৩৫৫) লোয়নবী অঙোম য়েক্কী হৈখাম নিংঙোল ।

২৫। সনা মপাল সা লুপা মহৈ য়াননা খোংহোঙরাই — মৈতৈ লৈমনা সনা লুপা অমদি সনাগী কোঙ্গোল থিনবা ফিজোলনচিংবরু শেৎ চাদুনা অহোঙ অচাউ থোক্লবা খোং হোঙ্নখিবা মফমনে ।

২৬। চৈরৈ ফীয়িন খোংনে—মৈতৈ লৈমনা হোঙখিবা খোংদি চৈরৈ ফীয়িন খোং কৌএ । চৈরৈ ফীয়িন খোং কৌখিবদি — "নোংয়ায় হাওচাংসি লাসেংয়াঙ, মপুনা মনাই সাবা, মনাই মাঙদা চৎপা, খাংকোই য়াঙনম শেনবা, চৈরৈ ফীয়িন খাননা কুমসাববু মৈদিংঙু থিংপাই সেনহোংবনা নোংয়ায হাওচাংসি লাসেংয়াঙবু ফানরৌএ । ৱাকয়ৈ মখুনেৎসুং লোকলৌএ । অদু নোংগীবু হাওচাংসি লাসেংয়াঙ হুয়েন লানকারম চৈরৈ ফীয়িনখোং- ও তৌনা কৌএ ।" — তোরৈবোল লম্বুবা ।

২৭। কংলৈ লম মখা — কংলৈগী মখারোমথংবা লমখৈ ।

২৮। লাললোই লম মরুনে — লাল্লোইগীদি লম মকোকনে । হিয়াংথাংদগী ফৌগাকচাউ ফাওববু লাল্লোই হায়না তেংথানৈ ।

২৯। লোয়নাই থৱানথাবা শঙলেনয়াইনে — মৈদিংঙু থৱাম্থাবা (খৃ: ১১৯৫-১২৩১) সনা মহাকথক্কী অথোইবা শঙলেন্নে ।

৩০। খ্বাইরাকপা মশঙলেন — খ্বাইরাকপা খুরামবগী মখাদা লৈবা শঙলেন্নে ।

৩১। খেনচঙ্বা ফলামববু মোইমিৎ লৈচু শঙনে — লান্দা ফারকপা খেনচঙবা ফলাম্ববু মমিৎ কোৎথোক্তুনা নক্তগা মমায় মমিত্তা য়েকশিন খোৎচিন্দুনা থম্লখিবা শঙলেন্নে ।

পূঙ্নে । নুক্রাম খম্লাং অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি তখেন্ নিংথৌ থাঙ্শাবা ফুরাম্বা ফানা পূঙ্নে । নোংবাল্লোন্ সনারেম্বী সনা মপাল্ সা, লুপা মহৈ য়ান্না খোংহোঙ্‌ব্রাই, চৈরৈ ফীয়িন্ খোং, কংলৈ লম্ মখা, লাল্লোই লম্ মরুনে । মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রান্থাবা শঙ্লেন্য়াইনে । খ্বাইরাক্পা মশঙ্লেন্*, হুয়েন্ লান্নীগীদি মরোং মীকোক্চা শিল্হৈবা ফানা পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি খেন্চঙ্বা ফলাম্ববু মোইমিৎ লৈচু শঙ্নে । (লামায় ২২)তুবী কোইজা য়েক্, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তম্না, থাঙ্ঙা য়ুমলাই থিংনয়ে। খুন্বী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা, লৈখাম্ তারৈ য়ান্না হেন্মোই শঙ্নে । খ্বাই

লামায় ২২

১। তুবী কোইজা য়েক — মৈদিংঙুগী মমাইবনা শঙলেন অসিদা তুবী লাইরেন পাখংবগী কোইরপ তৌবা ময়েক অদুবু য়েক্কুনা ।

২। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা — লাইরেনগী য়াঙগী শাথেক অদুবুসু তম্না য়েক্কুনা ।

৩। থাঙঙা য়ুমলাই থিংনয়ে — অসুম্না য়েক্কুনা শঙলেন অসিবু তীনমু লাইমু য়ুমলাইথোক ফত্তবনচিংবা থিংনয়ে । "তুবী ঐনা ফকলোং চারৈ থকসিদা ঙৌনা ওনঙৈতো অঙৌবা য়েকতম লৌও । লাইরেল ঐনা ঙাংনা ওনঙৈতো ঙাংতম লৌও । খোইমোম ঐনা মুনা ওনঙৈতো মুকমৈ নারিল সোলনা লৌও । থাঙঙা য়ুমলাই থিংনলৌও ।" - নোংশাবা লাইহুই।

৪। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা — নোংলৈশং পাম্বীনা ফৈনা থিংদুনা । — "খুনপী নোংলৈশং অসিতী থাঙঙা য়িমলাই থিংনারউঅো।" — লৈরোল ।

৫। লৈখাম তারৈ য়াননা হেনমোই শঙনে — লৈখাম পাম্বী য়াম্নরদুনা লৈতেংলবা শঙনে ।

৬। খ্বাই খুনফমলেন — খ্বাই লৈকায়গী অথোইবা মফম কোম্মৌজম য়ুমফম ।

৭। মোইরাং হব্রাইবা ঙাংঙোই অহোঙবা য়াংলৌ মশুমাঙ - অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা মোইরাং মচা হব্রাইবগী শুমাঙ ।

৮। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম -- হব্রাইবগী য়ুমগী মাঙ্গোলগী নাকথরোমথংবা মপাগী শুমাঙগী শরুক্তি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে ।

৯। হুয়েন লাননীগীদি মরিংববু মচনবু — মৈদিংঙু পুনসিবনা (খৃ: ১৪০৪-১৪৩২) মরিং লান্দাদুনা ফারকখিবা মরিং নিংথৌ অমসুং মাগী মচন্নুপীবু ।

১০। তনমু য়াঙতেকনা — তনমু কৌবা উনা অহোঙ কুম্মৈগী শঙগী য়াঙদা হাপ্পুনা ।

১১। তলহাউ শাইতাননা — তলহাউ উনা শঙগী শাইদা হাপ্পুনা ।

---

* মথক্কী লাইরিক্তদি — "খ্বাইরাকপা খুরামবা মশঙলেন" হায়না ই ।

খুন্ফম্লেন্ হুয়েন্ মৈনানম্ অথৌবা ফানা পুঙ্, মোইরাং হব্রাইবা ঙাংঙোই অহোঙ্বা য়াংলৌ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি মরিংববু মচন্বু তন্মু য়াঙ্তেক্না তন্হাউ শাইতাননা, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । মৈদিংঙু কাইনৌ ইরেংবা পন্মরু খুব্রাইসু ব্রাথাবী লিংতিং মনা হৈরেবী চাতা নাকুম্ পূঙ্, শেন্চাউ মনা য়ুব্রান্বা থক্তনা য়ুপিং পূঙ্নে । মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রান্থাবনা অয়াঙ্বা লম্বাচা থীঙ্লাইতোন্ কোন্খম্ অশৈবা ফানা পূঙ্নে । তম্ফা ব্রাংঙম্লোন্ শেন্বী কবোম্বী কোন্লোয় শিল্লান্ পূঙ্ । মোন্থৌ খুন্ঙম্ পূঙ্ । হুয়েন্

---

১২। অহোঙ লানয়ানফমনে — মরিং নিংথৌ অমদি মচন্নুপীবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা হাৎনখিবা মফমনে ।

১৩। শেনচাউ মনা য়ুব্রানবা — অচৌবা শেনফম্না য়ু য়াম্না লৈদুনা ।

১৪। য়ুপিং পূঙনে — য়ু য়াম্না থক্তুনা তোরা তুনা য়ু ঙাওনখিবা পূঙনে ।

১৫। তমফা ব্রাঙমলোন শেনবী কবোমবী — মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপী শেনবী কবোম্বী ।

১৬। কোনলোয় শিললান পূঙ — কোলোয় মমিংথোংবু পীনখিবা পূঙনে ।

১৭। মোনথৌ খুনঙম পূঙ — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা তাংখুল মোনথৌবু ঙমথৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে । মোনথৌ কৌখিবদি — চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংগী করম্বা মফমদা শিরোই নারোইদবা মফম লৈরিগদবগে হায়না কোয়না চত্তুনা থিরকপদা চাক লাম্মনখিবনা মবুক লেংখৎখি । মাগী মতৌ অদু উবদা মফম অদুগী চীংমীশিংনা চেঙ মচঙ নিংথিববু সম খাংতপ য়ৌনা খাইবিরকখি । মদুদগী লম অদুবু কায়হৌ চেঙখাইপূঙ মোনথৌ ময়ায়রম কৌখি । — নিংথৌরোল্ লম্বুবা ।

১৮। নুক্রাম খমলাং হীরুবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লুক্রাম মচা হীরুবগী শুমাঙ ।

১৯। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ পাঙথোক্লুবা থোনগত্তুনা শেম্লবা পূঙ ।

২০। হুয়েন লাননীগীদি — লান শোক্লুথৈ লানঙমথৈদি ।

২১। মায়তৈসু লোনয়ামবা ফানা পূঙনে — কেগে মোইরাংগী মায়তৈসু লোনয়াম্বু ফারকথৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে ।

২২। মৈদিংঙু পোইরৈ খুনজাউবা শঙলেনয়াইনে — মৈদিংঙু খুনজাউবগী (খৃ: ১৬৫২-১৬৬৬) অথোইবা শঙলেন্নে ।

২৩। নূঙখান খুনঙম শঙ — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা লোইবী নূঙখানবু ঙম্লখিবা শঙনে ।

২৪। নমচক মিংনাইবা ফানা শঙনে — মৈদিংঙু খুনজাউবনা নূঙখান খুনগী মমিং চৎলবা নমচক কৌববু ফানখিবা শঙনে ।

২৫। পুখ্রনবম নোংয়ায় অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা খুমন শলাইগী পুখ্রনবম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

চঙ্লৈরোং ফানা পূঙ্নে । নুক্রাম্ খম্লাং হীরুবা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং মায়তৈসু লোন্য়াম্বা ফানা পূঙ্নে । নুক্রাম্ খম্লাং অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং অরেরা কাপাসু সন্থিল্ববু ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু পোইরৈ খুন্জাউবা শঙ্লেন্য়াইনে । নূঙ্খান্ খুন্ঙম্ শঙ্, হুয়েন্ নম্চক্ মিংনাইবা ফানা শঙ্নে । পুশ্রন্বম্ নোংয়ায় অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং পুন্সিবা চনু য়াওব্রাচা কোই লান্থাবী ফানা

---

২৬। কেগে মোইরাং পুনসিবা চনু য়াওব্রাচা — কেগে মোইরাং নিংথৌ পুরিকলাই পুনসিবা চনু য়াওব্রাগী মচা ।

২৭। কোই লানথাবী ফানা পূঙনে — কেগে মোইরাংগী কোই লানথাবীবু ফাঙেদা কুম্মে থোম্দুনা শেমখিবা পূঙনে ।

লামায় ২৩

১। মৈদিংঙু শেনবী কিয়ামবা শঙলেনয়াইনে — নাহারুপ শঙলেন কৌবা মৈদিংঙু কিয়াম্বনা (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) লিংখৎখিবা অথোইবা শঙলেন্নে।

২। মদাইরেম তয়ম নাইজারাকপা — মৈদিংঙুগী মনাই শঙলেন অসিগীদি নাইজারাকপা ফম পায়বা অচৌবা ফম্নাইবা ।

৩। নানবা সরাবা মশঙলেননে — মৈদিংঙু কিয়াম্বনা লিংখৎখিবা নাহারুপ শঙলেন অসিদা নানবা সরাবনা নাইজারাকপা ওইদুনা মাগী শঙলেন ওইনা লৈরবা শঙনে । “নাহারুপ শঙলেনসুং লিংএ । ইব্রাংবমচা নানবা সরাবনা নাহারুপ লাকপা হৌএ।” — ফমলোন ।

৪। নানবা সরাবা — মোইরাং লৈবাক্কী ৪০ শুবা নিংথৌ পুরিকলাই ঙাংঙোই নানপা সরাবা । মোইরাং নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদা মৈতৈ কোনুংদা লৈদুনা নাহারুপ লাকপা ওইরম্মী ।

৫। ফুমতন খুনঙম শঙ হুয়েন নূঙকাং মিংনাইবা ফানা শঙনে — হায়রিবা নাহারুপ শঙলেন অসিদি লোইবী ফুমতনগী মমিং চৎলবা নূঙকাং কৌববু ফারকখিবা শঙনে ।

৬। কসোম নিংথৌ নোংলৈপু অথৌববু লৈমু শেংথাক পূঙ — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা তাংখুল কসোমগী নিংথৌ নোংলৈপু ফারক্তুনা লৈমু শেংথাক্লখিবা পূঙ ।

৭। মুংয়োং নিংথৌ থামুং মিংনাইববু লৈহৌ শেংওই পূঙ -- নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ওব্রা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা কবো মুংয়োংগী মমিং চৎলবা নিংথৌ থামুং কৌববু লৈহৌ শেংওইনখিবা পূঙ ।

৮। হোংতুং নিংথৌ পোলাই লানথৌয়াঙবু পামেল উখা থানা শঙনে — অব্রাং নোংপোক পাংবদা লৈবা হুম্দুং খুলগী নিংথৌ পোলাই কৌবা লান্দা থৌনা য়াম্না ফববু ফারক্তুনা উনা নম্দুনা দম্দি তৌখিবা শঙনে ।

পূঙনে । (লামায় ২৩)মৈদিংঙু শেন্বী কিয়াম্বা শঙ্লেন্য়াইনে । মদাইরেম্ তয়ম্ নাইজারাক্পা নান্বা সারাবা মশঙ্লেন্নে। ফুম্তন্ খুন্ঙম্ শঙ্, হুয়েন্ নুঙ্কাং মিংনাইবা ফানা শঙ্নে। কসোম্ নিংথৌ নোংই অথৌববু লৈমু শেংথাক্ পূঙ্, মুংয়োং নিংথৌ থামুং মিংনাইববু লৈহৌ শেংওই পূঙ্, হোংতুং নিংথৌ পোলাই লান্থৌয়াঙবু পামেল্ উখা থানা শঙ্নে । মরাম্ খুন্ঙম শঙ্, খাঙ্পু মিংনাইবা ফানা শঙ্নে । থংকান্ খৌচোন্ববু লৈমু শেংথাক্নয়ে । তাংখুল্ মোন্থৌ মনিংথৌ হুয়েন্ সামন্তাই লান্থৌয়াঙবু লৈহৌ শেংওইনয়ে । লৌরেংপু মিংনাইবা ফানা শঙ্নে । নূঙ্বী নিংথৌ নূঙ্চোংববু পামেল্ উখা থানয়ে । তিংদৌ নিংথৌ

---

৯। মরাম খুনঙম শঙ খাঙপু মিংনাইবা ফানা শঙনে — অব্রাং মাইগেদা লৈবা লোইবী মরাম খুলগী মমিং চৎলবা খাঙপু কৌববু ফানরকখিবা শঙনে ।

১০। থংকান খৌচোনববু লৈমু শেংথাকনয়ে — অব্রাং মাইগেদা লৈবা লোইবী থাঙ্গাল খুলগী নিংথৌ খৌচোনবা কৌববু লৈমু শেংথাক্লখিবা শঙনে ।

১১। তাংখুল মোনথৌ মনিংথৌ হুয়েন সামনতাই লানথৌয়াঙবু লৈহৌ শেংওইনয়ে — নোংপোক মাইগেদা লৈবা মোনথৌ খুলগী লান্দা মথৌনা য়াম্লা লৈবা তাংখুল নিংথৌবু লৈহৌ শেংওইনখিবা শঙনে ।

১২। নুঙবী নিংথৌ নূঙচোংববু পামেল উখা থানয়ে — মখা মাইগেদা লৈবা নূঙপৈ কৌবা লমগা থংননা লৈবা লোইবী নূঙবীগী নিংথৌ নূঙচোংবা কৌববু ফারক্লুনা উনা নন্দুনা দন্দি তৌনখিবা শঙনে ।

১৩। তিংদৌ নিংথৌ নূঙলাইববু লৈমু শেংথাকনয়ে — হায়রিবা নূঙবী কৌবা লমবু লাম্থোক্লগা লৈবা তিংদৌ খুলগী নিংথৌ নূঙলাইববুসু ফারক্লুনা লৈমু শেংথাক্লখিবা শঙনে ।

১৪। কাসান নিংথৌ নূঙতারেঙববু পামেল উখা থানা শঙনে — অব্রাং মাইগেদা লৈবা মরাম চীংগী মনাক্তা লৈবা লোইবী কাসানগী নিংথৌ নূঙতারেঙববু ফারক্লুনা পামেল উনা নন্দুনা চৈরাক পীখিবা শঙনে ।

১৫। কানে নিংথৌ খোইয়াঙববু লৈমু তমনা শেংথাক শঙ — নোংপোক মাইগেদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্তা লৈখ্রবা কবোগী কানে কৌবা লমগী নিংথৌ খোইয়াঙববু লৈমু শেংথাক্লখিবা শঙনে ।

১৬। সোংসূক খুনঙম শঙ খানিকপু মিংনাইবা ফানা শঙনে — নোংপোক মাইগেদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা শমজোক কৌবা লমবু ঙমদুনা খানিকপু মিংনাইববু ফানরকখিবা শঙনে ।

১৭। মোইমিৎ লৈচুবা — কনাগুম্বা মী অমবু দন্দি পীবা ওইনা মমিৎ কোৎথোকপা নত্ত্রগা মমায় মমিত্তা য়েকশিন খোৎচিন্দুনা থম্বা ।

নূঙ্লাইববু লৈমু শেংথাকনয়ে । মোন্থৌ নিংথৌ মরৌথীক্ মিংনাইববু লৈহৌ শেংওই শঙ্, কারৌ খুন্ঙম্ শঙ্, হুয়েন্ কৈকামুং ফানা শঙ্, কাসান্ নিংথৌ নুঙ্তারেঙ্ববু পামেল্ উখা থানা শঙ্নে । কানে নিংথৌ খোইয়াংববু লৈমু তম্না শেংথাক্ শঙ্, সোংসূক্ খুন্ঙম্ শঙ্, খানিক্পু মিংনাইবা ফানা শঙ্নে । তোন্শেন্ নিংথৌ নাসিলোইববু মোইমিং লৈচুনয়ে । তুবী কোইজা য়েক্, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তম্না, থাঙ্ঙা য়ুম্লাই থিংনয়ে । খুন্বী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা, লৈখাম্ তারৈ য়ান্না

---

১৮। তোনশেন নিংথৌ নাসিলোইববু মোইমিং লৈচুনয়ে — মখা মাইগৈ পাংবদা লৈবা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না খুম্ব্লোরকপা লম ঙাংঙোই য়োইমোংবনা হাওয়ুম য়িমনাক ১০০ তাবা লম্বু লোই চল্লম্বা মফম তোনশেন খুলগী নিংথৌ নাসিলোইববু ফারক্নুনা মোইমিং লৈচুনখিবা শঙনে ।

১৯। তুবী চরাইরোংবা খোইমোম লাইমিংথোংবু শৈওনবা থেমথা য়োইথোন শঙনে — মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংববু (খৃ: ১৬৯৭-১৭০৯) থেমথরকখিবা থোনগৎ হাপকৎলবা অথোইবা শঙনে ।

২০। পেৎলান খুনঙম শঙ — লোইবী পেৎলান খুলবু ঙম্লখিবা শঙনে ।

২১। লেংকায়ান খোংয়িপা হোঙনা শঙনে — পেৎলান খুনগী লেংকায়ান খোংয়িপা কৌববু ফারক্নুনা কুম্মৈ তৌনখিবা শঙনে ।

২২। নুংবান অরাম পামবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লুৱাং শলাইগী অরাম্বম মচা অথৌবগী শুমাঙদি ।

২৩। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈগীদমক থোনগক্নুনা শেল্লবা পূঙ।

২৪। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমহৈদি ।

২৫। চীংশোং নিংথৌ পারেংচোং ফানা পূঙনে — অৱাং মাইগৈদা লৈবা লোইবী চীংশোং খুলগী নিংথৌ পরেংচোংবু লান্দা ফারকপগী কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

লামায় ২৪

১। মৈদিংঙু থৌশূ খ্বাইরাকপা খুনজাউবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা খ্বাইরাকপা খুনজাউবগী মশুমাঙদা ।

২। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈগীদমক থোনগক্নুনা শেল্লবা পূঙ ।

৩। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমহৈদি ।

৪। খাগী নিংথৌ চৌফা সূমলোং ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা খাগী কৌবা লমগী নিংথৌ সুমলোংবু ফাঙৈদা শেমখিবা পূঙনে । "হাওরৈ নোংপোকলা পাংবরম খাবী লুকোক চনু লুতূৱাই লাইৱা খোংতাংবা ৱোংলিৱাই তিনদু তিনশাবা লিকলি কমলাই শাবা ফিগে শাদা থাংচু য়েকতৈবা খাগী ফরাংজিগা থোক্লরম খাগী খুলেন

হেন্মোই শঙ্নে । তুবী চরাইরোংবা খোইমোম্ লাইমিংথোংবু শৈওন্বা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্নে । পেৎলান্ খুন্ঙম্ শঙ, লেংকায়ান্ খোংয়িপা হোঙ্না শঙ্নে । নুংবান্ অরাম্ পাম্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি চীংশোং নিংথৌ পারেংচোং ফানা পূঙ্নে । (লামায় ২৪)মৈদিংঙু থৌশ্ খ্বাইরাক্পা খুন্জাউবা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি খাকি নিংথৌ চৌফা সুম্লোং ফানা পূঙ্নে । ৱাংখৈরাক্পা লুৱাংসু কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং য়াওসুরাক্পা মচা

---

লয়দা খৌশাবদি হুয়েন লাননীগীদি চৌফা সুমলোং লানথৌয়াঙবু কায়না হুল্লে।"
— নিংথৌরোল লম্বুবা ।

৫। ৱাংখৈরাকপা লুৱাংসু কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা ৱাংখৈরাকপা লুৱাংসুগী শুমাঙদা ।

৬। কেগে মোইরাং য়াওসুরাকপা মচা শানোঙবা ফানা শঙনে — কেগে মোইরাংগী য়াওসুরাকপা অঙম্বগী মচা শানোঙববু ফানরকখিবা শঙনে ।

৭। লোয়য়ম থোঙসী পুখ্রনবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা থোঙসী পুখ্রনবগী শুমাঙদা ।

৮। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ পাঙথোক্লবা থোনগত্তুনা শেল্লবা পূঙদি।

৯। হাওবা য়েনথ্রেন নমপোককী ফানা পূঙনে — য়েনথারেন নমপোক্কী হাওবা কৌববু ফারকপগী কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

১০। মোইরেংজম য়োয়বা খুমন পাচা নোংয়ায় মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা খুমন শলাইগী মোইরেংজম য়োয়বগী শুমাঙদা ।

১১। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ মীয়ানফম — য়ুমগী মাঙ্গোলগী নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে ।

১২। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদি ।

১৩। অনেম শিনাইবা লোয়য়ম খোইনুচাবু লিবেন পাগা ফননা — লান্দা ফারকপা লোয়য়ম খোইনুচাবু শাদুনা লিরেন কৌবা লী মখল অদুনা পুন্দুনা হাৎননবা শেম শাদুনা ।

১৪। অহোঙ লানয়ানফমনে — লোয়য়ম খোইনুচাবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙনা য়ানদুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

১৫। থিংবাইজম নোংয়ায় অহোঙবা - অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা খুমন শলাইগী থিংবাইজম মচা অথৌবগী শুমাঙদা থোনখিবা পূঙদি।

১৬। মুংখোং নিংথৌ শানোঙবা ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা মুংখোং লৈবাক্কী নিংথৌ শানোঙববু ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

শানোঙ্বা ফানা শঙ্নে । লোয়য়ম্ থোঙ্সী পুম্নব্বা লাল্লোই মশুমা অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি হাওবা য়েন্থ্রেন্ নম্পোক্ ফানা পূঙ্নে । মোইরেংজম্ য়োয়বা খুমন্ পাচা নোংয়ায় মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি অনেম্ শিনাইবা লোয়য়ম্ খোইনুচাবু লিরেন্ পাগা ফন্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । থিংবাইজম্ নোংয়ায় অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পুঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি মুংখোং নিংথৌ শানোঙ্বা ফানা পূঙ্নে । চরোইবম্ খম্লাং অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্ তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্,

---

১৭। চরোইবম খমলাং অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা চরোইবম মচা অথৌবগী শুমাঙগী অহোঙ পূঙদি ।

১৮। অরেবা কাপাসু সনথিলবা — মোইরাং অথৌবা কাপাসু সনথিলববু ।

১৯। যুতীং মতাং তোয়না — যু য়াম্না তীংদুনা মীয়াম্না যু তোয়না তোয়না থক্লদুনা ।

২০। অহোঙ লানয়ানফমনে — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা মোইরাং অথৌবা কাপাসু সনথিলববু থাঙলেন চেপ্না চন্দুনা মঙক কক্লুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

২১। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা অহোঙ য়ুনাই পূঙনে — মৈদিংঙু খাগেম্বনা অহোঙ কুম্মৈদা যু থক্লখিবা পূঙনে ।

২২। লৈকাই শারেন শায়েনফমনে — মীয়াম পুম্না হুপ্না শারেন শাবু য়েন্দুনা চানখিবা মফমনে ।

২৩। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দা লানঙমদুনা ফারকপদি ।

২৪। মংকন নিংথৌ সাতী খাগা থা — মৈদিংঙু খাগেম্বনা মনিপুরদা লান্দারকখিবা মংকন নিংথৌ মুহম্মদ শানীবু খ্বায়গী মখাদা ফুমদুনা (মথব্রায় মমিরেন?) ।

২৫। পানবা কৈমু অচঙবদি য়াইকাচন — কৈ অমুবা অহিংবা অমবু কোমজাউ অদুগী ময়ায় থংবদা হিংনা হাপ্পুনা ।

২৬। মখান লাইকা পূঙগী থৌদু নূঙলাংমৈ শাফবা — অব্রাং মাইগৈদা লৈবা লোইবী মখান লাইকা পূঙ কৌবা মফমদগী পুরকপা নূঙজাউনা ।

২৭। ফয়েং খুনঙম নূঙবু — ফয়েং খুনবুসু ঙম্নখিবা অথোইবা নূঙবু ।

২৮। থককা থোননা — হায়রিবা অথোইবা নূঙ মখল অসিনা মংকন নিংথৌ মুহম্মদ শানী অমসুং পানবা কৈমু অহিঙবা অনীবু মথক্তা নন্দুনা।

২৯। লৈমু শেংথাকপূঙ লৈহৌ শেংওই পূঙনে — লৈমু য়ৌনা লুনা তৌথোক্লুনা মুহম্মদ শানী অমসুং পানবা কৈমুবু ফুম্নগা মথক্তা অথোইবা নূঙজাউ মখল অসিনা নন্দুনা মথক্তা লৈবাক শীদুনা কুম্মৈ তৌদুনা যু থক্লখিবা পূঙনে ।

অহোঙ্ লান্‌য়ান্‌ফম্‌নে । হুয়েন্ লান্‌নীগীদি কেগে মোইরাং অরেরা কাপাসু সন্‌থিল্‌ববু তীংয়ি মাঙ্‌শোক্‌লম্, যুতীং মতাং তোয়না, অহোঙ্ লান্‌য়ান্‌ফম্‌নে । মৈদিংঙু শেন্‌বী খাগেম্‌বা অহোঙ্ যুনাই পূঙ্‌নে । লৈকাই শারেন্ শায়েন্‌ফম্‌নে । হুয়েন্ লান্‌নীগীদি মংকন্ নিংথৌ সাতী* খাগা থা, পান্‌বা কৈ মু অচঙ্‌বদি য়াইকাচন্, মখান্ লাইকাপূঙ্‌গী থৌদু নূঙ্‌লাংমৈ শাফবা, ফয়েঙ্ খুন্‌ঙম্ নূঙ্‌বু নূঙ্‌লেন্ থক্কা থোন্‌না লৈমু শেংতাক্ পূঙ্, লৈহৌ (লামায় ২৫)শেংওই পূঙ্‌নে । সরাইচম্ চেংলৈ অহোঙ্‌বা লাল্‌লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্‌শোক্‌লম্, অহোঙ্ লান্‌য়ান্‌ফম্‌নে । হুয়েন্ লান্‌নীগীদি

লামায় ২৫

১। সরাইচম চেংলৈ অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা সরাইচম মচা অঙম্বগী শুমাঙদা ।

২। তীংয়ি মাঙশোকলম — সরাইচম মচা অঙম্বগী য়ুমগী মাঙ্গোলগী নাকথরোমথংবা মপাগী শুমাঙগী মফমদি ।

৩। অহোঙ লানয়ানফমনে — মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে ।

৪। হুয়েন লাননীগীদি — লাম্দাদুনা লানঙমৌদা ।

৫। থোনখম মনারেকনা — অহোঙ কুম্মৈদা মীয়াম্না থক্লবগীদমক য়ু পীক পীক থন্না হাপ্পদগী মখুম খুম্বদা মনা লেকথরবা য়ু খরুংশিং ।

৬। অহোঙ লানয়ানফমনে — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা য়ু মরাং কায়না থক্লদুনা চকপা নিংথৌ ঙানখম্ববু থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

৭। মৈদিংঙু শেনবী কবোমবা তখেন খুনঙম পূঙ — মৈদিংঙু শেনবী কবোম্বনা (খৃ: ১৫২৪-১৫৪২) তখেলনা লাম্দারকপদা লোনলোই লৈমতাক্তা লাম্ফেংনদুনা তখেল লাম্লীবু মায়থিবা পীথিঙৈগী পূঙনে ।

৮। লিনচীকপু লিনতেংপু ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু কবোম্বনা তখেলগী লাম্দা লিনচীকপু লিনতেংপু ফাঙৈদা থোম্দুনা শেমখিবা পূঙনে ।

৯। লৈনুং তানখোকতেক কোনশাবা — কোন লিক শাবা হৈরবা মী । পোইরৈতোন খুম্ফোরকপদা য়াওরক্লবা কোন লিক শাবা হৈরবা মীওই ।

২০। নাকখঙ শিনহৈথোইবা — নাক য়েৎ শুনা খঙলবা খুৎ-শা হৈরবা মীওই।

১১। মিৎয়েং নানীরোংবা — মিৎয়েং অনী থোক্লা য়েংবগুম মিৎয়েং মীতম শোইফদ্রবা খুৎহৈবা মীওই ।

* মথক্কী খুৎই অদুদদি — "মংকন নিংথৌ শায়িদি খাগা থা, পানবা কৈমু অচঙবদি য়াইকা চল," হায়না ই । চৈথারোল কুম্বাবদদি... "পানবা কৈমুদি খাগা থাইএ । মংকন নিংথৌ শায়িদি থক্কা থোন্না অহোঙ যুনৈনযে ।" হায়না ই।

চক্পা নিংথৌ ঙান্খম্ববু থোন্খম্ মনারেক্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । মৈদিংঙু শেন্বী কবোম্বা তখেন্ খুন্ঙম্ পূঙ্, লিন্চীক্পু লিন্তেংপু ফানা পূঙ্নে। লৈনুং তান্খোক্তেক্ কোন্শাবা, নাক্খঙ্ শিন্হৈথোইবা, মিৎয়েং নানীরোঙ্বা, মৈবী তোংহুম্ চন্বনা সনা কোন্ফু শুংবা শঙ্লেন্য়াইনে । হুয়েন্ লান্নীগীদি নূঙ্তেক্ খুন্ঙম্ শঙ্নে । তুবী কোইজা য়েক্, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তম্না, থাঙ্ঙা য়ুমলাই থিংনা শঙ্নে । খুন্বী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা, লৈখাম্ তারে য়ান্না হেন্মোই শঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী মুংয়াম্বা মোনথৌ খুন্ঙম্ পূঙ্, খাঙ্লাক্ খুন্ঙম্ ফানা

---

১২। মৈবী তোংহুম চনবনা — মৈগী উতোংবু শেমদুনা কামদুনা ।

১৩। সনা কোনফুশুংবা শঙলেনয়াইনে — নিংথৌকোনগী কোন লিক্রুচিংবা শাবা শঙলেম্নে ।

১৪। নূঙতেক খুনঙম শঙ — খা মাইগৈদা লৈবা লোইবী নূঙতেকপু ঙম্নখিবা শঙনে । “হাওরৈ খানা পাংবরম মমা লৈনুং পিয়াইনুচা খুনবী নূঙথোং চীংগী লমহৌরকপদা চাখা খাংহন অহনবা মশানৌনা লাংওনবা লম থৌদু নূঙতেক চীং থোংনাং তখেন মনিন নাইবনা হুয়েন লানকারম হেমবা ব্রাইনু চীং কৈরেন ব্রুমবিচানা লাইজা ঈয়োংলম ব্রোমবী তুয়োংয়িবু নাতৈননা থৌদু নূঙতেক চীংদা লাইরেন মৈদিংঙুনা তুবী মৈনা ব্রোং, লাইরেন থিংকু মথিনাই খংনং লয়তং লেংনা থৌশাবদি ······ কায়না হুল্লে ।” - নিংথৌরোল লম্বুবা। নোংচুপ মাইগৈ পাংবরমদসু নূঙতেক কৌবা কবুই খুল অমসু লৈ ।

১৫। তুবী কোইজা য়েক — তুবী লাইরেন পাখংবগী কোইরপ তৌবা ময়েক অদুবু শঙলেন অসিদা য়েক্কুনা ।

১৬। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা — লাইরেনগী য়াঙগী মথেকপুসু তমনা য়েক্কুনা ।

১৭। থাঙঙা য়ুমলাই থিংনা শঙনে — অথোইবা শঙলেন অসিবু তীনমু লাইমু য়ুমলাইথোক ফত্তবনচিংববু থিংলবা শঙনে ।

১৮। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা — য়ুমলাই থিংবদা শীজিন্নবা নোংলৈশং পাম্বীনা ফৈন্না থিংদুনা ।

১৯। লৈখাম তারে য়াননা হেনমোইশঙনে — লৈখাম পাম্বীবু য়ান্দুনা লৈতেংলবা শঙনে ।

২০। মৈদিংঙু শেনবী মুংয়ামবা মোনথৌ খুনঙম পূঙ — মৈদিংঙু শেনবী মুংয়াম্বনা (খৃ: ১৫৬২ - ১৫৯৭) নোংপোক মাইগৈ পাংবরমদা লৈবা মোনথৌ কৌবা তাংখুল খুলবু ঙমঙৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে ।

২১। মৈদিংঙু কাইনৌ চলামবা তোনবী খুনঙম পূঙ — মৈদিংঙু চলাম্বনা (খৃ: ১৫৪৫- ১৫৬২) খা মাইগৈদা লৈবা তোনবী কৌবা লোইবী খুলবু ঙমঙৈদা শেমখিবা পূঙনে । “হাওরৈ খানা পাংবরম ঙাংঙোই য়োইমোংবনা মোংবা য়োইকেনবরম কাকলেন

পূঙ্নে । মৈদিংঙু কাইনৌ চলাম্বা তোন্বী খুন্ঙম্ পূঙ্, ওক্মন্ ফানা পূঙ্নে । লৈনুং হিশাবা থেংচা খুৎহৈবা কোইচা শিন্হৈবনা ফেন্তিন্ নাক্লোই থিন্না ব্রাক্য়ে শাজিন্বা শঙ্লেন্য়াইনে । হুয়েন্ লান্নীগীদি সম্পুম্ নিংথৌ কোরাঙ্পা কোন্চন্ লানচুঙ্বা ফানা শঙ্নে । মোইখোঙ্ নুরাবী হোঙ্না শঙ্নে । মৈতৈ লৈমা কৌবরোন্ তাইপোম্বীনা চাখা য়োং খুন্ঙম্ পূঙ্, হুয়েন্ চঙ্লৈরোং ফানা পূঙ্নে । থোঙ্ঙাক্ লাকাপীচা লাল্লোই থাঙ্চাম্পাৎ ঈমাশিন্নে । থারৈ লোক্তোন্ অতোন্বা খুন্কুম্ পূঙ্নে । লৈশাংথেম্ লেম্থোং অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি

---

লান্দাবরম সৌপোন খোংকনবরম হেমবা ব্রাইনুং মচীংশাং তোনবী ময়িময়াইদা লাইরেন মৈদিংঙুনা তুবী থিংকু মথিনাই লাইরেন মৈবু-ব্রোৎ শাইবা পল্লেন-য়ান কুরাউ পন্দাই শৎ চুংলেপ ৬০ চোং কাওরেন শনখাং ১০ লান খংনং লৈতং লেংনা খৌশাথবদি তোনবী য়াকা চায়রে ।" — নিংথৌরোল লম্বুবা ।

২২। লৈনুং হিশাবা থেংচা খুৎহৈবা কোইচা শিনহৈবা — হি শাবা য়াম্না হৈরবা মীওই । "হিসাপা থেংচা কোইচাপা নঙতী সিঙচঙ য়ান্না লেংতা থোংনা কাওসুম কাওরা মাপু য়ানথংচেমব্রো" — পোইরৈতোন খুন্থোকপা।

২৩। ফেনতিন নাকলোই থিননা — উ শূবগী খুৎলাই ফেনতিন্না নাকলৌ থিন্দুনা ।

২৪। ব্রাকয়ে শাজিনবা শঙলেনয়াইনে — খুৎহৈবশিংনা হি শাখিবা শঙলেন্নে।

২৫। সমপুম নিংথৌ কোরাঙপা কোনচন লানচুঙবা ফানা শঙনে — হাওরৈ নোংপোক খানা পাংবরমদা লৈবা লোইবী সমপুমগী নিংথৌ কোনচন লানচুঙববু ফানরকখিবা শঙনে । "লমলেন লাউরেংপাই লেংপাই লম্মহল কনসোই লৌতাইথেম মহুই পোনবরম হাম্মৈ তাংকমলম সমপুম লোনবা চীংদা তুবী মৈনা ব্রোৎনা খৌশাথবদি হুয়েন লাননীগীদি চাখা সমপুম মনিংথৌ কোনচন লানচুংববু কায়না হুললে ।" — নিংথৌরোল লম্বুবা ।

২৬। মোইখোঙ নুরাবী হোঙনা শঙনে — হাওরৈ নোংপোক পাংবা লমদা লৈবা লোইবী মরিং মোইখোঙগী নুরাবীবু মীয়ায়সু য়েংননবা কুম্মৈ তৌনখিবা শঙনে ।

২৭। মৈতৈ লৈমা কৌবরোন তাইপোমবীনা — মৈদিংঙু খাগেম্বগী (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) লোয়নবী মোইরাং অনৌবা শলাই চনু মৈতৈ লৈমা তাইপোম্বী ।

২৮। চাখা য়োং খুনঙম পূঙ হুয়েন চঙলৈরোং ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা চাখা তাংখুলবু ঙমদুনা চঙলৈরোংবু ফাঙৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে ।

২৯। থোঙঙাক লকাবীচা — লাকাবীচা কৌবা মৈতৈ অথৌবা অমা ।

৩০। থোঙঙাক লকাবীচা লাললোই থাঙচামপাৎ ঈমাশিননে — "কেগে মোইরাংনা

মাঙ্‌শোক্‌লম্‌, অহোঙ্‌ লান্‌য়ান্‌ফম্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি কম্বোং মুংমাইবী মুংমাইবা, (লামায় ২৬)মহুই লন্‌থোইবী লন্‌থোইবা,অরাই শম্‌লোঙ্‌বী শম্‌লোঙ্‌বা, য়াওরৌ য়ুশুংবী য়ুশুংববু, থরাম্‌ লাম্‌থননা, অহোঙ্‌ মীয়ান্‌ফম্‌নে। নোংবাল্‌লোন্‌ কাইনৌ চাংপোম্‌বীনা লাল্‌লোই লম্‌মহন্‌দা অহোঙ্‌ য়ুনাই পূঙ্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি থোংনাং তেক্‌করাজা ফানা পূঙ্‌নে। মৈতৈ লৈমা কৌবরোন্‌ তাইপোম্‌বী মাকলং লান্‌থাবী, অহোঙ্‌ য়ুনাই পূঙ্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি থোংনাং ময়াং সীঙ্‌তাপূৎ নারন্‌ ফানা পূঙ্‌নে। মৈতৈ লৈমা চান্‌দা পোংলেন্‌খোম্‌বী অহোঙ্‌ য়ুনাই পূঙ্‌নে।

হুয়েন লানকারকপদা পোইরে মৈতৈ লকাবীচাগী থাঙলেন মখুৎসুনা কেগে চাতরেৎহুমফুহুমথোইমবু মংলক য়ানশুম য়ানথুরে। থাঙলেন মখুৎসুবু লাইজা ঈদা চামলমএ। মহীনা ঙাংতুম ঙাঙনা চেনথখিএ। লাললোই থাঙচামপাৎ ঈমাশিন-ও কৌএ।" — তোরৈরোল লম্বুবা।

৩১। লৈশাংথেম লেমথোং অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লৈশাংথেম মচা অথৌবগী শুমাঙ।

৩২। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — লৈশাংথেম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথরোমথংবা মপাগী শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে।

লামায় ২৬

১। মহুই লনথোইবী লনথোইবা — থাঙঙা কম্বোং মুংমাইবগী মমৌ লনথোইবী লনথোইবা।

২। থরাম লামথননা - মতোল লামদুনা য়েন্দেম থরাম শোইবগুম শোইদুনা।

৩। অহোঙ মীয়ানফমনে — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা লান্দা ফারকখিবা কম্বোং মুংমাইবী মুংমাইবা, লনথোইবী লনথোইবা, শমলোঙবী শমলোঙবা, য়ুশুংবী য়ুশুংববু হাৎনখিবা মফমনে।

৪। নোংবাললোন কাইনৌ চাংপোমবী — মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী (খ: ১৫৬২-১৫৯৭) লোয়নবী অঙোম চনু মৈতৈ লৈমা চাংপোম্বী।

৫। অহোঙ য়ুনাই পূঙ - মৈতৈলৈমা চাংপোম্বীনা অহোঙ কুম্মোদা য়ু থক্লখিবা পূঙনে।

৬। থোংনাং তেক্করাজা ফানা পূঙনে — থোংনাং ময়াং তেক্কবাজাবু লান্দা ফাঊদা কুম্মৈ তৌনবা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে।

৭। কৌবরোন তাইপোমবী মাকলং লানথাবী অহোঙ য়ুনাই পূঙ — মৈদিংঙু খাগেম্বগী (খৃ: ১৫৯৭ ১৬৫২) লোয়নবী মৈতৈ লৈমা তাইপোম্বীনা য়ু থক্লখিবা পূঙনে।

৮। থোংনা ময়াং সীঙতাপূৎ নারন ফানা পূঙনে — থোংনাং ময়াং সীঙতাপূৎ নারনবু ফাঊদা কুম্মৈ তৌনবা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে।

৯। মৈতৈ লৈমা চানদা পোংলেনখোমবী অহোঙ য়ুনাই পূঙনে — মৈদিংঙু পাইখোম্বগী

হুয়েন্ লান্নীগীদি তাঙ্খোঙ্লোন্গী চাওরোন্ ফানা পুঙ্নে । পুরোই লৈকোইবা মথৌ য়াংগেন্বা লম্নে । নৃঙ্পোক্পী শোইখময়া, খুতম্ শল্ লৈঙাঙ্পোক্, য়াংবা খুন্থিবা নৃঙ্খঙ্‌ব্রাই, তৌমু খোঙ্লোঙ্‌ব্রাই, উরেন্ চীংখোঙ্‌ব্রাই, তল্লা লাম্থব্রাই, থাঙ্ঙা অমুবা য়াইতল্‌ব্রাই, কম্বোং অঙৌবা য়াইখঙ্‌ব্রাই, কম্বোং মংশারুচিক্নে । মৈদিংঙু নাউদা অঙন্বা হাওশি মংলাংচাল্, শিংপাক্ পাহল্লম্, উয়িন্ খান্ মচিনা কোইবা লম্, কাইরৈ ময়েন্ লুম্না মংথিব্রাই, খয়োইরোন্ তাংখুরাদি কোইনবেংনে । চিন্ফুরোন্ ঙাশেপ্পীদি কানরেংনে । ব্রাংঙম্লোন্ পোংনু নুকোন্বম্ চনুনা ইপাম্ কুম্গে শীকুব্রাম্ কুম্গে পাৎথী লম্লোইতাই, লাল্লোই লম্শেম্

(খৃ: ১৬৬৬-১৬৯৭) লোয়নবী মৈতৈ লৈমা হাওবম চনু পোংলেনখোম্বীনা অহোঙ কুম্মৈদা য়ু থক্লুখিবা পুঙনে।

১০। তাঙখোঙ লোনগী চাওরোন ফানা পুঙনে -- লাললোই লমদা লৈবা তাঙখোঙলোনগী চাওরোন কৌববু ফাবকঙৈদা কুম্মৈ তৌনবা খোন্দনা শেমখিবা পুঙনে ।

১১। পুরোই লৈকোইবা মথৌ য়াংগেনবা লমনে — মী শিরগা পোৎলোইদুনা মথৌ মঙম পাঙথোক্লুক্কমনে ।

১২। নৃঙপোকপী শোইখময়া --- লাললোই লমদা লৈবা চকপা কামু কম্বোংবনা শিখিবা লমদা লৈবা নৃঙপোকপী শোইখময়া কৌবা লম ।

১৩। খুতম শন লৈঙাঙপোক --- কম্বোং য়ুনাউরোই য়াইমবনা মখুৎনা তমখিবা শন ।

১৪। য়াংবা খুনথিবা নঙখঙব্রাই --- কম্বোং খুনথিবনা ইহান হান্না খঙজবা পৃঙ মফম ।

১৫। তৌমু খোঙলোঙব্রাই -- পাৎপান্দা হৌবা তৌগী মবা অমুবনা শাংনা শাংনা য়াম্বদুনা হৌবা লম ।

১৬। উরেন চীংখোঙব্রাই — তৌনা চীংখোঙ চীংয়াদা হৌবা উপী উরেনগুম্না হৌবা মফম ।

১৭। তললা লামথব্রাই — উপাল অব্রাংবগী মতোন্না লামথদুনা হৌবগুম অব্রাংবা তৌনা মতোল লামথনা তৌবা লম ।

১৮। থাঙঙা অমুবনা য়াইতলব্রাই -- কম্বোং যাব্রাবনা ঙানুবোন পান্নদুনা পোকখিবা কম্বোং অমুবনা য়াই তানখিবা লম ।

১৯। কম্বোং অঙৌবা যাইখঙবাই -- কম্বোং অমুবগী মচা কম্বোং অঙৌবনা যাই খংখিবা পাৎকি মফম । "লাললোই মদাইর্মাদ থাঙঙা অমুবা য়াইতানবাই । কমবোং অঙৌবা যাইখঙ পাৎনে ।" -- তোরৈরোল লম্বুবা

২০। কমবোং মংশারুচিকনে-- "লাললোই মদাইর্মাদ । কমবোং মংশারুচিক-৩ কৌরদি । মৈদিংঙু পুনসিবনা চকপা কামু কমবোংবু । ব্লুরক কাংদৈ থি খৌনাই লেনপোং লেললে । ময়িম হেমচেং চকপা মনিন নাইবনা । মৈদিংঙু নুয়াম ফাবা ও ' নভাইরেম

লম্নে । পোন্বী কোন্থোংঙাই তানরম্, নোংবান্ কানাবা চুম্মৈশাংনা পামেল্ উকাথক্তা চীংঙু নোংথৌ শোরারেন্বু কানা মৈনা ওৎনা তেন্শীংব্রাইনে । মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রান্থাবা কেগে মোইরাং অপক্ অমাই, অপিক্ অশাং ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু চরাইরোংবা পূঙ্লেন্ মখুৎফা, হুয়েন্ লান্নীগীদি মোন্থৌ খুন্ঙম্ পূঙ্, লাংচেংবা পন্চেংবা ফানা পূঙ্নে । (লামায় ২৭)মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বা পূঙ্লেন্ মখুৎফা, নূঙ্পাউ খুন্ঙম্ পূঙ্, লুম্চেংবা ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু পোইরৈ খুন্জাওবা পূঙ্লেন্ মখুৎফানে । খাম্রন্ খুন্ঙম্ পূঙ্নে । মংত্রা ফানা পূঙ্নে । লৈনুং

---

ঐখোয়বু । চকপা অতয়বা হেমচেং অওনবনে হায়রগনে । হয়েং পোইবৈ চাদোননা কাউদসুনো । হায়না কামু কমবোংবগী তাংজা লুরেনতোনবু চীকনরমএ । কমবোং মংশালুচিক কৌএ ।" — তোরৈরোল লম্বুবা ।

২১। মৈদিংঙু নাউদা অঙনবা হাওশি মংলাংচাল — নিংথৌগী মচা মনাউশিং শিরগা পোৎলোইফম ।

২২। শিংপাক পাহুললম — শিং মপাক হুন্দুনা ঈরাৎনফম ।

২৩। উয়িন খান মচিনা কোইবা লম — উয়িন অমসুং খান কৌবা মচি চঙলবা উ ঙাক্তনা কোইশিন্দুনা হৌবা লম ।

২৪। কাইরৈ ময়েন লুমনা মংথিব্রাই — কাইরৈ য়েনবু য়েন্নিং থাদুনা য়েন্না চৎপা মফম্দু লোন্না য়েংদুনা মং মফম থিবা ।

২৫। খয়োইরোন তাংখুরাদি কোইনরেংনে — খুমন চনু তাংখুরানা কোইনা য়েংখিবা লম ।

২৬। চিনফুরোন ঙাশেপপীদি কানরেংনে — শরাং লৈশাংথেম / হাওরোক কোম্ভৌ চনু ঙাশেপ্পীনা কাদুনা য়েংখিবা লমনে ।

২৭। ব্রাঙমলোন পোংনু নুকোনবম চনু — মৈদিংঙু চনু পোংনুনা ।

২৮। ইপাম কুমগে শীকুব্রাম কুমগে — মৈদিংঙু চনুনা মপাম লমদম চৎকে লাকপদা সনা লাঙজৈ চোৎলগনি হায়দুনা ।

২৯। পাৎথি লমলোইতাই লাললোই লমশেম লমনে — অকুৎপা ঈশিং লৈবা পাৎথি কোমথিবু শেমদুনা চৎখিবা লমনে ।

৩০। পোনবী কোনথোংঙাই তানরম — কোনথোংঙাই কৌবা উচেক্লা কোরৌ নোংদোনথক্তগী পাইথরক্তুনা চাক্তারবা লমনে ।

৩১। নোংবান কানাবা চুমমৈশাংনা — চেংলৈগী নিংথৌ থাঙয়ি খোংজ্রোম্বগী মরোয় । থাঙয়ি খোংজ্রোম্বগী তাল্লোয় য়াওরৈবা চনুবু মৈদিংঙু নাউখম্বনা মুন্দুনা লৌথ্রবদা নোংবান কানাবা চুমমৈশাংগী মপান্দগী থাঙয়ি খোংজ্রোম্বনা চীংঙু নোংথৌ শোরারেনগী মমোম পেনু লৈমরেনবু তাল্লোয় ওইনা ফংজখি ।

তান্খোক্তেক্ থাঙ্শাবা, মৈবী তোংহুম চন্বা, তেৎনৌ নীংখাঙ্ যৈবা শঙ্লেন্য়াইনে । মৈদিংঙু লোয়নাই থৱান্থাবা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি থাৱা লাংচেংপোই অপোইবা লাংবন্ কাওরেন্ শন্থিবা ফানা শঙ্নে । তুবী কোইজা য়েক, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তম্না, থাঙ্ঙা য়ুমলাই থিংনা শঙ্নে । খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা, লৈখাম্ তারৈ য়ান্না হেন্মোই শঙ্নে । সম্পুম্ খুন্ঙম্ শঙ্, কোন্চন্ লান্চুঙ্বা ফানা শ তোইবী মশু সম্লোইবা ফানা পূঙ্নে । তয়ম্ নাইজারাক্পা লাল্লো

৩২। পামেল উকাথকতা — পামেল উগী কারোংদা কাদুনা ।

৩৩। চীংঙু নোংথৌ শোরারেনবু কানা মৈনা ওৎনা তেনশীং ৱাইনে — মমোম্বু মতিক মপা চাদবা নুপাদা থেমদুনা পীখি হায়বগী চীংঙু নেংথৌ শোরারেন্না নোংবান কানাববু তেমশীংনরবদা নোংবাল কানাবনা শোরারেনগী তেনবু কাপচরকউ হায়না তেমশীংনখিবা মফমনে । "চীংঙু নোংথৌ শোরারেন-ও খাকপা নাহা পানজুম্বা ৱাংবন নাহা তেনহৈএ হায়রবদি নোংবান ইমৈতোন অসিবু পান্দমজৌও।"- চেংলৈরোন ।

৩৪। মৈদিংঙু চরাইরোংবা পুঙলেন মখুৎফা - মৈদিংঙু চরাইরোংবগী (খৃ: ১৬৯৭-১৭০৯) পূঙলেন অসিদি ।

৩৫। মোনথৌ খুনঙম পূঙ লাংচেংবা পনচেংবা ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা তাংখুল মোনথৌবু ঙমদুনা লাংচেংবা পনচেংবা ফাঙৈদা শেমখিবা পূঙনে ।

লামায় ২৭

১। মৈদিংঙু থোংনাং ময়ামবা পূঙলেন মখুৎফা — মৈদিংঙু থোংনাং ময়াম্বগী (খৃ: ১৭০৯-১৭৪৮) পূঙলেন অসিদি ।

২। নূঙপাউ খুনঙম পূঙ লুমচেংবা ফানা পূঙনে — অৱাং মাইগৈদা লৈবা নূঙপাউ (নূঙফৌ?) খুলবু ঙমদুনা লুমচেংববু ফারকপগী নীংশিং কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

৩। মৈদিংঙু পোইরৈ খুনজাউবা পূঙলেন মখুৎফা — মৈদিংঙু পোইরৈ খুনজাউবগী (খৃ: ১৬৫২-১৬৬৬) পূঙলেন অসিদি ।

৪। থাম্রন খুনঙম পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা নিংথি তুরেল ময়াদা লৈবা কবো কাংপংসাবু লান ঙম্লকখিবগী কুম্মৈ তৌনবা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে ।

৫। মংত্রা ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু খুনজাউবনা কবো কাংপংসা লান্দাদুনা চৌফা মংদ্রা লানথৌয়াওবু ফারকপগী নীংশিং কুম্মৈ তৌনবা শেমখিবা পূঙনে ।

৬। লৈনুং তানখোকতেক থাঙশাবা — থাঙ শাবা হৈরবা মী। পোইরৈতোন খুম্থোরকপদা য়াওরক্লবা থাঙ শাবগী শিনফম ওইবা মী .

৭। মৈবী তোংহুম চনবা — থাঙ শানবগী মৈ উতোং শেমদুনা মৈ হুম্বা ।

মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কুসু খুন্ঙম্ পূঙ্, অমন্ মনিক্ ফানা পূঙ্নে । খম্লাং লৈসাপামবা চৈরৈ ফিজোন্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি, কাইবী যোইহাংপাম্বা ফানা পূঙ্নে । মৈতৈ লৈমা থংদা খয়োইরোন্ নোংপোক্ খাকি কৈথেল্ থান্বী কোন্লোয় শিল্লান্ পূঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি সাইরেম্ নিংথৌ সাইচুঙ্লেঙ্দি খাগা থা, হোংতুং নিংথৌ লম্চাউবদি য়াইকাচন্, মৈরাউ নিংথৌ কোংতান্বদি থক্কা থোন্না লৈমু শেথাক্ পূঙ্, লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে । লোক্ক্রাম্বা পল্লাংখোং, লাল্লোই

---

৮। তেৎনৌ নীংখাঙ য়ৈবা শঙলেনযাইনে — যোৎপী য়ৈশিন্দুনা শাখিবা শঙলেন্নে।

৯। মৈদিংঙু লোয়নাই থৱানথাবা থেমথা য়োইথোন শঙনে — মৈদিংঙু থৱাম্থাববু (খৃ; ১১৯৫-১২৩১) থেমথরকখিবা থোনগৎ- হাপকৎলবা শঙনে।

১০। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদি।

১১। থাৱা লাংচেংপোই অপোইবা লাংবন কাওরেন শনথিবা ফানা শঙনে — হায়রিবা শঙলেন অসিদি থাৱা লাংচেংপোই অপোইববু লান্দা ফারকখিবা শঙনে।

১২। তুবী কোইজা য়েক — হায়রিবা শঙলেন অসিদি মৈদিংঙুগী মমাইবশিংনা তুবী লাইরেনগী কোইবপ তৌবা ময়েকপু য়েক্লবা শঙনে।

১৩। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা — লাইরেনগী য়াঙগী শাথেকপু তমনা য়েক্লবা।

১৪। থাঙঙা য়ুমলাই থিংনা শঙনে — অথোইবা শঙলেন অসিদি তীনমু লাইমু য়ুমলাইথোক ফত্তবনচিংবা পুম্নমবু থিংলবা শঙনে।

১৫। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা — নোংলৈশং পাম্বীনা ফৈনা থিংলবা শঙনে।

১৬। লৈখাম তারৈ য়াননা হেনমোইশঙনে — লৈখাম পাম্বীশিং য়াম্থদুনা লৈতেংলবা অদুগুম্বা শঙলেন্নে।

১৭। সমপুম খুনঙম শঙ কোনচন লানচুঙবা ফানা শঙ — হাওরৈ খা নোংচুপ পাংবদা লৈবা চোথে সমপুম খুলবু ঙমদুনা কোনচন লানচুঙবা কৌববু ফারকখিবা শঙনে।

১৮। তয়ম নাইজারাকপা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা মৈদিংঙুগী মনাই ফম্নাইবা নাইজারাকপগী শুমাঙদা।

১৯। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনগত্তুনা শেম্লবা পূঙদি।

২০। কুসু খুনঙম পূঙ অমন মনিক ফানা পূঙনে — খা নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা কুসুবু ঙমদুনা অমন মনিক কৌববু ফারকঙৈগী পূঙনে। কুসু কৌথিবদি —"খারম খোঙয়াঙচানা লৌশোৎ মাঙইন্না পাইরি তুংথাংনবগী খাল্লে মরৌরেলদা থাঙয়ি ফৌকং চাই লোইমোম ফাপেলনা য়ামচেং লৈকুপ সিরববু মঙ্গুম লোইবী খারমনা খুনুবুদি কুসুও কৌএ। পোনবী চেকৱোনথোক খুনু লৈহৌগীনা সয়োম পাক্লা তায়না চাকতারয়ে।

তরোখোং অচন্বনে। মৈতৈ লৈমা চানদা পোংলেনখোম্বীগী কোন্লোয় শিল্লান্ পূঙনে । হুয়েন্ লাননীগীদি চীংশোং নিংথৌ লাংলেনপু ফানা পূঙনে । (লামায় ২৮) খোইমোম্ খোংবাল্ তেরা খোংবাল্ শাংচানা লমকন্বাইনে । খোংবাল্ অপিশনা নমু মীরৌ চাবা মরমখৈনে । মৈদিংঙু লোয়নাই থৱান্থাবনা থোংথোক্পা ফুরামপা কাতাংসু ফৌওই মাঙ্‌ববু শমু মখুৎ ককনা য়াল্লম্এ । কাতাং খুৎয়ান্ফমও তৌনা কৌএ । খোইমোম লাইয়িংথৌ নোংপোক্ মালং হুমওইবা কোন্লোয় মশঙ্‌গাইনে । মৈদিংঙু

অদু নোংগীবু পোনবী কুসুতা কৌববু পোইরে তাবা থিবনা কুসু তমপাক-ও তৌনা কৌএ ।"— নিংথৌবোল লম্বুবা ।

২১। থমলাং লৈসাপামবা চৈরে কিজোনবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা লৈসাপাম্বা অথৌবগী শুমাঙদা থোনখিবা অহোঙ পূঙদি।

২২। হুয়েন লাননীগীদি কাইবী য়োইহাংপামবা ফানা পূঙনে — কাইবী য়োইহাং পামবা কৌবা খুমন অথৌববু লান্দা ফারকপগী কুম্মে তৌনবা শেমখিবা পূঙনে ।

২৩। মৈতৈ লৈমা থংদা খয়োইরোন নোংপোক খাকি কৈথেল থানবী — মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবগী (১৬৯৭-১৭০৯) লোয়নবী খুমন চনু । "নোংপোক কৈথেল থানবী চোয়নৌ সনা হেকপীগা লাইরেন মশাবী নোংথৌরেল খোইমোম লাইয়িংথৌ সাইওনবা তুবী চরাইরোংবগা চোয়নৌ সনা দুলাইথকতা কোলোয় সিললান পূঙনে ।" —তোরৈরোল লম্বুবা ।

২৪। কোনলোয় শিল্লান পূঙনে — মৈদিংঙুগা মৈতৈ লৈমগা অনীনা কোলোয় মিংলেন অমগা অমগা থোন্নখিবা পূঙনে ।

২৫। হুয়েন লাননীগীদি সাইরেম নিংথৌ সাইচুংলেঙদি খাগা থা — হাওরৈ নোংচুপ খানা পাংবরমদা লৈবা লোইবী সাইরেম খুলগী নিংথৌ সাইচুংলেঙবু লান্দা ফারক্লনা মখা ইথং থংবদা ফুমদুনা ।

২৬। হোংতুং নিংথৌ লমচাউবদি য়াইকা চন — অৱাং নোংপোক মাইগৈ পাংবদা লৈবা তাংখুল হোংতুংগী নিংথৌ লমচাউবু ময়ায়দা হাপ্পগা ফুমদুনা ।

২৭। মৈরাউ নিংথৌ কোংতানবদি থককা থোননা — হাওরৈ খা পাংবদা লৈবা খারম খুচুং মনাক্তা লৈবা মৈরাউ কৌবা খুলগী নিংথৌ কোংতানববু মথক ইথং থংবদা হাপ্পুনা ।

২৮। লৈমু শেংথাকপূঙ লৈহৌ শেংওই পূঙনে — মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবনা লোইবী হাও নিংথৌ অহুম্বু লৈমু য়ৌনা তৌথোক্লগা মথং মথং লোনখৎনদুনা ফুম্লগা মথক্তা লৈবাক শীদুনা লৈহৌ কুম্মে তৌনখিবা পূঙনে।

২৯। লোক্ক্রামবা পললাংখোং লাললোই তরোখোং অচনবনে -- লোক্ক্রাম্বা পল্লাংখোং লাল্লোই তরোখোং কৌবা কম্বোং মংসারু পূঙ মনাক্তা লৈবা মফমনে ।

শেন্‌বী কিয়াম্‌বনা থোংনাং ময়াংগী খুজাই লোক্‌না পুঙ্‌নে । লাল্‌লোই লম্‌মখৈ কোন্‌দে য়ুম্‌দোম্‌পোক্‌নে । লাল্‌লোই লম্‌দাংশাংনে । কম্‌বোং থুম্‌কারম্‌নে । খাবী থীয়াথৌ অমাই সুম্‌দোংলাং, মঙ্‌থী মঙ্‌লাং চুম্‌বা শঙ্‌লেন্‌য়াইনে । মৈদিংঙু কোংয়াম্‌বনা ইংঙেল্‌ লান্‌চাই শঙ্‌নে । হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি ময়াং মাইবা সম্‌লোইবা, থিংকুরাবা ব্রাশক্‌পা, লাকা সুম্‌কাতাউ, অরিং অরাংতাউ ফানা শঙ্‌নে । মৈদিংঙু হীদাম্‌সু পুন্‌সিবা থেম্‌থা য়োইথোন্‌ শঙ্‌নে । লিল্‌লোঙ্‌ হিথাশঙ্‌, কেগে মোইরাং পোরৌ

---

৩০। মৈতৈ লৈমা চানদা পোংলেনখোমবীগী কোনলোয় শিনলান পূঙনে — মৈদিংঙু পাইখোম্বগী (খৃ: ১৬৬৬-১৬৯৭) লোয়নবী মৈতৈ লৈমা পোংলেনখোম্বীগী কোলোয় মিংলেন পীনখিবা পূঙনে ।

৩১। হুয়েন লাননীগীদি চীংশোং নিংথৌ লাংলেনপু ফানা পূঙনে — অৱাং মাইগৈদা লৈবা লোইবী চীংশোং খুলগী নিংথৌ লাংলেনপু কৌববু লান্দা মাইথিবা পীদুনা ফারকঙৈদা নিংশিং কুম্মে তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

লামায় ২৮ .

১। খোইমোম খোংপান তেরা খোংপান শাংচানা লমকনৱাই — মৈদিংঙু তবুংবগী (খৃ: ১৩৫৯-১৩৯৪) মনাই অনীনা লানমুন্নবগী চীংশোং লাল্লুবু চীক্লখিবা হিদেল, তৌবানা লামথনা হৌবা মফম, ঙারিন অমসুং ৱাইখুনা চাক্তাবা মফম, চীঙু লাইগী খোংবাল অচৌবা অশাংবা মোংহাদনা লৈবা লমনা কোনবা মফম ।

২। খোংবাল অপিশনা নমু মীরৌ চাবা মরমখৈনে — খোংবাল মচা মীরৌবা লম মখৈনে ।

৩। মৈদিংঙু লোয়নাই থৱানথাবা — মৈতৈ নিংথৌ থৱাম্বাবা (খৃ: ১১৯৫-১২৩১) ।

৪। কাতাং খুৎয়ানফম — মৈদিংঙু থৱাম্বাবনা (খৃ: ১১৯৫-১২৩১) লোইজিং ফৌওইচীংদা লৈবা কাতাংদা লান্দাদুনা থোংথোকপা ফুরামপা কাতাংসু ফৌওইমাঙববু শমু মখুৎ ককনা য়াললমএ হায়বগী কাতাং খুৎয়ানফম কৌখি।

৫। খোইমোম লাইনিংথৌ নোংপোক মালং হুমওইবা কোনলোয় মশঙগাইনে — তমফা ৱাঙমলোন পাম্ভোইবীগী অনীশুবা মপুরোইবা নোংপোক নিংথৌগী শঙ্গাইনে ।

৬। মৈদিংঙু শেনবী কিয়ামবনা থোংনাং ময়াংগী খুজাই লোকনা পূঙনে — মৈদিংঙু কিয়াম্বনা (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) থোংনাং ময়াংদগী খুজাই খোমলক্তুনা থম্লফম পূঙনে ।

৭। লাললোই লমমখৈ কোনদে য়ুমদোমপোকনে — মখা মাইগৈদা লৈবা লাললোই হায়না খঙনবা লমগী ঙমখৈদা লৈবা নাইতোম লৈবা য়ুমনে ।

৮। লাললোই লমদাংশাংনে — লাললোই লমগী শাংলবা লম্বীনে ।

৯। কমবোং থুমকারমনে — থাঙঙা কমবোংশিংনা থুমগারকপা লম্বীনে ।

১০। খাবী থীয়াথৌ অমাই সুমদোংলাং — মঙ চঙবা হৈরবা অমাইবী অমাইবা ।

পাংখাইজাম্বা ফানা শঙ্নে । মৈদিংঙু কোরৌ নোংথিল্ চাইবা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্, চীরী খুন্ঙম্ শঙ্ , থাঙ্শাবা তোন্কাইবা ফানা শঙ্নে । মৈদিংঙু মুংয়াম্বা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি থংকান্ নিংথৌ কাথিক্পা লোইবী হাও পাখং খুবোম্ য়াইশিরোন্বা য়াইনা মশিং শুবা ফানা শঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্নে । থোংনাং খুন্ঙম্ শঙ্নে । ময়াং লান্চাই শঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি থোংনাং কৈরুংবা ময়াং ব্রাশক্পা মায়কাতাউ অথৌবা চোয়নৌ সনা মিংশেল্ তোপ্পা লাংমৈ লংজাউ মঙা থেৎপবু (লামায় ২৯)মোইমিং লৈচু

১১। মঙথী মঙলাংচুমবা শঙলেনয়াইনে — মঙ চঙদুনা খোমলেন মঙলাংচান্দা লাইনা তাক্লকপা অচুম্বা মরোলবু পাউদম্নফম শঙলেয়ে ।

১২। মৈদিংঙু কোংয়ামবা ইংঙেল লানচাই শঙনে — মৈদিংঙু কোংয়াম্বনা (খৃ: ১৩২৪-১৩৩৫) ময়াং লান কারকপশিংবু কৌবা ইংঙেল চীংদা লাম্থেংনদুনা ময়াং ঙম্লখিবা শঙনে ।

১৩। মৈদিংঙু হীদামসু পুনসিবা থেম্থা য়োইথোন্ শঙনে — মৈদিংঙু পুনসিববু (খৃ: ১৪০৪-১৪৩২) থেমথরকখিবা থোনগৎ হাপকৎলবা শঙনে ।

১৪। লিললোং হিথা শঙ — লিলোং লমদা শাখিবা হি থাফম শঙদি ।

১৫। কেগে মোইরাং পোরৌ পাংখাইজামবা ফানা শঙনে — মৈদিংঙু পুনসিবনা কেগে অথৌবা পোরৌ পাংখাইজাম্ববু ফানখিবা শঙনে ।

১৬। মৈদিংঙু কোরৌ নোংথিল চাইবা থেমথা য়োইথোন শঙ — খৃ: ১৫৪৫ দগী ১৫৬২ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু কায়নৌ চলাম্ববু থেমথরকখিবা থোনগৎ হাপকৎলবা শঙ ।

১৭। চীরী খুনঙম শঙ — নোংচুপ মাইকৈদা লৈবা জিরী কৌবা লমবু ঙম্লখিবা শঙনে । জিরী কৌখিবদি — থোংনাং তখেল নিংথৌ পদখোরগী মনাই পানোক কৌবনা শীংজং পায়দুনা উপী য়াল্লম্ববু চীংজেন নারল পাঙ্গনবনা ময়াং নখোয়গী লম নত্তে মৈতৈ ইপা ইপুগী লমনি উ য়ানগনু হায়বদগী নিংঙাই শাংদানখি । চীংজেন নারল পাঙ্গনবনা ময়াংশিংদা হায়খি উপী অককপবু থৌরী লোন্দুনা ময়াং নানিংথৌগী নাক্তা চিংদুনা পুবা ঙম্লবদি নখোয় ময়াংগী লমনি ঙমদ্রবদি মৈতৈগী লমনি হায়খি । উপী অককপবু চিংবা ঙমদ্রবদা চিংজেন নারল পাঙ্গনবনা চিংবদদি জিরি জিরি চৎখি । মদুদগী জিরী কৌখি । —নিংথৌরোল লম্বুবা ।

১৮। থংকান নিংথৌ কাথিকপা — অরাং মাইগৈদা লৈবা লোইবী থাঙ্গাল খুলগী নিংথৌ ।

১৯। খুবোম য়াইশিরোনবা — অকন অথৌশিংগী ফিজেৎ অমা ওইনা খুবোমদা হাপ্পা খুবোময়াই ।

শঙ্নে । তুবী কোইজা য়েক্, লাইরেন্ য়াঙলী শোন্বু তম্না, থাঙ্ঙা য়ুম্লাই থিংনয়ে । খুনবী নোংলৈশংনা কৈথিংনা, লৈখাম্ তারে য়ান্না হেন্মোই শঙ্নে । মৈদিংঙু পোইরৈ খুন্জাউবা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্, লাংতে খুন্ঙম্ শঙ্, লাংতে নিংথৌ খোম্মারেংবা, ৱাংবীথম্ ৱাংদৈঙম্ লাংচেং লাংমৈ শেন্বা ফানা শঙ্নে । মৈদিংঙু পোইরৈ খুন্খোম্বা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি পাইখু নিংথৌ লাক্য়া ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু চরাইরোংবা থেমথা য়োইথোন্ শঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি নূঙ্তেক্ খুন্ঙম্ শঙ্নে । কোঙ্পু য়াঙা নোংঈন্পু অথৌবা

---

২০। য়াঙনা মশিং শুবা ফানা শঙ্নে — খুবোম য়াইদা নত্তনা অতৈ য়াই মশিং শুনা হকচাংদা শিবা থাঙ্গাল নিংথৌবু ফানখিবা শঙনে ।

২১। মৈদিংঙু শেন্বী খাগেমবা থেমথা য়োইথোন শঙনে --- মৈদিংঙু খাগেম্বব্ (খৃঃ ১৫৯৭ - ১৬৫২) থেমথরকখিবা থোনগাং হাপকংলবা শঙনে ।

২২। থোংনাং খুনঙম শঙ ময়াং লানচাই শঙ — মৈদিংঙু খাগেম্বনা থোংনাং ময় হব্ লানঙমদনা ময়াং লান্মীবু চাইথাইনখিবা শঙনে ।

২৩। হুয়েন লাননীগীদি --- লানঙমদুনা ফারকখিবদি ।

২৪। মোইমিং লৈচ় শঙনে -- ময়াং লান্দা ফারকখিবা ময়াং লুচিংনা থোংনাং কৈকংদা ময়াং ৱাংকপা মতৈকাডাঙ অথৌবা চোয়নৌ সনা মিংশেল তোক্না লাংমৈ লংজাউ মঙা থেংপব্ মোইমিং লৈচ়নখিবা শঙনে ।

লামায় ২৯

১। তুবী কোইজা য়েক -- শঙলেন অসিদি মৈদিংঙুগী মমাইবনা তুবী লাইরেন পাংবেগী কোইরপ তৌবা ময়েকপু য়েন্নবনে ।

২। লাইরেন য়াঙলী শোনব্ তমনা -- লাইরেনগী য়াঙগী শাথেক অনুসুম তম্না বেরুনা ।

৩। থাঙঙা য়ুমলাই থিংনয়ে -- শঙলেন অসিদি তীনলাইনচিংবা পুম্নমক থিংলবনে ।

৪। খুনবী নোংকেশংনা কৈথিংনা - নোংলৈশং পাম্বীনা কৈনা থিংলবা শ.. ।

৫। লৈখাম তারে য়াননা হেনমোই শঙনে — লৈখাম পাম্বা য়াম্বদুনা লৈতেংলবা শঙনে ।

৬। মৈদিংঙু পোইরৈ খুনজাউবা থেমথা য়োইথোন শঙ -- শঙলেন অসিদি মৈদিংঙু খুনজাউবব্ (খৃঃ ১৬৫২ ১৬৬৬) থেমথরকখিবা থোনগাং হাপকংলবা শঙনে ।

৭। লাংতে খুনঙম শঙ -- মৈদিংঙু খুনজাউবনা খা মাইগোদা লৈবা লাংতে কৌবা খুনবু ঙম্খিবা শঙনে। লাংতে কৌখিবদি - "চিঙখোঙ পোইরৈতোননা চিংপুরোই লাংওনলকপতা য়াংলে অম্পা মঙ্গাচাপু খাংলী য়ৌথাংলাং শানন মুম্নাক লাংতা থুরৌলে ।

ফানা শঙ্নে। থোইনু অহোঙ্বী ঙাতাশন্, কাওরেন্ থোইগা পাক্, য়িংথি পাম্‌হৈবা মচী চোয়নৌ সনা হেক্ঙাই লোঙ্খুম্ হুক্পা শন্, মানবী চীশাংববু হোঙ্না শঙনে। চীংখোঙ্ পুয়োক্ শঙ্, লাইরেন্ পুকন্ শঙ্নে। পুম্নমক্না নোংয়ায় অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংথি মাঙশোক্লম্, অহোঙ মীয়ান্ফম্, নোংচুপ্ কোংয়াঙ্ মনিংথৌ কোঙ্কোইবী কোঙ্কোইবা, চাপান্বী চাপান্বা মমা পাঙ্থং লৈমচা মচেঙ্চাক্ থাক্পা, লাংচেং চরোইবা, তান্লোয় মথৈনাই লুমলেন্ মহোং য়াম্বা, কায়নফম্দা য়াইপ্পা.

---

চিঙ্খোঙ পোইরৈতোননা অনৌবা হন্না লৌরকএ। হয়িংঙতা তললকপাপুতি তেকপা কৌএ। অতু নোংকিপু লাংতে লৌনমলাং কৌএ।" — পোইরৈতোন খুন্থোকপা।

৮। মৈদিংঙু পোইরৈ খুনথোম্বা থেমথা য়োইথোন শঙনে - মৈদিংঙু পাইখোম্ববু (খৃঃ ১৬৬৬-১৬৯৭) থেমথরকখিবা থোনগং হাপকংলেবা শঙনে।

৯। হুরেন লান্নীগীদি — লান্দাদুনা লানথুমচঙনি।

১০। পাঙথু নিংথৌ লাকয়া ফানা পুঙনে — নোংপোক মাইংগেদা লৈবা মৌজিঙ্কি ঙরা লৈবাকী মনুংদা লৈহৌবা পাঙ্থ কৌবা লমদগী নিংথৌ লাকয়া কৌবনু ফারকইঙদা শোমখিবা পুঙনে। পাইখু কৌথোদি - "ননুবা চীংখোঙ পোইরৈতোনগা মতৈ লৈমা লৈনাউরোহৌগা শোনবী শিনদা কবো নাদবনু খুনথিলকপদা চীংখোঙ পোইরৈতোনা শোনবী মীশ মীরাংনুদা চংলবনু মতৈ লৈমা লৈনাউতবীনি, পামেল উং পায়না কোননা কপ্পমএ। অদু নোংমীনু পায়কেনা-ও কৌএ।" — নিংথৌরোল লম্বুবা।

১১। মৈদিংঙু চরাইরোংবা থেমথা থোইথোন শঙনে — মৈদিংঙু চরাইরোংববু (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) থেমথরকখিবা থোনগং হাপকংলেবা শঙনে।

১২। নুঙতেক খুনথুম শঙ — মৈদিংঙু চরাইরোংবনা হাওবে পানা পাংবরমদা লৈবা থৌদ্ নুঙতেক চিং হায়না খঙনবা লোনবী খুনদ ঙরখিবা শঙনে।

১৩। কোঙপুরাঙ্গা নোংইনপু অথৌবা ফানা শঙনে — নুঙতেক চিংগী কোঙপুরাঙ্গা নোংইনপু কৌবা লান্দা থৌবনু ফারকখিবা শঙনে।

১৪। হেক্কৈনু চানবীগী ঙাতাশন — থোইনু অহোঙবীনা ঙা ফানফমদা চাঙবা শন।

১৫। কাওরেন থোইগা পাক — চাউ শাংলবা মপুঙ ফারবা অথোইবা কাওরেন শননে।

১৬। য়িংথি পামহৈবা — মৈতৈ লৈমা পোঙলেনথোম্বীগী কাওরেন শন।

১৭। মচী চোয়নৌ সনা হেকঙাই লোঙখুম হুকপা শন — মচাদা সনাগী লোঙখুম হুক্কবা শন।

১৮। মানবী চীশাংববু হোঙনা শঙনে — অহোঙ অচাউ থোক্কবগীদমক য়িংথি পামহৈবা কৌবা মচা শাংলবা শননু হোঙনখিবা শঙনে।

১৯। চীংখোঙ পুয়োকশঙ লাইরেন পুকন শঙ — নিংথৌবু য়োক্কবা অমদি কন্নবা শঙনে।

শোক্‌লু ফম্‌দা য়াতাবা, খোইনৌ মরাংমৈনা য়ুম্‌শিংনববু উহক্‌ শেংগম্‌ শানা, অহোঙ্‌ লান্‌য়ান্‌ফম্‌নে । অহোঙ্‌ য়োইথোন্‌ পূঙ্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি কেগে মোইরাং খাম্‌বী লৈমা ঈথাই লোঙ্‌খোন্‌বী পুকৈরেন্‌ লাংনুসু ফানা পূঙ্‌নে । লোয়য়ম্‌ পাউনম্‌ অহোঙ্‌বা লাল্‌লোই (লামায় ৩০)মশুমাঙ্‌, তীংয়ি মাঙ্‌শোক্‌লম্‌, অহোঙ্‌ লান্‌য়ান্‌ফম্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি কুপা ঙাশেপ্‌পা তাংদেংনু নুমান্‌ববু ,অহোঙ্‌ লান্‌য়ান্‌ফম্‌নে । থুঙ্‌চম্‌ লোয়য়ম্‌ অহোঙ্‌বা লাল্‌লোই মশুমাঙ্‌, তীংয়ি মাঙ্‌শোক্‌লম্‌, অহোঙ্‌ মীয়ান্‌ফম্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি মচন্‌ লৈমা হৈবোক্‌ ঙম্‌বী, মনিং লৈমা পোন্‌জেংঙম্‌বী,

---

২০। পুখ্রন নোংয়ায় অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা খুমন শলাইগী পুখ্রম্নম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

২১। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ মীয়ানফম - পুখ্রম্নম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথগী মপাথংবা শুমাঙগী শরুক্তী মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে ।

২২। তানলোয় মথৈনাই — তাল্লোয় মতুবু তোয়না থৈদোকপা তাম্থোকপা ।

২৩। লুমলেন মহোংয়ামবা — মতু তোয়না খাইনদুনা তোয়না অমুক থিবা ।

২৪। কায়নফমদা য়াহিপপা — মতু খাইনগুবা কায়নখিবা মফমদা য়াতাবা ।

২৫। শোকলুফমদা য়াতাবা — মতু লৈরগা নুপী তীন্নফমদা য়াহিপ্পা ।

২৬। উহক শেংগম শানা — উ য়ুংদুনা হক্তুনা শেঙ্গম শাদুনা মী হাৎনবা থৌরাং তৌবা ।

২৭। অহোঙ লানয়ানফমনে — নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা লোইবী কোংয়াঙগী নিংথৌ কোংকোইবা কোংকোইবীনচিংববু থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

২৮। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈগীদমক থোনগত্তুনা শেম্লবা পূঙ ।

২৯। লোয়য়ম পাউনম অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা পাউনম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

লামায় ৩০

১। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — পাউনম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথরোম থংবা মপাগী শুমাঙ মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে ।

২। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদা ।

৩। অহোঙ লানয়ানফমনে — লান্দা ফারকখিবা কুপা ঙাশেপ্পা তাংদেংনু নুমানববু অহোঙ কুম্মে তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

৪। থুঙচম লোয়যম অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা থুঙচম মচা অথৌবগী মশুমাঙদি ।

৫। মচন লৈমা হৈবোক ঙমবী — লান্দা ফারকখিবী লৈশাবী ওইরিবী হৈবোক ঙন্বীবু ।

৬। মনিং লৈমা পোনজেংঙমবী — ময়ুম পাল্লক্লবী মৌ ওইরবী পোনজেংঙন্বীবু।

তন্মু য়াঙ্তেক্না তন্হাউ শাইতাননা, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । থোক্চাউজম্ ঙাংঙোই অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ, হুয়েন্ লান্নীগীদি থোংনাং নুঙ্মাচেং তৈমাচেংবা ফানা পূঙ্নে । সনাবম্ খমলাং অহোঙ্বা য়াইথোঙ্ মশুমাঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি পুয়াঙ্ লান্মিংনাই সেন্চা মায়য়ি ফানা পূঙ্নে । সনাথিন্বম্ লোয়য়ম্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং য়াওসুরাক্পা মচা ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু চেংলৈ ইপান্ লান্থাবা

---

৭। তনমু য়াঙতেকনা — তনমু কৌবা উনা অহোঙ য়ুমগী য়াঙদা হাপতুনা ।

৮। তনহাউ শাইতাননা — তনহাউ কৌবা উনা অহোঙ য়ুমগী শাইদা হাপ্তুনা ।

৯। অহোঙ লানয়ানফমনে — মী হাৎনখিবা মফমনে ।

১০। থোকচাউজম ঙাংঙোই অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা মোইরাং শলাইগী থোকচোম মচা অথৌবগী শুমাঙদা ।

১১। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈদমক থোনগত্তুনা শেল্লবা পূঙ ।

১২। হুয়েন লাননীগীদি থোংনাং নুংমাচেং তৈমাচেংবা ফানা পূঙনে — থোংনাং ময়াং নুংমাচেং তৈমাচেংববু লান্দা ফারকঙৈদা শেমখিবা পূঙনে ।

১৩। সনাবম খমলাং অহোঙবা — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা সনাবম মচা অথৌবা।

১৪। য়াইথোং মশুমাঙ — সনাবম মচা অথৌবগী শুমাঙগী অশিথোঙগী মফম।

১৫। পুয়াঙ লানমিংনাই সেনচা মায়য়ি ফানা পূঙনে — সনাবম অহোঙবগী শুমাঙদা থোনখিবা পূঙদি পুয়াঙ লানমিংনাই সেনচা মায়য়ি ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

১৬ । সনাথিনবম লোয়য়ম অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা সনাথিনবম মচা অথৌবগী শুমাঙদা ।

১৭। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ পাঙথোক্লবা থোনখিবা পূঙদি ।

১৮। কেগে মোইরাং য়াওসুরাকপা মচা ফানা পূঙনে — মোইরাংগী য়াওসুরাকপা অঙম্বগী মচা ফারকঙৈদা কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

১৯। মৈদিংঙু চেংলৈ ইপান লানথাবা — খৃ: ৯৪৯ দগী ৯৬৯ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ।

২০। চৈরৈ ফীয়িন লোকনা খোং — চরৈ ইন্নফিবু লোক্লখিবা খোং ।

২১ । খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — য়াইগী মশক ওইরবা অথোইবা খোংনে ।

২২। হাওরোংবম লোয়য়ম খুব্রাং অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ - মোইরাং অরিবা খুব্রাং শলাইগী হাওরোংবম মচা অথৌবগী শুমাঙ।

২৩। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — হাওরোংবম মচা অথৌবগী মাঙ্গোলগী নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে ।

চৈরৈ ঙ্গৈয়িন্ লোক্না খোং, খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে । হাওরোংবম্ লোয়য়ম্ খুব্রাং অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্ তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি য়োংফু মরৈমবী চীংতাই নিংথৌ মচন্ খায়িংতাউবীবু লিরেন্ পাগা ফন্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । লোয়য়ম্ লাইখুচাম্বা ব্রাক্য়ৈ চোল্খুতা লাইখু অতোন্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি লৈমা য়াংতৌসু, ঙারেন্সু কোক্পাক্পা থোঙ্ঙাক্ মান্লৈচাবু য়ুতীং মতাং তোয়না,

---

২৪। য়োংফু মরৈমবী — অব্রাং মাইগৈদা লৈবা চীংতাই কৌবা লোইবী খুলগী নিংথৌগী মচন্নুপী য়োংফু খুলগী নিংথৌগীদি তাল্লোয় মতু খুল্লাকপী।

২৫। লিরেন পাগা ফননা — লিরেন কৌবা য়ুম কৈ শাবদা য়াম্না শীজিন্নবা লী মখল অদুনা পুন্দুনা ফাদুনা মী হাৎননবা শেম শাবা।

২৬। অহোঙ লানয়ানফমনে — কুম্মৈ তৌদুনা য়ু থক্লদুনা মীয়াম মাঙদা য়োংফু খুলগী খুল্লাকপী খায়িংতাউবীবু থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে।

২৭। য়ুতীং মতাং তোয়না — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম্বু য়ু অতীংবা মরাং কায়না তোয়না পীথক্লুনা মী হাৎপা য়েংহনবা।

লামায় ৩১

১। হংলোইবম নোংয়ায় অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — খুমন শলাইগী হংলোইবম মচা অথৌবগী মাঙশোক মপাগী শুমাঙ মফমদি।

২। য়াংচা অশৈবা — য়াংচা কৌবা ঈশৈ শকপা পেনা শকপবু।

৩। থোনখম মনায়েকনা — অহোঙ কুম্মৈদা মীয়াম্না থক্লনবা পীক পীক থন্না হাপ্পা য়ু খরুংশিং মখুম খুন্বদা মনা লেকথবা।

৪। অহোঙ লানয়ানফমনে — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা লানফা ওইনা ফারকখিবা য়াংচা অশৈবা ক্রতোং মায়য়িচাবু মীয়াম মাঙদা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে।

৫। নোংবাললোন লিনথোইঙমবী — মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী (খৃ: ১৪৩২-১৪৬৭) লোয়নবী মৈতৈ লৈমা অঙোম চনু।

৬। কোকলেন চনী লোননা হোঙনা পুঙনে — লু চনীবু লৈবাক মখাদা ফুমদুনা মথক্তা লৈবাক থোনগক্লুনা শেল্লবা অহোঙ কুম্মৈ তৌনখিবা পুঙনে।

৭। থোঙবম নোংয়ায় অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা খুমন শলাইগী থোঙবম মচা অথৌবগী শুমাঙ।

৮। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — থোঙবম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথা মপাগী শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপুঙনে।

অহোঙ্‌ লানয়ান্‌ফমনে । হংলোইবম্‌ নোংয়ায় অহোঙ্‌বা লাল্‌লোই (লামায় ৩১) মশুমাঙ্‌, তীংয়ি মাঙ্‌শোক্‌লম্‌, অহোঙ্‌ লান্‌য়ান্‌ফম্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি য়াংচা অশৈবা ক্রতোং মায়য়িচাবু থোন্‌খম্‌ মনাবেক্‌না, অহোঙ্‌ লান্‌য়ান্‌ফমনে । নোংবাল্‌লোন্‌ লিন্‌থোইঙম্‌বীনা কোক্‌লেন্‌ চনী লোন্‌না হোঙ্‌না পূঙ্‌নে । থোঙ্‌বম্‌ নোংয়ায় অহোঙ্‌বা লাল্‌লোই মশুমাঙ্‌, তীংয়ি মাঙ্‌শোক্‌লম্‌, অহোঙ্‌ লান্‌য়ান্‌ফম্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি উরা লোক্‌নুসু লাইচীং তোন্‌নুসুবু থরাম্‌ লাম্‌থননা, অহোঙ্‌ লান্‌য়ান্‌

---

৯। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদি ।

১০। থরাম লামথননা — মতোল লামথদুনা য়েন্দেম থরাম শোইবগুম শোইদুনা।

১১। অহোঙ লানয়ানফমনে — উরা লোকনুসু লাইচিং তোননুসুবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা পুথোক্তুনা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

১২। মৈদিংঙুচা নীঙথোনবা পোইরৈ নিংথৌ হনবা — মৈদিংঙু খাগেম্ববু (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) খাগেম্বা কৌদ্রিঙৈদা কৌনরম্বা মিং অমা ।

১৩। লাললোই মশুমাঙ অহোঙ লানযানফম — মৈদিংঙুচা পোইরৈ নিংথৌ হনবগী শুমাঙদি অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মী হাৎনখিবা মফমনে ।

১৪। হুয়েন লাননীগীদি — লান শোক্লদুনা লানঙমঙৈদি ।

১৫। নুংমাচেং তৈমাচেং কানলৈ অচঙববু ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু খাগেম্বনা নুংমাচেং তৈমাচেংবু ময়াং লান্দা ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

১৬। মৈদিংঙু চীংখোঙ লমগাইঙমবা কোইরেং খুনঙম পূঙ — মৈদিংঙু লমক্যাম্বনা (খৃ: ১৫১২-১৫২৩) অব্রাং মাইগৈ কৌবা লৈখামপোক্তা লৈবা লোইবী কোইরেংবু লানঙমঙৈদা থোনখিবা পূঙনে । কোইরেং কৌখিবদি — চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী মপাচা হেমবা ময়েললুবু উগানে হায়না লয়না লালা (থুপ্পুনা কোইনা) চংলমএ । অদুগীবু কোইরেং কৌএ — পোইরৈতোন খুম্বোকপা ।

১৭। ঙাংনোম নুংবান অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লুব্রাং শলাইগী ঙাংনোম মচা অথৌবগী মশুমাঙ।

১৮। তীংয়ি মাঙশোকলম — ঙাংনোম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী কৌব্রু লাইজি পাংবা মফম ।

১৯। অহোঙ য়োইথোন পূঙদি — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগীদমক লৈবাক থোনগত্তুনা শেম্লবা পূঙদি ।

২০। য়েরোং খুলেনলৈগী কজেং থাঙশাবা ফানা পূঙনে — লোইবী য়েরোং খুনগী কজেং থাঙ শাববু ফারকপগী কুম্মৈ তৌনবা শেমখিবা পূঙনে।

ফম্নে । মৈদিংঙুচা নীঙ্থোন্বা পোইরৈ নিংথৌ হন্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি থোংনাং ময়াং নূঙ্মাচেং, তৈমাচেং, কান্লৈ অচঙ্ববু ফানা পূঙনে । মৈদিংঙু চীংখোঙ্ লম্গাইঙম্বা কোইরেং খুনঙম্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কোইরেং নিংথৌ নোংলু অথৌবা, মপারি লৈরুবা, মমোম্ য়োংথাবী থাঙ্থাবা ফানা পূঙ্নে ঙাংনোম্নুংবান্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্দি য়েরোং খুল্লেন্-লৈগী কজেং থাঙ্শাবা ফানা পূঙ্নে ।

---

২১। মৈদিংঙু নাউথিংখোং মঙাংঙমবা থোঙবম য়ুতং পূঙনে — মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা য়ু থক্লখিবা পূঙনে ।

২২। লাললোইলিকত্রকপোক অচনবনে — লাল্লোইলিকত্রকপোক কৌবা মফমনে।

২৩। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবনা মরিং খুনঙম পূঙ — মৈদিংঙু খাগেম্বনা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) নোংপোক মাইগৈ পাংবদা লৈবা মরিং খুনবীরোক খুনবী মৈয়েং চীংদা লান্দাদুনা মরিংশিংবু ঙমখিবগী শেমখিবা পূঙনে । মরিং খুনবীরোক কৌনখিবদি — "চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদবা হেমবা নাদববু লৈরিগব্রা হায়না খুনথিরকপদা ময়ীম লোইবী মরেমনা চীংখোং পোইরৈতোনবু চকমোম খামবী মৈবু লিংনা ঙাইখমঙামএ । অদুগীবু মরিং খুনবীরোক কৌখি ।" — পোইরৈতোন খুন্থোকপা।

২৪। লোকতোনবা ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু খাগেম্বনা মরিং নিংথৌ লোকতোনবা কৌববু ফারকঙৈদা কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

২৫। লংমাই চনু কাইরৈমা খুনথুংদবী লমনামুং — থাঙঙা কম্বোং ওংবী লংমাই চনু কাইরৈমা খুনথুংদবীনা নোংমনখিবা মফম ।

২৬। চীংঙুরৈমা তকশোন পূঙ — নোংপোক নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বনা মশানৌ পাম্থোইবীবু খাবা ময়ুমদা করম্নবু লৈখিবনো কল্লকএ হায়না মথৱাই নুঙাইতনা তকশি শোল্লম্বা মফম । — পাম্থোইবী খোঙ্গুল ।

২৭। লাইতোন অতোনবা লাললোই অহোঙবা — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লাইতোন অতোনবা অথৌবগী শুমাঙগী ।

২৮। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — লাইতোন অতোনবগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে ।

২৯। হুয়েন লাননীগীদি — লানঙমদুনা ফারকখিবদি ।

লামায় ৩২

১। কেগে মোইরাং চৈথাপানগী খমবা পাংখাইজামবা — মোইরাংগী চৈথাপান কৌবা মফমদা লৈবা খম্বা পাংখাইজাম্বা অথৌবা । কেগে মোইরাং চৈথাপান কৌখিবদি

মৈদিংঙু নাউথিংখোং মঙাংঙম্বা থোঙ্বম্ য়ুতং পূঙ্নে । লাল্লোই লিক্ত্রুক্পোক্ অচন্বনে । মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বনা মরিং খুন্ঙম্ পূঙ, লোক্তোন্বা ফানা পূঙ্নে । লাংমাই চনু কাইরৈমা খুন্থুংদবী লম্নামুঙ, চীংঙুরৈমা তক্শোন্ পূঙ্নে । লাইতোন্ অতোন্বা লাল্লোই অহোঙ্বা তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি (লামায় ৩২)কেগে মোইরাং চৈথাপান্গী খম্বা পাংখাইজাম্বা, হাও পাসি লোন্তাই নিংথৌবা, কোক্কাই মরৈমবী হাওনু কাপেনু শাফবীগা থাঙ্ডা য়ুম্লৈকাই য়ুম্মাঙ্ লোন্জাম্গী খুন্বী মনিংকোই তারি খাংচেন্ মচন্

---

-- মোইরাং অথৌবা খোইবা লাংমৈবেম্বগা খুমনগী হৈয়েন অথৌবগা চুঙ তা পায়নদুনা চায়নবদা খুমন অথৌবনা তা লংবদদি ফুম মথক্তা পান্দুনা অরেম্বা তাখি । মোইরাং অথৌবনা লংলকপদি নোংয়ায় হৈয়েন অথৌবগী মবু ক্তা পান্দনা শিরে । নোংযায অথৌবদি কংফাল মথক্তা লোক্লৌ ঈশিং নমঙাননা তুবে হায়বগী মফম অদুবু কেগে চৈথাপান লোকলৌ হৈয়েনতু কৌখি ।--- শলকাও ।

২। অহোঙ লানয়ানফমনে -- কেগে মোইরাং চৈথাপানগী খম্বা পাংখাইজাম্বগা হাও পাসি লোনতাই নিংথৌবগা, কোককাই মরৈবী হাওনু কাপেনু শাফবীগা তারী খাংচেন মচন নিংশোং কোইনা য়াংবু অহোং কুম্মৈ তৌদুনা হাংনখিবা মফমনে ।

৩। মৈদিংঙু লোয়নাই থৱানথাবা শঙলেনয়াই --- মৈদিংঙু থৱাম্থাবনা (খৃ: ১১৯৫ - ১২৩১) লীংখৎখিবা মাগী অথোইবা শঙলেন্নে ।

৪। থোঙলেন নিংথৌকোন অতেংবা - লৈমা নিংথৌগী ওইবা ফজরবা নিংথিজরবা অথোইবা থোঙনে ।

৫। থোঙলেন য়াইচনবা -- ঈ য়াই চল্লবা অথোইবা থোঙনে ।

৬। লোইনাই খুনবী অচংবনে --- খুন মপী অথোইবনে ।

৭। য়াকাশঙনে -- মীয়াম কাবক্লগা তিন্নফম শঙনে ।

৮। হুয়েন লাননীগীদি --- লান্দাদুনা লান ভুমখৈদি ।

৯। কাকলেন খমকোইবা ফানা শঙনে - কাকলেন খমকোইববু লান্দা ফারকখিবা শঙনে ।

১০। লৈমু শেংথাক পূঙ লৈহৌ শেংওই পূঙনে -- হুয়েন লান্দা ফারকখিবা থাৱা লাংচেংপোই অপোইবা লাংবন কাওবেন সনাথিন্হন্ববু লৈরোন চন্দুনা লৈহৌ কুম্মৈ তৌনখিবা পূঙনে ।

১১। থোঙলেন খুনফমলেননে -- অথোইবা থোঙ লৌরিবা মফমনে ।

১২। নাউশরম লেমথোঙ অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ --- অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা নাউশ্রম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

নিংশোং কোইনা য়াংবু, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । মৈদিংঙু লোয়নাই থৱান্থাবা শঙ্লেন্য়াই, খম্বা ফাবী চারারোই থোঙ্লেন্ নিংথৌকোন্ অতেংবা থোঙ্লেন্ য়াইচন্বা লোয়নাই খুন্বী অচংবনে । য়াকাশঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি কাক্লেন্ খম্কোইবা ফানা শঙ্নে । থাৱা লাংচেংপোই অপোইবা লাংবন্ কাওরেন্ সন্থিল্হন্ববু লৈমু শেংথাক্ পূঙ, লৈহৌ শেংওই পূঙনে । থোঙ্লেন্ খুন্ফম্লেন্নে । নাউশরম্ লেম্থোঙ্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্

---

১৩। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — নাউশ্রম মচা অথৌবগী মাঙ্গোলগী নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে ।

১৪। উহক শেংগম শানা — উ য়ুংদুনা হক্কুনা শেঙ্গম শাদুনা মী হাৎনবা থৌরাং তৌবা ।

১৫। অহোঙ লানয়ানফমনে — লান্দা ফাদুনা পুরকখিবা কবো নিংথৌ অখুবগা (য়ুবরাজ) ময়াং নিংথৌ য়াংলৈগী মচাগবু অহোঙ কুম্মে তৌদুনা মীয়াম মাঙদা পুথোক্কুনা মঙক কক্কুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

১৬। লাললোই লাইশিখোং অচনবনে -- লাললোই লাইশিখোং কৌবা মফমদনে । লাললোই লাইশিখোং কৌখিবদি -- "মোংবা মদাইর্মদি হিযাংলোই । ইপা ইপুলোই লোইরেনবা লোই । থামবী ঙমবা শাযামফাবালোই । অতে খাবকচা ৱাংকোন লাইরুবা ফানা শঙকী ৱাকয়ে খোঙওইননা । লাইসুম লাইঙৌ তানবদা । তুপী অঙনপা লাইরেন অবেমপাপু হাওকপ নিংথৌবা থাঙলেন মখুৎশূনা চৈপীরে । খোংতুম খোংনা চেনথখিবদা তুপী কোনফমবা শিচননাবনা তুমশিনখিএ । লাললোই লাইশিখোং-ও কৌএ ।" — তোরৈরোল লম্বুবা ।

১৭। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে -- লাল্লোই লাইশিখোং কৌবা অখোইবা খোংনে ।

১৮। খোইমোম লাইয়িংথৌ চাখাবা লাংমৈরেমবা -- লাইবংথৌ চাখাবা । উমংলাই ৯গী মনুংদা অমা ওইরিবা লাইবংথৌ ।

১৯। য়াংঙমবম নুংবান থেমথা পামবা -- লুরাং শলাইগী য়াংঙস্নম মচা থেমথা পামবা ।

২০। থৌরৈ নোংজু অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা য়াংঙস্নম মচা অথৌবগী মশুমাঙ ।

২১। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম --- য়াংঙস্নম মচাগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে ।

২২। উই পৌদোং লোননা -- উই কৌবা রা অদুনা লোন্দুনা মী হাৎননবা শেম শাবা।

২৩। অহোঙ লানয়ানফমনে -- লান্দা ফারকখিবা তাংখুল হাও অমে কৌবা মখুৎ খুবী লোঙববু অহোঙ কুম্মে তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা মঙক কক্কুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

লান্নীগীদি কবো নিংথৌ অখুবা, ময়াং নিংথৌ য়াংলৈচাবু উহক্ শেংগম্ শানা, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । লাল্লোই লাইশিখোং অচন্বনে । খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে । খোইমোম্ লাইয়িংথৌ চাখাবা লাংমৈরেম্বা লাল্লোই খন্বা মশু মথেন্ মাঙ্নে । য়াংঙম্বম্ নুংবান্ থেম্থা পাম্বা থৌরৈ নোংজু অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি তাংখুল্ অমে খুৎপীরোঙ্ববু উই পৌদোং লোন্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্

---

২৪। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙ অসিদি।

২৫। লৈশন খূনঙম পূঙনে — অৱাং নোংপোক মাইগৈদা লৈবা তাংখুল লৈশন খুনবু ঙম্লকখিবগী কুম্মৈ তৌনবা শেমখিবা পূঙনে ।

২৬। খুমন মাকপা অদোন খাইখিবা ফানা পূঙনে — হায়রিবা পূঙ অসিদি খুমন মাকপা অদোন খাইথিববুসু ফারক্লুনা কুম্মৈ তৌনখিবা পূঙনে ।

২৭। য়োইকুমলোন ময়ামবীনা অহোঙ খোংচিংপূঙ — মৈদিংঙু খাগেম্বগী (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) মনাউ ইবেম্মা মৈতৈ লৈমা তোমপোকপীনা অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা খোং চিংনখিবা পূঙনে । মৈতৈ লৈমা তোমপোকপী —"মুতুম ফদিগী কুম শক ১৫৬৫ মৈতৈ লৈমা তোমপোকপীবু ময়াম্বী কৌনা উ হোঙএ।" — চৈথারোল কুম্বাবা।

২৮। খোং চিংবা — লাইযিংথৌ সনামহীনা মাঙ থংবা মবাক্তা লাইয়াম পুবা, মতুং ইথং থংবদা লাই থাংজিং পুবা অদুগা লাই ময়াম অদু থৌবী অমনা শম্লহন্দুনা শগোল নব্রগা দোলাইদা চিংদুনা পুবা ।

লামায় ৩৩

১। অনান মরৈমবী ফানা পূঙনে — হায়রিবা পূঙ অসিদি হাওরে খা পাংবদা লৈবা লোইবী অনালগী খুল্লাকপীবু ফারক্লুনা কুম্মৈ তৌনখিবা পূঙনে । অনান কৌখিবদি - "নয়ুৱা চাংখোঙ পোইবৈতোন্না লৈমা লৈনাউতাবীবু পুনা চাংব্রোই তমবু কেনানা লাংওল্লকপদা থৌদু ইশং থাংবদা শমু মখুৎতোনবু নান্থোকলময়ে । অদু নোংগীবু খুনাল কৌবনু অনান কৌখি ।" — নিংথৌরোল লম্বুবা ।

২। খোইমোম লাইকংথৌনা শারেন হিংশোঙ শায়না পূঙনে — খোইমোম লাইয়িংথৌনা শারেন শাবু হিংনা চানখিবা পঙনে ।

৩। শামুরোকপম লেমথোঙ অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ - অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা শামুরোকপম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

৪। তীংয় মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফমদি - - শামুরোকপম মচা অথৌবগী মাঙ্গাল নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি মীতাংফম মীহাৎপূঙনে ।

৫। তেননী তনথাংনু খুনকোকপাচানু - মখা মাইগৈদা লৈবা কাকলেন মীহুৎনা লান্দাবা

লান্নীগীদি লৈসন্ খুন্ঙম্ পূঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি নোংয়ায় শীংমীৎ খুনু মান্বা খুমন্ মাক্পা অদোন্ খাইথিবা ফানা পূঙ্নে । অমাই খোঙ্দোংফম্ খিং খিং চাউরা ফানফম্নে । খাপুঙ্ লম্ওন্ফম্নে । য়োইরুম্লোন্ ময়াম্বীনা অহোঙ্ খোংচিং পূঙ্ (লামায় ৩৩)অনান্ মরৈমবী ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বনা লাংগোই চৈদোন্লোঙ্বা ফানা পূঙ্নে । খোইমোম্ লাইফংথৌনা শারেন্ হিংশোঙ্ শায়না পূঙ্নে। শামুরোক্পা লেম্থোঙ্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্,

---

লম, লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবনা কাকলেনবু ফাখিবা লম, হেমবা ব্রাহ্মিনুং মচিংশাংদা লৈবা তোনবী কৌবা খুলগী তনথাংনু খুনকোকপাচা কৌববু ।

৬। তনমু য়াঙতেকনা তনহাউ শাইতাননা — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা অহোঙ য়ুম শাবদা য়ুমগী য়াঙদা তনমু উ হাপ্তুনা, শাইদনা তনহাউ উ হাপ্তুনা ।

৭। অহোঙ মীয়ানফমনে — তোনবী খুলগী তনথাংনু খুনকোকপাচা কৌববু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙনা য়ানদুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

৮। অহোঙ য়োইথোন পূঙনে — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

৯। হুয়েন লাননীগীদি --- লান্দাদুনা লানঙমথৈদা ।

১০। কেগে মোইরাং ওমবু তাংকংলাকপা ফানা পূঙনে — মোইরাংগী অথৌবা ওমবু তাংকংলাকপবু ফাবকপগী অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

১১। থোকচাউবা ঙাংঙোই অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ -- অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা মোইরাং শলাইগী থোকচোম মচা অথৌবা ।

১২। লিরেন পাগা ফননা --- লিবেন কৌবা য়ুম কৈনচিংবা শাবদা শীজিন্নবা লী মখল অদুনা তিংদুনা পুন্দুনা মী অদুবু হাৎননবা থৌরাং তৌবা ।

১৩। অহোঙ লানযানফমনে --- লান্দা ফাবকখিবা চাকথা মানথাচা কৌববু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীহাৎপূঙদা পুথোক্লুনা মীয়াম মাঙদা হাৎনখিবা মফমনে ।

১৪। শরাংথেম তানথোঙ চানামবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা চেংলৈগী শরাংথেম মচা চানাম্বা অথৌবগী শুমাঙ ।

১৫। হুয়েন লাননীগীদি --- লান্দা ফারকখিবা সাপোন সানৌ মনিংথৌ ।

১৬। য়ুতীং মতাং তোয়না — অহোঙ কুম্মৈদা য়ু মবাং কায়না তোয়না তোয়না থক্লুনা ।

১৭। অহোঙ মীযানফমনে -- অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা সাপোন সানৌ মনিংথৌবু মীয়াম মাঙদা পুথোক্লুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

১৮। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা তোনঙৌ খুনঙম পূঙ --- মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) অৱাং নোংপোক মাইগৈরোমদা লৈবা তাংখুল তোনঙৌ খুলবু ঙমথৈদা শেমখিবা পূঙনে ।

তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্দি তোন্বী তন্থাংনু খুন্কোক্পাচাবু তন্মু য়াঙ্তেক্না তন্হাউ শাইতাননা, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্নে । অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং ওম্বু তাংকংলাক্পা ফানা পূঙ্নে । থোক্চাউচম্ ঙাংঙোই অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি চক্থা মান্থাচাবু লিরেন্ পাগা ফন্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । শরাংথেম্ তান্থোঙ্ চানাম্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, হুয়েন্

---

১৯। লোকসাং মিংনাইবা ফানা পূঙনে — তোনঙৌ খুলগী মমিং চৎলবা লোকসাং কৌববুসু ফারকঙৈগী পূঙনে।

২০। মুতুম খমলাং অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা নিংথৌজা শলাইগী মুতুম মচা অথৌবগী শুমাঙ।

২১। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — মুতুম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে।

২২। অরাই মোংখু চনু লৌশি খোংদৌবনা পোকপী — লৌশি খোংদৌবগী মচানুপী।

২৩। লৌশি খোংদৌবা — লৌশি পাৎতা খোং তৌবা মীশক।

২৪। তোমফাং ঈথেমবা চনুবু — খোং তৌদুনা ঈরোংদা ঈশিং পুথনবা শেন্না খোংদৌবগী মচানুপীবু।

লামায় ৩৪

১। থোনখম মনারেকনা — য়ু থন্না থন্না হাপ্লদগী মখুম খুম্বদা মনা লেকথরবা।

২। অহোঙ লানয়ানফমনে — অরাই মোংখু চনু লৌশি খোংদৌবনা পোকপীবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা য়ু মরাং কায়না থক্লদুনা মীয়াম মাঙদা হাৎনখিবা মফমনে।

৩। মৈদিংঙু অয়াংবা শরি চোংবনা — মৈতৈ নিংথৌ থৱান্থাবা (খৃ: ১১৯৫ - ১২৩১)।

৪। লেমলৈ ঙাচা খোংনে — মৈদিংঙুগী ঙা ফানফম ওইবা খোংনে।

৫। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — য়াই চেল্লবা অথোইবা খোংনে।

৬। থোঙবম নোংয়ায় অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা খুমন শলাইগী থোঙবম মচা অথৌবগী শুমাঙ।

৭। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — থোঙবম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে।

৮। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদা।

৯। থরাম লামথননা — মতোল লামদুনা য়েন্দেম থরাম শোইবগুম শোইদুনা।

১০। অহোঙ লানয়ানফমনে — লান্দা ফাদুনা পুরকখিবা ওংথাঙ নিংথৌ থোনখম্ববু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে।

লান্নীগীদি সাপোন্ সানৌ মনিংথৌ লীরী তাংহুকপা, উনৌ নোংওইবা হাও তীঙ্ য়াঙ্না য়োং শাববু য়ুতিং মতাং তোয়না, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্নে । মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা তোন্ঙৌ খুন্ঙম্ পূঙ, লোক্সাং মিংনাইবা ফানা পূঙনে । পাউনম্ লোয়য়ম্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি অনান্ খুন্ঙম্ পূঙ্, তোন্লোইপু ফানা পূঙ্নে । মুতুম্ খম্লাং অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি অরাই মোংখু চনু, লৌশি খোংদৌবনা পোক্পী তোম্ফাং ঈথেম্বা চনুবু থোন্খম্

---

১১। মৈদিংঙু শেনবী কিয়ামবনা পেঙগী লানচাই পূঙ — মৈদিংঙু কিয়াম্বনা (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) নোংপোক মাইগৈ পাংবদা লৈবা পেঙ্গী খুলবু লানঙমঙৈগী পূঙনে ।

১২। হুয়েন লৈহঙবী লৈহঙবা ফানা পূঙনে — পেঙ্গী লান ঙমদুনা লৈহঙবী লৈহঙবা ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

১৩। হিজম নুংবান অহোঙবা লাললোই মাশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লুরাং শলাইগী হিজম মচা অথৌবগী শুমাঙদি ।

১৪। অহোঙ লানয়ানফম — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মী হাৎনফম মীহাৎপূঙনে ।

১৫। তাংখুল খংঙাই মনিংথৌ — অরাং নোংপোক মাইগৈ পাংবদা লৈবা লোইবী তাংখুল খংঙাই খুলগী নিংথৌ ।

১৬। উহক শেংগম শানা — উ য়ূংদুনা হক্কুনা শেঙ্গম শাদুনা তাংখুল খংঙাই নিংথৌবু হাৎননবা শেম শাদুনা ।

১৭। অহোঙ লানয়ানফমনে — লান্দা ফারকখিবা তাংখুল নিংথৌ সারংলান লঙখামবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা হাৎনখিবা মফমনে ।

১৮। কৌজেংবম লোইয়ম খুরাং অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ -- অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা মোইরাং অরিবা খুরাং শলাইগী কৌজেংবম মচা অঙম্বগী শুমাঙদা।

১৯। উই পৌদোং লোননা — উই কৌবা রা মখল অদুনা লোনশিন্দুনা মী অদুবু হাৎননবা শেম শাদুনা ।

২০। অহোঙ লানয়ানফমনে — লান্দা ফারকখিবা শেনবী কবোগী মোকতোক খোঙয়িবা কৌববু অহোঙ কুম্মৈদা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

২১। মৈদিংঙু নিংথৌখোমবনা কেগে মোইরাংচা শাফবা লৈতাং লানথাবা ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা (খৃ: ১৪৩২-১৪৬৭) কেগে মোইরাংগী লৈতাং লাম্ছাবা শাফববু ফাঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

২২। অয়াঙ লমহৌফমনে — অঙম অথৌ ফমদৌশিংগী খোঙশান্নফমনে ।

(লামায় ৩৪)মনারেক্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । মৈদিংঙু অয়াঙ্বা শরি চোংবনা লেম্লৈ ঙাচা খোংনে । খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে । থোঙ্বম্ নোংয়ায় অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্,হুয়েন্ লান্নীগীদি ওংথাঙ্ নিংথৌ থোন্খম্ববু থরাম্ লাম্থননা, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । মৈদিংঙু শেন্বী কিয়াম্বনা পেঙ্গী লান্চাইপুঙ্, হুয়েন্ লৈহঙ্বী লৈহঙ্বা ফানা পূঙ্নে। হিজম্ নুংবান্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি

---

২৩। শিয়াৎপম খমলাং অহোঙবা — মমাঙঙৈদা অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা খুমন শলাইগী শিয়াৎপম মচা অথৌবা ।

২৪। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগীদমক থোনগত্তুনা শেল্লবা পূঙ ।

২৫। চাওসুংরোং অংকারাববু ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈ পাংবদা লৈবা হৌজিক্তি ঔরা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা কবো অংলোইগী নিংথৌ চাওসুংরোং অংকারাববু ফারকঙৈদা কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

২৬। লেমলৈ অচোন অখম খোং — লেমলৈ ঙানা চোন্না থন্না লৈরবা খোংনে ।

২৭। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — খোং ময়ামগী মরক্তগী অথোইবা য়াই চেল্লবা খোংনে।

২৮। খ্বাইচা হাব্রাইবা, লমলৈচা অরায়বা, লোকক্রামবা লাংকমবসু, লীকথাসু শারামবা, লুব্রাংবসু ব্রাইরোকপা, য়াইসকুলচা য়াইচাবগা ব্রাপা খুলথীনা চেঙজা লাননঙ পূঙনে -- খ্বাই মচা হাব্রাইবগা লমলৈ মচা অরায়বগা, লোকক্রামবা লাংকমবগী মশুগা, লীকথাগী মশু শারামবগা, লুব্রাংবগী মশু ব্রাইরোকপগা, য়াইস্কুল মচা য়াইচাবগা মখোয় ৬ মক্লা মপা চাবা ব্রা ঙাংনদুনা মরৈ য়েৎনদুনা অব্রাই অখুম তৌনরম্বদগী শাউনরক্তুনা খুৎ থোক্লদুনা য়ৈনখিবা লাললোই অচেনখোং কৌবা মফমনে ।

লামায় ৩৫

১। মাইতোম লোইয়ম ঙাংঙোই অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা মোইরাং শলাইগী মাইতোম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

২। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — মাইতোম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎপূঙ মীতুফমনে ।

৩। হুয়েন লাননীগীদি — লানঙমদুনা লান্দা ফারকখিবদি ।

৪। তনমু য়াঙতেকনা — অহোঙ কুম্মৈগী শঙ শাবদা তনমু কৌবা উনা য়াঙদা হাপ্পুনা ।

৫। তনহাউ শাইতাননা — তনহাউ কৌবা উনা শাইদা হাপ্পুনা ।

৬। অহোঙ লানয়ানফমনে — লান্দা ফারকখিবা হাওবা সাকেল য়াংকেল মাইবগা মাগী নুপী হাওনু তনব্রাইনু সারুং হাওনুখোই কৌবীগা অনীবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীযাম মাঙদা পুথোক্তুনা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে।

তাংখুল্ খংঙাই মনিংথৌ সারঙ্লান্ লঙ্খাম্ য়াওবা ওক্য়াথৌবু উহক্ শেংগম্ শানা, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । কৌজেংবম্ লোইয়ম্ খুব্রাং অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি শেন্বী কবো মোক্তোক্ খোঙ্য়িববু উই পৌদোং লোন্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা কেগে মোইরাংচা শাফবা লৈতাং লান্থাবা ফানা পূঙ্নে । অয়াঙ্ লম্হৌফম্নে । শিয়াৎপম্ খম্লাং অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি শেন্বী কবো অংলোই মনিংথৌ চাওসুংরোং অংকারাববু ফানা পূঙ্নে । লেম্লৈ

---

৭। ওকলৌ হূইরৌ অচনবনে — ওকলৌ হূইরৌ কৌবা মফমনে । ওকলৌ হূইরৌ কৌখিবদি — "হয়িঙৈদা শেল্লোয় লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংখৈরাকপা খাল্লে মরৌরেনবু মদাইরেম তেকপী মওকচানা হান্না অয়ুক চামাই লাংনা খাল্লে লৌকুমএ । লৌরী থিনবী মরিন ফাৎনা পোরোম মতা শম, কাইফেৎ মরু তুপ য়াংদৌ মমৈ শম, লৈমু ময়োন হন, লৈহাও মপান ফোইনা খাল্লে মঙম ফংলবদা তাউবা মহূইচা য়াংলৈ মীরোন থোকপনা হান্না পাওমেনঙমএ । শোল্লোয় লংমাই নিংথৌ-ও নংগী তেকপী নওকচাদি ঐবু খাল্লে লৌলুম্বীদে । খোয়মা নারোন্নুংদা শানথুপএ । ইদোম খাল্লে ইঙম তানববু নমু পোংনা তাম খাল্লে লৌনা চাউবানিগীনা হাওরা শোনখৈ নিকএ হায়না পাওমেনঙামএ । অদু নোংগীবু শেল্লোয় লংমাই লৌ ওকলৌ হূইরৌ অচনবা-ও তৌনা কৌএ ।" নোংমাইজিং চীংগোইবা ।

৮। মৈদিংঙু পুনসিবা হৈহৌ খুনঙম পূঙনে — খৃ: ১৪০৪ দগী ১৪৩২ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু পুনসিবনা নোংপোক মাইগৈদা লৈবা তাংখুল হৈহৌ (কৈহৌ) খুন্দা লান্দাদুনা তাংখুল হৈহৌ নিংথৌ মারেম খমজিংববু ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

৯। মৈদিংঙু শেনবী মুংয়ামবনা লমবান চাকচা পূঙনে — মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা লমহাঙদা চাক চাদুনা থোনখিবা পূঙনে । "খুরায় হাওরমগী কুমদি শক ১৫১০ দা মৈদিংঙু মুংয়াম্বা য়াইস্কুলদা লম্বান চাক চাঙৈদা লম্বান পুংজাউ থোল্লে" — চৈথারোল কুম্বাবা ।

১০। মেয়োন খুনঙম পূঙ — মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা (খৃ:১৫৬২ - ১৫৯৭) নোংপোক মাইগৈদা লৈবা লোইবী মোয়োন ঙমঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

১১। মৈদিংঙু তবুংবা লাললোই অয়িংখোংনে — মৈদিংঙু তবুংবনা (খৃ: ১৩৫৯ - ১৩৯৪) তৌখিবা অয়িংখোং (অহিংখোং) কৌবা খোংনে । অহিংখোং কৌখিবদি — "মোংবা মদাইমদি । মৈদিংঙু তবুংবনা কেগে মনিল নাইববু লুতুরসুনো হায়না ইনুং সোইয়াইমদা খোংমা তৌরমএ । অদু নোংগীবু লাললোই অহিংখোং—ও কৌএ" । — তোরৈরোল লম্বুবা ।

১২। খোংলেন হেমদৌ যাইনে — লাললোই অহিংখোংদি য়াই চেল্লবা অথোইবা খোংনে ।

অচোন্ অখম্খোং, খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে। খ্বাইচা হাৱাইবা, লম্লৈচা অরায়বা, লোক্ক্রাম্বা লাংকম্বসু, লীক্থাসু শারাম্বা, লুৱাংবসু ৱাইরোক্পা, য়াইসকুলচা য়াইচাবগা ৱাপা খুল্থীনা চেঙ্জা লান্নঙ্, পূঙ্নে। (লামায় ৩৫)মাইতোম্ লোয়য়ম্ ঙাংঙোই অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি মথংলেন্ হাওবা সাকেল্ য়াংকেল্ মাইবা, মরুম্বী হাওনু তন্ৱাইনু সারুং হাওনুখোইবু তন্মু য়াঙ্তেক্না তন্হাউ শাইতাননা, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে। ওক্লৌ হূইরৌ অচন্বনে। মৈদিংঙু পুন্সিবা হৈহৌ খুন্ঙম্

১৩। তমফা ৱাংঙমলোন খাবী লেংনাউ মোম্বী — ৱাংঙমলোন পাম্থোইবী।

১৪। মশুমথেনমাঙ — খোইমোম লাইরেম্মা পাম্থোইবীগী মশুমাঙদা।

১৫। অহোঙ য়ুনাই পূঙনে — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা য়ু থক্লখিবা পূঙনে।

১৬। হুয়েন লাননীগীদি — লানঙমদুনা লান্দা ফারকখিবদি।

১৭। থিংবা মবাম ফানা পূঙ — হাওরৈ লাইনা পাংবরমদা লৈবা থিংবা খুল্লেনবু চাইখাইদুনা লোইব়ী থিংবাগী মরামশং লাম্থোয়াঙবু ফারকণ্ডেদা থোনখিবা পূঙনে।

১৮। তখেন মালং মথোঙজিনগী চমপারাই ফানা পূঙ — নুংশিংনা হুম্লকফম লাকফম মাইগৈদা লৈবা তখেন লৈবাক্কী চমপারাই লাঞ্জিংববু ফাণ্ডেদাশেমখিবা পূঙনে।

১৯। তমফা ৱাঙমলোন মৈবা পোনজেমবী — খোইমোম লাইরেম্মা পাম্থোইবী।

২০। নূঙলেন মখুৎফা — খোইমোম লাইরেম্মা মৈবা পোনজেম্বীগী ওইবা নূঙ।

২১। থৌদু অরেপপা চেঙজা অয়ুংবা — নূঙ খিন্দুনা য়ুংদুনা।

২২। হুয়েন লাননীগীদি কোইরেং খুনঙম পূঙ — অৱাং কৌব্রু লমদা লৈবা কোইরেং খুলবু লান্দাদুনা লানঙমণ্ডেদা থোনদুনা শেমখিবা পূঙনে।

২৩। অৱাং মখান লাইফা পূঙগী থৌদু নূঙনিংথৌ চেঙজা কোংয়িবা — অৱাং মাইগৈদা লৈবা মখান হাওখুন্দগী পুরকখিবা অথোইবা য়াই ওইরবা নূঙ।

২৪। পাংগা খুনঙম নূঙ — নোংপোক মাইকৈদা লৈবা হৌজিক্তি ওৱা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা পাংগা কৌবা লম অদুবু ঙম্মখিবা নূঙ।

২৫। নোংবাললেন সেরেমবী খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী (খৃ: ১৫৬২ - ১৫৯৭) লোয়নবী মৈতৈ লৈমা সেরেম্বীগী য়াই চেল্লবা অথোইবা খোংনে।

২৬। মৈদিংঙু শেনবী কবোমবা তখেল খুনঙম পল — মৈদিংঙু কবোম্বনা (খৃ: ১৫২৪ - ১৫৪২) তখেলবু লান ঙম্মখিবা পলনে।

২৭। লিনচীকপা লিনতেংবা ফানা পলনে — পল অসিদি তখেনবু ঙমদুনা লিনচীকপা লিনতেংববু ফানখিবা পলনে।

২৮। শায়বা পললেন য়াইনে — শায়বা পাম্বীনা কোইনা থুংনা খাজিল্লবা পলনে।

পূঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী মুংয়াম্বনা লম্বান্ চাক্চা পূঙ্নে । মোয়োন্ খুন্ঙম্ পূঙ্,য়ুরুম্বী লান্লুম্বা ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু তবুংবা লাল্লোই অয়িংখোংনে । খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে । তম্ফা ৱাংঙম্লোন্ খাবী লেংনাউ মোম্বী মশু মথেন্মাঙ্, অহোঙ্ য়ুনাইপূঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি থিংবা মরাম্ ফানা পূঙ্নে । তখেন্ মালং মথোঙ্জিন্গী , চমপারাই ফানা পূঙ্। তম্ফা ৱাংঙম্লোন্ মৈরা পোন্জেম্বী নূঙ্লেন্ মখুৎফা থৌদু অরেপ্পা চেঙ্জা অয়ুংবা, হুয়েন্ লান্নীগীদি কোইরেং খুন্ঙম্ পূঙ্,

---

২৯। অৱাং পাখং য়োইরেনবা লাললোই মশুমাঙ — চীংঙু নোংথৌ শোরারেনগী মশুমাঙ।

৩০। নোংবাললোন লিনথোইঙমবীনা য়াঙলা খুনঙম পূঙ — মৈতৈ লৈমা লিন্থোইঙম্বীনা অৱাং নোংপোক মাইগৈদা লৈবা য়াঙলা খুনবু ঙমদৈদা থোন খিবা পূঙনে ।

লামায় ৩৬

১। সনাবম লোয়য়ম অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা সনাবম মচা অথৌবগী শুমাঙদা ।

২। অহোঙ য়োইথোন পূঙ - অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগীদমক থোনগ তুনা শেল্লবা পূঙদি ।

৩। কমেং খুনঙম পূঙ থাঙপা লারিং ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু থৱাম্বাবনা (খৃ:১১৯৫-১২৩১) অৱাং নোংপোক পাংনা লৈবা কমেং খুনবু ঙমদুনা থাঙপা লারিং ফাঙৈগী পূঙনে।

৪। থিংবা লোনচাম পূঙ — অৱাং মাইগৈদা লৈবা লোইবী থিংবাদগী পোৎপু লোন্না থুপনা চান্নখিবা পূঙ ।

৫। হুয়েন লাননীগীদি — লোইবী থিংবা লান্দাদুনা লানঙমদৈদি ।

৬। থিংবা পাউশাবী পাউশাবা ফানা পূঙনে — লোইবী থিংবাগী পাউশাবী পাউশাববু ফারকদৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

৭। মৈদিংঙু কৌবা ঈরোং লানথাবা -- খৃ: ১১৯৫ দগী ১২৩১ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু থৱাম্বাবা । মৈদিংঙু অসিনা অৱাং হনফুপোক কৌবা ঈরোংথোং ঈরোং লান্দারীদা লান্দাবদগী কৌখিবা মিং অমা ।

৮। তিমেন তায়েং খোং -- মৈদিংঙু থৱাম্বাবনা সনা খুৎশূ তাবু চাং য়েংখিবা খোংনে ।

৯। কুরুখুবা কুরুহনবা ফানা খোংনে -- মৈদিংঙু থৱাম্বাবনা লানগী কেগে মোইরাংগী কুরুখুবা কুরুহনববু ফানরকখিবা খোংনে ।

১০। খোংলেন হেমদৌ তাইনে — অখোইবা য়াই চেল্লবা খোংনে ।

১১। মৈদিংঙু লোয়নাই থৱানথাবনা লাংজেং পাখংবা ফানা পূঙনে - মৈদিংঙু থৱাম্বাবনা লুৱাং সির্মরিং নোঙ্গাবীনা ওনখিবা উচেক লাংমৈগী মথংনে ন লাংজেং পাখংববু ফানখিবা পূঙনে । "লুৱাং সিমরিং নোংকাপীপু মথংলেন ৱাং সিঙচা লুমলেল

মান্তারাক্পা ফানা পূঙ্নে । অরাং মখান্ লাইকাপূঙ্গী থৌদু নূঙ্নিংথৌ চেঙ্জা কোংয়িবা, পাংগা খুন্ঙম্ নূঙ্, নোংবাল্লোন্ সেরেমবী খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে । মৈদিংঙু শেন্বী কবোম্বা তখেন্ খুন্ঙম্ পল্, লিন্চীক্পা লিন্তেংবা ফানা পল্নে । শায়বা পল্লেন্ য়াইনে । খোইমোম্ লাইয়িংথৌ শোরারেন্ অরাং পাখং য়োইরেন্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, নোংবাল্লোন্ লিন্থোইঙম্বীনা য়াঙ্লা খুন্ঙম্ পূঙ্, শন্থৌবী শন্থৌবা ফানা পূঙ্নে । অয়াঙ্ তৌরেপ্ফম্নে । (লামায় ৩৬)সনাবম্ লোইয়ম্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কমেং খুন্ঙম্ পূঙ্,

---

হলপানা খনমন চেংমনপকিতমক কৌবা লোকনুং চঙনা উচেক লাংমৈ ওইনা সানওনখিএ । চেকলা মথংলেনতী লাংচেং পাখংপা-ও কৌএ ।"— লৈরোল ।

১২। য়েনখোইবম য়োয়নাউ অহোঙবা — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা য়েনখোইবম মচা অথৌবা ।

১৩। লাললোই মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — য়েনখোইবম মচা অথৌবগী শুমাঙদা অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগীদমক থোনখিবা পুঙদি ।

১৪। মখান খুনঙম পূঙ অচনবা ফানা পূঙনে — অরাং মাইগৈদা লৈবা লোইবী মখান হাওশিংবু ঙমদুনা অচনবা কৌববু ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

১৫। মৈদিংঙু তেলোঙ তেকপা রাকাউদবা — মৈদিংঙু থরাম্বাবগী মিং অমা - "লহান নোং লাইরেন মৈদিংঙুনা অরাং কৌবা ঈরোংপাত্তা লেমলৈ ঙাতানোং লাইরেন তেনলোঙ মখুৎশূ ঙাতেন লোঙয়াই খুববু ফম্না নোইথেকরাগীবু রাকাউদনা ইদাইবেম অনং ফিহাইরোই মচেং কাইরৈ য়েন্দাল্লোইশিং-ও । তয়ম খাংখা নূঙহকপবু রাইরং খরাইকেন তেংলৈ পন্দাই ওনখিবনে । পাউকৌখৎলু-ও হায়না থৌশীখিয়ে ।" — নিংথৌরোল লম্বুবা ।

১৬। অহিং সেকপী লৌয়ামবী ফানা পূঙনে — অহিংদা চাক্তাবী শেকপী কৌবা উচেকপু ফানখিবা মফমনে ।

১৭। মৈদিংঙু কৌবা ঈরোং লানথাবনা — মৈদিংঙু থরাম্বাবনা ।

১৮। পোনবী খোঙরাংবা উমু লাইতাংবা ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু থরাম্বাবনা উমু কৌবা মখোং শাংবা মরাইবক তাংবা ঈশিংদা ইরুপ্পুনতা লৈবা উচেকপু ফাখিবা মফমনে ।

১৯। রাইরোকপম তানথোঙ অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা চেংলৈ শলাইগী রাইরোকপম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

২০। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — রাইরোকপম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীতুফমনে ।

২১। হুয়েন লাননীগীদি - নূঙতেক লানঙমদুনা লান্দা ফারকখিবী ।

থাঙ্পা লারিং ফানা পূঙ্নে । থিংবা লোন্চাম্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি থিংবা পাউশাবী পাউশাবা ফানা পূঙ্নে । অয়াঙ্ লম্লাউফম্নে । মৈদিংঙু কৌবা ঈরোং লান্থাবা, তিমেন্ তায়েং খোংনে। হুয়েন্ লান্নীগীদি কূরুখূবা কূরুহন্বা ফানা খোংনে । খোংলেন্ হেম্দৌ তাইনে । মৈদিংঙু লোয়নাই থৱান্থাবনা লাংজেং পাখংবা ফানা পূঙ্নে । য়েন্খোইবম্ য়োয়নাউ অহোঙ্বা থমংলাং অহন্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি মখান্ খুন্ঙম্ পূঙ্, অচন্বা ফানা

---

২২। নূঙতেক মরৈমবী -- মখা মাইগৈরোমদা লৈবা লোইবী নূঙতেক খুলগী খুল্লাকপী ।

২৩। থোনখম মনারেকনা -- য়ু খরুংশিং থন্না হাপমনবদগী মথুম খুম্বদা মনা লেকথবা ।

২৪। অহোঙ লানয়ানফমনে -- নূঙতেক খুল্লাকপী হাওনু তোনঙাইনুবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা হাংনখিবা মফমনে ।

২৫। ব্রারেপ্পম্ তান্থোঙ অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ -- অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা ব্রারেপ্পম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

২৬। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানযানফম -- ব্রারেপ্পম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীতুফমনে ।

২৭। কেগে মোইরাং অরেবা কাপাসু সনথিলববু -- হুয়েন লান্দা ফারকখিবা মোইরাংগী অরেবা কাপাসু সনথিলববু ।

২৮। থরাম লামথননা অহোঙ মীয়ানফমনে -- কেগে মোইরাং অরেবা কাপাসুবু য়েন্দেম থরাম শোইবগুম শোইদুনা হাংনখিবা মফমনে ।

২৯। তুরেল লাননে তুয়া লাননে -- তুরেলগী ঈশিং অমদি তুরেলগী খোংবাল অনীমক্তা শোক্লখিবা লাননে ।

৩০। ঙাংঙোই য়োইমোংবা তুতেংকোন -- লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবনা তুরেল তেংখিবা মফমনে ।

৩১। ঙাংঙোই য়োইমোংবা কাকলেন মীঙমবা ফানা পূঙ -- লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবনা কাকলেন মীঙম্ববু ফানখিবা মফমনে ।

লামায় ৩৭

১। লাললোই ইপুরৌ অচনবনে -- ইপা ইপুগী লৌফমনে ।

২। খানলৈ লৌরাংচালনে -- অফবা অথোইবা লৌফমনে ।

৩। মানবী চকলৈ কাও -- ফজরবা নিংথিরবা চকলৈ শন ।

৪। কাওরেন লেংবা শন -- শন লাবা পোপা ।

৫। মুকমু হামৈ চোনববু -- মমৈ শাংলবা চোল্লবা শনবু ।

৬। শারেন লৈশা য়াননা পূঙনে -- শারেন শাবু য়ান্দুনা কত্তুনা শা শোম্লখিবা পূঙনে ।

পূঙনে । মৈদিংঙু তেলোঙ্ তেক্পা ৱাকাউদবনা অহিং শেক্পী লৌয়াম্বী ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু কৌবা ঈরোং লান্থাবনা পোন্বী খোঙ্ৱাংবা উমু লাইতাংবা ফানা পূঙ্নে । ৱাইরোক্পম্ তান্থোঙ্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি নুঙ্তেক্ মরৈমবী হাওনু তোন্ঙাইনুবু থোন্খম্ মনারেক্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । ৱারেপ্পম্ তান্থোঙ্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং অরেবা কাপাসু সন্থিল্ববু থরাম্ লাম্থননা, অহোঙ্

---

৭। মৈদিংঙু লোয়নাই থৱানথাবা লেমলৈ পেংবা খোংনে — মৈদিংঙু থৱাম্থাবনা (খৃ: ১১৯৫-১২৩১) লেমলৈ পেংবা ঙাবু ফানফম খোংনে।

৮। খোংলেন হেমদৌ তাইনে — অথোইবা খোংনে ।

৯। খোইরোম থমংলাং অহনবা য়োয়নাউ অহোঙবা — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা খোইরোম মচা থমংলাং অহনবা ।

১০। লাললোই মশুমাঙ — খোইরোম থমংলাং অহনবগী শুমাঙদি ।

১১। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — থমংলাং অহনবগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে ।

১২। হুয়েন লাননীগীদি — লানঙমদুনা ফারকখিবদি ।

১৩। সাসঙ য়ুঙৈরান খমনৌ য়াইশিনুংগী — মোইরাংগী খুয়োন লমদা লৈবা মফম অমা ।

১৪। অহোঙ মীয়ানফমনে — লান্দা ফারকখিবা খুয়োন নহা উতোক সাসং নিংথৌববু অহোঙ কুম্মে তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

১৫। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মে তৌনবা থোনগক্তুনা শেমখিবা পূঙ অসিদি ।

১৬। কাসান সনমীৎপী সনমীৎপা ফানা পূঙনে — অৱাং মাইগৈ মরাম চীংদা লৈবা কাসান খুলগী সনমীৎপী সনমীৎপবু ফাঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

১৭। খুরোই কাওরেন শনশেনবা — খুরোই (ওইনামদগী নিংথৌখোং ফাওবা) মচা শঞ্জেন্নহাগা ।

১৮। মানদিং নহা কাওরেন শনঙাকপগা — শলাই ৯গী মনুংদা শলাই অমা ওইনা লৈরম্বা মন্দিং শলাই মচা শঞ্জেন্নহাগা ।

১৯। মনম মথা পাৎনা য়ৈনরমএ — মশা পুম্বা মনঙ্গল মথবাকপু ঈহীং নাহীং তানবমখৈ ফুনরম্মে ।

২০। নমপাৎ অচনবা — খুরোইচাগা মান্দিংচাগা য়ৈনখিবা মফমদি ।

২১। তুবী হিথোক পাৎ লাইরেন ফিফৌ কোননে — তুবী লাইরেন্না হি ময়াম পৈবগুম পৈরবা, ফি ফৌবগুম্বা চোন্না লৈরবা পাৎনে ।

লান্য়ান্ফম্নে । তুরেল্ লান্নে তুয়া লান্নে । ঙাংঙোই য়োইমোংবা তুতেংকোন্নে । ঙাংঙোই য়োইমোংবনা কাক্লেন্ মীঙম্বা (লামায় ৩৭)ফানা পূঙ্, লাল্লোই ইপুরৌ অচন্বনে । খান্লৈ লৌরাংচাল্নে । মান্বী চক্লৈ কাও, কাওরেন্ লেংবা শন্, মূক্মু হাইমৈ চোন্ববু শারেন্ লৈসা য়ান্না পূঙ্নে । মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রান্থাবা লেম্লৈ পেংবা খোংনে । খোংলেন্ হেম্দৌ তাইনে । খোইরোম্ থমংলাং অহন্বা য়োয়নাউ অহোঙ্বা তাক্না ফিফৌবা লাল্লোই মশুমাঙ, তীংয়ি মাঙশোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি সাসঙ্ য়ুঙৈরান্ খম্নৌ য়াইশিনুংগী খুয়োন্ য়াংবা নহা উতোক্ সাসঙ্ নিংথৌববু, অহোঙ্

---

২২। লাললোই নোমবী পাৎনে — নোমবী কৌবা পাৎ অদুনে ।

২৩। মৈদিংঙু অয়াঙবা শরি চোংবা — মৈতৈ নিংথৌ অয়াঙবা (খৃ:৮২৯ - ৯১০)।

২৪। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ য়াইথিংবা উসোনবা — মৈদিংঙু অয়াঙবগী মতমদা পাল্লম্বা খুমন লৈবাক্কী ১৯ শুবা নিংথৌ । খুমন নিংথৌ ওইদ্রিবৈদা মৌদিংঙু অয়াঙবগী মৈতৈ কোনুংদা লৈরম্মী ।

২৫। হৈচাং লুমহেকপা — খুমন নিংথৌ য়াইথিংবা উসোনবনা তাউজিং হৈজাং য়াম্না হেকথবগীবু হৈজাং লুমহেকপা হায়না খঙনখি ।

২৬। খুনু লুমথিৎপা — শাইরোং পান্তম চুম্না কোংযাঙ ব্রাতোনথক্কী চীংশোং লমলৈমা মাম্থিকপু কাপথবগীবু খুনু লুমথিৎপা হায়না কৌখি ।

২৭। পুনুং লুময়ানবা — মাগী থাঙলেন মখুৎশূনা পুনুং লাবু যাম্না য়াল্লম্মে হায়বগীবু পুনুং লুময়ানবা হায়নসু খঙনখি ।

২৮। থংচীং মখোকলাং হাইনাইবা — থংচীং মখোকলাংবু (তা/তাখোক) পুদুনা হাইনা হাইনা কাখিএ হায়বগী খোকলাং হাইনাইবা কৌখি ।

২৯। নোংয়ায় শেনথীনাকুসে — ঙাইশেন ওইনরিবা নোংয়ায় খুমনবু থীনা তৌনবীগনো ।

৩০। থৌদু লেপনা য়ুং চেঙজা লেপনা খিননা ব্রারেপ পুঙনে — খুমনগা মৈতৈগা কাওনদনবা ব্রাংখৈ পনমরুদা পূঙ থোন্দুনা মথক্তা নূঙ য়ুংদুনা ব্রারেপ্প্রখিবা পূঙনে । "নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন য়াইথিংবা উসোনবনা মৈদিংঙু অয়াংব-ও । নদাইরেম ঐবু নোংয়ায় কুমও । অদোন তাউও হায়রবদি । হয়েং নোংয়ায়না সেনথিনা । ব্রাংঙমনা পাইথিনাকুসে । পোইরৈ ব্রাকাউকুনো হায়না । থৌদু লেপনা য়ুং । চেঙজা লেপনা খিননা ব্রাহ্মলমএ । মৈদিংঙু অয়াংবা ব্রারেপনূঙ-ও কৌএ।" — তোরৈরোল লম্বুবা।

৩১। মদাইরেম হিয়াংলোয় ইমিংলোয় — মৈদিংঙু অয়াঙবগী মনাই উ-ব্রা নাপী শীংবী খন্দোক খঞ্জিন ককথোক ককশীন তৌবাশিং ।

মীয়ান্ফমনে । অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কাসান্ সন্মীৎপী সন্মীৎপা ফানা পূঙ্নে । খুরোই কাওরেন্ শন্শেন্বগা, মান্দিং নহা কাওরেন্ শন্ঙাক্পগা মনম্ মথা পাৎনা য়েনরম্এ । নম্পাৎ অচন্বা তুবী হিথোক্পাৎ লাইরেন্ ফিফৌ কোন্নে । লাল্লোই নোম্বী পাৎনে । মৈদিংঙু অয়াঙ্বা শরি চোংবগা নোংয়ায় খুমন্ নিংথৌ য়াইথিংবা উসোন্বা হৈচাং লুম্হেক্পা, খুনু লুম্থিৎপা, পুনুং লুম্য়ান্বা, থংচীং মখোক্লাং হাইনাইবগা নোংয়ায় শেন্থীনাকূসে হায়না থৌদু লেপ্না য়ুং, চেঙ্জা

৩২। শীংনাং নেমবী ফময়ানননা — নেম্বী শীংনাংবু মখোঙ থেংনা য়ান্দুনা ।

৩৩। নোংয়ায় মরেপ তমনা নেমবী খাগা থানা— খুমন নিংথৌ ওইখিবা অদোন য়াইথিংবগী মরেপকা মান্ননা কক্লবা শীংনাংবু মখাদা হাপ্তুনা ।

৩৪। থাঙয়ি লৈরোন চননা — থাঙয়ি ফৌবু শীংনাংথক্তা হাপ্তুনা ।

৩৫। য়ামচেং লৈকুপ শীনা পূঙনে — মদুগী মথক্তা লৈকুপ শীদুনা থোনখিবা পূঙনে ।

লামায় ৩৮

১। ব্রাংখৈ লীকখুন পূঙ অচনবনে — হায়রিবা পূঙ অদুদি ব্রাংখৈ পনমরুদা লৈবা ব্রাংখৈ লীকখুন পূঙ কৌবা পূঙ অদুনে । ব্রাংখৈ লীকখুন পূঙ কৌখিবদি - "পোইবৈ মৈতৈগা খুমনগা মরী তৎনদনবা মৈদিংঙু অয়াংবগী অব্রাং কৌবা লম্মহন লোকলেন ব্রাইখুলোক্তগী পুরকপা নূঙগা নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন য়াইথিংবগী মরিং খুনবীলোক্তগী পুরকপা নূঙগা নীংশিং খুদম ওইনবগী য়ুংমিন্নখিবা মফমবু ব্রাংখৈ লীকখুন পূঙ কৌখি ।"— খুমন কংলৈরোন ।

২। তেকচম লোয়য়ম অহোঙবা — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা ঙানবা শলাইগী তেকচম মচা অথৌবা ।

৩। লাললোই অহোঙবা মশুমাঙ — তেকচম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

৪। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম - তেকচম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে ।

৫। থৌবাল ঈরুমলাই তুবী কোকনীরোংবা -- থৌবালগী ঈরুমলাই হায়না খঙনবা লাইরেন মকোক অনী লোঙববু ।

৬। লাইরেন মৈমা তোমবা — লাইরেন মশা অমদি মমৈদি অমত্তা ওইবা ।

৭। লুথুপ পানফোইবা — লাইরেন্না মকোক থুপ্তুনা লৈববু ।

৮। খানৌ য়োইহনববু — লৈবাক হন্দোক্তুনা লাইবেন অদুবু ফাদুনা ।

৯। উই পৌদোং লোননা — উই কৌবা ব্রানা লোম্দুনা হাৎনবগী থৌরাং তৌবা।

১০। অহোঙ লানয়ানফমনে — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম পুম্নমক্কী মাঙদা লাই অদুবু মঙক কক্তুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

লেপ্‌না খিন্‌না ব্বারেপ্‌ পূঙ্‌নে । মৈদিংঙু অয়াঙ্ববা মদাইরেম্‌ হিয়াংলোয় ইমিংলোয়না অদোন্‌ য়াইথিংববু শীংনাং নেম্‌বী ফময়ান্‌ননা, নোংয়ায় মরেপ্‌ তম্‌না, নেম্‌বী খাগা থানা থাঙুয়ি লৈরোন্‌ চন্‌না, য়াম্‌চেং লৈকুপ্‌ শীনা পূঙ্‌নে । (লামায় ৩৮)ব্বাংখৈ লীক্‌খুন্‌ পূঙ্‌ অচন্‌বনে । তেক্‌চম্‌ লোয়য়ম্‌ অহোঙ্‌বা লাল্‌লোই অহোঙ্‌বা মশুমাঙ্‌, তীংয়ি মাঙ্‌শোক্‌লম্‌, অহোঙ্‌ লান্‌য়ান্‌ফম্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি থৌবাল্‌ ঈরুম্‌ লাই, তুবী কোক্‌নীরোংবা, লাইরেন্‌ মৈমা তোম্‌বা লুথুপ্‌ পান্‌ফোইবা খানৌ য়োইহন্‌ববু উই পৌদোং লোন্‌না, অহোঙ্‌ লান্‌য়ান্‌ফম্‌নে । লৌরেম্‌বম্‌ ব্বাংখৈ লাইকোক্‌ পাম্‌বা

---

১১। লৌরেমবম ব্বাংখৈ লাইকোক পামবা ব্বাংঙম অহোঙবা — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা নিংথৌজা শলাইগী ব্বাংখৈ তাবা লৌরেম্বম মচা লাইকোক পাম্বা।

১২। লাললোই মশুমাঙ — ব্বাংখৈ লাইকোক পাম্বগী শুমাঙ ।

১৩। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদি ।

১৪। তাইতন অমে সারিকচাবু — নোংপোক মাইগৈ পাংবদা লৈবা তাইতন শুনা চীংগী তাংখুল অমে সারিকচাবু ।

১৫। তনমু য়াঙতেকনা — অহোঙ য়ুম শাবদা তনমু কৌবা উনা য়াঙতেক ওইনা হাপ্পুনা ।

১৬। তনহাউ শাইতাননা — তনহাউ কৌবা উনা শাইদা হাপ্পুনা ।

১৭। অহোঙ লানয়ানফমনে — হুয়েন লান্দা ফারকখিবা তাংখুল অমে সারিকচাবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন কোমশংনখিবা মফমনে ।

১৮। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগীদমক লৈবাক থোনগত্নুনা নিংথিনা শেম্লবা পূঙ ।

১৯। নামফৌ নিংথৌ — খা নোংপোক পাংবদা লৈবা লোইবী অনান নামফৌগী লান্দা য়াম্না থৌবা তোনলোইতৌ কৌবা নিংথৌ ।

২০। লৈমু শেংথাক পূঙ লৈহৌ শেংওই পূঙনে — নামফৌ নিংথৌ তোনলোইতৌবু লৈমু শেংথাক্নুনা লৈহৌ শেংওইনখিবা পূঙনে ।

২১। লিনপান য়োইনাউহন নাউহন অহনবা — মৈদিংঙু উরা কোম্লৌবগী মচা অহন মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী ময়াম্বুং অহন ।

২২। থোঙলেন ব্বাংখৈরাকপা — ব্বাংখৈরাকপা ওইখিবা ফম্লাইবা ।

২৩। মফৌ শায়াই চেনবা য়াওরৌ শাকারমনে — থোঙলেন ব্বাংখৈরাকপগী মফৌ থাবা মফমদি য়াওরৌ শাগী শাকারম শারমনে ।

২৪। পরৌজম নোংবান অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা অঙোম শলাইগী পরৌজম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

ৱাংঙম্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি তাইতন্ অমে সারীক্চাবু তন্মু য়াঙ্তেক্না তন্হাউ শাইতান্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্ । হুয়েন্ লান্নীগীদি নাম্ফৌ নিংথৌ তোন্লোইতৌ লান্থৌয়াঙ্বু লৈমু শেংথাক্ পূঙ্, লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে । লিন্পান্ য়োইনাউহন্ নাউহন্ অহন্বা লাল্লোই মশুমাঙ্নে । থোঙ্লেন্ ৱাংখৈরাক্পা মফৌ শায়াই চেন্বা য়াওরৌ শাকারম্নে । পরৌজম্ নোংবান্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্,

---

২৫। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ মীয়ানফম — পরৌজম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি কুম্মৈ তৌদুনা মীবু থাঙনা য়ানদুনা হাৎনখিবা মফমনে।

২৬। লিরেন পাগা ফননা — লিরেন কৌবা য়ুম কৈনচিংবা শাবদা মরু ওইনা শীজিন্নবা লী মখল অদুনা তিংদুনা ফাজিন্দুনা ।

২৭। অহোঙ লানয়ানফমনে — পরৌজম মচা অথৌবনা পাথৌ হংচিমকিবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

২৮। নোংবাললেন সনারেমবী খোংলেন য়াইনে — মৈদিংঙু তেলহৈবগী (খৃ: ১৩৩৫ - ১৩৫৫) লোয়নবী মৈতৈ লৈমা অঙোম চনু সনারেম্বীগী অথোইবা খোংনে ।

২৯। য়ুহৈবী ফানা খোংনে — হুয়েন লান্দা য়ুহৈবী য়ুহৈবা কৌববু ফারকখিবা খোংনে ।

৩০। শারেন মরু খাকপু — ৱাংখৈ লাইকোক পান্বনা শা শেন্বগী লেমহৌবা শা মকোকপু।

৩১। মরোয় খাংচেননা শারেন শাশিননঙৈ -- ৱাংখৈ লাইকোক পান্বগী মনাই খাংচেন নহানা শারেন শাবু শিন্নঙৈদা ।

৩২। কোরৌ অরাপপা ৱাংপন অতামবা — অতিয়া লাইরৈবাক্কগী ।

৩৩। কোরৌ থারুক্কনা — অতিয়ানা নেমথরদুনা লুকথরদুনা ।

৩৪। শারেন শাওনগনো হায়না লাউথরকএ - শারেন শাকোক অদুবু শিন্নগনো হায়না নোংদোন্দগী লাউথরকএ ।

লামায় ৩৯

১। কোরৌ লাউথৱাই — কোরৌ নোংদোন্দগী শারেন শাশিন্নগনো লাউথরকপা মফম ।

২। মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা ঙাকৌ খোংচোমফম — মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা লেমলৈ ঙা ফানবগীদমক ইহান হান্না তৌদুনা শেমখিবা খোং ।

৩। লেমলৈ ঙামি কৌনফমনে — খোং অসিদি লেমলৈ ঙাবু থেমগৎফমনে ।

৪। নুংবান অশাংপামবা চাকন য়াঙবা — লুৱাং শলাইগী অশাংবম মচা চাকন য়াঙবা অথৌবা।

হুয়েন্ লান্নীগীদি চৈরে য়াকুমা পাথৌ হংচিমকিপু* লিরেন্ পাগা ফন্না, অহোঙ্ লানয়ান্ফম্নে । নোংবাল্লোন্ সনারেম্বী খোংলেন্ য়াইনে । হুয়েন্ লান্নীগীদি য়ুহৈবী য়ুহৈবা ফানা খোংনে । খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে । ব্রাংখৈ লাইকোক্ পাম্বা শারেন্ মরু খাক্পু মরোয় খাংচেন্না শারেন্ শাশিন্নবঙে, কোরৌ অথাপ্পা ব্রাংপন্ অতাম্বনা কোরৌ থারুক্ননা শারেন্ শাওন্গনো হায়না লাউথরক্এ । কোরৌ (লামায় ৩৯)লাউথব্রাই, মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা ঙাকৌ খোংচোম্ফম্, লেম্লৈ ঙামি কৌনফম্নে ।

৫। লাললোই মশুমাঙ তীংয়ি মাঙশোকলম — অশাংবম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথরোম থংবা মপাগী শুমাঙগী মফমদা ।

৬। য়ুতীং মতাং তোয়না — য়ু অতীংবা মরাং কায়না তোয়না তোয়না থক্লদুনা ।

৭। অহোঙ লানয়ানফমনে — লান্দা ফারকখিবা হৈরেম খুঞ্জান চনু অরাই কোংতিংনুবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন কোমশংনদুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

৮। মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা খোইবু খুনঙম পূঙ — মৈদিংঙু খাগেম্বনা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) নোংপোক মাইগৈদা লৈবা খোইবু মরিংবু লানঙমঙৈদা থোনখিবা পূঙনে।

৯। ব্রাংখৈ হাওবা শঙলিংব্রাইনে — ব্রাংখৈ হাওবা অঙম্বনা শঙ লিংখিবা মফমনে।

১০। লংমাই কতেংবী কতেংবা মোইকাইবী মোইকাইবা ফানা শঙনে — হায়রিবা শঙ অসিদি লংমাই কতেংবী কতেংবা মোইকাইবী মোইকাইববু ফারকখিবা শঙনে ।

১১। ব্রাংখৈ খুনফমলেননে — ব্রাংখৈ লৈকায়গী অথোইবা মফমনে ।

১২। মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা অয়ুক চমাইরাংনা — মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা অয়ুক্কী লুক হারদুনা ।

১৩। পুনুং হিয়াংগৈ — হিয়াংগৈ থাদা ।

১৪। লৈরাই তাহুনথনা — লৈরাইদা তা হুম্থুদুনা লংথদুনা ।

১৫। কুমশাবদা — লেইদাম হিয়াংগৈ থাদা কুম অদুগী থৌরম তৌঙৈদা ।

১৬। লালব্রাই-ও কৌএ — থাঙঙা কম্বোংনা লংমাই খুললানগে লাকপবু মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা তাংজা মশম পায়দুনা ফাহৌএ হায়বগী মফম অদুবু লালব্রাই-ও থোনখি । — নিংথৌরোল লম্বুবা ।

১৭। লাইরেন থংচীং মখোকলাংনা খামনা ফারৌএ — মৈদিংঙুনা মাগী খুৎশৃ তানা কাম্বোং নানৈবু ফাখিএ ।

১৮। খামশঙ-ও থোননয়ে — মৈদিংঙুগী খুৎশৃ তানা কম্বোং নানৈবু খামদুনা ফাখিবগীদমক মফম অদুবু খামশঙ (ফেনখামশঙ) কৌনখি ।

* মথক্কী অহোঙপূঙ লাললুপান খুৎই লাইরিক্তদি — "হুয়েন লাননীগীদি চৈরে য়াকুনুং পাথৌ খুৎচেং হংচিনুংকিপু" হায়না ই ।

নুংবান্ অশাংপাম্বা চাকন্ য়াঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি খুন্জান্ মোইচা তাউবা চনু অরাই কোংতিংনুবু য়ুতীং মতাং তোয়না, অহোঙ লান্য়ান্ফম্নে। মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বনা খোইবু খূন্ঙম্ পূঙ্, মোরাঙ্বা ফানা পূঙ্নে। ব্রাংখৈ হাওবা শঙ্লিংব্রাইনে। লংমাই কতেংবী কতেংবা মোইকাইবী মোইকাইবা ফানা শঙ্নে। ব্রাংখৈ খুন্ফম্লেন্নে। মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা অয়ুক্ চমাইব্রাংনা পুনুং হীয়াংগে লৈরাই তাহুন্থনা কুম্শাবদা কম্বোং

---

১৯। লমলেন ফেনখামশঙ শঙলাংচালনে — খুরাই পনমখা ব্রাংখৈ পনমরুদা লৈবা ফেনখাশঙ কৌবা মফমদা শাবা নিংথিজরবা অথোইবা শঙনে।

২০। মৈদিংঙু পোইরৈ খুনজাউবনা অহোঙ খোংচিং পূঙনে — মৈদিংঙু খুনজাউবনা (খৃ: ১৬৫২-১৬৬৬) অহোঙ কুম্মৈদা খোং চিংবগী কুম্মৈ তৌখিবা মফমনে।

২১। খোং চিংবা — লাই ময়ামবু শগোল নক্তগা দোলাইনচিংবদা হাপ্পুনা থৌরি অশাংবা অমনা মথং মথং শম্নহন্দুনা চিংবা। লাই পুম্নমক্কী মকোক্তা লাইয়িংথৌ সনামহী লৈগনি। মথংদা লাইরেম্বীনা অমদি অতে লাইয়িংথৌশিং লৈগনি। ইকোন কোনবদা লাইয়িংথৌ থাংজিং লৈগনি।

২২। অতাঙ খুন মনিংথৌ তুরাসেপ লানতৌয়াং ফানা পূঙনে — অব্রাং নোংচুপ মাইগে পাংবদা লৈবা লোইবী অতাঙ খুনগী লান্দা থৌনা য়াম্না ফবা নিংথৌ তুরাসেপ কৌববু ফারকউদা থোনখিবা পূঙনে।

২৩। ব্রাংখৈ পনমরু খুরাই পনমখানে — খুরাইগা ব্রাংখৈগা তাইনবা মফমনে।

২৪। লংমাই চনু কাইরৈমা খুনথুংদবীনা নোংমনব্রাইনে — লংমাই নিংঙোল থাঙঙা কম্বোং ওংবী কাইরৈমা খুনথুংদবীনা শিখিবা মফমনে।

২৫। পনম কাইথাঙ শানা হনব্রাইরমনে — কাইরৈমা খুনথুংদবীবু কুদা হাপ্পুনা অমুক কম্বোং মরানয়াইদা হনখিবা মফমনে।

২৬। মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রানথাবা থিংবা লুথাফমনে — মৈদিংঙু থব্রাম্থাবনা (খৃ: ১১৯৫-১২৩১) অব্রাং মাইগে মরাম চীংদা লৈবা লোইবী থিংবা ঙমদুনা খোমলকখিবা তাংজা লুরেনশিংবু থম্নফমনে।

২৭। থিংবা লুয়ানফমনে — থিংবা লান্দাউদা খোম্লকখিবা তাংজা লুরেনশিংবু য়ান্দুনা থম্ন খিবা মফমনে।

২৮। ফৌরায়াং লাইকোকসু — মৈদিংঙু উরা কোনথৌবনা অঙোম চনু হোয়ামবী পান্নদুনা পোকপা মজা ইবুংঙো।

২৯। মমা নোংবান হোয়ামবীচা শঙলেনয়াইনে — অঙোম চনু হোয়ামবীগী মচা ফৌরায়াং লাইকোকসুনা লিংখিবা অথোইবা শঙলেম্নে।

নানৈ থুম্পুম্ নানৈনা লংমাই খুল্লান্গে লাকপবু তাংজা মশম্ ব্রায়না ফারৌএ । লাল্ব্রাই-ও কৌএ । লাইরেন্ থংচীং মখোক্লাংনা খাম্না ফারৌএ । খাম্শঙ্-ও থোন্নয়ে । লম্লেন্ ফেন্খাম্শঙ্ শঙ্লাংচাল্নে । মৈদিংঙু পোইরৈ খুন্জাউবনা অহোঙ্ খোংচিং পূঙ্নে । অতাঙ্ মনিংথৌ তুরাসেপ্ লান্থৌয়াঙ্ ফানা পূঙ্নে । ব্রাংখৈ পন্মরু পন্মখানে । লংমাই চনু কাইরৈমা খুন্থুংদবীনা নোংমন্রাইনে । পনম্ কাইথাঙ্ শানা হুনব্রাইরম্নে । মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রান্থাবা থিংবা লুথাফম্নে । থিংবা লুয়ান্ পূঙ্নে । ব্রাংখৈ তৈতুবা মমা য়াংনু কজেং ফাবীচা ফৌরায়াং

---

৩০। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা শঙলেনয়াই —মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) সনা হাক্তক্তা লিংখিবা অথোইবা শঙলেন।

লামায় ৪০

১। থোংনাং ময়াং লাংতৈবী লাংতৈববু মোইমিৎ লৈচু শঙ — লাইরেন মৈদিংঙুগী হাযরিবা শঙ অসিদি থোংনাং ময়াং লাংতৈবী লাংতৈববু মোইমিৎ লৈচুনখিবা শঙনে।

২। তুবী কোইজা য়েক — মৈদিংঙুগী মমাইবনা তুবী পাখংবগী কোইরপ তৌবা ময়েকপু শঙলেন অসিদা য়েক্তুনা।

৩। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা — তুবী লাইরেনগী য়াঙগী শাথেক অদুবুসু তম্না য়েক্লদুনা।

৪। থাঙঙা যুমলাই থিংনা শঙনে — তীনমু লাইমু যুমলাইথোক ফত্তবনচিংবা পুন্নমবু থিংলবা অথোইবা শঙলেন্নে।

৫। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা — নোংলৈশং পান্বীনা ফৈনা হাপ্তুনা থিংলবা শঙ।

৬। লৈখাম তারৈ য়াননা হেনমোই শঙনে — লৈখাম পান্বী য়াম্বদুনা লৈতেংলবা শঙনে।

৭। পোইরৈ খুনজাউবা শঙলেনয়াইনে — মৈদিংঙু খুনজাউবনা (খৃ: ১৬৫২-১৬৬৬) লিংখিবা অথোইবা শঙলেন্নে।

৮। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদি।

৯। নারুম খুনঙম শঙ — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা লোইবী নারুম খুলবু ঙম্নখিবা শঙনে। নারুম কৌখিবদি — "চীংখোঙ পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওনলকপদা ময়িম লোইবী মরেমনা হেমবা মঙাইরোইবু লুমনা ফমনা লৈঙম্ববু লমওক্লরে । চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লমলেন মদাইমা অসিদি অরুম অখং লাইবু লাইথুংলে । অদু নোংগীবু নারুম-ও কৌখি।"— পোইরৈতোন খুন্থোকপা।

১০। শাহোঙবী শাহোঙবা ফানা শঙনে — নারুম খুলগী শাহোঙবী শাহোংবা কৌববু লান্দা ফারকখিবা শঙনে।

১১। খারম নুঙশায় মনিংথৌ — নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা লোইবী নুঙশায়গী মনিংথৌ। নুঙশায় কৌখিবদি — "য়িরোং লৈমা খাম্বী ঙম্বী লাসিং লৌপামফবী য়ামলা য়িতম

লাইকোক্সু, মমা নোংবান্ হোয়াম্বীচা শঙ্লেন্য়াইনে। হুয়েন্ লান্নীগীদি অরাই খুন্বু অথৌবা কক্চাক্ সম্খোম্নবা ফানা পূঙ্নে। মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা শঙ্লেন্য়াই, থোংনাং ময়াং লাংতৈবী (লামায় ৪০)লাংতৈববু মোইমিং লৈচু শঙ, তুবী কোইজা য়েক্, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তম্না, থাঙ্ঙা য়ুম্লাই থিংনা শঙ্নে। খুন্বী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা, লৈখাম্ তারৈ য়ান্না হেন্মোই শঙ্নে। পোইরৈ খুন্জাউবা শঙ্লেন্য়াইনে। হুয়েন্ লান্নীগীদি নারুম্ খুন্ঙম্ শঙ্, শাহোঙ্বী শাহোঙ্বা ফানা

---

ঙম্বী থৌবাল হুমচিন হুময়ারোংবু তান্না খনবীগা মদাইরেম চোইনৌ সনা পোলচেং সাবী ব্রাইরৌ থাংদবীগা মপারী য়াংকোই নিংথৌববু চৈরৈ নাহোংসা পাইখু লেংহাননা সমু নমদা পোনা মপলগী মার মখোংগুন লিরকঙৈদা থৌদু নূঙবু শায়না তরা চায়িললমএ। অদু নোংগীবু নুংশাই-ও কৌএ।" — নিংথৌরোল লম্বুবা।

১২। থাঙশাবী থাঙশাববু লৈমু শেংথাক পূঙ লৈহৌ শেংওই শঙ — খারম নূঙশায়গী থাঙশাবী থাঙশাববু লৈরোন চন্দুনা লৈহৌ কুম্মৈ তৌনখিবা শঙনে।

১৩। লাংতে লাংহুম মনিংথৌ — খা মাইগৈদা লৈবা লোইবী লাংতে লাংহুম খুলগী নিংথৌ। লাংতে কৌখিবদি — " চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী শিদবা হেমবা নাদববু খুনথিরকপদা মাগী হূইবু মীনা শাবা হাইগৎ-লাং শানন্-লাংদা থুরবগী অমুক হন্দুনা লৌরুইএ। হয়িঙৈদদি হল্লকপবু তেরকপা কৌই। অদুনোংগীবু লাংতে লৌমন-লাং-ও কৌএ।" —পোইরৈতোন খুম্নোকপা।

১৪। হুয়েন ব্রাংদৈঙম অথৌবা হোঙনা শঙনে — লাংতে খুলগী নিংথৌ ব্রাংদৈঙম অথৌববু হুয়েন লান্দা ফারক্লুনা কুম্মৈ তৌনখিবা শঙনে।

১৫। মৈদিংঙু শেনবী পাইখোমবা অহোঙ লানয়ানফম — মৈদিংঙু পাইখোম্বনা (খৃ: ১৬৬৬-১৬৯৭) অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মী হাৎনখিবা মফমনে।

১৬। থোনখম মনারেকনা — অহোঙ কুম্মৈগীদমক য়ু পীক পীক থন্না হাপ্লবা খরুংশিং মখুম খুম্বদা মনা লেকথবা।

১৭। অহোঙ লানয়ানফমনে — মৈদিংঙু পাইখোম্বনা অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা লান্দা ফারকখিবা খমকোই লাইরেনসু উনমুববু থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে।

১৮। নুংবান অরাম পামবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লুব্রাং শলাইগী অরাম্বম মচা অথৌবগী শুমাঙ।

১৯। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগীদমক থোনগত্তুনা শেল্লবা পূঙ।

২০। হুয়েন লাননীগীদি - লান্দাদুনা লানঙমঙৈদি।

২১। মরিং খুনঙম পূঙ অমো চাঙলোইববু ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা

শঙ্নে। খারম্ নূঙ্শায় মনিংথৌ হুয়েন্ থাঙ্শাবী থাঙ্শাববু লৈমু শেংথাক্ পূঙ্, লৈহৌ শেংওই শঙ্, লাংতে লাংহুম্ মনিংথৌ হুয়েন্ ৱাংদৈঙম্ অথৌবা হোঙ্না শঙ্নে। মৈদিংঙু শেন্বী পাইখোম্বা অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি মুংখোং মুংদং ৱাহেং খম্কোই লাইরেন্সু উন্মুববু থোন্খম্ মনারেক্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে। নুংবান্ অরাম্ পাম্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি মরিং

---

লোইবী মরিংবু ঙমদুনা মরিং নিংথৌ অমো চাঙলোয়ববু ফারকঙৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে।

২২। অচোং নোংবান য়ুমলেনবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লংমাইগী অচোং য়ুমলেনবম মচা অথৌবগী শুমাঙ।

২৩। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম - অচোং য়ুমলেনবম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথ্য মপাগী শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে।

২৪। থরাম লামথননা — য়েন্দেম থরাম শোইবগুম শোইদুনা।

২৫। অহোঙ লানয়ানফমনে — অচোং য়ুমলেনবম মচা অথৌবনা লান্দা ফারকখিবা অতেং চংখাবা হাওতারাক কৌববু থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে।

২৬। নুংবান তোইজামবা থৌরৈ নোংজু অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা অঙোম শলাইগী তোইবীজম মচা অথৌবগী শুমাঙদা।

২৭। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈগীদমক থোনখিবা পূঙদি।

২৮। খারী খুনঙম পূঙ চৌরেপ ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈ পাংববমদা লৈবা হৌজিক্তি ঔৱা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা কবো খারী কৌবা লমবু লানঙমদুনা চৌরেপ অথৌববু ফারকঙৈদা অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

২৯। ঙানবা অতোনপামবা লাললোই মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — ঙানবা অতোনপাম্বগী শুমাঙদা অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙদি।

৩০। কেগে খোমবু য়োইচারোন ফানা পূঙনে — ঙানবা অতোন পাম্বনা মোইবাংগী খোমবু য়োইচারোন অথৌববু ফারকঙৈদা অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

৩১ মোইবাংলমবম লোয়য়ম অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা মোইবাংলম্বম মচা অথৌবগী শুমাঙ।

লামায় ৪১

১। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগী থোনগত্তুনা শেন্নবা পঙদি।

২। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদা।

৩। নোংচুপ কোংয়াঙ ঙমবা ফানা পূঙনে। — কেগে মোইরাং ওনবু তাংকংলাকপগী

খুন্ঙম্ পূঙ্, অমো চাঙ্লোয়ববু ফানা পূঙ্নে। অচোং নোংবান্ য়ুম্লেন্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি অতেং চংখাবা হাওতারাক্ লান্মিংনাই, চীংনুং সাইরেলানা য়োইচান্ববু থরাম্ লাম্থননা, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে। নুংবান্ তোইবীজাম্বা থৌরৈ নোংজু অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি খারী খুন্ঙম্ পূঙ্, চৌরেপ্ ফানা পূঙ্নে। লোয়য়ম্ হায়হৈবা ঙান্বা অতোন্পাম্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্

---

মচানুপা নোংচুপ মাইগৈরোমদা লৈবা নোংচুপ কোংয়াঙফাই কৌবা লমবু ঙমখিবা মোইরাং মচা অথৌববু ফারকঙৈদা অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

৪। যাইথোমবম নোংবান অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ -- অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা অহোম শলাইগী য়াইথোমবম মচা অথৌবগী মশুমাঙদা।

৫। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — য়াইথোনবম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎপূঙ মীহাৎফমনে।

৬। তনখা মনিংথৌ -- নোংপোক মাইগৈ পাংবরমদা লৈবা চকপা তনখাগী নিংথৌ অমো সনারেম্বা।

৭। উহক শেংগম শানা — উ য়ুংদুনা হক্তুনা শেঙ্গম শাদুনা মী হাৎনবা শেম শাবা।

৮। অহোঙ লানয়ানফমনে — য়াইথোমবম মচা অথৌবনা চকপা তনখাগী নিংথৌ অমো সনারেম্বা ককচাক সমখোমনববু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে।

৯। ৱাংখৈ ৱাইরৌপামবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা ৱাংখৈ ৱাইরৌপামবগী মশুমাঙ।

১০। নোংচুপ মরোং মীকোকচা শিনহৈবা — নোংচুপ মাইগৈ লোনলোই লমদা লৈবা মরোং খুলগী মীকোকচা শিনহৈবা। "লোললোই মদাইমা তোনবা লমফেন্ন তৌরেম থোমববু মচীংলেন, মরোং মপুংয়াইদা তুবী মৈনা-ৱোৎ, লাইবেন থিংকু মথি নাইনা চুংলেপ ৬০ চোং কাউরেন শনখাং ১০ লান খংনাং লৈতং লেংনা পঙ্‌থেংথবদি মরোং য়াকা চায়নরে।" -- নিংথৌরোল লম্বুবা।

১১। উই পৌদোং লোননা — উই কৌবা ৱানা লোন্দুনা মী হাৎননবা শেম শাদুনা।

১২। অহোঙ লানয়ানফমনে — ৱাংখৈ ৱাইরৌপাম্বনা নোংচুপ মরোং মীকোকচা শিনহৈববু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা হাৎনখিবা মফমনে।

১৩। য়াংকোইজম য়োইনাউ লেমলোই নিংথৌ লাললোই মশুমাঙ -- অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা য়াংগোইজম মচা অথৌবগী শুমাঙ।

১৪। হুয়েন লান্নীগীদি -- লান্দাদুনা লান ঙমদ্রৈদি।

য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে খোম্বু য়োইচারোন্ লাংগোই শামু মঙা লোইবা, চেঙ্কৈ তরেৎ খিন্বা ফানা পূঙ্নে। মোইরাংলম্বম্ লোয়য়ম্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, (লামায় ৪১)অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং ওম্বু তাংকংলাক্পা মপারি নোংচুপ্ কোংয়াঙ্ ঙম্বা ফানা পূঙ্নে । য়াইথোম্বম্ নোংবান্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি তন্খা মনিংথৌ অমো সনারেম্বা কক্চাক্ সম্খোম্নববু উহক্ শেংগম্

১৫। পানবা কৈয়েকলাদি খাগা থা — পানবা কৈগী ময়েক শক্তমবু য়েক্লগা মখা ইথং থংবদা হাপ্লগা ফুমদুনা।

১৬। হাওনু তোমশোম লাংমৈনু শমতে ঙাইনুবীদি য়াইকা চন— হাওনু তোমশোম লাংমৈনু শমতে ঙাইনুবী কৌবীবু ময়ায়দা হাপ্তুনা । হাওনু তোমশোম লাংমৈনু শমতে ঙাইনুবী অসি হাওখা লোকখাগী নিংথৌ য়েনব্রাইবগী নুপীনি । মোইরাং নিংথৌ পুরিকলাই উরা খুন্দাবনা হাওখা লোকখা লান্দাদুনা শমতে ঙাইনুবীবু মাগী তাল্লোয়শিংদা চনখি । পুরিকলাই উরা খুন্দাবগী মখাদা লৈবা নোংচুপ কোংয়াঙ মনিংথৌ খাইচেন অহনবনা মাগী তাল্লোয় ওইজরগে নীজবদগী পুরিকলাইনা শমতে ঙাইনুবীবু অমুক কোংয়াঙ নিংথৌদা পীখি । — মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা ।

১৭। শওম থরাইতাঙদি থককা থোননা অহোঙ য়োইথোন পূঙনে - কাইবী শওম মথবাক তাঙবদি মথক্তা হাপ্লগা ফুমদুনা লৈবাক শীদুনা থোনগত্তুনা শেমখিবা অহোঙ পূঙনে।

১৬। থাঙয়ি নামুংখাম অচনবনে — মৈদিংঙু নাউখম্বনা নোংঙ্গাখ্রবদা চেংলৈগী ঈ থাঙয়ি নাউফং অহনবগা মৈদিংঙুগী অশেংবা ঈ লাইরেন নাউফংবগা নিংথৌ খুবম মুন্নরকপদা থাঙয়ি নাউফং অহনবগী মনাই শঙাই লাবনা থাঙয়ি নাউফং অহনববু মৈতৈ নিংথৌগী ঈ অশেংবা লাইরেন নাউফংবগা মায়োক্লবীগনু কোরৌ নোংনা য়েংগনিএ হায়না থৌখামখিবা মফমনে । — তোরৈরোল লম্বুবা ।

১৯। মেনাং তনবা শাকারমনে — হামেংনা কারক্লফম ওইবা মফমনে ।

২০। মিৎয়েং কোনলোন পূঙনে — মিৎয়েংনফম ওইরবা পূঙনে ।

২১। নুংবান মোইবুংলোকপম থৌরৈ নোংজু অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ —অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লুব্রাং শলাইগী মোইবুংলোকপম মচা অথৌবগী শুমাংদা ।

২২। অহোঙ যোইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগী থোনগত্তুনা শেম্লবা পূঙ ।

২৩। কোইরেং খুনঙম পূঙ লৈরুবী ফানা পূঙনে — অব্রাং কৌব্রু চীংদা লৈবা কোইরেং খুলবু ঙমদুনা লৈরুবী লৈরুবা ফারকওৈদা থোনখিবা পূঙনে । কোইরেং কৌখিবদি — "চীংখোঙ পোইরৈতোন্না লোইবী মপাচা হেমবা ময়েললুনা উগনে হায়না লয়না

শানা, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । ব্রাংখৈ ব্রাইরৌ পাম্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, নোংচুপ্ মরোং মীকোক্চা শিন্হৈববু উই পৌদোং লোন্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । য়াংকোইজম্ য়োইনাউ লেম্লোই নিংথৌ লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি পান্বা কৈয়েক্লাদি খাগা থা, হাওনু তোম্শোম্ লাংমৈনু শম্তে ঙাইনুবীদি য়াইকাচন্, শওম্ থরাইতাঙ্দি থক্কা

---

লানা (থুপ্তুনা কোইনা) চৎলময়ে হায়বগী কোইরেং লাইরুমলেন কৌখি ।"— পোইবৈতোন খুম্বোকপা।

২৪। মৈদিংঙু নাউদা অঙনবা — নিংথৌগী মনাউ ইবুঙো অহন ।

২৫। হাওশি মংলাংচাল — নিংথৌকোনগী পোৎলোইফম মং ।

২৬। শিংপাক পাহুনলম — পোৎলোইবদা শিং মপাক কত্তুনা থৌনিখিবা মফম।

২৭। নোংবাললোন চাসুবীদি কোইনারেংনে — অঙোম চনু চাসুবীনা কোইনা য়েংখিবা মফমনে ।

২৮। কেগে মোইরাং খোইবা নূঙচোংবা — মোইরাং মচা খোইবা নূঙচোংবা অথৌবা ।

২৯। নোংচুপ ঈয়ৈ লানতান থৌবা — নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা ঈয়ৈবীদা থৌনা ফনা লান্দাখিবা অথৌবা ।

৩০। লাংগোই শগোল নাকতাঙবদি খুনকানবগা — নাকথংগী শরুক্তা তাঙবা লাঙ্গোই শগোল খুনকানবগা ।

৩১। থারুক লৈমা মোনতুম ঙম্বী কোইনারেংান — থারুক লৈমা মোনতুম ঙম্বীনা কোইনা য়েংনখিবা মফমনে ।

লামায় ৪২

১। মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রানথাবা লাংলেন কোংয়াঙ ব্রাপৈ পূঙনে — মৈদিংঙু থব্রানথাবনা (খৃ: ১১৯৫-১২৩১) ব্রা ময়াম পৈনখিবা পূঙনে ।

২। মৈদিংঙু শেনবী মুংয়ামবনা মোয়োন খুনঙম পূঙ — মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা (খৃ: ১৫৬২-১৫৯৭) নোংপোক মাইগৈদা লৈবা মোয়োন খুনবু ঙমথৈদা শেমখিবা পূঙনে ।

৩। ব্রাংলেনবম নোংবান অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা অঙোম শলাইগী ব্রাংলেনবম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

৪। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙবা লানয়ানফম — ব্রাংলেনবম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎপূঙ মীহাৎফমনে ।

৫। তনমু যাঙতেকনা — অহোঙ কুম্মেগী য়ুম শাবদা তনমু কৌবা উনা য়াঙদা হাপ্তুনা ।

৬। তনহাউ শাইতাননা — তনহাউ কৌবা উনা শাইদা হাপ্তুনা ।

থোন্না, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্নে । থাঙ্য়ি নামুংখাম্ অচন্বনে । মেনাং তন্বা শাকারম্নে । মিৎয়েং কোন্লোন্ পূঙ্নে । নুংবান্ মোইবুংলোক্পম্ থৌরৈ নোংজু অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কোইরেং খুন্ঙম্ পূঙ্, লৈরুবী লৈরুবা ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু নাউদা অঙন্বা হাওশি মংলাংচাল্, শিংপাক্ পাহন্লম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি নোংবাল্লোন্ চাসুবীদি কোইনরেংনে । কেগে মোইরাং খোইবা নূঙ্চোংবা, নোংচুপ্ ঈয়ৈ লান্তান্ থৌবা, লাংগোই শগোল্

---

৭। অহোঙ মীয়ানফমনে — ৱাংলেনবম মচা অথৌবনা খম্বা ময়াং চীংগী চকপা লোইরং অহোঙববু থাঙলেন চেপনা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে

৮। পুংগ্রাইজম নুংবান অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লুৱাং শলাইগী পুঙ্গ্রাইজম মচা অথৌবগী শুমাঙদা।

৯। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগী থোনখিবা পূঙদি।

১০। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমগৈদি ।

১১। মুংখোং নিংথৌ সনাহোঙবা ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔৱা লৈবাক্কী মনুংদা লৈপ্তবা মুংখোং কৌবা লম অদুগী নিংথৌ সনাহোঙববু ফারকপগী নীংশিং কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

১২। মৈদিংঙু নাউথিংখোং মঙাংঙমবা — হোংনেম য়োই খুঞ্জাউগী অতোপ্পা মিং অমা ।

১৩।মদাইরেম অশৈ লৌখামবা —মৈদিংঙুগী মনাই পেনা শকপা লৌখামবা ।

১৪। ঙারেন কোকপাকপা — মকোক পাকপা অচৌবা ঙাগা ।

১৫। তরা চেঙকৎ পূঙনে — তরা চেঙবু কত্তুনা থৌনিখিবা মফমনে ।

১৬। নুংবান নুঙকাং পামবা কংলৈ মশুমাঙ - লুৱাং লংমাইজিং তোংবা নূঙকাং পামবা অথৌবগী শুমাঙদা ।

১৭। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — থোনখিবা অহোঙ পূঙদি ।

১৮। তখেন খুনঙম পূঙ লিনচাই ফানা পূঙনে — তখেন লানঙমদুনা লিনচাই অথৌববু ফারকঙৈদা নীংশিং কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

১৯। লমলেন কোংবা ঈমরু — কোংবা তুরেলগী হৌরকফমদি।

২০। খয়োইরোন নোংপোক খাকি কৈথেন থানবী — মৈদিংঙু চরাইরোংবগী (খৃ: ১৬৯৭-১৭০৯) লোয়নবী মৈতৈ লৈমা খুমন নিংঙোল ।

২১। লাংলেন কোংয়াঙ মরলউন — খুমন চনু মৈতৈ লৈমা কৈথেল থানবীগী লনুউন ৱা ।

২২। মপু খোয়বা তেলহৈবা কোংয়াঙ মৱাচা — মৈতৈ লৈমা খুমন চনু কৈথেন থানবীগী মপুবোক্কী কোংয়াঙ ৱা ।

২৩। তুবী চরাইরোংবা লাংলেন কোংয়াঙ মখুৎথা — মৈদিংঙু চরাইরোবনা থাখিবা ৱা ।

নাক্তাঙ্বদি খুন্কানবগা, হাওতা পোম্লান্ মিংনাইবগা, থোংনাং ময়াং হেমখু লৈমা ক্বাথাবী থারুক্ লৈমা মোন্তুম্ ঙম্বী কোইনরেংনে। মৈদিংঙু লোয়নাই (লামায় ৪২)থব্রান্থাবা লাংলেন্ কোংয়াঙ্ ব্রাপৈ পূঙ্নে। মৈদিংঙু শেন্বী মুংয়াম্বনা মোয়োন্ খুন্ঙম্ পূঙ্, যুরুম্বী যুরুম্বা ফানা পূঙ্নে। ব্রাংলেন্বম্ নোংবান্ অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি খম্বা ময়াং চীংগী হেম্চেং লোইরং অহোঙ্ববু তন্মু য়াঙ্তেক্না তন্হাউ শাইতাননা, অহোঙ্

২৪। লাংলেন ব্রাপুনসি ব্রারোল য়ামনে — মতম কুইনা পুনসিরবা মরোল য়াম্লবা ব্রানে।

২৫। চকপরম তোকব্রা কংলৈ মশুমাঙ — অঙোমগী চকপ্রম মচা তোকব্রা অথৌবগী শুমাঙদা।

২৬। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগী থোনখিবা পূঙদি।

২৭। হুয়েন লাননীগীদি ঙাঙনাবা কাইবসু ফানা পূঙনে — ঙাঙনাবা কাইবা অথৌববু হুয়েন লান্দা ফারকপগী কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

২৮। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা পূঙলেন মখুৎফা — মৈদিংঙু খাগেম্বগী (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) অথোইবা পূঙদি।

২৯। অয়াঙ পানফৌফমনে — কংলা মনুংদা লৈবা মফম অমা।"লুচামফমদি তেনগৈখানে। অয়াঙ পানফৌফমদা ফৌএ। অদুগা মংলেন চনবনে।" — থিরেন লায়াৎ।

৩০। মৈদিংঙু শেনবী কিয়ামবা কিয়াং খুনঙম খোংনে — মৈদিংঙু কিয়াম্বনা (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্কী মনুং চন্না লৈখ্রবা কিয়াং কৌবা লমবু ঙমখিবগী নীংশিং খুদম ওইনবা তৌখিবা খোংনে।

৩১। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — য়াই চেল্লবা অথোইবা খোংনে।

লামায় ৪৩

১। মৈদিংঙু থৌশৃ যুমলেন তেংমাইথিনবা কংলৈ মশুমাঙ — মৈদিংঙুগী থৌদা শৃরিবা যুমলেন তেংমাইথিনবা অঙম্বগী শুমাঙদা।

২। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনগত্নুনা শেম্বা পূঙদি।

৩। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদা।

৪। মপাচা ঙাইথিদবা — নক্লবা ঈ মরী থিদবা য়েংদবা।

৫। হাওরম তোংনুচা ফানা পূঙনে - যুমলেন তেংমাইথিনবনা হাওরম তোংনুচাবু ফারকঙৈদা কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

৬। মৈদিংঙু থৌশৃ থোঙলেন য়াইস্কুল লাকপা — মৈদিংঙুগী থৌদা শৃরিবা য়াইস্কুল লাকপা ফম্লাইবা।

মীয়ান্‌ফম্‌নে । পুংগ্রাইজম্‌ নুংবান্‌ অহোঙ্‌বা লাল্‌লোই মশুমাঙ্‌, অহোঙ্‌ য়োইথোন্‌ পূঙ্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি মুংখোং নিংথৌ সনাহোঙ্‌বা ফানা পূঙ্‌নে । মৈদিংঙু নাউথিংখোং মঙাংঙম্‌বা, মদাইরেম্‌ অশৈ লৌখাম্‌বগা, ঙারেন্‌ কোক্‌পাকপগা য়াওনা তরা চেঙ্‌কৎ পূঙ্‌নে । হিজম্‌ হাওবা লাইরেন্‌মৈ নুংবান্‌ নূঙ্‌কাংপাম্‌বা কংলৈ মশুমাঙ্‌, অহোঙ্‌ য়োইথোন্‌ পূঙ্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি তখেন্‌ খুন্‌ঙম্‌ পূঙ্‌, লিন্‌চাই ফানা পূঙ্‌নে । লম্‌লেন্‌ কোংবা ঈ-মরু কংলৈ চাপুঙ্‌ফৈনে। মৈতৈ লৈমা থংদা খয়োইরোন্‌ নোংপোক্‌ খাকি কৈথেন্‌ থান্‌বী, লাংলেন্‌ কোংয়াঙ্‌ মরল্‌ উন্‌, মপু খোয়বা

---

৭। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — য়াইস্কুল লাকপগী শুমাঙদা থোনখিবা অহোঙ কুম্মৈগী পূঙদি ।

৮। খামরন খুনঙম পূঙ লাকয়া ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা খাস্রন লৈবাকপু লানঙমদুনা লাঞ্জিংপুরেল লাকয়াবু ফারকঙৈদা শেমখিবা পূঙনে।

৯। মৈদিংঙু থৌশূ থোঙলেন ব্রাংখৈরাকপা শেনবী তেখাউ ঙমবা - মৈদিংঙুগী থৌদা শূরিবা শেনবী তেখাউবু লানঙমখিবা ব্রাংখৈরাকপা ।

১০। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — ব্রাংখৈরাকপগী শুমাঙদা অহোঙ কুম্মৈগীদমক থোনখিবা পূঙদি ।

১১। শেনবী কবো চৌফা মুসেং ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা কবোগী চৌফা মুসেং ফারকঙৈদা শেমখিবা পূঙনে ।

১২। মৈদিংঙু থৌশূ ব্রাংখৈরাকপা খোংচোমবা — মৈদিংঙুগী থৌদাবু শূরিবা ফম্লাইবা ব্রাংখৈরাকপা খোংজোম্বা ।

১৩। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — ব্রাংখৈরাকপা খোংজোম্বগী মশুমাঙদা থোনগত্তুনা শেম্লবা পূঙদি ।

১৪। মুনু লৈমা সনা পুবী ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা শেনবী কবোগী মুনু কৌবা লমগী মরৈমবীবু ফারকঙৈদা শেমখিবা পূঙনে।

১৫। মৈদিংঙু থৌশূ ব্রাংখৈরাকপা মীমোমবা— মৈদিংঙুগী থৌদা শূরিবা ব্রাংখৈরাকপা মীমোমবা ।

১৬। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — ব্রাংখৈরাকপা মীমোম্বগী শুমাঙদা থোন্দুনা শেমখিবা অহোঙ পূঙদি ।

১৭। কেগে মোইরাং মুব্রা কৈমান ফানা পূঙনে — মোইরাং অথৌবা মুব্রা কৈমানবু ফারকঙৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে ।

তেল্হৈবা কোংয়াঙ্ মব্বাচা, লাইরেন্ মশাবী তুবী চরাইরোংবা, লাংলেন্ কোংয়াঙ্ মখুৎথা, ময়েঙ্ সন্চারী লীওংনা মতোন্ শানা লৈচেঙ্ হাইনা পান্বা ব্বা, লাংলেন্ ব্বাপুন্সি ব্বারোল্ য়াম্নে । চক্পরম্ তোক্ব্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি ঙাঙ্নাবা কাইবসু ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা পূঙ্লেন্ মখুৎফা, অয়াঙ্ পান্ফৌফম্নে । পান্বা কৈমু ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী কিয়াম্বা কিয়াং খুন্ঙম্ খোংনে । খোংলেন্ হেমদৌ য়াইনে। (লামায় ৪৩)মৈদিংঙু

---

১৮। মৈদিংঙুচা শানোঙবা লাললুমঙমবা — মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী মচা ইবুংঙো শনোঙবা লাল্লুমঙম্বা (মৈদিংঙু চলাম্বগী মপা ইবুংঙো) ।

১৯। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পুঙ — শানোঙবা ব্বাংখৈরাকপগী শুমাঙদা থোনগত্তুনা শেমখিবা অহোঙ পূঙদি ।

২০। কাইবী লমকন য়াঙবা ফানা পূঙনে — কেগে মোইরাং শেকমু অব্বাবা কাইবী লমকন য়াঙববু ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

২১। নোংবাললোন লিনথোইঙমবী শঙলেনয়াইনে — মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী লোয়নবী মৈতৈ লৈমা লিনথোইঙম্বীনা লিংখিবা শঙলেন্নে ।

২২। মদাইরেম য়ুমলেন তেংমাইথিনবা শঙলেন মখুৎফা — মৈতৈ লৈমা লিনথোইঙম্বীগী মনাই য়ুমলেন তেংমাইথিনবগী ওইনা লৈরবা শঙলেন্নে ।

২৩। লোইবী মংকল খুনঙম শঙ — হাওরৈ খা নোংচুপ পাংবদা লৈবা চোথে নূঙশুক চীংশাং পানপী নাউথেমচীংদা লৈবা লোইবী মংকল খুলবু ঙম্মখিবা শঙনে ।

২৪। অনান খুনঙম শঙ — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা অনানশিংবু ঙম্মখিবা শঙনে।

২৫। অবুজম নুংবান কানতৈবা থোঙলেন ব্বাংখৈরাকপা — থোঙলেন ব্বাংখৈরাকপা ওইখিবা লুব্বাং শলাইগী অবুজম কানতৈবা ।

২৬। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোনপূঙ — থোঙলেন ব্বাংখৈরাকপগী শুমাঙদা থোনগত্তুনা শেমখিবা অহোঙ পূঙদি ।

২৭। ব্বোকচীয়াচা পুংকারাইচা লৈহৌ লমচন লাবা ফানা পূঙনে — ব্বোকচীয়াচা পুংকারাইচা লৈহৌ লমচন লাববু লান্দা ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

২৮। মৈদিংঙু লোয়নাই থব্বানথাবা — মৈদিংঙু থব্বাম্বাবা (খৃ: ১১৯৫-১২৩১) ।

২৯। লেমলৈ চীনাইবা ব্বানচেং চীপৌবা — লেমলৈ ঙাজাউ মচী হকনা চাউনা পাল্লববু ।

লামায় ৪৪

১। লেমলৈ ঙাচা পূঙনে - লেমলৈ ঙাবু চানখিবা পূঙনে ।

২। তোনলোংবম নোংবান অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা অঙোমগী তোনলোংবম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

থৌশূ য়ুম্লেন্ তেংমাইথিন্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি মপাচা ঙাইথিদবা, হাওরম্ তোংনুচা ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু থৌশূ থোঙ্লেন্ য়াইসকুল্ লাক্পা কংলৈ মশুমাঙ্ অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি খামরন্ খুন্ঙম্ পূঙ্, লাক্য়া ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু থৌশূ থোঙ্লেন্ ব্রাংখৈরাক্পা শেন্বী তেখাউ ঙম্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি শেন্বী কবো চৌফা মুসেং ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু থৌশূ ব্রাংখৈরাক্পা খোংচোম্বা

---

৩। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ মীয়ানফম — তোনলোংবম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে ।

৪। ঙাপা সীরোন থোংজাউ লমফেববু ফানা পূঙনে — লান্দা ফারকখিবা ঙাপা সীরোন থোংজাউ লমফেববু ফারকপগী কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

৫। অব্রাং কোরৌ নোংলাৎপা শঙলেনয়াইনে — কোরৌ নোংবু ঈরাৎনখিবা শঙলেন্নে ।

৬। তাংখুল ব্রাইচৈ খুনঙম শঙ — নোংপোক লাইনা পাংবদা লৈবা তাংখুল ব্রাইচৈ খুলবু লান ঙম্নখিবা শঙনে ।

৭। হুয়েন লেংমাতিনবা ফানা শঙনে — হুয়েন লান্দা তাংখুল অথৌবা লেংমাতিনববু ফানরকখিবা শঙনে ।

৮। অঙৌবা অতা কোংয়ামবা নোংবান অহোঙবা — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা অঙোম নিংথৌ নুংজি লাম্থাবগী মনাউ অতা কোংয়াম্বা ।

৯। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অতা কোংয়াম্বগী শুমাঙদা অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙদি ।

১০। মুংখোং নিংথৌ সনাহোঙবা ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ওব্রা লৈবাক্কী মনুং চনখ্রবা মুংখোং মুংয়াং কৌবা লম অদুগী নিংথৌ সনাহোঙববু ফারকপগী কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

১১। নোংবান অহোঙবা হিথা খুমোমবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা অঙোম মচা অথৌবা হিথা খুমোম্বগী শুমাঙ ।

১২। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — হিথা খুমোম্বগী য়ুমগী মাঙ্গোল নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎপূঙ মীহাৎফমনে ।

১৩। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লান্দা ফারকখিবী ।

১৪। মোনমোং কাংওইনু তাংখুল খামবী মরৈমবী য়ারেন খোংফাংচীবু— নোংপোক মাইগৈ পাংবা লম তাংখুল ফুঙ্গয়ার মনাক্তা লৈবা তাংখুল খাম্বীগী খুল্লাকপী য়ারেন খোংফাংচী কৌবীগা মমোম কাংওইনু কৌবীগা ।

কংলৈ মশুমাঙ্‌, অহোঙ্‌ য়োইথোন্‌ পূঙ্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি মুনু লৈমা সনাপুবী ফানা পূঙ্‌নে । মৈদিংঙু থৌশূ ব্রাংখৈরাক্‌পা মীমোম্‌বা কংলৈ মশুমাঙ্‌, অহোঙ্‌ য়োইথোন্‌ পূঙ্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি কেগে মোইরাং মুব্রা কৈমান্‌ ফানা পূঙ্‌নে । মৈদিংঙুচা শানোঙ্‌বা লাল্‌লুম্‌ঙম্‌বা কংলৈ মশুমাঙ্‌, অহোঙ্‌ য়োইথোন্‌ পূঙ্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি কেগে মোইরাং শেক্‌মু অব্রাবা কাইবী লম্‌কন্‌ য়াঙ্‌বা ফানা পূঙ্‌নে । য়োইবু মৈতৈ লৈমা নোংবাল্‌লোন্‌ লিন্‌থোইঙম্‌বী শঙ্‌লেন্‌য়াইনে । মদাইরেম্‌ য়ুম্‌লেন্‌ তেংমাইথিন্‌বা শঙ্‌লেন্‌ মখুৎফা, লোইবী মংকল্‌ খুন্‌ঙম্‌ শঙ্‌, হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি হাইচুবী হাইচুবা

১৫। চীংনুং নোংথাং কুপকুমবীবু -- চীংনুং অশূকপদা নোংথাং মানা কুপ্পগুম্লা নিংথিজবীবু।

১৬। য়ুতীং মতাং তোয়না -- য়ু অতীংববু মীয়াম্লা তোয়না তোয়না থক্লুনা ।

১৭। অহোঙ লানয়ানফমনে -- অঙোমগী হিথা খুমোম্বনা অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা লান্দা ফারকখিবী তাংখুল খাম্বী মরৈমবীগা মমোম কাংওইনুগা থাঙলেন কোমশৎনদুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

১৮। লৈমু শেংথাক পূঙ লৈহৌ শেংওই পূঙনে -- হিথা খুমোম্বগী কংলৈ মশুমাঙগী অহোঙ য়োইথোন পূঙ অসিদি হুয়েন লান্দা ফারকখিবা নোংয়ায় খুমন অয়াঙবা খমকোইববুসু লৈমু শেংথাক্লুনা লৈহৌ কুম্মৈ তৌনখিবা পূঙনে ।

১৯। নোংবান অহোঙবা হিথা মোইরামবা কংলৈ মশুমাঙ -- অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা অঙোমগী হিথা মোইরাম্বগী শুমাঙদা ।

২০। অহোঙ য়োইথোন পূঙ -- অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙদি ।

২১। অরাই মোংখু চনু ফানা পূঙনে -- হৈরেম খুঞ্জান নিংঙোল কেগে মোইরাং ওংবী অরাই মোংখুবু লান্দা ফারকখিবগী কুম্মৈ তৌনবা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে ।

২২। নোংবান অহোঙবা হিথা লাংলোইঙমবা -- অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা অঙোম নিংথৌ হিথা লাংলোইঙম্বা ।

২৩। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ -- অঙোম নিংথৌ হিথা লাংলোইঙম্বগী মশুমাঙদা থোনখিবা পূঙদি ।

২৪। য়োংফু নিংথৌ সনা লীকথাং ফানা পূঙনে -- অব্রাং নোংপোক পাংবা মাইগৈদা লৈবা লোইবী তাংখুল য়োংফু খুলবু লানঙমদুনা সনা লীকথাং কৌবা য়োংফু নিংথৌবু ফারকপগী কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

২৫। মৈদিংঙু পোইরৈ খুনজাউবা অহোঙ খোংচিং পূঙ -- মৈতৈ নিংথৌ খুনজাউবনা (খৃ: ১৬৫২-১৬৬৬) খোং চিংদুনা কুম্মৈ তৌনখিবা পূঙ।

২৬। হুযেন লাননীগীদি -- লান্দাদুনা লানঙমঙৈদা ।

ফানা শঙ্নে । অনান্ খুন্ঙম্ শঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি হুয়েন্ পেনাবী পেনাবা ফানা শঙ্নে । অবুজম্ নুংবান্ কানতৈবা থোঙ্লেন্ ব্রাংখৈরাক্পা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি ব্রোক্চীয়াচা পুংকারাইচা লৈহৌ লম্চন্ লাবা ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রান্থাবা লেম্লৈ চীনাইবা ব্রান্চেং (লামায় ৪৪)চীপৌববু লেম্লৈ ঙাচা পূঙ্নে । তোন্লোংবম্ নোংবান্ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি ঙাপা সীরোন্ থোংজাউ লম্ফেববু ফানা পূঙ্নে । লুব্রাং লংমাইবা অয়াঙ্ চাম্বা

২৭। মরাম তাফৌ মনিংথৌ হুয়েন চোংলেনবা ফানা পূঙনে — অব্রাং মাইগৈ পাংবদা লৈবা লোইবী মরাম তাফৌ খুলগী নিংথৌ চোংলেনববু লান্দা ফারকঙৈদা কুম্মৈ তৌনবা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে ।

২৮। তুরেল লাংমৈপূঙ— তুরেন লাংমৈপূঙ কৌবা মফম । লাংমৈপূঙ কৌখিবদি - "ঙাংঙোই য়োইমোংবনা চীংঙু নোংথৌ শোরারেন্দা মোংবা মচল মেনু লৈএ হায়না চীলহাঙৈদা লাংমৈ পূঙলেন চিন্না মেনু শাববু খুয়োনথঙৈ তুবী মলাংমৈবু লাইজা ঈরোননুংগী তাউখৎলকএ । তুরেল লাংমৈপূঙ-ও কৌএ ।" — তোরৈরোল লম্বুবা ।

২৯। লেমলৈ ঙাব্রা তা — ঙাব্রা কৌবা ঙায়াম্না চাদুনা লৈবা মফম।

৩০। তাউজিং হৈরাংপোক — তাউজিং হৈ পাম্বীনা থন্না হৌবা মফম ।

৩১। লাংমৈ য়াকোলব্রাই — উচেক লাংমৈশিংনা মকোল শাদুনা লৈবা মফম ।

লামায় ৪৫

১। উশা মৈপূঙলম — পামেল উশা মমৈ পূঙবনা হৌবা লম্ ।

২। কংলৈ ব্রাখায়কোননে — কংলৈ ব্রাখায়কোন কৌবা মফমনে । কংলৈ ব্রাখায়কোন কৌখিবদি — "কংলৈ লৈবাক মপা খাবা সোকচোংবনা কংলৈ লমদাইরকপদা লেমলৈ খেরাং-থাং ঙাংবা খুৎপুন চোং ব্রানচেং ব্রাইকুপ তাউনা পেংবাবু ফৌরকলে। হৈরেম য়িনসুবীনা য়িনসুইএ । খুনচান লোংহাইবীনা লোংতাইএ। লেমলৈ চীপূঙ-সা ব্রানচেং চীগা পৈরে । ব্রাকয়ৈ হিনা হোনগে হোনঙমদা সমু খোঙনা পুগে পুঙমদে। তমফা কোরৌ অব্রাংবীনা মকে হাথনা খোয়য়া লোঙচুমনরকানে হায়বগীবু কোঙয়াং মচৈসূবু খায়না খললমএ। কংলৈ ব্রাখায়কোন-ও কৌএ ।" — তোরৈরোল লম্বুবা ।

৩। অঙৌবা চেঙজা নুঙকোইবীনে — লাললু চন্নফম নুঙ্গোইবীনে।

৪। মৈদিংঙু শেমবী কিয়ামবনা লমতা কুমওন পূঙ — মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্বনা (খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮) লমতা চৈহৌথাদা কুম ওনবগী থৌরম পাঙথোকখিবা পূঙনে ।

লৈখাম্ফাবা মান্‌বী পীতাই খোম্‌বনা অৱাং কোরৌ নোংলাৎপা শঙ্‌লেন্‌য়াইনে। তাংখুল্ ৱাইচৈ খুনঙম্ শঙ্, হুয়েন্ লান্‌নীগীদি হুয়েন্ লেংমাতিন্‌বা ফানা শঙ্‌নে । অঙৌবা অতা কোংয়াম্‌বা নোংবান্ অহোঙ্‌বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্‌নীগীদি মুংখোং নিংথৌ সনাহোঙ্‌বা ফানা পূঙ্‌নে । নোংবান্ অহোঙ্‌বা হিথা খুমোম্‌বা কংলৈ মশুমাঙ্ তীংয়ি মাঙ্‌শোক্‌লম্, অহোঙ্ লান্‌য়ান্‌ফম্, হুয়েন্ লান্‌নীগীদি মোন্‌মোং কাংওইনু, তাংখুল খাম্‌বী মরৈমবী য়ারেন্ খোংফাংচীবু, চীংনুং নোংথাঙ্ কুপ্‌কুম্‌বীবু য়ূতীং মতাং তোয়না, অহোঙ্ লান্‌য়ান্‌ফম্‌নে ।

---

৫। হুয়েন লাননীগীদি -- লান্দাদুনা লানঙমঙৈদি ।

৬। ফাথী পাসেৎ থবা শেনবা নমথাংচা ফানা পূঙনে -- মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্বনা শেনবা নমথাংচাবু লান্দা ফারকপগী কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

৭। খুবাই লৌফমলেন খুনফম অচনবনে -- খুরাই লৈকাই অথোইবা মফমনে।

৮। অঙৌবা হাওখৈ লানথাবা শঙলেনয়াইনে -- মৈদিংঙু লোয়য়ুম্বগী মবাই অঙোম নিংথৌ হাওখৈ লান্থাবগী ওইনা লৈরবা শঙলেন্নে । মৈদিংঙু লোয়য়ুম্বনা অঙোম নিংথৌ হাওখৈ লান্থাববু চকপা সেক্তা লান্দারুনবা থাখি । সেক্তা ঙমদুনা চকপা অকেম তাউবগা মরুপ্পী হাওনুংৈগো অনীমবু ফারকখি । মৈদিংঙুনা হাওখৈ লান্থাববু সেক্তা লান্তানথৌবা হায়বা মিংথোল পীখি ।

৯। অঙৌবা লুপতী লূপলেন লুপ -- খৃ: ১০৭৪ দগী ১১২২ ফাওবা পানখিবা মৈদিংঙু লোয়য়ুম্বনা হৌদোকখিবা অথোইবা লূপ।

১০। খুরাই লুপতী লুপখুবা -- মৈদিংঙুনা শেমখিবা লূপখুবা লূপসু কৌবা খুরাই লূপ ।

১১। অকোঙ লূপতী কোংচারুপ -- মৈদিংঙুনা শেমখিবা কোংচারুপ কৌবা লূপ ।

১২। লংমাই লূপতী থৌচারুপ -- মৈদিংঙুনা শেমখিবা থৌচারুপ কৌবা লংমাইগী লূপ ।

১৩। চিংচারুপ -- চৈরাপ্তা ফম্বা ফম্লাইবা মৈদিংঙু লোয়য়ুম্বগী খোংলুপ ওইবা লৈচোনলাকপা তোললোংখোম্বনা লমজিংবা লূপ অমগী মমিং ।

১৪। খাইজারুপ -- খুরাই লূপ ৱাৎপদগী লূপ অমা ৱাৎলে হায়দুনা লূপ ময়ামদগী খাইজিন্নদুনা শেমখিবা খুরাই খাইজারুপ কৌবা লূপ অমা ।

১৫। লূপলেন মঙামনা লূপলেন মনিন নাইনা য়াকাশঙনে -- মৈদিংঙু লোয়য়ুম্বনা শেমখিবা লূপ মঙা অদুনা কারক্কুনা মবাই হাওখৈ লান্থাবগী শঙলেন্দা পুন্না তিন্নফমনে ।

১৬। চকপা কসোম খুনঙম শঙ -- চকপা কসোম খুলবু ঙম্নখিবা শঙ ।

কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি অদোন্ নোংয়ায় অয়াঙ্বা খম্কোইববু লৈমু শেংথাক্ পূঙ্, লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে । নোংবান্ অহোঙ্বা হিথা মোইরাম্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি হৈরেম্ খুন্জান্ চনু কেগে মোইরাং ওংবী অরাই মোংখু চনু ফানা পূঙ্নে । নোংবান্ অহোঙ্বা হিথা লাংলোইঙম্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি য়োংফু নিংথৌ সনা লীক্থাং ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু পোইরৈ খুন্জাউবা

---

১৭। অঙৌবা হাওখৈ লানথাবনা চকপা কসোং লানচাইশঙ — অঙোম নিংথৌ হাওখৈ লান্থাবনা চকপা কসোং খুলবু লান ঙম্লখিবা শঙ ।

১৮। হুয়েন পুরিংবী পুবিংবা ফানা শঙনে — চকপা কসোং খুলগী পুরিংবী পুরিংববু লান্দা ফানরকখিবা শঙনে ।

১৯। অঙৌবা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোমবনা— পানথোইবীগী অকোনবা অনীশুবা মব্রা নোংপোক নিংথৌনা ।

২০। মশানৌ তমফা ব্রাংঙমলোনবু মুনা য়েংলমএ মুরাপাৎনে — নোংপোক নিংথৌনা খাবগী মতু ওইরিবী ব্রাংঙমলোন পানথোইবীবু লোন্না উনরগা অমুক হন্না উনশি হায়নবগা কায়নরবদা পানথোইবীবু মূনা মূনা য়েংলম্মী হায়বগীদমক মফমদুবু মুরাপাৎ কৌখি । অদুগা পানথোইবীনসু নোংপোক নিংথৌবু কোংনা কোংনা (হন্না হন্না) য়েংদুনা চৎখি হায়বগীদমক কোংঙাপাৎ কৌখি ।- পান্থোইবী খোঙ্গুল ।

২১। নোংবান হোঙনেমশুমবা তকশোন পূঙ — নোংপোক নিংথৌনা মাগা নুংশিনজবী পানথোইবীনা করম্না খাবদা মব্রা নাইদুনা লৈরম্লিবনো ওন্থোকপনিদা হায়না তকশি শোল্লম্মী হায়বগী অঙোমগী হোঙনেমশুম্বগী তকশোন পূঙ, ব্রা চাউনা হৌনা ঙাংবা, মরৌ চাউবা, লৌ চাউবা, ফানা পূঙ কৌনখি । -- পান্থোইবী খোঙ্গুল ।

২২। অঙৌবা লনহাং ঙমবনা তোরা খুনঙম পূঙ — মৈদিংঙুগী মদাইরেম অঙোম নিংথৌ লনহাং ঙম্বনা অব্রাং নোংপোক মাইগৈরোমদা লৈবা লৈশন খুলগী মনাক্তা লৈবা তোবা কৌবা তাংখুল হাওবু ঙমগৈগী পূঙনে ।

২৩। নূঙতৌবা খোংচিবা ফানা পূঙনে — তোরা খুলবু ঙমদুনা নূঙতৌবা খোংচিববু ফাবকখৈদা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙনে ।

২৪। অঙৌবা হাওশি মংলাংচাল — অঙোম নিংথৌশিংগী পোৎলোইনফম মংনে।

২৫। লাংগোই শগোল নাকতাঙবদি কানরেংনে — লাঙ্গোই শগোল নাকথংদা তাঙবনা কাখিবা মফমনে ।

অহোঙ্ খোংচিং পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি মরাম তাফৌ মনিংথৌ হুয়েন্ চোংলেন্বা ফানা পূঙ্নে । তুরেল্ লাংমৈপূঙ্ লেম্লৈ ঙাব্রা তা, তাউজিং হৈরাংপোক্ লাংমৈ য়াকোল্ব্রাই,(লামায় ৪৫)উশা মৈপূঙ্লম্, কংলৈ ব্রাখায়কোন্নে । অঙৌবা চেঙ্জা নূঙ্কোইবীনে । মৈদিংঙু শেন্বী কিয়াম্বনা লম্তা কুম্ওন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি ফাথী পাসেৎ থবা শেন্বা নম্থাংচা ফানা পূঙ্নে । খুরাই লৌফম্লেন্ খুন্ফম্ অচন্বনে । অঙৌবা হাওখৈ লান্থাবা শঙ্লেন্য়াইনে । অঙৌবা লূপ্তী লূপ্লেন্ লূপ্, খুরাই লূপ্তী লূপ্খুবা, অকোঙ্ লূপ্তী কোঙ্চা লূপ*, লংমাই লূপ্তী থৌচারুপ্,

---

২৬। ব্রাহোং মৈপুঙবীচাদি কোইনরেংনে — মমৈ পুঙলবী ব্রাহোংনা কোইনা চৎখিবা মফমনে ।

২৭। মৈদিংঙু কাইনৌ চলামবা — খৃ: ১৫৪৫ দগী ১৫৬২ ফাওবা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ।

২৮। তোনবী খুনঙমলম — মৈদিংঙু চলাম্বনা মখা মাইগৈরোমদা লৈবা অদুঙৈ ঙাংঙোই য়োইমোংবনা তুতেংখিবদা কাকলেন মীঙম্বু হাত্তুনা মীয়ামগী অব্রাবা কোকহনখিবা লম হেমবা ব্রাইনুং চীংশাংদা লৈবা তোনবী কৌবা খুলবু লান্দা ঙমদুনা।

২৯। হচাকং তরেৎ শেল তান শিবা ফানরম — লাইরেন মৈদিংঙু চলামবনা তোনবী খুলগী অথৌবা মপাম্লোমদা শেলনা শাবা তান কৌবা লৈতেংবু শিবা হচাকং কৌববু ফানখিবা লমনে ।

৩০। নোংবাললোন লিনথোইঙমবীনা মুনু লৈমা সনা পুবী ফানরমনে— মৈতৈ লৈমা লিম্লোইঙম্বীনা নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্কী মনুংদা লৈত্রবা কবোগী মুনু লমগী লৈমা সনা পুবীবু ফানখিবা মফমনে ।

৩১। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবনা কাওরেন লমশন ঙৌবা ফানরমনে — মৈদিংঙু খাগেম্বনা (খৃ: ১৫৯৭ - ১৬৫২) কাওরেন শন অঙৌববু ফানখিবা মফমনে ।

লামায় ৪৬

১। লাললোই লমদাংশাংনে — লাললোই লমগী লম্বী অশাংবনে ।

২। লাললোই কোমপী শোয় অচনবনে — লাললোই কোম্বী শোয় কৌবা মফম অদুনে ।

৩। ব্রাংঙম অহোঙবা ফৈদাং শাথিবা — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা ফৈদাং শাথিবা কৌবা মৈতৈ অথৌবা ।

৪। লাললোই মশুমাঙ — মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী মদাইরেম ফৈদাং শাথিবগী মশুমাঙদা ।

৫। অহোঙ য়োইখোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগী থোনগত্তুনা শেমখিবা পূঙদ ।

---

* মথক্কী লাইবিক্তদি — "কোংবম লুপতী কোংচারুপ" হায়না ই ।

লৈচোন্‌লাক্‌পা তোল্‌লোংখোম্‌বনা চিংএ চিংচারুপ্‌, খুরাই খাইজারুপ্‌, লুপ্‌লেন্‌ মঙামনা লূপ্‌লেন্‌ মনিন্‌ নাইনা য়াকাশঙ্‌নে । হুয়েন্‌ লান্‌নীগীদি চক্‌পা কসোম্‌ খুন্‌ঙম্‌ শঙ্‌, চক্‌পা কৈয়িং কৈয়াংতাউ কাক্‌লেন্‌ সীখম্‌ কোইবা খম্‌কোই খারম্‌বা ফানা শঙ্‌নে । অঙৌবা হাওখৈ লান্‌থাবনা চক্‌পা কসোং লান্‌চাই শঙ্‌, হুয়েন্‌ পুরিংবী পুরিংবা ফানা শঙ্‌নে । অঙৌবা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্‌বনা মশানৌ তম্‌ফা ৱাংঙম্‌লোন্‌বু মূনা য়েংলম্‌এ মূরাপাৎনে । নোংবান্‌ হোঙ্‌নেম্‌শুম্‌বা তক্‌শোন্‌ পূঙ্‌, য়াৱা লৌচাউ চেংকোই লৌচাউ ফানা পূঙ্‌নে । অঙৌবা লন্‌হাংঙম্‌বনা তোরা

---

৬। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদা ।

৭। চেংচারী চেংচাকং খেকচারী খেকচাকং মপারী খরায়রোং মানতং লাকপা ফানা পূঙনে — মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা (খৃ: ১৪৩২-১৪৬৭) হৌজিক্তি ঔৱা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা অদুঙৈগী কবো অক্লাদা লান্দাদুনা অক্লাগী নিংথৌ চেংচারী চেংচাকং খেকচারী খেকচাকংগা মপারী খরায়রোং মানতং লাকপগা অনীবু ফারকঙৈদা শেমখিবা পূঙনে।

৮। লৈচোনলাকপা তোনলোংখোমবা লাললোই মশুমাঙ — মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী মদাইরেম লৈচোনলাকপা তোনলোংখোম্বগী শুমাঙদা ।

৯। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগী শেম শারবা পূঙদি ।

১০। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদা ।

১১। খুনজান হনবা নাউসেক য়ামবা ফানা পূঙনে — হৈরেম খুনজানগী নাউশেক য়ামববু ফাবকঙৈদা কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

১২। মৈদিংঙু শেনবী কবোমবা — তখেল লানগারকপবু লোনলোই লৈমতাক্কী লানফমদা লানঙমখিবা মৈতৈ নিংথৌ (খৃ: ১৫২৪-১৫৪২) ।

১৩। শায়বা পললেলয়াই — শায়বা কৌবা তীংখং পানবা পাম্বীনা পল খাজিল্লবা মফম ।

১৪। তখেল খুনঙমখোং লিনচীকপা লিনতেংবা ফানা খোংনে — মৈদিংঙু করোম্বনা তখেল লাম্বীশিংবু চাইখায়দুনা লানঙমখিবা খোং, লিনচীকপু লিনতেংপু কৌববুসু ফানখিবা খোংনে ।

১৫। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — য়াই চেল্লবা অথোইবা খোংনে ।

১৬। লাললোই সুখুৎ সাবা লাললোই মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — লাললোই সুখুৎ সাবগী মশুমাঙদা থোনখিবা অহোঙ কুম্মৈগী পূঙদি ।

১৭। কেগে মোইরাং কাপাসু সনথিল লাংমৈপা ফানা পূঙনে — কেগে মোইরাংগী কাপাসু সনথিল লাংমৈববু লান্দা ফারকপগী কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনি ।

১৮। চীংঙুরৈমা লাললোই মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — লাইরেম্বী চীংঙুরৈমগী (পাম্থোইবী) মশুমাঙদা থোনবা অহোঙ পূঙদি ।

খুন্ঙম্ পূঙ্, নূঙ্তৌবা খোংচিবা ফানা পূঙ্নে । অঙৌবা হাওশি মংলাংচাল্, লাংগোই শগোল্ নাক্তাঙ্বদি কানরেংনে । ব্রাহোং মৈপুঙ্বীচাদি কোইনরেংনে । মৈদিংঙু কাইনৌ চলাম্বা তোন্বী খুন্ঙম্লম্, হচাকং তরেৎ শেল্ তান্ শিবা ফানরম্, নোংবাল্লোন্ লিন্থোইঙম্বীনা মুনু লৈমা সনা পুবী ফানরম্নে। লাইরেন্ মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বনা কাওরেন্ লম্শন্ (লামায় ৪৬) ঙৌবা ফানরম্নে । লাল্লোই লম্দাংশাংনে । লাল্লোই কোম্পী শোয় অচন্বনে । ব্রাংঙম্ অহোঙ্বা ফৈদাং শাথিবা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্

১৯। কেগে মোইরাং খোয়রী লুচাউবা ফানা পূঙনে — মোইরাংগী খোয়রী লুচাউববু লান্দা ফারকপগী অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

২০। লৈমজম ব্রাংঙম অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লৈমজম মচা ব্রাংঙম অথৌবগী মশুমাঙ ।

২১। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — লৈমজম মচা অথৌবগী যুমগী মাঙ্গোল নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎপূঙ মীহাৎফমনে ।

২২। হুয়েন লাননীগীদি — হুয়েন লান অদুদা ফারকখিবা ।

২৩। নোংয়ায় সমপনখুবা খুমন সমপনহনববু অহোঙ লানয়ানফমনে — নোংযায় সমপনখুবা খুমন সমপনহনববু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন কোমশৎনদুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

২৪। লোয়যম খুব্রাং অহোঙবা — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা মোইবাং অরিবা খুব্রাং শলাই মচা অথৌবা ।

২৫। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — খুব্রাং অহোঙবগী শুমাঙদা থোনখিবা অহোঙ কুম্মৈগী পূঙদি ।

২৬। কেগে মোইরাং মুব্রা মিৎতোং ফানা পূঙনে — কেগে মোইরাংগী মুব্রা মিৎতোং লান্দা ফারকপগী কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

২৭। মৈদিংঙু থৌশূ অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা মৈদিংঙুগী থৌদা শূবা ফম্নাইবগী মশুমাঙদা ।

২৮। অহোঙয়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পুঙদি ।

২৯। কেগে মোইরাং হাওকুরৈমা লোইনাই তাবী ফানা পূঙনে — কেগে মোইরাংগী হাওকু লৈমা লোইনাই তাবীবু লান্দা ফারক্লুনা কুম্মৈ তৌনবা শেমখিবা পূঙনে ।

লান্নীগীদি চেংচারী চেংচাকং খেক্চারী খেক্চাকং, মপারি খরায়রোং মান্তং লাক্পা ফানা পূঙ্নে । লৈচোন্লাক্পা তোল্লোংখোম্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি খুন্জান্ হন্বা নাউসেক্য়াম্বা ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু শেন্বী কবোম্বা শায়বা পল্লেল্য়াই, তখেন্ খুন্ঙম্ খোং, লিন্চীক্পা লিন্তেংপা ফানা খোংনে । খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে । লাল্লোই সুখুৎ সাবা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং কাপাসু সন্থিল্ লাংমৈপা ফানা পূঙ্নে । চীংঙুরৈমা লাল্লোই মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্

---

৩০। হৈরোম ব্রাংঙম অহোঙবা — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা নিংথৌজা শলাইগী হৈরোম মচা অথৌবা ।

৩১। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — হৈরোম মচা অথৌবগী মশুমাঙদা অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোন্দুনা শেমখিবা পূঙদি ।

লামায় ৪৭

১। অদোন লেমবা মোইনুচা খুমন ঙাংলৌ থোনবচা ফানা পূঙনে — মৈতৈগী হৈরোম মচা অথৌবনা অদোন লেমবা মোইনুচা খুমন ঙাংলৌ থোনবচাবু লান্দা ফারক্লুনা অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা শেমখিবা পূঙনে ।

২। লোয়য়ম মংশাতাবা নোংবান অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা অঙোম শলাইগী মংশাতাবম মচা অথৌবগী শুমাঙদি ।

৩। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ মীয়ানফম — মংশাতাবম মচা অথৌবগী যুমগী মাঙ্গোল নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে ।

৪। নোংচুপ হাওরোং — নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা হাওরোং কৌবা লম অমা ।

৫। থরাম লামথননা — মতোল লামথদুনা থাঙনা য়েন্দেম থরাম শোইবগুম শোইবা ।

৬। অহোঙ লানয়ানফমনে — অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা নোংচুপ হাওরোংগী নিংথৌ থীকপা কৌববু মীয়াম মাঙদা থাঙলেন কোমশৎনদুনা হাৎনখিবা মফমনে।

৭। লীকলাইরোকপা নোংবান অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা অঙোম মচা লীক্লাইরোকপা অথৌবগী শুমাঙ ।

৮। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ মীয়ানফম — লীক্লাইরোকপগী যুমগী মাঙ্গোল নাকথ মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীতুফমনে।

৯। উহক শেংগম শা — উ য়ুংদুনা হক্লুনা শেংগম শাদুনা মী হাৎনবা থৌরাং তৌবা ।

১০। উই পৌদোং লোন — উই কৌবা ব্রা মখল অদুনা লোন্দুনা মী হাৎনবা শেম শাবা

পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং খোইরী লুচাউবা ফানা পূঙ্নে। লৈমজম্ ব্রাংঙম্ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি নোংয়াই সন্পন্খুবা খুমন্ সন্পন্হন্ববু, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে। লোয়য়ম্ খুব্রাং অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং মূব্রা মিৎতোং ফানা পূঙ্নে। মৈদিংঙু থৌশূ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং হাওকুরৈমা লোইনাই তাবী ফানা পূঙ্নে। হৈরোম্ ব্রাংঙম্ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্

---

১১। অহোঙ লানয়ানফমনে — হুয়েন লান্দা ফারকখিবা হারি সীপান খমবা চীংয়ায় কোনথাচা চীংশাং লাংলেপপা হনবা নাচৌসু হননু নাচৌসুবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন চেপনা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে।

১২। অঙৌবা লাঙলোইঙমবা কংলৈ মশুমাঙ — মৈদিংঙু চলাম্বগী (১৫৪৫-১৫৬২) মকু ইবুঙো অঙোম নিংথৌ লাঙলোইঙম্বগী মশুমাঙদা।

১৩। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবগীদমক থোন্দুনা শেল্লবা পূঙদি।

১৪। খারম তুসোন খুনঙম পূঙ — মখা মাইগৈদা লৈবা লোইবী তুসোন (তুসেন) কৌবা খুলবু ঙমৈঙদা শেমখিবা পূঙনে।

১৫। লাংকচকপা লাংকসোনবা তাংমৈকুপপা তাংমৈসোনবা ফানা পূঙনে - অঙোম নিংথৌ লাঙলোইঙম্বনা লোইবী তুসেন মনিংথৌ লাংকচকপা লাংকসোনববু লান্দা ফাদুনা পুরকপগী নীংশিং কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

১৬। চকপরম হাওবা সেংব্রাই লানথাবা — চকপা সেংব্রাইবু লানঙমখিবা অঙোম শলাইগী চকপ্রম হাওবা অথৌবা।

১৭। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — চকপ্রম হাওবা অথৌবগী মশুমাঙদা থোনখিবা অহোঙ পূঙদি।

১৮। নোংয়ায় অরিকখুবা খুমন পাংখাইজামবা অথীং অশাংচা ফানা পূঙনে — খুমন হাওরম নিঙ্গোয় য়াইমবগী ঈ খুয়োন লাম্থাবগী মচা অরিকখুবা পাংখাইজাম্বা অথীং অশাংচাবু চকপ্রম অথৌবনা ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে।

১৯। তমফা ব্রাংঙমলোন খুরাই লৈমা — মৈতৈ লৈমনা পোকপী মৈদিংঙুগী মচানুপী অহন তম্ফাসনা। মানা অঙোম নিংথৌদা ওংববু তমফা ব্রাংঙমলোন খুরাই লৈমা কৌই।

২০। খুরাই লৈমা খারোইঙমবী — অঙোম নিংথৌ লনহাঙঙম্বগী লোয়নবী।

২১। চকপা খারোই খুনঙম খোং মরোং য়াংলৈ ফানা খোংনে — তমফা ব্রাংঙমলোন খারোইঙম্বীনা চকপা খারোই খুলবু ঙমদুনা মরোং য়াংলৈ ফানখিবা খোংনে।

পূঙ্, হুয়েন্ (লামায় ৪৭)লান্নীগীদি অদোন্ লেম্বা মোইনুচা খুমন্ ঙাংলৌ থোন্বচা ফানা পূঙ্নে। লোয়য়ম্ মংশাতাবা নোংবান্ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি নোংচুপ্ হাওরোং থীক্পবু থরাম লাম্থননা, অহোঙ্ লানয়ান্ফম্নে। কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি উশেন্বা পোন্পুসু উশোন্বা লম্পাচা ফানা পূঙ্নে। লোয়য়ম্ লীক্লাইরোক্পা নোংবান্ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি হারি সীপান্ খম্বা

---

২২। চেকপল য়ুমকোই পূঙনে — চেকপল কোইনা খাজিল্লবা পূঙনে।

২৩। তমফা ব্লাংঙমলোন নোংচুপ মরোংঙমবী — মৈদিংঙু চনু অঙোম নিংথৌ লাইরেন হিখাম্বগী লোইনবী খুরাই লৈমা।

২৪। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — তমফা ব্লাংঙমলোন নোংচুপ মরোংঙম্বীগী শুমাঙদা থোনখিবা অহোঙ পূঙদি।

২৫। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানফমদুদা ফারকখিবা।

লামায় ৪৮

১। হাওবা উনৌবা, তেরৈ হিয়াংকৈ, য়ুচিং খোইনুচা, সেকমোম অয়াঙচা, ব্লাকচীংয়াচা পুংগ্রাইচা, লৈহৌ লমচল লাবা ফানা পূঙনে — অঙোম নিংথৌ লাইরেন হিখাম্বগী লোয়নবী নোংচুপ মরোংঙম্বীগী কংলৈ মশুমাঙদা থোনবা পূঙদি হাওবা উনৌবা, তেরৈ হিয়াংকৈ, য়ুচিং খোইনুচা, সেকমোম অয়াঙচা, ব্লাকচীং য়াচাপুংগ্রাইচা, লৈহৌ লমচল লাবনচিংববু হুয়েন লান্দা ফারকপগী অহোঙ কুম্মে তৌনবা থোনবা পূঙনে।

২। অঙৌবা কিয়ামবা কংলৈ মশুমাঙ — মৈদিংঙু নোংইন ফাবা (খৃ: ১৫২৩-২৪) মমা মচাবু হাৎখিবা অঙোম নিংথৌ কিয়াম্বগী মশুমাঙ।

৩। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লান্দা ফারকখিবা।

৪। অতে খাপাকচা ব্লাংকোন লাইরুরা — অতে খাপাক্কী মচা ব্লাংকোন লাইনুবা।

৫। সমপুম নিংথৌ করাংবা কোনচন লানচুঙবা — খা নোংপোক মাইগেদা লৈবা সমপুম লোনবা চীংদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্বা কোনচন লানচুঙবা। মৈদিংঙু কবোম্বনা (খৃ: ১৫২৫-১৫৪২) লমলেন লাউরেংপাই লেংপাই লম্মহন সমপুম লোনবা চীংদা লান্দাদুনা সমপুম নিংথৌ কোনচন লানচুঙববু ফারকখি। মৈদিংঙুগী মমিংসু কোনচন লানচুঙ ফাবা হায়নসু কৌখি। — নিংথৌরোল লম্বুবা।

৬। লাললু থরোন নীকনা — মকোক মথা থক থক নীকপমখৈ।

চীংয়ায় কোন্থাচা চীংশাং লাংলেপ্পা হন্বা নাচৌসু হন্নু নাচৌসুবু উহক্ শেংগম্ শা, উই পৌদোং লোন্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । অঙৌবা লাঙ্লোইঙম্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি খারম্ তুসোন্ খুন্ঙম্ পূঙ্, লাংকচক্পা লাংকসোন্বা তাংমৈকুপ্পা তাংমৈসোন্বা ফানা পূঙ্নে । চক্পরম্ হাওবা সেংব্রাই লান্থাবা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি নোংয়ায় অরিক্খুবা খুমন্ পাংখাইজাম্বা অথীং অশাংচা ফানা পূঙ্নে । তমফা ব্রাংঙম্লোন্ খুরাই লৈমা খারোই ঙম্বীনা চক্পা খারোই খুন্ঙম্

---

৭। অহোঙ লানয়ানফমনে — অহোঙ কুম্মে তৌদুনা সমপুম নিংথৌ কোনচন লানচুঙবগা হাওনু শীংমীৎনু শাফবীগা অনীবু থাঙলেন কোমশৎনদুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

৮। অঙৌবা কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা অঙোম নিংথৌ খোংজোম্বগী শুমাঙদা থোনখিবা অহোঙ পূঙদি ।

৯। কিয়াং নিংথৌ মুমসিনলোং লৌথীবা ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা কবো কিয়াংগী নিংথৌ মুমসিনলোংবু ফারকপগী নীংশিং কুম্মে তৌনবা থোনখিবা পূঙনে । (মুমসিনলোং লৌথীবসি মৈদিংঙু কিয়াম্বনা কবো কিয়াং লান্দাদুনা ফারকখিবা কিয়াং নিংথৌনি) ।

১০। তমফা ব্রাংঙমলোন খুরাই লৈমা খুবোইঙমবী — মৈতৈ লৈমনা পোকপী অঙোম নিংথৌ লনহাঙঙম্বগী লোয়নবী ।

১১ পূঙলেন মখুৎফা — খুরাই লৈমা খুরোইঙম্বীগী ওইবা অথোইবা পূঙ ।

১২। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মে তৌনবা থোনখিবা পূঙ ।

১৩। তোনশেন নিংথৌ নাসিরোইবা ফানা পূঙনে — খা মাইগৈদা লৈবা চীংখোঙ পোইরৈতোন্না অদুঙৈ লাংওনবা লম, ঙাংঙোই য়োইমোংবনা য়ুম্লাক ১০০ তাবা লোইবী হাওয়াম্বু লোইচনবা লম, তোনশেন কৌবা লমগী নিংথৌ নাসিরোইববু ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে । (তোনশেন নিংথৌ নাসিরোইবা অসি মৈদিংঙু মুংযাম্বনা লান্দা ফারকখিবা নিংথৌনি) ।

১৪। য়ালখোম লোয়য়ম অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ— অহোঙ কুম্মে তৌখিবা য়ালখোম মচা অথৌবগী শুমাঙদা থোনখিবা অহোঙ পূঙদি ।

১৫। কৈদুম লান্দুম অথৌবা ফানা পূঙনে — কৈদুম লান্দুম অথৌববু লান্দা ফারকপগী অহোঙ কুম্মে তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

১৬। অঙৌবা নোং নিংথৌনা — অঙোম নিংথৌনা । (খুনুংলোন কৌবা লাইরিক্তগী খঙবদি পুরৈরোম্ববু নোং নিংথৌ হায়না কৌই) ।

খোং, মরোং য়াংলৈ ফানা খোংনে । চেক্পল্ য়ুম্কোই পূঙ্নে । তম্ফা ৱাংঙম্লোন্ নোংচুপ্ মরোংঙম্বী কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি (লামায় ৪৮)হাওবা উনৌবা, তেরৈ হিয়াংকৈ, য়ুচীং খোইনুচা, সেক্মোম্ অয়াঙ্চা, ৱাক্চীংয়াচা পুংগ্রাইচা, লৈহৌ লম্চল্ লাবা ফানা পূঙ্নে । অঙৌবা কিয়াম্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি অতে খাপাক্চা ৱাংকোন্ লাইরুরা, সম্পুম্ নিংথৌ করাংবা কোন্চন্ লান্চুঙবগা হাওনু শীংমীৎনু শাফবীগা লাল্লু

---

১৭। নোংনেম ৱাংনেমচা হুয়েন লেংৱান কৌববু কংলৈ থাঙয়ান পূঙনে — নোংনেম ৱাংনেমগী মচা লেংয়ান কৌববু থাঙলেন কোমশৎনখিবা পূঙনে।

১৮। ঙাইখোং নিংথৌ সাখোনবা — খা নোংচুপ্তা লৈবা লোইবী ঙাইখোংগী নিংথৌ সাখোনবা ।

১৯। মুনু লৈমা সনা পুবী — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔৱা লৈবাক্কী মনুংদা লৈগ্নবা শেনবী মুনু কৌবা লমগী মরৈমবী।

২০। অরাই মোংখু চনু — হৈরেম খুনজান চনু কেগে মোইরাং ওংবী ।

২১। লৌশি খোংদৌবী — লৌশি পাত্তা ঈরম তৌখিবী ।

২২। তোমফাং য়ীথেমবী — খোং অরোংবদা ঈশিং চেলহন্নবা হোৎনখিবী ।

২৩। লাললু থরোন নীকনা — খুৎ চল্লবা শানা নীকপগুম মকোক মথা থক থক নীকনা ।

২৪। হুয়েন লানচনফমনে — হুয়েন লান চনখিবা মফমনে ।

২৫। ৱাংঙমলোন পানথোইবীনা মরান নুহোং খোংতোংঙৈদা - মৈতৈ নিংথৌগী মচা ইবেম্মা পান্থোইবীনা খাবা ময়ুমদা লুহোংলকপদা ।

২৬। তরা চানীংখাকনা চাশৌ পূঙ — ৱাংঙমলোন পান্থোইবী লুহোংলকপদা খাবা ময়ুমদা মীয়ামবু পীজ পীথকপদা কোন্নদদুনা খাবা ইকাইবা নংলবদা, পান্থোইবীগী উল্লকপা চাক থুম্মোক্কা শা ৱালোং অদুগদগী পীজবদা লোয়বা কৌবা নাইদনা মথং মথং শৌগত্তুনা মীয়াম্বু পেন্না পীজখিবা অদুবু চাকশৌ পূঙ কৌখি ।

২৭। ৱাংলৈ য়ুনিংখাকনা য়ুশৌ পূঙনে — ৱাংলৈ য়ুবু পীথকখিবগী লোইবা থমবা লৈতনা শৌগৎলকখিবা পান্থোইবীগী অউন য়ু খরুং ।

২৮। তারমবম নোংবান অহোঙবা — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা অঙোমগী তারম্বম মচা অথৌবা ।

২৯। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — তারম্বম মচা অথৌবগী শুমাঙদা থোনখিবা অহোঙ পূঙদি ।

থরোন্ নীক্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । অঙৌবা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কিয়াং নিংথৌ মুম্সিন্লোং লৌথীবা ফানা পূঙ্নে । তম্ফা ব্রাংঙম্লোন্ খুরাই লৈমা খুরোইঙম্বী পূঙ্লেন্ মখুৎফা, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি তোন্শেন্ নিংথৌ নাসিরোইবা ফানা পূঙ্নে । য়াল্খোম্ লোয়য়ম্ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কৈদুম্ লান্দুম্ অথৌবা ফানা পূঙ্নে । অঙৌবা নোং নিংথৌনা নোংনেম্ ব্রাংনেম্চা হুয়েন্ লেংব্রান কৌববু কংলৈ থাঙ্য়ান্ পূঙ্নে । মৈনং লৈমা সেরেম্বী তাংচা লৈমা

---

৩০। তখেল খুনঙম পূঙ লিনচাই ফানা পূঙনে — তখেলবু লানঙমদুনা লিনচাই কৌববু ফারকপগী অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

লামায় ৪৯

১। কোংবম নোংবান অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা অঙোম শলাইগী কোংবম মচা অথৌবগী শুমাঙ ।

২। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — কোংবম মচা অথৌবগী য়ুমগী মাঙ্গোল নাকথবোম থংবা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎপূঙ মীহাৎফমনে ।

৩। ব্রাংঙমলোন থিংবা ফাবী — অঙোম নিংথৌ নুঙজী লাম্বাবগী মনাউ অতা কোংয়াম্বগী লোইনবী ।

৪। মশন ঙৌবা মায়বীকপা মাঙবদি ব্রাওইদা — মশাগী শন অঙৌবা মায়বীকপা মাঙখিবগীদি থোইনা নাচুংদবী ।

৫। খোংবান নাওরা তোংকাইববু ব্রাওইবী — অঙাংশিংনা খোংলম ঈশিত্তুনা ঙা ফাববুদি ব্রারৌ চাওবী ।

৬। য়ুতীং মতাং তোয়না — য়ু অতীংববু তোয়না তোয়না থক্কুনা ।

৭। অহোঙ লানয়ানফমনে -- অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন কোমশৎনদুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

৮। চেংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — চেংলৈ মশুমাঙদা থোনবা অহোঙ পূঙদি ।

৯। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লান্দা ফারকখিবা ।

১০। অহোঙ পূঙফানএ -- মোইরাংগী কবাব্রাকসুগা লোইবী থোইবু সময়োকচাগবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন কোমশৎনদুনা হাৎনখিবা পূঙনে ।

১১। লোয়য়ম য়াংকোকপা নোংয়ায় অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লোয়য়ম য়াংকোকপা অথৌবগী শুমাঙ ।

য়াংকেন্তাউবীগা, তখেন নিংথৌ লোইনিন্পুগা, ঙাইখোং নিংথৌ সাখোন্বগা, মুনু লৈমা সনা পুবীগা, অরাই মোংখু চনু লৌশি খোংদৌবী তোমফাং ঈথেম্বীগা লাল্লু থরোন্ নীক্না, হুয়েন্ লান্চন্ফম্নে। ব্বাংঙম্লোন্ পান্থোইবীনা মরান্ নুহোং খোংতোংঙৈদা তরা চানীংখাক্না চাশৌ পূঙ্, ব্বাংলৈ য়ুনীংখাক্না য়ুশৌ পূঙ্নে। তারম্বম্ নোংবান্ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি তখেন্ খুনঙম্ পূঙ্, লিন্চাই ফানা পূঙ্নে। কোংবম্ নোংবান্ অহোঙ্বা

---

১২। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — লোয়য়ম য়াংকোকপগী য়ুমগী মাঙ্গোল নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী মফমদি অহোঙ কুম্মে তৌদুনা মী হাৎনফমনে।

১৩। থোনখম মনারেকনা — অহোঙ কুম্মৈদা মীয়াম্না থক্লুনবগী খিন্দুনা থম্বা য়ু খরুংশিং চোন্না চোন্না হাপমম্বদগী মখুম খুম্বদা মনা লেকথবা।

১৪। অহোঙ লানয়ানফমনে — সনাবা নিংঙোনবী লৈমা হিহোননাউবু অহোঙ কুম্মে তৌদুনা য়ু থক্লুদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন কোমশৎনদুনা হাৎনখিবা মফমনে।

১৫। কুরাংজম নোংয়ায় অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা খুমন শলাইগী কুরাংজম মচা অথৌবগী শুমাঙ।

১৬। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — কুরাংজম মচা অথৌবগী য়ুমগী মাঙ্গোল নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে।

১৭। থরাম লামথননা — মতোন লামথদুনা য়েন্দেম থরাম শোইবগুম শোইবা।

১৮। অহোঙ লানয়ানফমনে — হুয়েন লান্দা ফারকখিবা সাকেল মনিংথৌ মমিৎ নাউদা লোইরংববু অহোঙ কুম্মে তৌদুনা মীয়াম মাঙদা য়েন্দেম থরাম শোইবগুম থাঙলেন চেপ্না চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে।

১৯। অকাওজম খমলাং অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মে তৌখিবা অকাওজম মচা অথৌবগী মশুমাঙদা থোনবা অহোঙ পূঙ।

২০। উহক শেংগম শানা — উ য়ুংদুনা হক্লুনা শেঙ্গম শাদুনা হাৎনবা শেম শাদুনা।

২১। অহোঙ মীয়ানফমনে — অহোঙ কুম্মে তৌদুনা লান্দা ফারকপা চকপা ফাতুংগী নিংথৌ অমো সনারেম ককচাক সমখোমনববু মীয়াম মাঙদা থাঙলেন কোমশৎনদুনা হাৎনখিবা মফমনে।

২২। তেরানবম নোংবান অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মো তৌখিবা অঙোম শলাইগী তেরানবম মচা অথৌবগী মশুমাঙ।

২৩। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ লানয়ানফম — তেরানবম মচা অথৌবগী মাঙ্গোল নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী মফমদি মীহাৎফম মীহাৎপূঙনে।

(লামায় ৪৯)কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি ৱাংঙমলোন্ থিংবা ফাবী, মশন্ ঙৌবা মায়রীক্পা মাঙ্বদি ৱাওইদা, খোংবান্ নাওৱা তোঙ্কাইববু ৱাওইবী, থিংবায়ান্গী মাইবা ফাবী, মায়রংয়ান্গী থিংবা মায়রংমাই, মাইবা লীতোন্পাম্বা, কুরু খুবা, কুরু হন্বা, তোন্তেয়াচা নেম্থাংচা, অরাই নোংশীং মচন্ শীংমীং নুরাবীবু য়ুতীং মতাং তোয়না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে। চেংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং কবাৱাকুসুগা খোইবু অমো সম্য়োক্চাগা, অহোঙ্ পূঙ্ফানএ। লোয়য়ম্ য়াংকোক্পা

---

২৪। থাংৱাই মীরাংয়ান — অরাং লমদা লৈবা তবা হৈথাবা কৌবা মীফত্তা লৌথিবা।

লামায় ৫০

১। উই পৌদোং লোননা — উঠ কৌবা ৱানা লোন্দুনা মী মঙক কক্কুনা হাৎনবা শেম শাবা।

২। অহোঙ মীযানফমনে — তেরানবম মচা অথৌবগী মশুমাঙদা তবা হৈথাবা মীফত্তবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন চেপ্পা চন্দুনা হাৎনখিবা মফমনে।

৩। কৈনমবম য়োইনৌ লেমলৈ নিংথৌ কংলৈ মশুমাঙদা অহোঙ য়োইথোন পূঙ — কৈনমবম য়োইনৌগী শুমাঙদা থোনখিবা অহোঙ পূঙদি।

৪। কবো তেখাউ খুনঙম পুঙ, চীরেং ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔৱা লৈবাক্কী মনুংদা লৈত্রবা কবো তেখাউবু লানঙমদুনা চীরেং অথৌববু ফারকপগী নীংশিং কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

৫। তমফা ৱাংঙমলোন পানথোইবী চৈরৈ ফিশুখোং — মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপী পাম্বোইবীনা খাবা ময়ুমগী মৌ ওইনা লৈরিঙৈদা মাগী অরোনবা মৱা নোংপোক নিংথৌবু উননবা চৎথোক্লকপদা খাবনা উখিগনি হায়দুনা মশাগী ইন্নফিবু শূদূনা অরোনবা মশাবীবু ঙাইদুনা লৈখিবা খোং।

৬। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — অথোইবা য়াই চেল্লবা খোংনে।

৭। মৈদিংঙু শেনবী মুংয়াম্বনা নমু মীথী পূঙনে — মৈতৈ নিংথৌ মুংয়াম্বনা (খৃ: ১৫৬২-১৫৯৭) নমু মীবু মশীং থীনখিবা পূঙনে।

৮। চীংখোঙ লমগাইঙমবনা মীয়োক পূঙনে — মৈদিংঙু লমক্যাম্বনা (খৃ: ১৫১২-১৫২৩) মী য়োক্লখিবা পূঙনে।

৯। নোংবাললোন লিনথোইঙমবীনা লীকলাং খোমহান পূঙনে — মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বগী লোয়নবী অঙোম চনু মৈতৈ লৈমনা লীক্লাংবু য়োম্লখিবা পূঙনে।

১০। খামরন খুনঙম পূঙ চেৎখম ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা কবো খামরনবু মাইথিবা পীদুনা চেৎখম ফারকপগী কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে।

নোংয়ায় অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি সনাপা নিংঙোন্বী কংলৈ মশুমাঙ্দা য়াকোন্ হীকোন্ শৌবী লৈমা হিহোন্নাউবু থোন্খম্ মনারেক্না, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । কুরাংজম্ নোংয়ায় অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি সাকেল্ মনিংথৌ মমিং নাউদা লোইরংববু থরাম্ লাম্থননা, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । অকাওজম্ খম্লাং অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি চক্পা ফাতুং মনিংথৌ অমো সনারেম্

---

১১। পোনলোংবম আচরনবা কৌবা অহোঙবা — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা পোনলোংবম অচরনবা ফম্লাইবা ।

১২। কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — পোনলোংবম আচরনবগী শুমাঙদা অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙদি।

১৩। কবো সমসোক খুনঙম পূঙ লাঙাই ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈ পাংবদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা শমজোক কৌবা লমবু ঙমদুনা লাঙাই ফারকপগী অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

১৪। থাঙয়ি নাউফং অহনবা — মৈদিংঙু নাউখম্বনা চেংলৈগী নিংথৌ থাঙয়ি খোংজ্রোম্বগী নুপী থা ৫ গর্ভ লৈরবী য়াওরৈবা চনুবু লৌদুনা মৈতৈ কোনুংদা পোকখিবা থাঙয়ি খোংজ্রোম্বগী মচা।

১৫। য়েকশোই পাৎ — মৈদিংঙু নাউখম্বনা থুপখ্রবদা থাঙয়ি নাউফং অহনবগা মনাউ নাউফংবগা নিংথৌ খুবমগী ব্রারোংনখি । অঙম অথৌশিংগী ব্রায়েনবু নাউফং অহনবনা য়াদ্রবদা, মমা ইবেম্মনা ঈরুপ্লদুনা লাইগী ব্রায়েন য়েংনরুনবা হায়খি । নাউফং অহনবনা হান্না লুপখিববু খোইয়ম লাইনা য়াদবদগী মতু নিক্লা চরাং নমশাং য়ানগুম্না মশক মোৎনা কারক্লে । লাইগী ময়েক শোয়রে হায়বগী মানা লুপখিবা মফমবু য়েকশোই পাৎ কৌখি ।

১৬। লাইরেন নাউফংবদি য়েকলা পাৎনে — লাইরেন নাউফংবনা ঈরুপ্লদি তুবী ময়েক তিন্না লাইরেন ময়েক লারে । মখা লাইখা য়েক মমৈ লাইমৈ তানা লাইরেন মশক থোক্লা কাখৎলকএ । লাইরেন নাউফংবদি তুবী ময়েক লারে হায়বগীদমক মানা ঈরুপখিবা মফমবু য়েকলা পাৎ কৌখি ।

১৭। থোকচাউজম কৌবা অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা মোইরাং থোকচোম মচা অথৌবগী শুমাঙদা থোনখিবা অহোঙ পূঙদি।

কক্চাক্ সম্খোম্নববু উহক্ শেংগম্ শানা, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্নে । তেরান্বম্ নোংবান্ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি থাঙ্ব্রাই মীরাংয়ান্ (লামায় ৫০)তবা হৈথাববু উই পৌদোং লোন্না, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্নে । কৈনম্বা য়োইনৌ লেম্লৈ নিংথৌ কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কবো তেখাউ খুন্ঙম্ পূঙ্, চীরেং ফানা পূঙ্নে । তম্ফা ব্রাংঙম্লোন্ পান্থোইবী চৈরে ফিশুখোং, খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে ।

---

১৮। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদা ।

১৯। চাকথা মানথাচা ফানা পূঙনে — চাকথা মান্থাচা কৌবা মরৌ চাউবা মীফন্তবু ফারকপগী কুম্মৈ তৌনবা থোনখিবা পূঙনে ।

২০। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা ব্রাইরা তেনথা পূঙনে — মৈদিংঙু খাগেম্বনা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) ব্রাইরা তেনবু কাপ্পখিবা পূঙনে ।

২১। মুনু খুনঙম পূঙ ঙারোইরাং ফানা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রাগী মনুংদা লৈখ্রবা কবোগী মুনু কৌবা লমবু মৈতৈ লৈমা লিম্থোইঙম্বীনা ঙমদুনা ঙারোইরাং অথৌববু ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

২২। নোংবাললোন লুচাউবী — মৈতৈ লৈমা লিম্থোইঙম্বীগী অতোপ্পা মিং অমা ।

২৩। কাইরংবসু হুইয়াই খনবী চৈরে ফিফৌ পূঙনে — কাইরংবসু হুইয়াই খনবীনা চৈরে ফি ফৌনখিবা পূঙনে ।

২৪। চেংলৈ ব্রাংকোনলেননে — কংলা মনুংদা লৈবা য়েকশোই পাৎ য়েকলা পাৎ মনাক্তা লৈবা চেংলৈ ব্রাংকোনলেন কৌবা মফমনে ।

২৫। খুরাইলৈমা মংশা ঙমবী — নিংথেম চনু অঙোম নিংথৌ পনশাঙম্বগী লোইনবী।

২৬। কোনলোয় শিললান পূঙ — খুবাই লৈমা মংশাঙম্বী হায়বা মিংলেন থোন্নখিবা পূঙনে ।

২৭। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদি ।

২৮। মংশা খুনঙম পূঙ — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ঔব্রা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা কবো মংশা লমবু লানঙমঙৈগী পূঙনে । মংশা কৌখিবদি —"চীংখোঙ পোইরৈতোন্না মতৈ লৈমা লৈনাউতাবীগা শেনবী শিদবা কবো নাদববু খুনথিরকপদা কোরৌ চীন্দুম চীন ব্রাংবন মংদুম মংলকলে । অদু নোংগীবু মংশা-ও কৌএ ।" — নিংথৌরোল লম্বুবা ।

২৯। তেরানবম লোয়য়ম অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ তীংয়ি মাঙশোকলম - অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা তেরানবম লোয়য়ম অহোঙবগী মাঙ্গোল নাকথা মপাগী শুমাঙগী মফম ।

মৈদিংঙু শেন্বী মুংয়াম্বনা নমু মীথী পূঙ্নে । চীংখোঙ্ লম্গাইঙম্বনা মীয়োক্ পূঙ্নে । নোংবাল্লোন্ লিন্থোইঙম্বীনা লীক্লাং খোম্হান্ পুঙ্নে । খামরন্ খুন্ঙম্ পূঙ্, চেংখম্ ফানা পূঙ্নে । পোন্লোংবম্ আচরন্বা কৌবা অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কবো সম্সোক্ খুন্ঙম্ পূঙ্, লাঙাই ফানা পূঙ্নে । থাঙ্য়ি নাউফং অহন্বদি য়েক্শোই পাং, মৈদিংঙু লাইরেন্ নাউফংবদি য়েক্লা পাংনে । থোক্চাউজম্ কৌবা অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি চক্থা মান্থাচা ফানা পূঙ্নে । মৈদিংঙু

---

৩০। তনমু য়াঙতেকনা তনহাউ শাইতাননা — অহোঙ কুম্মৈগী অহোঙ য়ুম শাবদা তনমু কৌবা উনা শঙগী য়াঙদা হাপতুনা তনহাউ কৌবা উনা শাইদা হাপ্তুনা ।

৩১। অহোঙ মীয়ানফমনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ওৱা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা শেনবী তাইপোং লানঙমদুনা ফারকখিবা কবো পোনশ্রুং লাইরববু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা থাঙলেন কোমশংনদুনা হাংখিবা মফমনে।

লামায় ৫১

১। ব্রাংনুরৈমা চীনওনখোং — ব্রাংঙমলোন পানথোইবীনা মপুরোইবা খাববু হুন্দোক্লম্লগা অঙৌবা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বদা চীনওনখি । অদু নোংগীবু ব্রাংনু লৈমা চীনওনখোং কৌখি । — তোরৈরোল লম্বুবা ।

২। থোঙকাপাক লানচনব্রাই — পাম্হোইবীনা খাবী পুয়তিংব্রাক ওইনা থোঙকা পাকনা লানচনখিবা মফম ।

৩। চকপা পুমশাইখোং — চকপা পুমশাই মনিন নাইবনা শীংঙুংনা নাচুং য়ৈ, খরায় চাংদোন খলনা শোয় শেনএ । অদুগীবু চকপা পুমশাইখোং কৌএ ।— তোরৈরোল লম্বুবা ।

৪। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — য়াই চেল্লবা অথোইবা খোংনে ।

৫। লোয়য়ম খমলাং অহোঙবা লাললোই মশুমাঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা লোয়য়ম খমলাং অহোঙবগী মশুমাঙ ।

৬। তীংয়ি মাঙশোকলম অহোঙ মীয়ানফম — খমলাং অহোঙবগী মাঙ্গোল নাকথরোম থংবা মপা শুমাঙগী কৌব্রুলাইজি থংবা মফমদি মীহাংফম মীহাংপূঙনে।

৭। নোংপোক চকলাই থাঙ তোনকোনবনা — থাঙ্গোল ।

৮। উহক শেংগম শানা — উ হক্তুনা শেঙ্গম শাদুনা মী হাংনবা শেম শাবা ।

৯। উই পৌদোং লোন — উই কৌবা ব্রা মখল অদুনা লোনশিন্দুনা ।

১০। তনমু য়াঙতেকনা তনহাউ শাইতাননা — অহোঙ কুম্মৈগী অহোঙ শঙ শাবদা তনমু কৌবা উনা শঙগী য়াঙতেক ওইদুনা তনহাউ কৌবা উনা শাইদা হাপ্তুনা ।

শেন্বী খাগেম্বা ব্রাইরা তেন্থা পূঙ্নে । নোংবাল্লোন্ লিন্থোইঙম্বীনা মুনু খুন্ঙম্ পূঙ্, ঙারোইরাং ফানা পূঙ্নে । নোংবাল্লোন্ লুচাউবীনা হাওনু কোন্দে লৌঙাক্পী তাইকোন্ লৌশঙ্বী কোন্খৈ নাশিনবী ফানা পূঙ্নে । কাইরংবসু হুইয়াই খন্বী চৈরৈ ফিফৌ পূঙ্নে । চেংলৈ ব্রাংকোন্লেননে ।খুরাই লৈমা মংশাঙম্বী কোন্লোয় শিল্লান্ পূঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি মংশা খুন্ঙম্ পূঙ্, কান্চম্ মিংনাইবা ফানা পূঙ্নে । তেরান্বম্ লোয়য়ম্ অহোঙ্বা কংলৈ মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, হুয়েন্

---

১১। থাঙব্রাই লীপুনসি — অব্রাং মাইগৈ লমগী চহি য়াম্না পুন্সিরবা লী ।

১২। কজেং লীয়াথৌ — কজেং থাঙগুম্না ময়া থৌরবা লী ।

১৩। চীংশোং য়াইতং তাননা — অশোংবা চীংগী মফমদগী য়াইবু তাল্লুদুনা ।

১৪। লিরেন পাগা ফন — লিরেন কৌবা মপুং ওইনা য়ুম কৈ শাবদা শীজিন্নবা লী মখল অদুনা তিংদুনা পুন্দুনা মী হাৎননবা থৌরাং তৌবা ।

১৫। য়ুতীং মতাং তোয় —য়ু অতীংববু মরাং কাইনা তোয়না তোয়না থক্লদুনা ।

১৬। থোনখম মনারেক – য়ু খরুংশিং থন্না থন্না হাপমনবদগী মখুম খুস্নদা মনা লেকথরবা।

১৭। থরাম লামথননা— মতোল লামথদুনা য়েন্দেম থরাম শোইবগুম শোইদুনা।

১৮। অহোঙ লানয়ানফমনে — লোয়য়ম খমলাং অহোঙবনা লানফা ওইনা ফারকখিবা খুনজান হাওথাঙ হাওয়িচাবু অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা মীয়াম মাঙদা থাঙলেন কোমশৎনদুনা হাৎনখিবা মফমনে ।

১৯। খোইমোম লাইয়িংথৌ মুব্রা নিংথৌ অতোনবা চেংলৈ খনবা মশুমাঙ— লাইনিংথৌ মুব্রা নিংথৌ অতোনবগী শুমাঙ ।

২০। মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রানথাবা লেমলৈ পেংবা খোংনে — মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রাম্থাবনা (খৃ: ১১৯৫-১২৩১) লেমলৈ পেংবা ফানফম খোংনে ।

২১। কৌজেংবী কৌজেংবা ফানা খোংনে — মৈদিংঙু থব্রাম্থাবনা হুয়েন লান্দা কৌজেংবী কৌজেংববু ফানখিবা খোংনে ।

২২। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে — অথোইবা য়াই চেল্লবা খোংনে ।

২৩। থোঙবম লোয়য়ম অহোঙবা কংলৈ মশুমাঙ অহোঙ য়োইথোন পূঙ— অহোঙ কুম্মৈ তৌখিবা থোঙবম মচা অথৌবগী শুমাঙদা থোন্দুনা শেমখিবা অহোঙ পূঙদি।

২৪। কবো চুমলৈ খুনঙম পূঙ লাংগোই শাচা লোকনা পূঙনে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা হৌজিক্তি ওব্রা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা কবো চুমলৈ কৌবা লমবু ঙমদুনা লাঙ্গোই শাচা খোল্লকঙেদা শেমখিবা পূঙনে ।

২৫। পুঙলাং য়ুহৌ পূঙ — য়ু খরুং খরুং খিন্দুনা হৌনফম পূঙ ।

লান্নীগীদি কবো পোনখ্রং লাইরববু তন্মু য়াঙ্তেক্না তন্হাউ শাইতাননা, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্নে। (লামায় ৫১) ব্রাঙনুরৈমা চীন্ওন্খোং, থোঙ্কাপাক্ লান্চন্‌ব্রাই, চক্পা পুম্শাই খোং, খোংলেন হেম্দৌ য়াইনে। লোয়য়ম্ খম্লাং অহোঙ্বা লাল্লোই মশুমাঙ্, তীংয়ি মাঙ্শোক্লম্, অহোঙ্ মীয়ান্ফম্, হুয়েন্ লান্নীগীদি খুন্জান্ হাওথাঙ্ হাওয়িচা, কৈথোঙ্ পুয়োক্পা, পাথৌ মঙামনা খোই খাউবা, তম্বা মঙামনা মিংথোংবা, নোংপোক্ চক্লাই থাঙ্ তোন্কোন্বনা তরা চায়নাবা, খোইখাউ লীরিখাউ লীনা লিয়োংববু উহক্ শেংগম্ শানা, উই পৌদোং লোন্, তন্মু য়াঙ্তেক্না তন্হাউ শাইতাননা, থাঙ্‌ব্রাই লীপুন্সি কজেং লীয়াথৌ, চীংশোং য়াইতং তান্না,

---

২৬। থেরে লা ফানফমনে — হায়রিবা পূঙ অসিদি ব্রাংলৈ য়ুবু লাফানফম থক্লফমনে।

২৭। অহোঙ য়োইথোন পূঙ — অহোঙ কুম্মৈ তৌনবা থোনগত্তুনা শেম শারবা পূঙ।

২৮। খ্বা য়োংয়ানফম — লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবনা খ্বা য়োংবু ফাদুনা ব্রা-না পৌ লোল্লদুনা য়াল্লগা থনম্বা মফমনে। খ্বা য়োংয়ানফম কৌবদি - "লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবগা চীংয়াইখু য়োংনাউ শাথিবগা চকমোম খাম্বী মৈ মুন্নবৈদা ঙাংঙোই য়োইমোংবনা ঙমজরে। চীংয়াইখু য়োংনাউবু খ্বা মখুৎ পুন, য়োংমু মরম তম, কোংয়াং পৌতোং লোননা য়াল্লমএ। খ্বা য়োংয়ানফম-ও তৌনা কৌএ।" — তোরৈরোল লম্বুবা।

২৯। ঙাংঙোই য়োংমোংবনা চকমোম খামবী মৈমুলফমনে — লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবনা য়োং পাখং শাথিবশিংদগী খাম্বী মৈবু মুনখিবা মফমনে।

৩০। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা কাসান খুনঙম পূঙ — মৈদিংঙু খাগেম্বনা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) অব্রাং লাইনা পাংবা লম মরাম থৌবী নূঙলাং কৈশি চীং মনাক্তা লৈবা লোইবী কাসানবু ঙমবৈদা শেমখিবা পূঙনে।

৩১। অয়াঙ পামফৌফমনে — কংলা মনুংদা লৈবা অয়াঙ পামফৌফম কৌবা মফমনে। "লু চামফমদি তেনগৈ খানে। অয়াঙ পামফৌফমদা ফৌএ।" - থিরেন লায়াৎ।

৩২। মৈদিংঙু তবুংবা য়াংফং খুনঙম খোং — মৈদিংঙু তবুংবনা (খৃ: ১৩৫৯-১৩৯৪) অব্রাং নোংপোক মাইগৈদা লৈবা লোইবী য়াংফং কৌবা লম কোংলৌতোন লৌথিবনা সমাদোন অয়াংবগা পুনুং হব্রাই থাবগী হাও মুক্লা লেংফাই চন মোংবা তাজিন খুরৌ য়েৎনবৈগী মতমদা থাঙব্রাই মারহননা হুন্না কোঙ্গোই থৌরি থুদুনা লাংচন থৌরি লিতোন পায়দুনা থৌখাম চীং লোইবী য়াংফং খুলবু ঙমদুনা য়াংফং মনিংথৌ সুংলৌ কৈফাবু ফানখিবা খোংনে - নিংথৌরোল লম্বুবা।

৩৩। খোংলেন হেমদৌ য়াইনে - খোং অসিদি য়াই চেল্লবা অথোইবা খোংনে।

লিরেন্ পাগা ফন্, য়ুতীং মতাং তোয়, থোন্খম্ মনারেক্, থরাম্ লাম্থননা, অহোঙ্ লান্য়ান্ফম্নে । খোইমোম্ লাইয়িংথৌ মুব্রা নিংথৌ অতোন্বা চেংলৈ খন্বা মশুমাঙ্নে । মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রান্থাবা লেম্লৈ পেংবা খোংনে । হুয়েন্ লান্নীগীদি কৌজেংবী কৌজেংবা ফানা খোংনে । খোংলেন্ হেম্দৌ য়াইনে । থোঙ্বম্ লোয়য়ম্ অহোং মশুমাঙ্, অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, হুয়েন্ লান্নীগীদি কবো চুম্লৈ খুন্ঙম্ পূঙ্, লাংগোই শাচা লোক্না পূঙ্নে । পূঙ্লাং য়ুহৌ পূঙ্, থেরে লা ফান্ফম্নে । অহোঙ্ য়োইথোন্ পূঙ্, খ্বা য়োংয়ান্ফম্, ঙাংঙোই

---

লামায় ৫২

১। ব্রাংঙমলোন পানথোইবী থোংলেন মচৎলম -- ব্রাংঙমলোন পান্থোইবীনা লান্দুনা চৎনখিবা অথোইবা থোং ।

২। থোংলেন য়াইখু য়াইনে — য়াইগী মশক ওইরবা অথোইবা থোংনে ।

৩। থিংবা নিংথৌ ব্রাহকপগা মরাম নিংথৌ থিংকোনবগা — অব্রাং মাইগৈ পাংবদা লৈবা লোইবী থিংবা নিংথৌ ব্রাহকপগা মরাম নিংথৌ থিংকোনবগা মনাই অনীনা মৈতৈ নিংথৌ তবুংবগী কোনুংদা লাক্তুনা ।

৪। লোইবী ময়ুম নাকপু কাবীগনো লোইবী মরেম মশাইকোনবু য়ৌবীগনো— মরাম অমসুং থিংবা খুলদা লাক্তনবা লান্দারক্তনবা চেকশিনব্রা হায়বগী ব্রারোলবু ।

৫। থৌদু লেপনা য়ুং চেংজা লেপনা খিননা — থৌদু নূঙবু লেপ্না য়ুংদুনা ।

৬। মেলাং তনবা শাখৌ থৎনা — হামেংগী মঙকপু থক্তুনা ।

৭। শায়ী নূঙদা তৈনা ব্রারেপ নূঙনে — হামেংগী ঈ অদুবু য়ুংলিবা নূঙ অদুদা তৈরদুনা লোইবী নিংথৌ অনীনা অশেংবা অরেপ্পা ব্রানে হায়না শরি শোনখিবা নূঙনে ।

৮। চেংলৈ ব্রাংকোনলেননে -- য়ুংখিবা নূঙ অদুদি কংলা মনুংদা লৈবা য়েকশোইপাৎ য়েকলাপাৎকা নক্লনা লৈবা চেংলৈ ব্রাংকোনলেন কৌবা মফমদনে।

৯। থৌয়াংবা পুরুম শঙ — অঙম অথৌ থৌয়াংবশিংনা খুরুম্লফম শঙ ।

১০। অথৌবা মুকাপ শঙ — অকন অথৌশিংনা তিন্নফম শঙ ।

১১। লোয়নাই পুখ্রনবা শিননৌ লশিং মোনতুমবা — পুখ্রনবা ওইবা অচৌবা ফম্লাইবা লশিংগী মোমপাক মোন্দুমদা য়াতাবা ।

১২। হুয়েন লাননীগীদি — লান্দাদুনা লানঙমঙৈদি ।

১৩। চাখা য়োংখুল খুনঙম শঙ — খা নোংপোক পাংবদা লৈবা লোইবী চাখা য়োংখুলবু লান ঙম্লখিবা শঙ ।

য়োইমোংবনা চক্‌মোম্ খাম্‌বী মৈমুল্‌ফম্‌নে । য়োংতেবা নুঙ্‌ফোংব্রাই শায়াবা মৈনপ্‌ব্রাই চেংলৈ য়োংয়ান্‌ফম্‌নে । মৈদিংঙু শেন্‌বী খাগেম্‌বা কাসান্ খুন্‌ঙম্ পূঙ্, অয়াঙ্ পাম্‌ফৌফম্‌নে । মৈদিংঙু তবুংবনা য়াংফং খুন্‌ঙম্ খোং, সুঙ্‌লৌ কৈফা ফানা খোংনে । খোংলেন্ হেমদৌ য়াইনে । ব্রাংঙম্‌লোন্ (লামায় ৫২)পান্‌থোইবী থোংলেন্ মচংলম্, থোংলেন্ য়াইখু য়াইনে । মৈদিংঙু তবুংবদা, থিংবা নিংথৌ ব্রাহক্‌পগা মরাম্ নিংথৌ থিংকোন্‌বগা লোইবী ময়ুম নাক্‌পু কাবীগনো, লোইবী মরেম্ ইশাইকোন্‌বু য়ৌবীগনো হায়না থৌদু লেপ্‌না য়ুং চেঙজা লেপ্‌না খিন্‌না, মেনাং তন্‌বা শাখৌ থংনা,

---

১৪। থাঙসা মোইকায় ফানা শঙনে — লোইবী চাখা য়োংখুল ঙমদুনা থাঙসা মোইকায়বু ফানরকখিবা অদুগুম্বা শঙনে ।

১৫। মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রানথাবা থেমথা য়োইথোন শঙ — মৈদিংঙু লোয়নাই থব্রানথাববু (খৃ: ১১৯৫-১২৩১) থেমথরকখিবা থোনগং হাপকংলবা শঙনে ।

১৬। কেগে মোইরাং পোরৌ পাংখাইজামবা — মৈদিংঙু পুনসিবনা (খৃ: ১৪০৪-১৪৩২) কেগে লাথাকোন মোইরাং কামুতাক্তা লান্দাদুনা ফারকখিবা মোইরাং অথৌবা ।

১৭। থংকান নিংথৌ খাঙপু লানথৌয়াঙ — অব্রাং মাইগৈ পাংবদা লৈবা লোইবী থাঙ্গাল খুলগী খাঙপু কৌবা লান্দা য়ামনা কন থৌরবা নিংথৌ ।

১৮। মোইমিৎ লৈচুবা — কনাগুম্বা মীশক অমবু মমিৎ কোৎথোক্তুনা দন্দি পীবা নত্রগা মমায় মমিত্তা য়েকশিন খোৎচিন্দুনা থম্বা ।

১৯। মোইমিৎ লৈচু শঙ — কেগে মোইরাং অথৌবা পোরৌ পাংখাইজাম্বগা লোইবী থাঙ্গাল নিংথৌ খাঙপু লালথৌয়াঙগা অনীবু মোইমিৎ লৈচুনখিবা অদুগুম্বা শঙলেননে ।

২০। তুবী কোইজা য়েক — তুবী লাইরেন পাখংবগী কোইরপ তৌবা ময়েকপু শঙলেন অসিদা মৈদিংঙুগী মমাইবনা য়েক্তুনা ।

২১। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা — লাইরেনগী য়াঙগী শাথেক অদুবুসু তমনা য়েক্লদুনা।

২২। থাঙঙা য়ুমলাই থিংনা শঙনে — তীনমু লাইমু য়ুমলাইথোক ফত্তবনচিংবা পুম্নমবু থিংলবা অথোইবা শঙলেন্নে ।

২৩। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিংনা — নোংলৈশং কৌবা পাম্বীনা ফৈন্না থিংলবা শঙলেন্নে।

২৪। খুনজান নিংথৌ লুমচেংতাউবু — খা মাইগৈদা লৈবা হৈরেম খুনজানগী নিংথৌ লুমজেংতাউ কৌববু ।

২৫। য়ুমচিন চাকো নারেং থোংনা শঙনে — য়ুমগী উখোকতেন্দা চগো শেমদুনা খুনজান নিংথৌ লুমজেংতাউবু পুন্দুনা থমখিবা শঙনে ।

২৬। তেংলৈ ওনকং মাইনা — তেংলৈ কাংবুগী ওনকং কৌবা মাইবনা ।

শায়ী নূঙ্দা তৈনা ঝারেপ্ নূঙ্নে । চেংলৈ ঝাংকোন্ লেন্নে । থৌয়াংবা পুরুম্ শঙ্, অথৌবা মুকাপ্ শঙ্, লোয়নাই পুম্ননবা শিন্নৌ লশিং মোন্তুম্বা, তেরা নম্থাংবা, কারোঙ্ ঝাহন্বা, তন্মু নোংথিন্বা য়াকা শঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি চাখা য়োংখুন্ খুন্ঙম্ শঙ্, থাঙ্সা মোইকায় ফানা শঙ্নে । মৈদিংঙু লোয়নাই থাঝান্থাবা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্নে । কেগে মোইরাং পোরৌ পাংখাইজাম্বগা থংকান্ নিংথৌ খাঙ্পু লান্থৌয়াঙ্গা মোইমিৎ লৈচু শঙ্, তুবী কোইজা য়েক, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তমনা, থাঙ্ঙা য়ুম্লাই থিংনা শঙ্নে । খুন্বী নোংলৈশংনা

---

২৭। শরিক থাং নীংথাংনা — শরিকপু তুংদা থাংনা।

২৮। পাকশি চাঙৌ চিন — কোয়েৎ অঙৌববু য়েত্তুনা।

২৯। ঈরাই কোংলাই তান — ঈশিং অমসুং কংফালদা লৈবা লাইশিংবু তান্দুনা।

৩০। লাইসুম লাইঙৌ তানবনা য়াকা শঙনে — লাইমু লাইঙৌনচিংবা তানবা অমাইবশিংনা তিন্নফম শঙনে।

৩১। থংচীং মখোকলাং — থাংজিং চীংদগী খাঙবা মতা ফরবা তাখোক।

৩২। খোকলাং কামুবা — মৈদা হাইরপ কাথেকহন্দুনা শেল্লবা তাখোক।

৩৩। নুরা পৌদোং চৈ ঈ ফাবা — নুপী ওইবীশিংনা শীজিন্নবা পৌলাংখোক ঈশিং ফানবা হিংগী চৈঙাকসু ওইনবা চৈ।

৩৪। মোমনু হৈকোয় য়েকথিংফবা — নুজাশিংনা হৈকোয় কৌবা ফি মখল অদুবু পুথোক্লবা শেম শারকপদা শীজিন্নবা চৈ।

৩৫। অদোন হাওচেং মোইবা চনু লনউনখোক — অদোন নোংয়ায় খুমনগী হাওচেং মাইবগী মমোমগী লুহোংবদা অওং অউন তমলকপা খোক।

লামায় ৫৩

১। খমনৌ ঙকনীরোংবা — মঙক অনী ফাংবা নৌ।

২। চেকলা তুফাং থীৎফবা — চেকলাগী শগলবু য়ৈথবদা খুৎলোইরবা চৈ।

৩। শরিক খিং খিং থাংনা চৈ — চৈ অদুগী মতোন্দা শরিক থাংদুনা খিংদুনা পুবা চৈ।

৪। হুয়েন লাননীগীদি — লানফম অদুদা লানঙমদুনা।

৫। কেগে মোইরাং খামবীরৈমা কোংয়ামবী ফানা চৈ — কেগে মোইরাংগী খামবীরৈমা কোংয়াম্বীবু ফানখিবা অদুগুম্বা চৈ।

৬। মোইরাং লমমমী লমমচাউ কেগে অরেরা কাপাসু — কেগে মোইরাং মচা অরেবা কাপাসু কৌবা লমকেৎ লমহাইবা নুপা।

৭। মোয়োন নিংথৌ য়ুরুমবী য়ুরুমবা — হাওরৈ নোংপোক পাংবদা লৈবা লোইবী হাও

ফৈথিংনা, লৈখাম্ তারে য়ান্না হেন্মোই শঙ্নে । খুন্জান্ নিংথৌ লুম্চেংতাউবু য়ুম্চিন চাকো নারেং থোংনা শঙ্নে । হিয়াংলোয়, ঈমিংলোয়, য়োইরেন্পরোয়, খাম্বী ঙম্বা সারাম্ ফাবরোয়, তেংলৈ ওন্কং মাইনা, শরিক্ থাং নীংথাংনা, পাক্শি চাঙৌ চিন্, থাঙ্ঙা লোঙ্লেন্থবা, ঈরাই কোংলাই তান্, লাইসুম্ লাইঙৌ তান্বনা য়াকা শঙ্নে । থংচীং মখোক্লাং খোক্লাং কামুবা, নুরা পৌদোং চৈ ঈফাবা, মোমনু হৈকোয় য়েক্থীংফবা, অদোন্ হাওচেং মোইবা চনু লন্উন্খোক্, (লামায় ৫৩)খম্নৌ ঙক্নীরোঙ্বা, শান্না চুম্পুন্ থাংফবা, চেক্লা তুফাং

---

মোয়োনগী য়ুরুমবী য়ুরুমবা কৌবা নিংথৌ । মোয়োন কৌখিবদি - "নয়ুব্রা চীংখোং পোইরৈতোন্না চীংবুরোই লাংওনলকপদা তরা চাকপুক লামলবগী মতে লৈমা লৈনাউতবীগা মমোইথাপ মমোইরেংবু য়োললমএ । অদুগীবু মোয়োন কৌএ । — নিংথৌরোল লম্বুবা ।

৮। সমপুম নিংথৌ কোনচল লালচুঙবা ফানা চৈ — হাওরে নোংপোক খা পাংবদা লৈবা লোইবী সমপুমগী কোনচল লালচুঙবা কৌবা নিংথৌবু ফানখিবা চৈ । নিংথৌরোল লম্বুবদগী খঙবদি সমপুম নিংথৌ কোনচল লালচুঙবসি মৈদিংঙু শেনবী কবোম্বনা (খৃ: ১৫২৫-১৫৪২) লান্দা ফারকখি।

৯। লৈরক থৌকাই চৈবু চৈথা শঙনে — মতোন্দা শরিক থাংদুনা লৈরক খুল্লক্তা থৌ চৎনবা চৈবু থাদোক্লখিবা শঙনে ।

১০। ব্রাকয়ৈ অশাংখন — হি অশাংববু খন্দুনা ।

১১। খুমু নৌরোং অতেন খননা — মতোন লোংবা নৌ অতেনববু খন্দুনা পায়রগা।

১২। লাইজা থাথিন পেকপনা য়াকা শঙনে — ঈশিং ময়ায়দা নৌনা য়ুংশিন্দুনা ঈশিংবু তূংলোমদা পেকথোকখিবশিংনা তিন্নফম শঙনে ।

১৩। হুয়েন লাননীগীদি — লানঙমদুনা লানফমদুদা ফারকপদি ।

১৪। অদোন মোইবুংলোকপা থোঙবুচা কোই ঙমববু — অদোন মোইবুংলোকপা থোঙবুগী মচা কোই হায়বা লম অদুবু ঙমখিবা অথৌববু ।

১৫। মোইমিং লৈচু শঙনে — থোঙবুচা কোই ঙম্ববু মোইমিং লৈচুনখিবা শঙনে ।

১৬। অতে খাপাকচা ব্রাংকোন লাইনুরাদি হোঙনা শঙনে — অতে খাপাক্কী মচা ব্রাংকোন লাইনুরাবু ফারক্তুনা হোঙনখিবা শঙনে ।

১৭। সেনতাকলেন লুখোইবা ফানা পূঙনে — মোইরাংগী খামবীরৈমা কোংয়াম্বীগী মপুরোইবা সেনতাকলেন লুখোইববু ফারকঙৈদা থোনখিবা পূঙনে ।

১৮। চেংলৈ পামংখোংনে — চেংলৈ পামংখোং কৌবা মফমনে । চেংলৈ পামংখোং কৌখিবদি — ব্রাংঙমলোন পানথোইবীবু মপা ইবুংঙোগী ময়ুমদগী লুহোংলক্তুনা

থীৎফবা, শরিক্ খিং খিং থাংনা চৈ, হুয়েন্ লান্নীগীদি কেগে মোইরাং খাম্বীরৈমা কোংয়াম্বী ফানা চৈ, মোইরাং লম্মমী লম্মচাউ কেগে অরেরা কাপাসু, মোয়োন্ নিংথৌ য়ুরুম্বী য়ুরুম্বা, সম্পুম্ নিংথৌ কোন্চল্ লাল্চুঙ্বা ফানা চৈ, লৈরক্ থৌকাই চৈবু চৈথা শঙ্নে। ব্রাক্য়ৈ অশাংখন্ খুমু নৌরোং অতেন্ খন্না, লাইজা থাথিন্ পেক্পনা য়াকা শঙ্নে। হুয়েন্ লান্নীগীদি অদোন্ মোইবুংলোক্পা থোঙ্বুচা কোই ঙম্ববু মোইমিৎ লৈচু শঙ্নে। অতে খাপাক্চা ব্রাংকোন্ লাইনুরাদি হোঙ্না শঙ্নে। কেগে মোইরাং খাম্বীরৈমা কোংয়াম্বীগী মথংলেন্ সেন্তাক্লেন্ লুখোইবা ফানা

---

থিল্লকপদা খাবগী ময়ুম কংলা য়ৌশিল্লকপদা মশক খঙঙমদবা তেরা লমলাই ঙানবা উচেক্না পামেল উতোনথক্তা পাইনা পাইনা তমফা ব্রাংঙমলোনবু য়েংদুনা থোংলম্মে। অদু নোংগীবু চেংলৈ পামংখোং কৌএ। - তোরৈরোল লম্বুবা।

১৯। তুবী য়োইনোংতা নোংদা লাইরেন পাখংবা — মৈত্রবাক্কী অহানবা নিংথৌরেল।

২০। কোনদে খুৎচুম মাই শিননাই মাইগা শকপা শঙলেনয়াইনে — মৈদিংঙু পাখংবগী মমাইবা কোন্দে খুৎচুম মাইগী ওইনা লৈরবা শঙলেন্নে।

২১। চীংঙু নোংথৌ শোরারেন — অব্রাং পাখং য়োইরেনবা।

২২। ব্রাংলৈ য়ুপান থাবা শঙলেনয়াইনে — ব্রাংলৈ য়ুবু কৎনখিবা অথোইবা শঙলেন্নে।

২৩। য়োইবু খোইমোম লাইরেমমা মালেম কাপতু লৈখৈ লেংবী শঙলেনয়াইনে — লাইরেম্মা মালেম লৈখৈ লেংবীগী অথোইবা শঙলেন্নে।

২৪। মৈদিংঙু পুনসিবা থেমথা য়োইথোন শঙনে - মৈদিংঙু পুনসিববু (১৪০৪-১৪৩২) থেমথরকখিবা থোনগৎ হাপকৎলবা মৈদিংঙুগী অথোইবা শঙনে।

২৫। শিননাই তেংমাইথিনবা — শিন্নাই শঙলেনগী মকোক ওইরিবা অঙম্বা।

২৬। নাকখঙ শিনহৈথোইবা — নাক য়েৎ শুনা খঙলবা শিন-হৈরবা মীশক।

২৭। অরিক খুবা পাংখাইজামবা মশঙলেন — শঙলেন তেংমাইথিনবা ওইরিবা অরিকখুবা পাংখাইজাম্বনা মকোক ওইনা লৈরবা শঙলেন্নে।

২৮। থোংনাং ময়াং আফেরাজা থাঙয়ান কনবা— মৈদিংঙু কোংয়াম্বনা (খৃ: ১৩২৪-১৩৩৫) কৌবা ইংলেনচীংদা ময়াং লান্দারকপদা ফাহৌখিবা আফেরাজা কৌবা থাঙয়ান শাফু য়াম্না কনবা ময়াং অথৌবা।

২৯। ময়াং মাইবা সমলোইবা ফানা পূঙনে — থোংনাং ময়াং আফেরাজগা মাইবা সমলোইবগা অনীবু ফাহৌঙৈদা থোনখিবা পূঙনে।

৩০। তোনবী নিংথৌববু মোইমিৎ লৈচু শঙনে — মখা মাইগৈদা লৈবা ঙাংঙোই য়োইমোংবনা কাকলেন মীঙম্ববু লান্দাদুনা হাংখিবা লম লোইবী তোনবীগী নিংথৌবু ফারক্কুনা মোইমিৎ লৈচুনখিবা শঙনে।

পূঙ্নে। চেংলৈ পামংখোংনে। তুবী য়োইনোংতা নোংদা লাইরেন্ পাখংবা মদাইরেম্ কোন্দে খুৎচুম্মাই শিন্নাই মাইগা শক্পা শঙ্লেন্য়াইনে। চীংঙু নোংথৌ শোরারেন্না ৱাংলৈ য়ুপান্ থাবা শঙ্লেন্য়াইনে। য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা মালেম কাপ্তু লৈখে লেংবী শঙ্লেন্য়াইনে। মৈদিংঙু পুন্সিবা থেম্থা য়োইথোন্ শঙ্নে। শিন্নাই তেংমাইথিন্বা নাক্খঙ্ শিন্হৈথোইবা, অরিক্ খুবা পাংখাইজাম্বা মশঙ্লেন্নে। থোংনাং ময়াং আফেরাজা থাঙ্য়ান্ কন্বা, ময়াং মাইবা সম্লোইবা ফানা পূঙ্নে। তোন্বী নিংথৌববু মোইমিৎ লৈচু শঙ্নে। তুবী কোইজা য়েক্, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তম্না, থাঙ্ঙা য়ুম্লাই থিংনা শঙ্নে। খুন্বী

---

৩১। তুবী কোইজা য়েক — তুবী লাইরেন পাখংবগী কোইরপ তৌবা ময়েক অদুবু অমাইবনা শঙলেন অসিদা য়েক্নুনা।

৩২। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা — তুবীগী য়াঙগী শাথেক অদুবুসু তমনা য়েক্নুনা।

৩৩। থাঙঙা য়ুমলাই থিংনা শঙনে — তীনমু লাইমু য়ুমলাইথোক ফত্তবনচিংবা পুম্নবু থিংলব শঙনে।

৩৪। খুনবী নোংলৈশংনা ফৈথিং শঙনে — তুবী লাইরেন পাখংবনা মচন্নুপীদা কুবিরম্না নোংলৈশং পাম্বীনা ফৈনা হাপ্তুনা থাঙঙা য়ুমলাই থিংলবা শঙলেন্নে।

লামায় ৫৪

১। নূঙশায় নিংথৌ হুয়েন লানমিংনাই — নোংচুপ মাইগে পাংবলমদা লৈবা লোইবী কবুই খুল নূংশায়গী নিংথৌ লান্দা মমিং য়াম্না চৎপবু।

২। লৈখাম তারৈ য়াননা হেমমোইশঙনে — লৈখাম পাম্বী য়াম্বদুনা লৈতেংলবা শঙনে।

৩। তাংখুল অমে খুৎলোঙবা — তাংখুল অমে কৌবা খুৎকী খুবী লোঙবা।

৪। হূয়রোং লুফা চিনবা ফানা শঙনে — মকোক্কী মশম ফাজিন্নবা হূয়রোং (ৱানা শাবা কবাক) চিনববু ফানখিবা শঙ।

৫। ইরেং থাঙহুৎৱা খমলাং তাংশি ৱানে — লিরবা থায়নগী থাঙহুৎৱা তাংশি ৱানে।

৬। তুপু লৌকুমবী লৌকুমৱাই — তুবু লৌকুম্বীনা লৌকুম্বা মফম।

৭। সিংচা লৌতমবীদি লৌতম ৱাইনে — সিংচা লৌতম্বীনা লৌ তমখিবা মফম।

৮। লৈনুং খাংখা লৌতমবী মরৌরেন — লৈনুং খাংখা লৌতম্বীগী অথোইবা লৌফম।

৯। পানবা শাচেন লৌ — পানবা কৈনা চেন্দুনা চোংদুনা শান্নবা লৌ।

১০। কাইবী মুংশোন লৌ — কাইবী শঙমনা মুংশোন্নবা লৌ।

১১। তাংজা লিনখাক লৌ — তাংজা লিনখাক্লা থন্না লৈবা লৌ।

১২। লিলহা য়েৎনা লৌ — তাংজা লিলহাশিংনা য়েৎনদুনা পৈদুনা লৈরবা লৌ।

১৩। চীংঙু লাঙাং পানফোই লৌ — খোইমোম লাইগী পানফোই লৌ।

নোংলৈশংনা ফৈথিং শঙ্নে । নূঙ্শায় নিংথৌ (লামায় ৫৪)হুয়েন্ লান্মিংনাইবু লৈখাম্ তারে য়ান্না হেন্মোই শঙ্নে । তাংখুল্ অমে খুৎলোঙ্বা হুইরোং লুফা চিন্বা ফানা শঙ্নে । ইরেং থাঙ্হুৎব্রা খমলাং তাংশি ব্রানে । তুপু লৌকুমবী লৌকুমব্রাই । সীংচা লৌতম্বীদি লৌতম্ ব্রাইনে । লৈনুং খাংখা লৌতম্বী মরৌরেন্, পান্বা শাচেন্ লৌ, কাইবী মুংশোন্ লৌ, তাংজা লিন্খাক্ লৌ, লিন্হা য়েৎনা লৌ, চীংঙু লাঙাং পান্ফোই লৌ, লম্লেন্ চেংলৈ লম্মহন্ হৈজাং মেনম্পোক্নে । খোইমোম্ লাইয়িংথৌ চীংলেন্ নোংতাই নিংথৌ থোংনাং লোইজাখোম্বা, শীংলেন্

---

১৪। লমলেন চেংলৈ লমমহন হৈজাং মেনমপোকনে — কংলা কোনুংগী তুরেল ঈব্রাংমদা লৈবা চেংলৈ লম্মহন কৌবা মফম অমা।

১৫। লাইয়িংথৌ চীংলেন নোংতাই নিংথৌ — লাইয়িংথৌ নোংশাবা কৌবা লাই।

১৬। থোংনাং লোইজাখোমবা — থোংনাং ময়াংবু লোই হাহন্দুনা লোইচাবা।

১৭। শীংলেন লৈচা হেকপা — শিঙেঙন লৈরাং লৈচাবু হেকপা।

১৮। নোংচুপ কোংয়াঙ ঙমবা — নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা কোংয়াঙ লমবু ঙম্বা।

১৯। লাকা ফমচাউবা — শীংলেন লৈগী লৈকাথক্তা লাকাদা ফমদোংবা।

২০। মোরা অতোনববু ফমফমনবা — মশা থীংবা শগোল অঙৌববু খুনেৎনবা।

২১। মাইবং চীং মঙনগী হুয়েন তেকমাচং ফাবা - নোংচুপ মাইগৈদা লৈবা থোংনাং মাইবং চীংগী তেকমাচং অথৌববু ফারকখিবা লাইয়িংথৌ।

২২। উরেন নিংথৌ লাংকা ফাবা — উরেন উথা নিংথৌ লাংকা কৌববু ফারকখিবা লাইয়িংথৌ।

২৩। মশানৌ খোইমোম লাইবেমমা চীংলেন নোংতাই লৈমা — লাইয়িংথৌ নোংশাবগী তাল্লোয় ওইরিবী লাইরেম্মা চীংলেন নোংতাই লৈমা।

২৪। থোংনাং লোইজাখোমবী — থোংনাং ময়াংবু লোইখোমদুনা লোই চাবী।

২৫। শীংলেন লৈচা হেকপী — শিঙেঙন লৈরাং লৈহেকপী।

২৬। নোংচুপ কোংয়াঙ ঙমবী — লোইবী নোংচুপ কোংয়াঙবু ঙমবী।

২৭। লাকা ফমচাউবী — শীংলেন লৈগী লৈকাথক্তা ফমদোংবী।

২৮। মোরা অতোনবা ফমফমনবী — শগোল মোবা নহাবু তোংনবী।

২৯। উরেন লৈমা কাইতোং ফাবীগা — উরেন উথাগী মরৈমবী কাইতোং কৌবীবু ফাখিবী লাইরেম্মা চীংলেন নোংতাই লৈমা থোংনাং লোইজাখোম্বীগা।

৩০। মশাবী চীংলেন নোংতাই নিংথৌকা — মথংলেন মপুরোইবা ওইরিবা লাই নোংশাবগা।

৩১। খোইমোম খচীকনা চীংঙু খাফাংননা পানফবা শঙলেনয়াইনে — লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনীনা নাক য়েক্তা ফাংননা ফমদুনা নুঙাইনা পানবা অথোইবা শঙলেন্নে।

লৈচা হেক্পা, নোং‌চুপ্ কোংয়াঙ্ঙম্বা, লাকা ফম্চাউবা, মোরা অতোন্বা ফম্ফম্নবা, মাইবং চীং মঙন্গী হুয়েন্ তেক্মাচং ফাবা, উরেন্ নিংথৌ লাংকা ফাবা, মশানৌ খোইমোম্ লাইরেম্মা চীংলেন্ নোংতাই লৈমা থোংনাং লোইজাখোমবী, শীংলেন্ লৈচা হেক্পী, নোং‌চুপ্ কোংয়াঙ্ঙম্বী, লাকা ফম্চাউবী, মোরা অতোন্বা ফম্ফম্নবী, ফানা লান্য়াম্থাবী, হুয়েন্ মীশিংফাবী, উরেন্ লৈমা কাইতোং ফাবীগা, মশাবী চীংলেন্ নোংতাই নিংথৌগা খোইমোম্ খাচীক্না চীংঙু খাফাংননা পান্ফবা শঙ্লেন্য়াইনে । খোইমোম্ লাই কংলা অৱা লাললু ফৌনে । মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বা পুন্সি লৈনি শঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি তৃকিসা নিংথৌ অরিশিংতী কংলা

---

৩২। খোইমোম লাই কংলা অৱা লাললু ফৌনে — খোইমোম লাই অনীগী শঙ অসিদি অৱা লাললুবুসু ফৌনফমনে ।

৩৩। মৈদিংঙু শেনবী খাগেমবা পুনসি লৈনি শঙনে — মৈদিংঙু খাগেম্বনা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) খোইমোম লাইয়িংথৌ নোংশাবদা পুনসি নোংশাংববু নিজখিবা খোইমোম লাইগী শঙলেন্নে ।

৩৪। হুয়েন লাননীগীদি — লানফমদা লানঙমদুনা ফারকখিবা ।

৩৫। তৃকিসা নিংথৌ অরিশিংতী কংলা শঙজিমা থানয়ে — তৃকিসাগী নিংথৌ অরিশিংপু কংলা শঙজিমদা উগী উখা থানদুনা চৈরাক পীখিয়ে ।

৩৬। থিংক্রম নিংথৌ থিংক্রমবু কংলা শঙজিমা থানয়ে — অৱাং মাইগৈদা লৈবা থিংক্রমগী নিংথৌ থিংক্রম কৌববু কংলা শঙ মচি অমদা উখা থানদুনা চৈরাক পীখিয়ে ।

৩৭। তখেন নিংথৌ নাকাচোনদি কংলা শঙজিমা থানয়ে — তখেল লৈবাক্কী নিংথৌ নাকাচোনবু কংলা শঙজিমদা উখা থানদুনা চৈরাক পীখিয়ে ।

৩৮। থোংনাং ময়াং তেককরাজাদি কংলা শঙজিমা থানয়ে — লান্দা ফাহৌবা থোংনাং ময়াং তেক্করাজা অথৌববু কংলা শঙজিমদা উখা থানদুনা চৈরাক পীখিয়ে।

৩৯। নোংফৌ নিংথৌ পোংলেনপুদি মোইমিৎ লৈচ শঙনে — অৱাং মাইগৈদা লৈবা লোইবী নোংফৌ খুলগী নিংথৌ পোংলেনপু কৌববু মোইমিৎ লৈচুনখিবা শঙনে ।

লামায় ৫৫

১। লাংতে নিংথৌ খুৎকায়বদি তরেৎ শেনয়াননয়ে — খা মাইগৈদা লৈবা লোইবী লাংতেগী নিংথৌ খুৎকায়ববু তরেৎ শেনযাম গাইন্দুনা লোই হাংনখিবা শঙলেন্নে ।

২। পাইখু নিংথৌ লোনদেথাদি খুজাই চামমা নারৈনয়ে — নোংপোক মাইগৈ পাংবরমদা লৈবা হৌজিক্তি ওইরা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা অদুগৈগী পাইখুগী নিংথৌ লোনদেথাবু খুজাই চাম্মা লোই হাংনখিবা শঙলেন্নে ।

শঙ্জিমা থানয়ে। থিংকুম্ নিংথৌ থিংকুমবু কংলা শঙ্জিমা থানয়ে। তখেন্ নিংথৌ নাকাচোন্দি কংলা শঙ্জিমা থানয়ে। থোংনাং ময়াং তেক্করাজাদি কংলা শঙ্জিমা থানয়ে। নোংফৌ নিংথৌ পোংলেন্পুদি মোইমিৎ লৈচু (লামায় ৫৫)শঙ্নে। লাংতে নিংথৌ খুৎকায়বদি তরেৎ শেনয়ান্নয়ে। পাইখু নিংথৌ লোন্দেথাদি খুজাই চাম্মা নারৈনয়ে। মংকন্ নিংথৌ সিংকাপোন্দি চৈরৈ ফিরান্ খান্না শঙ্নে। অব্রা নিংথৌ ৱোম্পরাজা অথৌবা ফানা শঙ্নে। কুচু থোন্লাংমৈনে। খোইমোম্ কংলৈ মশুমাঙ্, অব্রা নিংথৌ তরা শুববু লৈমু শেংথাক্ পূঙ্, লৈহৌ শেংওই পূঙ্নে। চীংলেন্ নোংতাই নিংথৌ থোংনাং লোইজাখোম্বনা অহোঙ্

৩। মংকন নিংথৌ সিংকাপোনদি চৈরৈ ফিরান খাননা শঙনে -- মংকনগী নিংথৌ সিংকাপোনবু ফিগী ফিবান খলহনখিবা শঙনে।

৪। অব্রা নিংথৌ ৱোমপারাজা অথৌবা ফানা শঙনে -- ঔব্রা নিংথৌ ৱোমপারাজা অথৌববু ফানবকখিবা শঙলেন্নে।

৫। কুচু থোনলাংমৈনে - কংলা মনুংদা লৈবা কুচু থোল্লাংমৈ কৌবা মফমনে। "পোং নিংথৌ খেখোম্বগী য়াইবু নিংদোমগা পোং নিংথৌগা কুচুদা ফম্মিন্নবদা পীএ" -- চৈথারোল কুম্বাবা।

৬। খোইমোম কংলৈ মশুমাঙ -- অহোঙ কুম্মৈ পাংথোকখিবা খোইমোম লাইগী শুমাঙ।

৭। অব্রা নিংথৌ তরা শুববু লৈমু শেংথাক পূঙ লৈহৌ শেংওই পূঙনে খোইমোম লাইয়িংথৌ নোংশাবগী শুমাঙদ অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা ঔব্রা নিংথৌ তরা শুববু লৈমু শেংথাক্কুনা লৈহৌ কুম্মৈ তৌনখিবা পূঙনে।

৮। চীংলেন নোংতাই নিংথৌ থোংনাং লোইজাখোমবনা -- লাইয়িংথৌ নোংশাবনা।

৯। অহোঙ য়ুনাইবদি অদুসুং মদোমদে - খোইমোম লাইয়িংথৌ নোংশাবনা অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা য়ু থক্লখিবদি অদুনসু লোইবা নত্তে।

১০। নোংথৌরেন তুবী চরাইরোংবা খোইমোম লাইমিংথোংবু শৈঙনবা -- খোইমোম লাইনা শাইওনলকপনি লৌনরিবা মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা (খৃ: ১৬৯৭ ১৭০৯)

১১। চীংলেন নোংতাই নিংথৌদা পুনসি ইরালনৈবু লৈনি শঙনে -- মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবনা পুনসি নোংশাংজগে হায়দুনা লাইয়িংথৌ নোংশাবদা য়ৌনিজখিব শঙনে।

১২। হুয়েন লাননীগীদি -- লান্দাদুনা লান অদুদা ফাবকখিবদি।

১৩। লৌখোং নিংথৌ ফানারেঙদি কংলা শঙজিমা থানয়ে -- অবাং নোংপোক মাইগেদ লৈবা তাংখুল লৌখোং (লৌফোং) নিংথৌ ফানারেঙবু কংলাগী শঙ মচ অমদা উগী উখা থানদুনা চৈবাক পীখিয়ে।

য়ুনাইনবদি অদুসুং মদোম্দে । নোংথৌরেন্ তুবী চরাইরোংবা খোইমোম্ লাইমিংথোংবু শৈওন্বনা চীংলেন্ নোংতাই নিংথৌদা পুন্সি ইৱাল্লৈবু লৈনি শঙ্নে । হুয়েন্ লান্নীগীদি লৌখোং নিংথৌ ফানারেঙ্দি কংলা শঙ্জিমা থানয়ে । সুম্চি নিংথৌ খাম্লংবদি কংলা শঙ্জিমা থান্য়ে । ইতোক্ নিংথৌ সাইরেম্পুদি কংলা শঙ্জিমা থান্য়ে । সোংসূক্ নিংথৌ লামুচীরোং অথৌববু কংলা শঙ্জিমা থান্য়ে । কাঙ্কুম্ নিংথৌ লৈখাম্বদি মোইমিং লৈচু শঙ্নে । তুবী কোইজা য়েক্, লাইরেন্ য়াঙ্লী শোন্বু তম্না শঙ্নে । সুক্লাই লৈচেন্ মনিংথৌ হুয়েন্ চামুরেঙ্ অথৌববু তরেৎ শেন্য়ান্ শঙ্নে । মরিং খুন্বীরোক্কী হুয়েন্ ফম্মরিংববু শেরী য়াঙ্তেক্না,

---

১৪। ইতোক নিংথৌ সাইরেমপুদি কংলা শঙজিমা থানয়ে — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা তাংখুল ইতোক খুলগী নিংথৌ সাইপুরেমবু কংলা শঙজিমদা উখা থানদুনা চৈরাক পীখিয়ে।

১৫। সোংসুক নিংথৌ লামুচীরোং অথৌববু কংলা শঙজিমা থানয়ে — হৌজিক্তি ঔৱা লৈবাক্কী মনুংদা লৈখ্রবা অদুগৈগী শমজোক কৌবা লমগী নিংথৌ লামুচীরোং কৌবা লান্দা য়াম্না থৌববু শঙলেন মচি অমদা উখা থানদুনা চৈরাক পীখিয়ে।

১৬। মোইমিং লৈচুবা — মমিং কোংথোক্তুনা দন্দি পীবা নৎত্রগা মমিং মমায়দা য়েকশিন খোংচন্দুনা থম্বা ।

১৭। কাঙকুম নিংথৌ লৈখামবদি মোইমিং লৈচু শঙনে — অৱাং নোংপোক পাংনা লৈবা তাংখুল কাঙকুমগী (কাঙকুক) নিংথৌ লৈখাম্বা কৌববু মোইমিং লৈচুনখিবা শঙলেম্নে।

১৮। তুবী কোইজা য়েক — তুবী লাইরেন পাখংবগী কোইরপ তৌবা ময়েক অদুগা ।

১৯। লাইরেন য়াঙলী শোনবু তমনা শঙনে — লাইরেনগী য়াঙগী শাথেক্কা অনীবু তমদুনা য়েক্লবা শঙলেম্নে ।

২০। সুকলাই লৈচেন মনিংথৌ হুয়েন চামুরেঙ অথৌববু তরেৎ শেনয়ান শঙনে — সুকলাই লৈচেনগী নিংথৌ চামুরেঙ অথৌববু তরেৎ শেনয়াম পীহন্দুনা লোই হাহনখিবা শঙলেম্নে ।

২১। মরিং খুনবীরোককী হুয়েন ফমমরিংববু শেরী য়াঙতেকনা — নোংপোক মাইগৈদা লৈবা মরিং খুনবী মৈয়েংচীংদা লৈবা মরিং খুনবীরোক্কী নিংথৌ ফামমরিংববু শঙগী য়াঙদা তোপ্লনবা শেল পীহন্দুনা লোই হাহল্লে ।

২২। তাঙাল নিংথৌ চাহোঙলেঙদি খুজাই চামমা নারৈনয়ে -- অৱাং মাইগৈ পাংবদা লৈবা লোইবী তাঙাল নিংথৌ চাহোঙ লেঙবু খুজাই মশীং চাম্মা পীহন্দুনা লোই হাহল্লে ।

২৩। পাথান নিংথৌ ময়ুরথাদি চৈরৈ ফিরান খাননা শঙনে — পাথান নিংথৌ ময়ুরথবু চৈরৈ ফিম্না ফিরান খলহনখিবা শঙনে ।

তাঙাল্ নিংথৌ চাহোঙ্লেঙ্দি খুজাই চাম্মা নারেনয়ে । পাথান্ নিংথৌ ময়ুরথদি চৈরে ফিরান্ খান্না শঙ্নে । খোইমোম্ লাই কংলানে । থোংনাং ময়াং নিংথৌ প্রথাপ্ নারন্ অথৌবা লান্থৌয়াঙ্বু চীংলেন্ নোংতাই নিংথৌনা চেংলৈ লমমহন্দা অহোঙ্ য়ুনাই শঙ্নে । চীংলেন্ নোংতাই নিংথৌ থোংনাং লোইজাখোম্ববু ব্রাক্ নুংঙাইববু লান্শিল্লম্গে । লাক্লা থামৈকা কোন্লিও । মচাকা কোন্লিও । মখুনকা কোন্লিও । পাইরোং হায়য়ে ।

---

২৪। খোইমোম লাই কংলানে – মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা (খৃ:১৫৯৭ - ১৬৫২) শাখিবা খোইমেমে লাইয়িংথৌ চীংলেন নোংতাই নিংথৌ থোংনাং লেইজাখোমবা অমদি মশানৌ লোইজাখোমবীগী অথোইবা শঙলেন্নে ।

২৫। থোংনাং ময়াং নিংথৌ প্রথাপ নারন অথৌবা – থোংনাং ময়াং নিংথৌ প্রতাপ নারায়ন লান্দা থৌববু ।

২৬। চীংলেন নোংতাই নিংথৌনা – খোইমোম লাইয়িংথৌ নোংশাবনা ।

২৭। চেংলৈ লমমহনদা – কংলা কোনুংদা লৈবা খোইমোম লাইয়িংথৌ নোংশাবগী মকাইফম ওইবিবা চেংলৈ লম্মহন কৌবা মফমদা। চেংলৈ লম্মহন:- নোংদা লাইরেন পাখংবনা কংলাগী মপু ওইরবদা হান্না য়ুমদমলম্না শোরারেন অরিবা অহুম্মু মফম কদাইদা য়াঙ্গোইখিগে হায়বগে হংলবদা শোরারেন অরিবা অহুম্মনা ঐখোয়দি তুরেল লাইজা ঈরাংমা চেংলৈ লম্মহন্দা য়াঙ্গোইগে হায়না য়াঙ্গোইখিবা লম । – চেংলৈরোন ।

২৮। অহোঙ য়ুনাইশঙনে – খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংলেন নোংতাই নিংথৌ থোংনাং লোইজাখোম্বনা অহোঙ কুম্মৈ তৌদুনা.. থোংনাং ময়াং নিংথৌ প্রতাপ নারায়ন লান্থৌয়াঙবু য়ু থক্লখিবা শঙলেন্নে ।

২৯। চীংলেন নোংতাই নিংথৌ থোংনাং লোইজাখোমববু – লাইয়িংথৌ নোংশাববু ।

৩০। ব্রাক নুংঙাইববু লানশিনললমগে – লাইরিক লেঙশিনজরিবা ব্রাক্মনা লাইগী লৈফম ওইরিবা চিংখৈ পাংবরোমদা ইমায় ওন্দুনা খোইমোম লাই পূম্নমক্কী থব্রায় মিরেন ওইরিবা, তাইবং পানবা পূম্নমক্কীসু থব্রায় তেংখন ওইরিবা, নমু পোং ওইবশিংনা নীংজরবদা নুংঙাই য়াইফববু পীনবীরিবা খোইমোম লাইনিংথৌ চীংলেন নোংতাই নিংথৌ থোংনাং লোইজাখোম্বগী মতীক মগুনবু শক শোন্দুনা অফ-নুঙাইবা খিবীকপু লানশিনজরমগে ।

